লিও তোলষ্টোই

# কোসাক

হন্দোকপা

অরাম্বম বীরেন সিংহ

**Leo Tolstoy**
THE COSSACKS
*In Manipuri*





*ইংরাজীদগী হন্দোকপা* : অরাম্বম বীরেন সিংহ

*অহানবা ফোঙবা* : আগষ্ট, ২০০২

*ফোঙবা* : দব্লিউ, হরিদত্ত সিংহ
বাহেংবম লৈকাই, ইম্ফাল

*নম্বা* : পদ্মা প্রিন্টর্স,
পাওনা বাজাব, ইম্ফাল

*মমল* : লুপা ৮০

# ১

মোস্কো ইচীক হনবা হৌরক্লে। নিংথমথাগী সড়কশিংদা য়াম্না তান্না তান্না গাড়ি কাং-খোলগী মখোল অদুক তাবা মঙায়রে। থোঙনাউশিংদা মৈগী মঙাল অমুক লৈত্রে, লম্বীদা থানবা থাউমৈশিং মুথত্রে। গির্জাগী অৱাংবা দলান মতোনশিংদগী খীংলকপা কাংশিগী মখোলনা তুমদুনা লৈরিবা সহরদুগী মথক্তা নৈদুনা লৈরগা কনাগুম্বদা অয়ূক্কী মতমবু নীংশিংহল্লি। লম্বীশিংদু ইহাঙ হাঙই। কাংপোৎ অমখক মরক মরক্তা উন অমদি লৈঙোই মরক্তা ফাওদুনা চৎলি, দ্রাইভর অদু থংনবা লম্বী চুথেক অমা য়ৌরগা অতোপ্পা ভারা অমা ঙাইবা ওইনা থুনমক তুমথখ্রে। অহল ওইববী নূপী অমখক্সা মপাদু লাম্থোক্তুনা গির্জা তান্না চৎখি, মফম অদুদা মফম চাদনা থাল্লিবা মোমবাতি খরগী হান্না চাক্লবা মৈবিগী মঙালদু গিলটি তৌরবা মূর্ত্তিগী ফ্রেমশিং অদুদা থক্তোরকই। থবক শূবা মীওইশিংদি শাংলবা নিংথমথাগী অহিংদু লোইবদুনা হান্ননা হৌগৎনরে, অদুগা শিঙ্খা পায়বা চৎনরে।

অদুবু লৈবাকমচা কাঙবুগীদি হৌজিক ফাওবা সন্ধ্যা ওইরি।

*শেভালিয়র্স রেস্তরাঁগী পর্দাশিংগী* অহোবশিংদা মতম চাদনা, নিয়ম কায়না থাল্লিবা মৈঙালশিংদু হৌজিক ফাওবা উবি। চঙফমদা গাড়ি অমগা কাংপোৎ কয়াগা কূংনা চিংশিন্নদুনা লৈ। মফম অদুদা শগোল অহুম পানবা অৱায়বা কাংপোৎ অমসু থারি। ঈংবনা চিংশিল্লবা থোঙশঙবদু ফিনা ওমশিল্লগা যূমগী কাচিন অমগী মরুমদা থূপ্তুনা লৈবগুম উরি।

হোলদা ফল্লিবা পোৎ লাম্থোক-লানশিন তৌবা নূপাদুনা মীশেং খাঙবগী মায়থোঙদা হৈনিংদবা মতৌ অমগা লোয়ননা অসুম্না খল্লি, "অসিগুম্বা বারেম পুন্নমকশিং অসিনা করি কান্নগদৌরিবনো? মসিনি ঐনা দিউটি তাবা মতমদা ইতৎ তত্তনা থোক্লিবা!"

মৈ ঙাম্না থাল্লবা থংনবা অপীকপা কা অদুদগী নহা ওইরিবা মী অহুমখক্কী খোঞ্জেল তারকই। কা মনুংদা লৈবা টেবল মথক্তা নুমিদাংগী চারাগী অরেম্বগা য়ু অরেম্বগা লৈরি। মফি-মরোল নাম্না শেৎলবা, ময়াঙ কংবা অচম্বা নূপা অমনা চৎখিগদৌরবা মরূপ অদুদা

চোকথববা মীৎযেংনা নুংশিনা য়েংদুনা ফম্লি। অতোপ্পা অৱাংবা নুপা অমনা ঘড়ি চাবি অদু শান্নবদুনা অহাঙবা লীক্লী থম্লিবা টেবলগী মযাদা থাবিবা সোফা মথক্তা হীপ্লি। অহুমশুবা যাউ মঊনগী কোট লীৎপা নুপাদুনা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি। মাগী ফজনা শেংদোক্লবা খুজিন্না লৈতেংলবা, অকনবা অচৌবা খুৎশাশিং অদুনা বাদাম মরূ নোইখায়বা অদু অমুক মবক মবক্তা লেপ্লি। মহাক কবিগুম্বা অমদা অসুম মোমোন নোক্লুনা লৈ, মাগী মমীৎ-মমায় অদু মকালাম্মী। মানা থৱায যাওনা বা ঙাঙই, মখূৎ-মশানা ইঙ্গিৎ তৌই, অদুবু মানা পাম্লিবা ৱাহৈশিংদু তশেংনা অমতা ফংবা ঙমদ্রে, মাগী মচীনবান্দা থোরকপা ৱাহৈশিংদুনা মাগী থম্মোয়নুংদা লৈবিবা পূন্নমক অদু ফোঙদোকপদা মতিক চাদবগুম তৌই।

"হৌজিক ঐ ঙাঙথোকপা ঙমদ্রে," লংফৈচৎপা অদুনা হায়রকই। "ঐনা ইশাবু কনথোকচবা নত্তে, অদুবু যামদ্রবদা নখোয়না ময়াম্না লৌনরিবা লূদবা মীৎযেং অদোমদগী য়েংবীদনা ঐ ইশানা ইশাবু খঙজবা অসিগুম্না ঐবু খঙবীবা পাম্মী। নঙনা হায়ববু ঐনা মাবু থীনা তৌখ্রে 'সিবা?" মানা মঙোন্দা নুংশিনা য়েংদুনা লৈরিবা নুপা অদুদা কৌদুনা অমুক শমথরকই।

"উম, নহাক্কি দোষ লৈবিবা," অকোনবা মী অদুনা হায়রকই, অদুগা মাগী মীৎযেং অদু হেন্না থৌজাল হৈবা অমসুং চোকথবা মতৌ উৎপগুম তৌরকই।

লংফৈচৎপা অদুনা শমথরকই, " নঙনা মদু হায়রিবদু করিগীনো হায়বা ঐ খঙই। নহাক্না খল্লি মদুদি নুংশিবীবকপা হায়বসি নুংশিরুবা অদুমুক য়াম্না নুংঙাইবনি, নহাক্না মদু অমুক্তং ফংলগা পূন্সী চূপ্পগী ওইনা ওক্রে হায়না।"

অপীকপা ইচম চম্বা নুপা অদুনা মমীৎ কূপ্পগা কনশিন্না হায়রকই, "উম, নুংশিরবা মরূপ, মদুনা পুবা ওক্রে, ওকপদগীদুম হেন্দোক্লবনি।"

"অদুবু নুপানসু করিগী নুংশিরোইদগে?" লংফৈচৎপা মীদুনা ৱাখল তৌরগা মাগী মরূপ্তুদা নুংশিবগুম তৌনা হায়রকই। "কনাগুম্বা অমনা করিগী নুংশিরোইদৌরিবনো? নুংশিবা থোরক্ত্রে।... নত্তে, নুংশিবীরকপা হায়বসিমক লাইবক থীবা অমনি! নহাক্না ফংলিবা অদু নহাক্না অমুক হন্না পীথোক্ত্রবা অমদি পীথোকপা ঙমদ্রবা মতমদা নশানা নরান লৈরে হায়না পূক্নীংদা ফাওরকপা অদু লাইবক থীবা অমনি। ওহ, হে ঈশ্বর!" মানা মপাম্বোম হাইরকই। "অসিগুম্বশিং অসিতা মরম চানা থোক্লম্নবদি! অদুবু পূন্নমক অসি মরৈ থাংবা জাৎনি, মদু ঐখোয়না নত্তে, মশানা ওইফম থোকপদু অদুম লাকচবনি। করিগী, অদুগুম্বা নুংশিবা অদুবু ঐনা হুরাম্লুবদু মঙায়রে! নহাকসু অদুগুম্না খল্লু। য়াদবা তৌনু, নহাক্না

অসুন্না খনগদবনি! অদুবু নহাক থাজগদ্রা ঐগী পুন্সীদা পাঙথোক্লবা মতম ফংখিবা অপঙবা অমসুং তুক্কচনীংঙাই ওইবা থবকশিং পুন্নমক্তগী মসিমদি নীংঙমদবা তৌদবা অমদি তৌবা ঙম্নরোইদবা অমনি। হৌরকপা মতমদসু অদুগা মতুংদসু ঐনা ইশা খঙজদনা ইশামক্তা নত্তগা মঙোন্দা নমথাক তৌখিদ্রি। মমৈথঙদদি ঐ নুংশিনরকপগী ফীবম অমদা তাবগুম তৌরুরে; অদুবু মতুংদদি ঐ খঙলক্লম্মী ঐ ইশানা ইশাবু নমথাক তৌজরম্নে হায়বদু, মতৌ অদুগুন্না নুংশিবা খক ওইথোক্তবা ৱানি— অদুদগীদি ঐ অদুম চথবা ঙমখিদ্রে, অদুবু মহাক্তি অদুম চথখি। ঐনা নুংশিবা ঙমদববু ঐগী ইরাম্লা? ঐনা করি তৌরমগদবনো?"

"ফরে, ওইনিংবা অমা ওইরসনু, মসি পুন্নমক হৌজিক্তি হৌখ্রে!" অসি হায়দুনা মাগী মরুগুনা মীৎ শিংনবা চুরুট মচৈ অমা চমখৎলি। "নহাক কৈদৌঙৈদসু নুংশিবা হৈখিদ্রি 'সিদনি, অদুগা নুংশিবা হায়বদুসু করিনো খঙদে!"

য়াউ মউন লীৎপা নুপা অদুনা অমুক্কা ৱা ঙাঙগে তৌরগা মকোক্তা মখুৎ থম্মী, অদুবু মহাক্না হায়গে নীংলিবা ৱাদুদি ফোঙদোকপা ঙমদ্রে।

"কৈদৌঙৈদসু নুংশিখিদবা!... হোয়, য়াম্না চুম্মী, ঐ কৈদৌঙৈদসু নুংশিখিদ্রি! অদুবু ফনমক হায়দুনসু, ঐঙোন্দা নুংশিবা পাম্বা অমদি লৈ, অদুগা অদুগুম্বা অপাম্বা অদুদগী হেন্না কনবা অতৈ করিমতা লৈতে! অদুদি অসিগুম্বা নুংশিবা অসি অমুক লৈব্রা? মতম পুম্বদা করিগুম্বা মপুং ফাদবা খরদি মরৈরে। অহ ফরে। ৱা ঙাঙবগী করি কান্নরি? ঐগী পুন্সীসি ঐনা মথোঙ-মরম চাদবা অমা ওইহনজরে। অদুবু হৌজিক্তি করিগুম্বা মওঙ অমদা মসি পুন্নমক হৌখ্রে; নহাক্না হায়বা য়াম্না চুম্মী। 'সিদগীদি ঐ অনৌবা পুন্সী অমা হৌরগনি হায়না পুক্নীংদা ফাওই।"

"মদুসু নহাক্না মেন তাদবা অমা ওইহনগদৌরি," সোফা মথক্তা ঘড়িগী চাবি শান্নদুনা হীপ্লিবা নুপা অদুনা হায়রকই। অদুবু লংফৈচৎপা অদুনা মানা হায়বদু তাদে।

মানা মখা তারকই, "ঐ নুংঙাইতে, অদুমকপু চৎপা অসিদি নুংঙাইরে। ঐহাক্না থৱায় ৱারিবসি করিগীনো হায়বা ঐ খঙজদে।"

লংফৈচৎপা অদুনা মশাগী মরমদা ঙাঙদুনা অসুম লৈ, মদুদা মানা নুংঙাইজবা অদুগুম্না মী অতৈশিংদু নুংঙাইহনবা ঙমদ্রে হায়বদু মানা উবা লৈতে। আত্মাগী অপেনবা মীকুপ্তা মশাগীতা খনবা অসিগুম্না মী অমনা অতৈ মতমদা খন্দে। অসিগুম্বা মতমদা মঙোন্দা পৃথিবী অসিদা মহাক মশা নত্তনা অতোপ্পা ফজবা, নীংথিজবা, পুক্নীংনা খোয়দাবা করিমতা লৈত্রবগুম নীংই।

মকোক্তা মফলা পুনবা, য়াউ মউনগী কোট লীৎপা নহা ওইরিবা মীনাই অমা কাদুদা চঙলক্লগা হায়রকই, "দমিত্রি আন্দ্রেয়েভিচ ! গাড়িবালাদু কুইথনা ঙাইয়ু হায়বা য়াররোই! শগোলশিং অদু ঙসায় পুং তরামাথোইদগী লেপ্লক্লিবনি, হৌজিক পুং মরি তারে!"

দমিত্রি আন্দ্রেয়েভিচনা মাগী মনাই ভানয়ুশাদা য়েংলকই। ভানয়ুশাগী মকোক্তা য়েথলিবা মফলা, মাগী শামতুফিগী খোঙউপ বুট অমসুং তূন্নিংবা মায়থোঙ অদুনা মহাক্কী মপুবু নোম্বা কনবা, অবা-অনা অমদি থবক্কী অনৌবা পুন্সী অমদা কৌবগুম তৌই।

"অচুম্বমক্লি! কায়নরসি!" মানা মাগী ফাজিন্দবা কোটকী কুদাম অদু মারদুনা হায়রকই।

গাড়িবালাদু থেন্নবা পৈশা খরগা পীয়ু হায়না পাউতাক পীরবসু মহাক্না মাগী টুপি উপশিল্লগা কাদুগী ময়ায়দা লেপ্লে। মরূপশিং অদু অমুক চুপ্লরকই, অদুদগী অমুকসু চুপ্লরকই, মতুংদা ঙহাক্তং লৈরগা অহন্নক শুবা ওইনা অমুক চুপ্লরকই। লংফৈচৎপা অদুনা টেবলদা চঙশিল্লগা গ্লাস অমা থকই, অদুদগী অপীকপা অচম্বা মীদুগী মখূৎ পায়রগা মাগী মায়থোঙ লাংশিনখি।

"অহ ফরে, ঐ অদুমওইনমক হায়দোক্লগে... ঐ নঙোন্দা ইচম চমথোকপা পাম্মী, অদুগা চমসু চমথোক্কনি, মরমদি ঐনা নহাকপু য়াম্না নুংশি... নহাক্না মাবু নুংশি— ঐনা অসুম্না ইতৎ তত্তনা খনখি— নুংশিদ্রা?"

"উম," মাগী মরূপুনা অমুক হেন্না চীংলেম্না, মোমোন নোক্নুনা খুম্নকই।

"অদুগা ওইবা য়াই... "

মখোয়গী বারীগী অরোইবা শরূক অদু তারক্লিবা উইরুম উইরুম তৌরবা পোৎ লানথোক-লানশিন তৌরিবা মী অদুনা করিগীদমক লৈবাকমচাশিং অসিনা বা অমদা অসুম হঞ্জিন হঞ্জিন্না ঙাঙলিবনো হায়না ঙকই, মহাক্না হায়রকই, "ইবুংঙো, চানবীদুনা, ঐঙোন্দা মৈ মুখৎলো হায়না য়াথং তৌরক্লে।" মহাক্না অবাংবা নূপা অদুদা ওনশিল্লদুনা কনাদা হায়গদগে হায়বা খঙনা মখা শমথরকই, "কনাদা বিল শাজৌগে? অদোমদা তৌগদ্রা?"

"ঐঙোন্দনি," অবাংবা নূপা অদুনা খুম্নকই। "কয়ানো?"

"রুবল কুনতরূক্লি।"

অবাংবা নূপা অদুনা মীকূপ অমতং বাখল খল্লি, অদুবু বাদি অমতা ঙাঙলক্তে, বিল অদু মাগী ফূরিৎখাউ মনুংদা হাপচিল্লে।

অতোপ্পা অনী অদুদি মখোয়গী বারীদু চখদুনা লৈ।

"কায়নরসি, নহাকসি অচৌবা মরূপ অমনি!" মমীৎ নৌথরবা অপীকপা অচম্বা নূপা

অদুনা হায়রকই।

অনীমক্কী মমীত্তা পিনা থল্লি। মখোয় মাঙোন্দা থোরক্নে।

লংফৈচৎপা অদুনা মমায় ঙাঙনা অবাংবা নুপা অদুদা হায়রকই, "ওহ্, শেভালিয়রগী বিলদি নহাক্না পীগদৌরব্রা, অমুক্তা ইবীয়ু, ঐ খঙজগে?"

"য়ারে, য়ারে!" অবাংবা নুপা অদুনা মাগী খুৎমোজা চিংশিল্লদুনা হায়রকই। মাঙোন্দা থোরক্লগা ইখঙ খঙহৌদনা মানা অমুক মখা তারকই, "ঐনা নহাকপু কয়াদা কল্লকপ্রবনো!"

লংফৈচৎপা অদুনা মাগী কাংপোৎ মনুংদা কাখৎলগা য়াউ মউনগী ফিজোল অদু মাগী অকোয়বদা তাশিল্লি, অদুগা হায়রকই, "ফরে, লাক্নো অদুদি!" মানা মাবু কল্লকই হায়খিবা মী অদুগী জগ্ম পীনবা কাংপোৎ মনুংদা খজিক্তং ফাওবা চঙশিল্লি; মাগী খোঞ্জেলদু নীক্লকই।

অবাংবা নুপা অদুনা হায়রকই, "কায়নরসি, মিতিয়া! ঐনা আশা তৌই ঈশ্বরগী থৌজাল্লনা নহাক্না..." অদুবু মাগী অমতা ওইবা অপাম্বদি অমদু থুনা চৎখিবনি, অদুনা মহাক্না বাহৈ পরেংদু লৌইশিনবা ঙমদ্রে।

মীকুপ অমা মখোয় তুমিন লৈনৈ। অদুদগী কনাগুম্বা অমনা অমুক হায়রকই, "কায়নরসি," অদুগা খোঞ্জেল অমনা লাউরকই, "থৌরাঙ তৌরে!" অদুদগী গাড়িবালা অদুনা শগোলশিং অদুগী থৌরাঙ লোইশিল্লে।

"লাক্নো, য়েলিজার!" মরূপশিং অদুগী মরক্তগী অমনা কৌথোরকই। গাড়িবালাদুগা কাংপোৎ থৌবশিংদুগা মরৈ সি-সি কামদুনা শগোল চুপ্লি চিংলগা খোঙশানম্রে। ঈংলবা রনরশিংদুনা উন মথক্তা মখোল থোক্লা চৎলি।

মরূপশিং অদুগী মনুংদগী অমনা হায়রকই, "নীংথিবা মীওইনি, ওলেনিনদু! অদুবু কেডেট অমসু ওইনা কোকেসসতা চৎকনি হায়রিবসিবু করি বাখলনো! ঐদি অদুম তৌনবা হায়বদু খক য়ারোই... হয়েং নহাক ক্লবতা চাক চাবা লাক্কদ্রা?"

"উম।"

মখোয় কায়নরে।

লংফৈচৎপা নুপাদু লুম্বা ফাওরকই, মাগী শামতু অদু হেম্না শামনবগুম তৌরকই। মহাক্না কাংপোৎ অদুগী ফম্ফমদা ফল্লে অদুগা কোটকী কুদাম থাদোকই, মতু নান্দবা অবায়বা শগোল অহুম অদুনা অমম্বা লম্বী অমদগী অমদা অসুম অসুম চিংলগা মানা অমুক্তা উদ্রিবা য়ুম কয়া লাম্ছোরকই। অশাংবা খোঙচৎ চৎপগী যাত্রা তৌনবা লংফৈচৎপা মীশিংতনা

অদুগুম্বা লম্বীশিং অসি ফাওদুনা চৎনবগুম ওলেনিনগী মপূক্লীংদা ফাওই। মাগী অকোয়বদু পূম্মম মম্মী, চীকই, হৈনিংবা ফাওদে, অদুবু মাগী আত্মাদুদি নীংশিংবা, নুংশিবা, অৱাবা অমসুং মীৎকী পি খামজিনবগী নুংঙাইবা ৱাখল পূম্নমক্লা পিক থল্লি।

## ২

"ঐনা মখোয়বু নুংশি, য়াম্নমক নুংশি! নীংথিশ্রবা মরূপশিংনি!... ফখ্রবা!" মানা হন্না হন্না শোল্লকই, কপ্লীংবা ফাওরকই। অদুবু মানা করিগী কপ্লীংলিবনো; মানা অসুক নুংশিবা নীংথিখ্রবা মীওইশিংসি কনানো হায়বসি য়াম্নমক মানা খঙবা ঙম্বগী ৱাংমদা লৈ। মরক মরক্তা মানা করিগুম্বা য়ুমশিংদা কোয়য়েং য়েংই অদুগা করিগীদমক্তা মখোয়শিংদু অঙকপা মওঙদা শারিবনো হায়না ঙকই; করিগুম্বদা মানা মাগা অদুক্কী মতিক খেন্নবা ড্রাইভর অমদি ভানয়ুশা মখোয় অনীনা করিগীদমক্তা অদুক নক্না ফল্লিবনো অদুগা মাগা লোয়ননা ফমজিল্লবা উনগী লম্বীদা ফন ফন চোংদুনা অমসুং শগোলগী নাকথংনা খংচিং খংচিং চিংবদা মখোয় লোইনা ফর ফর হাইমিন্নদুনা চৎলিবা করিগীনো হায়না ঙকপা হৌরকই; অদুগা মানা অমুক হন্না হায়রকই, "নীংথিজে... য়াম্না নুংশি!" অদুগা অমুক্কসু অসুম্না ফাওবা মহাক্না হায়রকই, "ফজনা তৌখ্রে! ... ফজখ্রে!" অদুদগী করিনা মাবু অদুম্না হায়হল্লিবনো হায়না ঙকই। মহাক মতোমতা হংজরকই, "ঐনা তৌরিবসিবু য়ু ঙাওরব্রা?" ওলেনিন য়ু লীক্লী অনী থকখ্রে, অদুবু মানা তৌরিবা অসি য়ু অদুগী নেশা পানবনা ঙাক নত্তে। কায়নরমদাইগী মতমদা মরূপ-মপাং ওইবগী থৱায় য়াওনা, নোল্লুক্না, মাবু দ্রো-দ্রো লাউনা (মানা থাজবদা) কৌবা ৱাহৈশিং পূন্নমক অদু মানা নীংশিংলকই। খূৎ শোরুবা, মীৎয়েং, তুমিন লৈনবা মীকূপ, কাংপোত্তা তোংখৎলবা কান্দা অসুন্না হায়বা খোঞ্জেলগী মখোল, "কায়নরসি, মিতিয়া" অসিনচিংবা পূন্নমক অসি মানা নীংশিংলকই। মানা মশানা তৌগে হায়বা অমা য়াওনা ইচম চমথোকখিবা অদু নীংশিংলকই। পূন্নমক অসিগী মঙোন্দা নুংশিবা অর্থ অমা লৈ। মাগী কায়নরমদাই মতমদুদদি মরূপ-মপাং, মরী-মতা, মাবু থৌওইবীদবা মীশিং অদুতা নত্তনা মাবু নুংশিদবা মীশিং ফাওবনা মশাগী মরান হায়দোকচরমদাইদা নত্ত্রগা শিরমদাইদা তৌবগুম্না মাবু হেন্না নুংশিরকপগুম, মাবু ঙাকপিবগুম তৌরকখি।

মহাক্না খল্লি, "ঐ কোকেসসতগী অমুক হল্লক্তবা য়াই।" মহাক খঙই মানা মাগী মরূপশিংবু নুংশি, অদুগা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমসু। মহাক মশা মথন্তগীদমক নুংশাথীরকই।

অদুবু মাগী চীবান্দা মথন্তা লাকচবগুম তৌবা অর্থ য়াওদ্রবা ৱাহৈশিং অদু ফাথবা ঙমদনা মাগী থম্মোয়বু ময়াই কাহল্লিবা অমদি ঈথক হৌহল্লিবা পূন্নমক অসি মাগী মরূপশিংদুবু নুংশিবনা তৌবা নত্তে; নূপী অমা নুংশিরুবদগী অসিগুম্বা পূক্নীংগী ফীবমদা তাহল্লকপসু নত্তে (মহাক কৈদৌঙৈদসু নুংশি-নুংওনগী থবক তৌখিদ্রি)। মশাবু নুংশিজবা, আশানা থল্লবা নুংশিবা, মাগী মথৱায়দা অফবা পোৎ খুদিংমকপু নুংঙাইরবা, নহা ওইবগী মওঙদা নুংশিবা— পূন্নমক অদুনা মাবু নমদুনা কপহল্লি অমদি নাতে চাদবা ৱা ঙাঙহল্লি (অদুগা মীকূপ অদুদদি মঙোন্দা মসিদা অফবা নত্তুনা অতৈ করিসু লৈতবগুম তৌই)।

ওলেনিন হায়বসি বিশ্ববিদ্যালয়গী মহৈ-মশিং তম্বা কৈদৌঙৈদসু লোইশিনখিদ্রবা, মফম কদায়দসু থবক তৌরুদ্রিবা (সরকারগীবু ওইরবসু অতোপ্পদবু ওইরবসু মমিংগী ওইনা করিগুম্বা থবক অমা পায়দুনা), মাগী মরল-মথুম তংখায় অমা অরেম্বদা মাঙহনখ্রবা, করিগুম্বা অমতসু তৌদনা— পুন্সীদা অসিমা তৌরগে হায়বা ফাওবা লেপত্রিঙৈদা চহী কুনমরি হায়জিনখ্রবা নহা অমনি। মহাক মোস্কো সমাজদা *অ জিউন হোম* * হায়নবা মখল অদুনি।

ইনাক-কৈরাক খুনবা, মমা-মপাদি নৌরিঙৈদা শিখ্রবা শক নিফু অদুৱাইগী নহা ওইরিবা রসিয়া মচাশিংগুন্না মহাক্না চহী তরানিপাল শুবদা নীংতম্লম্মী। হকচাংগী অমদি লমচৎ-শাজৎকী ওইবা অপুনবা অমতা মঙোন্দা লৈতে; মানা পাম্বতা তৌই, মাগী করিমতা ৱাত্তে, অদুগা করিগুম্বা অমতনা মাবু পুনদে। ইমুং-মনুং, মমা লৈবাক, ধর্ম্ম অমসুং অপাম্বা পূন্নমক মঙোন্দা করিসু লৈতে। মানা করিগুম্বা অমতদা থাজবা পোক্তে অমসুং করিগুম্বা অমতা খঙদে। অদুবু মানা করিগুম্বা অমতদা থাজবা ঙমদ্রবসু মহাক মীরক তিন্দবা নত্ত্রগা নুংঙাইবা হৈত্রবা ইতন তম্বা নহা অমদি নত্তে, অমরোমদা মহাক্না মতম চুপ্পদা মশাবু লাকশিঞ্জবা তৌদে। মহাক্না অসুন্না লেপ্পি মদুদি নুংশিবা হায়বা পোৎশক অমা লৈতে, অদুবু নহা ওইবী অমদি ফজবী নূপীশিং উবদদি মাগী থম্মোয় মথুম-মরাঙ হৌই। মহাক্না খঙলকপা কুইরে মদুদি ইজ্জত, সম্মান অমদি থাক্কী ৱাসি অরেম্বা ৱানি, অদুবু নিংথৌ মচা সরজিয়সনা জগোই তৌফম অমদা মঙোন্দা চঙলক্তুনা ব্যবহার ফজনা ৱা ঙাঙলকপা মতমদা মহাক হরাউদবা ঙমখিদে। তৌইগুম্বসুং মশাগী নীংতম্বা কায়দ্রিবমখৈ মানা মাগী পূক্নীংগী ঈথক্কা ঈরোইনরম্মী।

মঙোন্দা করিগুম্বা ইথিল অমা চঙলকপা অমসুং মদুনা লমজিংদুনা থবক্তা খূৎ থাগদবনি, অপীকপা পুন্সী লাম্থেংবু থেংনগদবনি হায়বা হেক খঙলকপগা মাবু চিংশিল্লিবা ৱাখল অমদি

* নহা ওইবা মী

শক্তি অদুদগী ভাব ইতা তাদনা মথন্তা থুনা হেক্তা হন্দোক্লুনা মশা কোমথোক্লবা, মাগী নীংতম্বদু ফংনবা হোৎনরম্মী। অসুম তৌনা মহাক্লা সমাজগী পুন্সী, সিভিল সার্ভিস, ফার্ম তৌবা, ঈশৈ তৌবা পূন্নমক চাংয়েং তৌরে, করিগুম্বা মতম অমদা মখোয়দা মাগী পুন্সী কখোক্কে হায়না খল্লুই; কনাগুম্বী নূপী অমবু নুংশিবা হায়বা মানা থাজদ্রবা পোৎ অসিমক ফাওবা চাংয়েং তৌরুরে। মশাবু শেমজবা নত্ত্রগা জগৎ অসি ফাওবা মানা শেমনীংবা মওঙদা শেম্বা ঙন্নবগী পাঙ্গল পীবগুম তৌরিবা, জ্ঞান, রাখল অমসুং মহৈগী শক্তিদি নত্তবা মীওইবা অমদা নহা ওইরিঙৈগী মতমদা অমুক্তমক পীথোরক্লবা খঙহৌদনা থৌজিনবা শক্তি অদু মানা মফম কদায়দা শীজিন্নসিগে হায়না খল্লি: মদু কলাদা শীজিন্নগদ্রা, বিজ্ঞানদা শীজিন্নগদ্রা, নূপী অমবু নুংশিবদা শীজিন্নগদ্রা নত্ত্রগা থবক শূবদা শীজিন্নগদ্রা? কনাগুম্বা মীওই খরদদি অসিগুম্বা পূক্লীংগী থৌইনশিন অসি য়াওদে অমদি খূদক্তা অহানবা ফংবা থবক অদু মশানা য়ানা লৌদুনা শূ-নোমদুনা পূকচেল শেংনা মখোয়গী লেমহৌরিবা পুন্সীগী শরূক অদু লেল্লি। অদুবু নহা ওইবশিংদা য়াওরিবা পূমশূপ শূপ্পা ঈশ্বর, আশা নত্ত্রগা রাখল অমতদা পুরা ওহ্নোক্কদবা শক্তি, নীংবা অমদি থবক তৌবা ঙম্বগী শক্তি, তহা তহানা মশাবু মরম খঙদনা লৈখা ফংদ্রবা নরক্তা কোক যুংনা হুহ্জবা ঙম্বা শক্তি অদু ওলেনিন্না মুন্না খঙই। মসিগুম্বসি মহাক মশা মথন্তা খঙই, মদুগীদমক পোঙজে অমসুং মদু খঙদনা মদুনা মাবু নুংঙাইহল্লি। মতম অদু ফাওবদা মহাক্লা মশা মতোমতমক নুংশি, মশাবু নুংশিদবা ঙমদে, মরমদি মহাক্লা মশাবু ফনতা খনবদগী হেন্না অতৈ খন্দে, লান্না থাজরুবদগী নীংবা কায়বা মতম লৈখিদ্রি। মোস্কো থাদোরকপদা নহা ওইরিবা মী অমনা মশাগী হৌখ্রবা অরানবশিংবু খঙজরক্লুনা, "অশেংবো পোত্তি মদু নত্তে," হায়না হায়দোকখিবা নুংঙাইবা পূক্লীংগী ফীবম অদুদা মহাক লৈ। হৌখ্রবা পূন্নমক মতা চারুবা, কান্নদবা ঙাক্তনি। মতম অদু ফাওবা মহাক থাঙ্গশেংনা পুন্সীদু য়াম্না নুংঙাইনবা হোৎনরুদে, অদুবু হৌজিক্তি মোস্কো হেক থাদোরকপদগী অনৌবা পুন্সী অমা হৌরে— থায়নগী অশোয়বশিংদু লৈররোইদবা অমসুং হেক য়ারিবমখৈ নুংঙাইবা নত্তনা অতৈ অমতা লৈররোইদবা পুন্সী অমা।

লমশাং চৎপা খোঙচত্তা অসুন্না হেক হেক তৌই মদুদি অহানবগী গাড়ি থাফম অনী-অহুম লাম্থোকপা ফাওবদি থাদোক্লন্নবা মফম অদুদা কল্পনানা অসুম লৈহৌই, অদুবু লম্বীদা অহানবা নোংঙাল্লকপদদি মদুনা খোঙচৎ অদুগী অরোইবা শরূক্তা খৌরাংনা চঙশিল্লকই, অদুদগী ভাবনা দলাল শাবা হৌরকই। ওলেনিনদসু অসুন্না তৌই।

সহরদু থাদোক্লন্নবা মতুংদা ওলেনিন্না উন্না কূপ্পবা লৌবূক-লম্মাঙ অদুদা য়েংলকই

অমদি মখোয়গী মরক্তা মথন্তা লৈবগী নুংঙাইবা অমা ফাওরকই। মহাক কোটনা মশাদু ওমশিল্লগা কাংপোৎকী ফম্ফম অদুদা হীপ্লি, ইচীক চীকপা ফাওরকই; উইরুম উইরুম তৌরকই। মহাক মরূপশিংগা কায়নবদা য়াম্না নুংঙাইতবা পোকখি, হৌখিবা নিংথমথাদা মোস্কোদা লেনখিবা পুন্সীদু নীংশিংবা, হৌখ্রবা মতমগী মমি-শামিবা ৱাখল অমদি অৱাবগা ঈরোইনবা ভাবনা শংশংনা উবা পোৎ পূন্নমক অপনবা লৈতনা মাগী কল্পনাদা চঙলকই।

মাবু থিন্দোরকপা মরূপশিং অমসুং মখোয়না হায়নখিবা নুপী অদুগা মাগা লৈনবা মরীশিং অদু মানা নীংশিংলকই। নুপী অদু ইনাক খুল্লি। "নুপীদুনা ঐবু নুংশি হায়বা খঙনা খঙনা মানা কদোমদগী নুংশিরুরিবনো?" মানা খল্লকই, মপুক্লীংদা ফত্তবা চিংনবা ৱাখল কয়া চঙলকই। "কনাগুম্বনা খন্থরবদি মীওইবদা পূকচেল শেংদবা য়াম্না লৈ।" অদুদগী ৱাহং অসিনা মাবু মায়য়োক্লরকই: "অদুবু তশেংনমক, ঐ করম্না অমুক্তা নুংশিনখিদ্রিবনো? মীপূম খুদিংমক্তা ঐসি কৈদৌঙেদসু নুংশিনরক্তি হায়। ঐগী লমচৎসি মচিং-মশোন নাইরব্রা?" মাগী অপঙবা নুংশি-নাউথেমশিংদু মানা নীংশিংলকই। মহাক্লা সমাজদা চঙলকপা, মাগী মমান্নবা অমগী মচননুপী অমগা মাগা মৈ থাল্লবা টেবল অমগী ময়াদা নুমিদাংৱাইরম কয়া ৱারী শাদুনা মতম লেনখিবা, মৈগী মঙালদুনা মাগী রুমাল লোল্লিবা থৌচিল্লবা অনৌবা খুৎশাশিং অমসুং মহাক্কী তনৌরবা ফজবা মায়থোঙগী মখা থংবা শরূক্তা য়েরকপা পূন্নমক মহাক্লা নীংশিংলকই। চৈ লাম্নবী শান্নবদা য়ারিবমখৈ কুইনা নুংঙাইনবা হোৎনবগুম্না তন্না চৎখিবা ৱারিশিং, সাধারণ ওইবা লূদবা, নমহাদুনা হোৎনখিবা মওঙ অমসুং অদুগুম্না নমদুনা তৌরুবা থবক্তা লেপ্পা লৈতনা হৌরকপা মাগী পুক্লীংগী লালহৌশিং অদু মানা নীংশিংলকই। করিগুম্বা খোঞ্জেল অমনা নাশোল ওইনা ইতৎ তক্তনা হায়খি, "মদু নত্তে, মদু নত্তে," অদুদগী মদু অচুম্বা ওইরকখি। মদুদগী মানা মশক-মতৌ ফজরবী ডি—গা মজুরকা জগোই শামিন্নখিবা বোল অমা নীংশিংলকই। "অহিং অদুদা ঐনা কয়াগী মতিক নুংশিনরুবা, কয়াদা নুংঙাইখিবা! মথংগী অয়ুক্তা য়াহৌরকপা কান্দা ঐঙোন্দা অফা-অপুন অদুম অমতা লৈতবা পোকখিবা অদুদা ঐবু কয়াদা থম্মোয় শোকহনখিবা অমসুং অৱাবদা তাহনখিবা। করিগীদমক্তা নুংশিবনা লাক্কুনা ঐগী খোঙ-খূৎ পুল্লদ্রিবনো?" মানা খল্লকই। "নত্তে, নুংশিবা হায়বা পোৎ অমা লৈতে! য়ুম্লোন্নবদা লৈবী অদুনা ডুব্রোভিন অমদি মারসল অদুদা হায়বগুম্না ঐঙোন্দা ফিলম এক্তরশিংবু নুংশি হেক হেক হায়বদুসু নুংশিবা ওইদবা তাই।"

অদুদগী হৌজিক অমুক মাগীপুক্লীংদা ফার্ম তৌবা, খুঙ্গঙদা থবক শূবা অদু নীংশিংলকই, অদুবু নীংশিংবশিং অদুদা মাগী করিসু নুংঙাইনীংঙাই লৈতে। "ঐনা চৎখিবা অসিগী

মতাংদা মখোয়না য়াম্না ঙাঙননীংঙাই লৈব্রা?" মাগী মকোক্তা চঙলকই; অদুবু "মখোয়শিং" অদু কনানো হায়বা মহাক করিমতা খঙদে। মাবু ৱাহনবা অমদি মরী লৈনদবা ৱা মুরুম মুরুম ঙাঙহনবা ৱাখল অমা মথংদা লাকই। নীংশিংলক্লিবা অসি ফূরিৎতুবা এম, কাপেল অমসুং মহাক্কী রুবল ৬৭৮ হৌজিক মঙোন্দা তোল্লিবা অদুনি, মানা মথংগী চহী ফাওবদি ঙাইবীনবা হায়জবদা ফূরিৎতুবা নুপা অদুগী মায়থোঙদা চমন্নবা অমদি গতি লৈতবা মতৌ উৎলকপদু মানা নীংশিংলকই। "ওহ, হে ঈশ্বর, হে ঈশ্বর!" মহাক্না হঞ্জিন হঞ্জিন্না হায়দুনা অৱাবা মতৌ উৎলগা খাঙঙমদবা ৱাখল অদু তাম্ব্রোক্লবা হোৎনৈ। মখোয়না কায়নরমদাইগী নুংদাং চাক চাবদা হৌদোক্লখিবা নুপী অদুগী মরমদা মানা খল্লকই, "অদুবু ফনমক হায়দুনসু,মানা ঐবু নুংশিখি। উম, ঐনা মাবু লুহোংলম্নবদি ঐ হৌজিক পৈশা অমতা তোল্লোই; মহৌশাগুম্না ঐ ভাসিলিয়েভকী শেল তোল্লি।" মদুদগী মানা হৌখিবা অহিংদা (নুপী অদুবু থাদোক্লবা মতুংদা) ক্লবতা ভাসিলিয়েভকা জুৱার শান্নখিবা অমদি মানা ইহন হন্থনা অতোপ্পা গেম অমগা শান্নখিসি হায়বদা অমদুনা থৌশাদনা য়ারক্তুবা অদু মানা নীংশিংলকই। "চহী অমা খরচ লীক্লা তৌরগা মখোয়দু পীগনি,অদুগা মখোয়দু লাইফত্তবদুনা লৌসনু! ... " থাজবা অসি লৈরবসু মাগী চাউরবা শেন্দোল, মখোয়গী তাবিখশিং, করম্বা মতমদা মখোয়বু শিংদোকপগী আশা তৌবা ঙমগদগে হাযবা অদু মানা পাবা হৌরকই। অসুক চাউনা শেল তোনখিবা হৌখিবা অহিং অদু নীংশিংলদুনা মানা খল্লকই, "অদুগা মরেল অমসুং শেভালিয়রগীসু খরা তোল্লি।" মদু পিটরজবর্গতগী মীওই খরা সশকা বি— , নিংথৌরেনগী জেনেবেলগী তেংবাংবা অফিসার ওইবা নিংথৌমচা ডি— অমসুং ধমকা য়াম্না চাউবা অহল অমগা মখোয় অসিনা শীনবা জিপসিশিংগা য়ু থকপা তান্নবা মতাং অমদনি। মহাক্না খল্লকই, "অদুগুম্বা লৈবাকমচাশিং অদুনা করম্না অসুক মশাবু পেম্থোকচরিবনো? অসিগুম্বা কাঙবু অমা শেমদুনা মদুদা মীতোপশিং য়াওরুবদা মখোয়না চীরোল তৌদুনা য়াম্না থাগৎলগা অপঙবা শীবগী করি অধিকার লৈবগে? নিংথৌরেনগী ফম্নাইবা ওইরবনি হায়বগীরা মখোয়না তৌরিবসি? করিগী, মী অতৈবু মখোয়না অপঙবা অমসুং ফত্তবনি হায়না খনবা অসি তূক্কচনীংঙাইগী মশকনি! অমরোমদা ঐদি করিগুম্বা মওঙ অমতদা মখোয়গা নক্লা তিন্ননীংদে হায়বা উৎখ্রবনি। অদুমকপু ঐনা ভাবনা শাবদা নিংথৌরেনগী জেনেরেলগী তেংবাংবা অফিসার কর্ণেল সশকা বি— গা ঐগা মরূপ ওইনবগী মতৌ অসি ঐগী লমগী মেনেজর অদুনা খঙলবদি ইঙক ঙক্কনি! উম, নুংদাং অদুদা কন্নানসু ঐঙোন্দগী হেন্না থকখিদে, অদুগা ঐনা জিপসিশিং অদুদা অনৌবা ঈশৈ অমা তম্বীখি,

মখোয় খূদিংমক মদু তারম্মী। ঐনা অপঙবা থবক কয়া তৌরম্বা য়াই, অদুবু ঐ হৌজিক ফাওবদি অফবা মী অমা ওইরি।"

অয়ূক ওইরকপদা অহৈমগুবা গাড়ি থাফম য়ৌরে। মহাক্না চা থক্লে, অদুগা ভানয়ুশানা মাগী ট্রঙ্ক অমদি পোৎয়োমশিং থাংদোক-থাংজিন তৌব্দা মহাক মশামক্না মতেং পাংই, পোৎয়োমশিং অদুগী মরক্তা মহাক্না ঈংথনা, চপতিংনা, ভাব তানা ফম্মী; মাগী মপোৎ পূন্নমক্না কদায়দা লৈবা, শেলনা কয়া য়াম্না লৈরিবা, কদায়দা য়াওরিবা, মাগী পাসপোর্ট, অৱায়বা শগোলশিংগী হুকুম-চে অমসুং মাসুল ককপগী চেশিংনা কদায়দা থমখিবা— পূন্নমক মানা খঙই; পূন্নমক অদু অদুক্কী মতিক ফজনা শীনবগুম মঙোন্দা থোকই মদুদি মহাক তশেংনা নুংঙাইবা পোক্লকই, মাগী মমাঙদা লৈবিবা শাংলবা খোঙচৎ অদু মঙোন্দা শাংদোক্লবা নুংঙাইবা খোঙচৎ অমগুম তৌবা হৌরকই।

অয়ূক অমসুং নুমিৎ য়ুংবা চুপ্পদুমা মহাক্না ভর্ষ্ট কয়া য়াম্না চৎলক্লবা, মথংগী গাড়ি খাম্ফম য়ৌগদবা কয়া ৱাৎলিবা, অহানবা সহর য়ৌগদবা কয়া ৱাৎলিবা, মানা চাক চারুগদবা মফম, চা থক্লুগদবা মফম অমদি স্তাভরোপোল য়ৌগদবা কয়া ৱাৎলিবা অমসুং খোঙচৎ অপূম্বা অদুগী শরূক কয়া থোকপগী কয়া লোইশ্লবা হায়বা পূন্নমক অসি মানা কূপ্না পারকই। মঙোন্দা শেল কয়া য়াম্না লৈরিবা, কয়া য়াম্না লেমহৌগদবা, কয়া য়াম্না শিংদোকখিগদবা, থা খূদিংগী মঙোন্দা লাক্লিবা শেলগী চাং কয়া মানা শীজিন্নগদবা অসিনচিংবগী মরমদসু মানা পারকই। সন্ধ্যা য়ৌরকপদা চা থক্লগা মানা পারকই মদুদি স্তাভরোপোল য়ৌগদবসি খোঙচৎ অপূম্বা অদুগী তরামাথোই থোকপগী শরূক তরেৎ ৱাৎলি, মানা পারকই মঙোন্দা তোল্লিবা পৈশা অদুগীদমক থা তরেৎ খবচ লীক্লা তৌবা চঙই অমদি মাগী সম্পত্তি পূন্নমক্কী নিপাল থোকপগী শরূক অমা দরকার ওইগনি, মদুদগী মাগী পূক্নীং ঈংথরদুনা মশা ওমশিল্লগা কাংপোৎ মনুংদা হীপথরকই, অদুগা অমুকসু উইরুম উইরুম তৌরকই। হৌজিক্তি মাগী কল্পনানা তুংগী ফীবমলোমদা ওনশিল্লক্লে: কোকেসসতা। মাগী তুংগী মঙলান পূন্নমক অমালাট বেক্লুম্বা অকন-অথৌশিং, সরকেসিয়ান নূপীশিং, চীং-মান, অঙম্বা লোকচপশিং, অকিবগী মশক ফংলবা ঈশিং ঈচেল অমসুং খুদোংথীবশিং অসিগা মরী লৈনৈ। পোৎ খূদিংমক অসি চনৈনদুনা ময়েক শেংদে; অদুবু মিংচৎ পাম্বা অমদি অশিবগী খুদোংথীবনা অদুগুম্বা তুংগী ঈখৌলাংবা ৱাখল অদু পীরকই। হৌজিক, অমুক্তা থেংনখিদ্রিবা থৌনা অমদি মী খূদিংমকপু ঙকহনবা পাঙ্গলগা লোয়ননা মহাক্না মশীং থীঙমদ্রবা চীংমী কাঙবু অমা হাৎলি অমদি নমথরকই; হৌজিক মহাক মশামক চীংমী অমনি, মখোয়গা লোয়ননা

রসিয়ানশিংগী মায়য়োক্তা মখোয়গী নীংতম্বা ঙাকই। পূক্লীংদা অরেপ্পা শক্তম অমা হেক লাকপদা, তোরোৎ-খোদানবা মোস্কোগী মীওইশিংনা দৃশ্য অদুদা থোরকই। সশকা বি—না রসিয়ানশিংগী মরক্তা নত্ত্রগা চীংমীশিংগী মরক্তা থোরক্নুনা মাগা লানথেংনরকই। ফূরিৎতূবা এম, কাপেল ফাওবা অঙকপা করিগুম্বা মওঙ অমদা জয় তৌরিবা মীগী মায়পাকপা অদুদা শরূক য়ারকই। পুন্নমক অসিগী মরক্তা মাগী হান্নগী ইকাইবা নংবশিং, অশোনবা অমদি অরানবশিংদু নীংশিংলুবদা নীংশিংবা অদু চাশিন্নদবা তৌদে। চীং-মান, ঈশিংচাইবী, ফজরবা সরকেসিয়ানশিং অমদি খুদোংথীবশিং অসিগী মরক্তা অসিগুম্বা অরানবশিং অসি অমুক থোক্লোই হায়বসি তশেং তশেংই। মশানা মশাগী মরান লোইনমক অমুক্তং য়াজরগা পুন্নমক অদুগী অরোইবা ওইরে। অতোপ্পা ভাবতা উরিবা শক্তম অমা—মখোয় ময়ামদুদগী খ্বাইদগী হেন্না খোয়থুম্লবা নূপীগী শক্তম অমা নহা ওইরিবা মী অদুগী তুংগী ৱাখল খুদিংমক্কা ঈরোইনরকই। চীং-মান মরক্তুদা মহাক্তু ফীবম ফজরবী, মশম শাংলবী অমদি য়াম্না খোয়জঙনা নোম্লুকপা মতৌ উৎলিবা মমীৎনা লৈতেং ওইরিবী সরকেসিয়ান মীনাইনূপী অমগুম মাগী কল্পনাদা উরকই। চীং মরক্তা অচীকপা খাংপোকশঙ অমা মাগী ভাবনা শাগৎলি; অদুগা মানা চোকথনা উফুল-ৱাইফুল তৈনা, ঈ তানা মিংচৎকী উরোং খিন্দুনা লাকপা মতমদা নূপীদুনা থোঙজিন্দা লেপ্তুনা মহাকপু ঙাইবদু মানা উরকই। নূপীদুনা মাবু চুপ্পা, মাগী লেংবান, নুংশিরবা খোনফম অমসুং মাগী নোম্লুকপা মতৌশিংদু মহাক খঙই। মহাক গুম্ফৎনীংঙাই ওইবীনি, অদুবু মহৈ হৈতবী, চাওখত্তবী, তুররিংবীনি। শাংলবা নিংথমথাগী সন্ধ্যাশিংদা মহাক্না মাবু মহৈ-মশিং তম্বীবা হৌই। নূপীদু শিংই, থোইদোকপা জ্ঞান পীথোরকই, মানা দরকার ওইবা জ্ঞান খুদিংমক থুনা তানশিল্লি। করিগী ওইরোই? মানা মীরৈবাক্কী লোলশিং ইরায় লায়না তম্বা ঙমগনি, ফ্রেঞ্চকী খ্বাইদগী ফজরবা লাইরিকশিং পাবা অমসুং খঙবা ঙমগনি; খুদম ওইনা, *নোটর-ডেম দ পেরিস*না মাবু শোয়দনা পেলহনবা ঙমগনি। মহাক ফ্রেঞ্চ লোলসু ঙাঙবা ঙমগনি। মহাক্না ফম্ফমকাদা অৱাংবা থাক্কী সমাজগী নূপী অমদগী হেন্না মশাগী পোকপদগী পীথোরকপা চীংলেম্বা গুণ অদু উখোকপা ঙমগনি। মহাক্না ইচম চম্না, শক্তি লৈনা, পূক্লীংগী ঈথক হৌনা ঈশৈ শকপা ঙমগনি... "ওহ, কয়াদা ভাব তাদ্রিবা!" মহাক মতোমতা হায়জরকই। অদুবু মফমসিদা মখোয় গাড়ি থাফম অমা য়ৌরে, অদুদগী মহাক্না অতোপ্পা কাংপোৎ অমা শিনবা অমসুং পৈশা খরা পীবা তারে। অদুবু মহাক্না থাদোকখ্রবা "ভাব তাদবা ৱাখলদু" মাগী কল্পনানা অমুক লামশিনবা হৌরকই; ফজরবা সরকেসিয়ানশিং, মিংচৎ অমসুং জেনেরেলগী

তেংবাংবা অফিসার ওইনা থবক ফংদুনা নুংশিরবী নূপী অমগা লোয়ননা রসিয়াদা অমুক হন্নকপা পূন্নমক অসি মাগী কল্পনাদা উরকই। "অদুবু নুংশিবা হায়বা পোৎ অমা লৈতে," মা মতোমতা হায়জবকই। "মিংচৎ হায়বসি পূন্নমক অরেম্বনি। অদুবু রুবল ৬৭৮ অদুদি?... অদুগা ঐগী পুন্সীসিমা কোন্ননবা লন অদুদগী হেন্না পীগদবা লোইচন্নবা লৈবাক অদু? অদুম ওইনমক লন খূদিংমক অদু ঐ ইশাগী ওইনা লোইনা থম্বা অচুম্বা ওইরোই। মদু ঐনা য়েম্লোকপা তাই। অদুবু কনাদা? ফরে, রুবল ৬৭৮ না কাপেলদা, অদুগা য়েংখিগে..." হৌজিক যান্না শেংদবা ভাবকী শক্তমশিংনা মাগী পূক্নীংবু লৈচিল থাংহন্লে, ভানয়ুশাগী খোঞ্জেল অমদি কাংপোৎ খাম্বা অদুতনা হকচাং ফবা নহাগী খূৎতুম অদু থুগাইরকই। খঙবোই খঙদবোই তৌনা মহাক্না অতোপ্পা কাংপোৎ অমদা হোংলগা মাগী খোঙচৎ অদু চখৈ।

মথংগী অযুক্তা পূন্নমক হান্নগী হান্না অদুগা চপ মান্ননা চখৈ: মান্নবা মখলগী গাড়ি খাম্ফমশিং অমদি চা থকফম, চৎলিবা শগোলশিং অদুমক্কী মমৈগী মখাদা পুল্লিবা শউনগী মবীশিং, হান্নগুম্না ভানয়ুশাগা ন্নারী মতেক মতেক শানবা, ময়েক শেংদবা মঙশিং মঙবা, তূম্নিংবা, অদুগা অহিংদা হান্নগুম্না চোকথরবা, মশা ফরবা নহা অমগুম্না তূম্বা— পূন্নমক অসিনি।

# ৩

ওলেনিন্না ময়ায় থংবা রসিয়াদগী হেন্না হেন্না অসুম লাপথোরক্লিবমখৈ মাগী নীংশিংবা খিবিক অদুসু অসুম অসুম থাপ্না লৈহৌরে; কোকেসসতা অসুম হেন্না নকশিল্লক্লিবমখৈ মাগী থম্মোয়দু নুংঙাইবা হেল্লকই। "ঐ মতম পূম্বগী ওইনা অদুম লৈখ্রগনি; সমাজদা ইশাবু উৎলুনবা কৈদৌঙৈদসু হল্লরোই," করিগুম্বদা মঙোন্দা লাকপা ৱাখল অমনি। "মফমসিদা ঐনা উরিবা মীশিং অসি মী নত্তে। মখোয় কনামতনা ঐবু খঙদে, মখোয় কনামতা ঐনা লৈরম্বা মোস্কো সমাজদা কৈদৌঙৈদসু চঙলকপা ঙমদে, নত্ত্রগা ঐগী হৌখিবগী মরীদা খঙবা ঙমদে। অদুগা অসিগুম্বা মীশিংগী মরক্তা লৈদুনা ঐনা করি তৌরিবগে হায়বা সমাজ অদুগী কনাগুম্বা মী অমতনা কৈদৌঙৈদসু খঙলোই।" মহাক্না মোস্কোদা তিন্নরম্বা মীশিংদুনা ওইখিবা মওঙ অদুগী ভাব অদোমদদি মীনি হায়বা ফাওবা খন্দবা চাওখত্তবা মীওইশিংবু লম্বীদা উন্নবা মতমদা মাগী হৌখিবা পুন্সীদগী তশেংনা অনৌবা নীংতম্বা ৱাখল অমা মঙোন্দা ফাওরকই।

মীশিংনা অদুক্কী মতিক লূদবা অমদি চাওখৎপগী খূদম ৱাৎলক্লিবমখৈ মহাক হেন্না নীংতম্বা ফাওরকই। মানা ফাওদুনা চৎকদৌরিবা স্তাভরোপোলনা মাবু হৈনিংবা পোকহন্দে। সাইনবোর্ডশিং— মখোয়গী মনুংদা খরনা ফ্রেঞ্চ লোন্দা ইরিবা, গাড়িদা তোংলিবা নূপীশিং, কৈথেলদা লৈরিবা শগোলগাড়িশিং অমসুং ক্লোক লীৎপা টুপি অৱাংবা উপ্না লৈবাকমচা অমনা নাকন্দা উ পরেং শানা হৌরিবা অচৌবা লম্বীদা অচৎ-অওকশিংবু মুন্না য়েংদুনা চৎলিবা— পূন্নমক অসিনা মাবু ইনুং নুংঙাইহন্দে। "অসিগুম্বা মীওইশিংসিনা ঐগা তিন্নরম্বা মী খরদি খঙবা য়াই," মানা খল্লকই; অদুদগী মহাক্না অমুক নীংশিংলকই— ক্লব, মাগী ফুরিৎতুবা, জুৱার শান্নবা, সমাজ... অদুবু স্তাভরোপোলগী মথংদদি পূন্নমক অপেনবা ওইরে— মহৌশাগী ওইবা, অদুগা ফসু ফজবা অমসুং লানগী ঈখৌলাংবা, অদুদগী ওলেনিন্না হেন্না নুংঙাইবা ফাওরকই। কোসাকশিং, ড্রাইভরশিং, পোষ্ট-ষ্টেসন মাষ্টরশিং পূন্নমকসি করম্বা শাগৈ জাৎনো খন্দনা মহাক্না নীংতম্না ফাগী-জুগায় তৌবা অমদি ৱারী শানবা য়াবা ইচম

চম্বা মী কাঙলুপ ওইনা উবকই। মখোয় পুন্নমক ওলেনিন্না মফম খঙদনা নুংশিজবা মীওইবা জাতিদা তিন্নি, মখোয় পুন্নমক্না মাবু মরূপ-মপাংগুন্না তৌই।

দোন কোসাকশিংগী লমদা মাগী কাংপোৎ অদু হান্ননা কাংখোঙ পানবা গাড়ি অমা শিনখ্রে, অদুদগী স্তাভবোপোল লাম্থোবক্রবা মতুংদদি মহাক অদুক্কী মতিক লুম্বা ফাওবকই মদুদি মহাক্না মাগী লূন্নবা কোট অদু লীত্তনা চৎলে। বসন্ত ঋতু হান্ননা ওইবে— ওলেনিনগীদি থাজদনা থোক্লবা নুংঙাইববা বসন্ত। নুংদাংদা মহাক কোসাক খুঙ্গঙশিংবু থাদোক্তুনা চৎকে হাযবা যাদ্রে, মীশিংনা হায নুমিৎ তাবগা চৎপা অসি খুদোংথীনিংঙাইনি। ভানযুশাদু লাঙতক্লবা পোক্লকই, মখোয় গাড়ি মনুংদা মব্দ হানবা নোংমৈ অমা পুই। ওলেনিনদি অমুক হেন্না নুংঙাইবকই। পোষ্ট-ষ্টেসনশিংগী মনুংদা অমদা পোষ্টমাষ্টবনা মঙোন্দা ইকুই কুইদনা চীংলম্বীদা অকিবা মীহাৎ অমা থোকখিবগী ৱা তন্নকই। মখোযনা খূৎলাই পাযবা মী থেংনবা হৌবকই। "হৌজিক্তি হৌবে।" ওলেনিন্না খল্লকই, অদুদগী মখোযগী মবমদা যান্না তোযনা পনখ্রবা উনগী চীংশিং অদু উবগী আশা অদুম তৌদুনা লৈ। নোংমা নুমিদাংৱাই অমা নোগাই দ্রাইভব অদুনা মাগী শাজৈনা লৈচিলনা কুপ্পবা চীংশিংদা থিন্দুনা তাক্লবই। ওলেনিন্না থৱায যাওনা যেংই, অদুবু মদু মযেক ইশেং শেংদে, চীং-মানশিং অদু লৈচিলনা অযাম্বা কুপ্পী। ওলেনিন্না ৱাউথাংনবা, অঙৌবা অমসুং ইফা ফাদোকপা কবিগুম্বা অমা উবকই, অদুবু মানা হোৎনদুনসু মানা যান্না তোযনা পাখিবা অমদি তাখিবা চীংশিংগী ফজবদু অমতসু ফংবা ঙমদে। চীং অমদি লৈচিলশিং অদু মঙোন্দা যান্না ইমান মান্নবগুম তৌই, মঙোন্দা যান্না তোযনা ৱাবী লীখ্রবা উনগী চীংদোনশিংগী থোইদোকপা ফজবদু বাখকী ঈশৈদা অনৌবা পুথোকপগুম্বনি অমসুং মানা থাজদ্রবা নূপীবু নুংশিবা হাযবা পোৎ অদুগুম্বনি। অদুনা মানা চীংশিংদা যেংবা তোক্রে। অদুবু মথংগী অঙনবা অযুক্তা অশেংবা নুংশিৎনা মাবু গাড়ি মনুংদা হৌদোক্লবদা মহাক্না থৌশাদনা যেৎলোমদা যেংলকই। অযুক অদু মপুং ফানা তশেং তশেংই। ইখঙ খঙহৌদনা চাউবাক্না খোঙকাপ কুনমুক লাপ্পা লূনা ঙৌববা অচৌবা নীংথিজববা মপানগী পবিং য়াওবা মওঙ নাইদবা মপৈশিং, অথাপ্পা অতিযা তন্না য়ান্না ৱাংনা চপযুংনা হাইগৎখিবা মখোযগী মতোনশিংগী তশেং তশেংবা অঙকপা ঙমখৈগী পবিংশিং অদু মানা অহানবা মীৎয়েংদা উবগুম খৎউ উবকই। মহাক মশামক্না চীংশিং অমসুং অতিযাগা মবক্তা লাপ্নবিবা, চীংশিংনা পাকশন্না চাউনা শন্দোক্তুনা লৈবিবা মতৌ অমসুং ফজবা পুন্নমক অদুগী ঙমখৈ লৈতবা মতৌ অদু খঙলকপদা মসি মায়া নত্ত্রগা মঙ অমা নত্তনা অতৈ অমা নত্ত্রে হাযনা মহাক্না অকিবা পোক্লকই। মানা মীৎ-না খবা শিংনবা লেঙলকই,

অদুবু চীংশিং অদুদি অদুম চপ মান্নরা লৈ।

"মদু করিনো? মসি করিনো?" মানা নোগাই ড্রাভর অদুদা হংই।

"করিগীনো? চীংশিংনি," নোগাই ড্রাইভর অদুনা ইথৌ থৌশাদনা খুম্লকই।

ভানযুশানা হায়রকই, "ঐসু কুইরে মখোয়দা য়েংলক্রিবা। মখোয়সি ফজদ্রা? য়ুমদদি মসি কনানসু থাজরোই।"

নাল্লবা লম্বী অদুদা চেনবা গাড়িগী খোঙজেল অদুনা চীংশিং অদুসু মালেম অমসুং অতিযাগী তাইনফমদা চেনবগুম তৌই, অদুগা মখোয়গী গোলাব মচু মাল্লবা মতোনশিংদু থোবক্রিবা নুমিৎকী মঙালদা তরং তরং ঙাল্লি। অহানবদা ওলেনিন্না মদু উবদা চুম্নতা ঙক্রম্মী, অদুদগী মদুনা মাবু নুংঙাইহল্লকই; অদুবু মমৈদা অমুবা অতোপ্পা চীংশিংগী মকমদগী নত্তবা তম্পাক্তগী চুমদ্রীং বাংখক্নুনা পাকশন্না শন্দোকখ্রিবা উন্না কুপ্পা চীংশাং পরেং অদু হেন্না পুক্লীং চঙনা য়েংবদা মদুগী ফজবদু তপ্পা তপ্পা খঙলকই। মমৈথঙদা চীংশিংদু হকথেংননা খঙবা হৌরকই। মীকুপ অদুদগী হৌরদুনা মহাক্না উবা, খনবা অমসুং পুক্লীংদা ফাওবা পোৎ খুদিংমক চীংশিং অদুগুম্না অচেৎপা চীংলেম্বা অনৌবা শক্তম অমা ওইনা মঙোন্দা থোবকই! মোস্কোবু নীংশিংবা, ইকাইবা অমদি নীংঙমদবা, অদুগা থোইনা মরু ওইদবা কোকেসসকী মঙলান পুম্নমক্তু মাঙখ্রে, অমুক লাকখিদ্রে। চীংলেম্নবা খোঙ্জেল অমনা মঙোন্দা হায়বগুম তৌরকই, "*হৌজিক্তি হৌরক্রে।*" অথাপ্পদা উরক্রিবা লম্বী অমসুং টেরেক, কোসাক খুঙ্গঙশিং অমদি মীওই পুম্নমক মানা ফাগীগুম্না অমুক উদ্রে। মহাক্না অতিয়াদা য়েংই, চীংশিং অদুবু নীংশিংলকই। মানা মশামক্তা নত্ত্রগা ভানয়ুশাদা য়েংই, অদুগা অমুক হন্না চীংশিং অদুগী মরমদা খন্থরকই... কোসাক অনীখক্না নাকন্দা শগোল তোংদুনা চৎলি, মখোয়গী নোংমৈ মথুমশিংনা মখোয়গী মনঙ্গন্দা তাল নাইনা হাইরি, অঙৌবা, ঙাঙলৈনবা বাউথাংনবা শগোলগী মখোঙশিংদু চগুঙননা পুনশিন্নরি... অদুদগী চীংশিং! টেরেক বাংমদা চেচেন *ওল* * অমদগী মৈখু কারকই... অদুদগী চীংশিং! শীংনাং মরক্তা থেক্লা খোয়না চেল্লিবা টেরেকী মথক্তা থোক্কৎলকপা নুমিৎনা তরং তরং ঙাল্লি... অদুদগী চীংশিং! খুঙ্গঙ-দগী শনগাড়ি অমা লাকই, নুপীশিং, নহা ওইরিবী ফজরবী নুপীশিংনা হেনগত্নুনা চৎলি... অদুদগী চীংশিং ! *অব্রেকশিংনা* ** শগোল তোংদুনা তম্পাক অদুদা তপ্পা চৎলি, ঐনা মফমসিদা মখোয়বু কিদবমখৈ গাড়ি তোংদুনা চৎলি! ঐঙোন্দা য়াওরি নোংমৈ, পাঙ্গল অমসুং নহা ওইবগী মতৌ... অদুদগী চীংশিং!

* চেচেন খুল।

** রসিয়াগী টেরেক খোঙবান্দা লুট-পাৎ অমদি হুরান-চীহি তৌনবা লানশিন্নকপা য়েক্লবা চেচেনশিং।

# ৪

গ্রেবেন কোসাকশিংগী খুলশিংনা মপান্দা তারিবা টেরেক্কী পরিংনা (চাউরাক্লা ভর্ষ্ট মরিফুম্মুক্লা) কোয়শিনবা জগা অপুম্বদু লৈরিবা খুঙ্গঙ অমসুং তারিবা মীশিং অনীমক্কা চুশিন্রে। চীংগী কাঙলুপশিংবু কোসাকশিংদগী খাইদোক্লিবা টেরেক তুরেন্না, হাম্নবা পাক্লা মোংহাদনা চেন্নস্লবসু হৌজিক্তি মাগী য়েৎ থংবা, নাপী-শীংনাং হৌবা অনেম্বা তোর্ব্বান্দা ৱাউথাংনবা লৈঙোই ইতৎ তত্তনা পৈশিল্লদুনা অমসুং য়াম্নদি ৱাংদবা চপ ঙম্বা ওই থংবা তোর্ব্বান্দু চহী চামা শুরবা ওক পাম্বীশিংগী মরাগা, পুমথরক্লবা প্লেন-উপালশিং অমসুং অপীকপা শুমজিৎ পাম্বীশিংগা লোয়ননা চামথোক্লদুনা ইনৈ নৈনা ঈচেল কন্না চেল্লি। য়েৎ থংবা তোর্ব্বান্দা ঈংথহনখ্রবা অদুবু হৌজিক ফাওবা খরমখৈদি তপথদ্রিবা চেচেনশিংগী খুলশিং তাই। ওই থংবা তোর্ব্বান্দা তুরেল অদুদগী ভর্ষ্ট মখায় অমা চৎলগা ভর্ষ্ট তরেৎ-নিপাল্লোম লাপ্ন-লাপ্ননা কোসাক খুঙ্গঙশিং তাগ্রি। থায়নগী মতমদদি অসিগুম্বা খুলশিং অয়াম্বা তুরেলগী তোর্ব্বান্দা তারম্মী; অদুবু চহী চহী খুদিংগী টেরেক্লা চীংশিং অদুদগী অৱাংলোমদা থৈদোরক্তুনা তোর্ব্বান অদু ঈশিংনা পুথখ্রে; হৌজিক্তি থায়নগী খুঙ্গঙশিংগী অমাঙ-অতাশিং, মফম পুন্নমক্তা হৈজামপেৎ অমুবা পাম্বীগী মোংশোং অমসুং লমগী অঙ্গুর পাম্বীশিংনা লোইনা কুপশিনখ্রবা পোপলর উপালশিং অমসুং নাশপাতি অমদি বোরোই পাম্বীগী হৈকোলশিং অসিতা মঙায়রে। হৌজিক্তি মদুদা কনাসু লৈত্রে; মফমশিং অসিবু নুংশিরক্লবা শজি, কৈশাল, থেবা অমসুং নোংইনশিংগী লম্বীশিং অদুতা কনাগুম্বনা উই। তোপ মরূ কাপখিবমুক চুম্না খুল অমদগী খুল অমদা উমং ফাওনা চৎপা লম্বী অমমম লৈ। লম্বীশিং অদুদা কোসাকশিংগী কোর্ডোনশিং পরেং শানা লৈ অদুগা অৱাংবা সন্ত্রী তৌফম দলানশিংসু সন্ত্রীগা কোম্নবা লৈ। লৈহাও চেনবা, উ হৌবা গজ চাতরেৎমুক পাকপা মরাক চপ্পা লম মচেৎ অমখক্তমক কোসাকশিংগীনি। মদুগী অৱাংদা নোগাই নত্ত্রগা মোজদোক্কী উ হৌদবা অহাঙবা তম্পাক্কী লৈঙোইপুংশিংনা অৱাং পাংনা শন্দোকপা হৌখিদুনা ট্রখমেন, এষ্ট্রকেন অমসুং কিরগিজ-কাইসাক্কী উ হৌদবা অহাঙবা তম্পাক য়ৌখ্রগা কদায় ফাওবা

য়ৌনা শব্দোকশ্রবগে হায়বদু ঈশ্বরতনা খণ্ডগনি। টেরেক বাংমগী খা থংবা শরুক্তা অচৌবা চেচনিয়া চীংশিং, কোচকালিকোভস্কি চীংশাং, ব্লেক মাউন্টেনস, অতোপ্পা চীংশাং অমগা অমসুং অরোইবদা উদি উরগা ময়াম্না কৈদৌঙৈদসু কানরুদ্রিবা উনগী চীংশিং লৈখ্রি। অসিগুম্বা উ হৌবা লৈহাও চেনবা মনা-মশীং ফজনা হৌরবা লম মচেৎ অসিদা, নীং-শিংবনা হেক য়াবমখৈ লাকশিনবদা, লান পাম্বা, মশক-মতৌ ফজবা, গ্রেবেন কোসাক হায়না কৌরবা ওল্ড বিলিভর* কাণ্ডলুপ্তা তিনবা চাওখৎলবা রসিয়ান কাণ্ডলুপ অমা লৈখ্রে।

থায়না, থায়না মমাঙঙৈদা মখোয়গী মপা-মপু ওল্ড বিলিভরশিংনা রসিয়াদগী চেল্লকখি অমদি টেরেক্কী বাংমদা লৈবা অচৌবা চেচনিয়া চীংশিংগী উ হৌবা অহানবা চীংশাং গ্রেবেনদা খুন্দাদুনা চেচেনশিংগী মরক্তা লৈখিরম্মী। কোসাকশিংনা হৌজিক ফাওবা অশেংবা রসিয়ান লোল অদু করিমতা হোংদনা ঙাঙবগা লোয়ননা মখোয়গী অরিবা থাজবীসু অদুম ঙাক্লা চংলবসু চেচেনশিংগী মরক্তা লৈখিদুনা মখোয়গা চাবৌ-মৌরৌনখি অমসুং চীংমী কাণ্ডবুগী লমচৎ-শাজৎ, থাজনবী অদু লৌখি। মখোয়দা হৌজিক ফাওবা ফোঙ ফোঙ শারিবা চীম্বাঙ য়েনা লীনরকপা ৰারী অমনা অসুন্না হায় মদুদি কিনীংঙাই মশক ওইরবা জার আইভান্না টেরেক্তা লাক্কুনা মখোয়গী মপা-মপুশিংবু কৌরম্মী, অদুগা মখোয়বু রসিয়াগা মরূপ ওইসি হায়দুনা তকশিল্লদুনা অমদি মখোয়বু নমহাদুনা ঙাকপা অমদি মখোয়গী থাজবদু হোংহনবা তৌরোই হায়না ৰাশক্লদুনা মহাক্লা তুরেলগী নাকলসোমদা লৈবা লম অদু মখোয়দা পীথোক্লম্মী। হৌজিক ফাওবদা কোসাক ইমুংশিংনা চেচেনশিং অসি মখোয়গী মরী-মতানি হায়; নীংতম্বা, ৰাইশংনা লৈবা, লুট-পাৎ তৌবা অমদি লান পাম্বা অসি হৌজিক ফাওবা মখোয়গী মপুং ওইবা শাজৎ ওইরি। অদুবু রসিয়ানশিংনা ভোটনচিংবদা খূৎ থিংজিল্লক্কুনা, গির্জাগী কাংশিশিংবু সরকারনা লৌশিন্দুনা, লম অদুদা লাম্মী ময়াম লৈহন্দুনা নত্রগা মসিদা ফাওদুনা চত্তুনা মীনুংশি য়াওদবা ইথিল অদুতা চঙলকপা মওঙ উই।

কোসাক অমনা মীগী খুঙ্গঙ ঙাক্লবগীদমক মাগী ময়ুমদা লৈরবা, অদুবু মাগী খাং-পোকশঙদুদি চুরুট মৈখু চুহন্দুনা পূম্মাঙ মাঙহল্লিবা সিফাই অদুবুদি মাগী মচীন-মনাউ হাংলম্বা য়াবা *কিজিৎ*** চীংমী অদুবুনা থোইনা হেন্না তুক্কচদে। মানা মাগী য়েক্লবা চীং-মীবু ব্যবহার তৌই, অদুগা মাগী মমীত্তা মীরৈবাকমচা অমদি ওৎ-নৈবা মী ওইনা উরিবা সিফাই অদুবুদি তুক্কচনা উই। তশেংনমক, কোসাক অমগী মীৎয়েংদা রসিয়াগী লৌমী

* ওল্ড বিলিভর হায়বা অসি ভরাভয়েংওবা শতাব্দীদা রসো-গ্রিক চর্চতগী খাইদোরকপা কাণ্ডলুপ অমবু খঙনবা মিংনি।

** রেদ ইন্ডিয়ানশিংগী মরক্তা অথৌবা হায়বদুগা মান্না মাৱৈ; অদুবু ৰাহে অদুদি শগোল থৌবা হৈবা হায়বগী অর্থগা ভক্তনা মরী লৈনৈ।

অমবু অতোপ্পা লৈবাক অমদগী লাকপা তমথিবা, তৃক্কচনীংঙাই ওইরবা জীব অমা ওইনা উই অমদি লৈবাক অদুদা পোৎ হাবা লাকপা মীশিং অমসুং কোসাকশিংনা তৃক্কচনা "শামতুখোম্বা" হায়না কৌনবা লিটল রসিয়াদা খুন্দারকপা মীওইশিং অদুগী নমূনা ওইনা মখোয়বু উই। মঙোন্দদি সরকেসিয়ান অমগুম শেৎ-চাবসি মশা খীংবা মতৌনি হায়না লৌই। খ্বাইদগী ফরবা খুৎলাইশিং চীংমীশিংদগী ফংই, অদুগা খ্বাইদগী ফরবা শগোলশিং মখোয়দগী লৈ নত্ত্রগা হুরাল্লি। থৌনা ফরবা নহা ওইরিবা কোসাক অমনা টার্টর খঙই হায়বা উৎনীংই অমদি য়ু থক্কুনা হরাউ-তয়াম্বা মতমদা মখোয় কোসাক মশেন্দা ফাওবা টার্টর ঙাঙই।

পূন্নমকসি ওইদুনসু পৃথিবীগী অপীকপা কাচিন অমদা খুদোংচাদনা মরূপ মপাং কনা লৈতনা হাইফেৎ তমথিবা মুসলিম কাঙবুশিং অমসুং সিফাইশিংনা কোয়শিন্দুনা লৈরবা অসিগুম্বা পীক্লবা খ্রীষ্টান কাঙলুপ অসিনা মশাবু য়াম্না চাওখৎপা ওইনা খঞ্জে, কোসাকশিং নত্তনা কনাগুম্বা অমতবু মীওইবনি হায়না খন্দে, অতৈ পূন্নমকপু হন্থুনা য়েংই। কোসাক অমনা মাগী অয়াম্বা মতমদি কোর্ডোনদা, থবক শূবদা, শা তানবদা নত্ত্রগা ঙা ফাবদা লেল্লি। মানা ময়ূমদদি পঙনা থবক শূদে। মানা খুলদা লৈরবদি মদু সাধারণ ওইবা নিয়মদা পঙনা থোক্তবা অমনি, মানা ছুটি লৌরিবনি। কোসাক পূন্নমক মখোয় মখোয়গী য়ু শুংই; অদুগা য়ু থকপসি ধর্ম্মগী তৌফম থোকপা নিয়ম, মদু পাঙথোক্ত্রগা ধর্ম্ম লৈতবনি হায়না খন্নবা— চৎনবী অমগুন্না ময়াম্না অদুক হাক্লা পান্নবা নত্তে। কোসাক অমনা নূপীবু মাগী নুংঙাই-য়াইফবগী পাম্বে অমগুম্না লৌই; লুহোংদ্রিবী নূপীমচাশিংতদি মখোয়বু নুংঙাইজনবা থাদোকই। লুহোংলবী নূপী অমনা নহা ওইরিঙৈদগী য়াম্না অহল ওইরবা ফাওবদা মাগী মপুরোইবগীদমক থবক শূবা তাই: মপুরোইবনা মঙোন্দগী পাম্বদি নোংপোকলমগী ওইবা নোল্লুকপা অমসুং থবক শূবা অসিনি। অসিগুম্বা মীৎয়েং অসিগী ফলনা নূপীশিংবু পূক্লীং হকচাং অনীমক য়াম্না ফগৎহল্লি; নোংপোকলোমগী মফম খূদিংমক্তা তৌবগুন্না মখোয়সি মমিংদা ওইনা মখা পোল্লবসু মখোয়না য়ুম্বানবগী পুঙ্গীদা নোংচুপলোমগী নূপীশিংদগী য়াম্না হেন্না মচীন চৎপা অমসুং মরু ওইবা হেল্লি। মীয়ামগী পুঙ্গীদগী তোপ্পা লৈবা, নূপাশিংগী ওইবা অকনবা থবক্তা হৈনবা অদুনা নূপীশিং অদু য়ুম্বানবগী থবক্তা হেন্না শক্তি লৈবা অমসুং মরু ওইবা ওইহল্লি। শকখঙদবা মীশিংগী মমাঙদা মাগী নূপীবু লুনা চান্না তৌবা নত্ত্রগা দরকার লৈতনা মঙোন্দা বা ঙাঙবসি ফজদবনি হায়না খনবা কোসাক অমনা মাগী নূপীদা ঙায়রবা কান্দা নূপীনা মথক থোংবগী মতৌদু মথন্তা খঙজে। মাগী য়ুম, লন-থুম অপূম্বা, তশেংনমক লৈরিবা য়ুম-হিঙ্গোল পূন্নমক মরু ওইনা মাগী নূপীনা শূ-নোম্বদগী ফংলকপনি, মাগী নূপীগী মীৎয়েং

মখাদা পুন্নমক পুন্না লৈ। কোসাক অমনা শূ-নোম্বা অসি নোগাই থবক শূবা মী নত্ত্রগা নূপী অমগীতা চানবা অচোপ্পা থবক্লি হায়না চেৎনা থাজরবসু মানা শীজিন্নরিবা মাগীনি হায়রিবা পুন্নমক অদু অদুগুম্বা শূ-নোম্বা অদুগী মহৈনি হায়বা অচুম্বদু মানা শেংফাত্তনা খঙই, অদুগা অসিমসু মানা হাইফেৎ খঙই মদুদি মাগীনি হায়বা পোৎ খুদিংমক মহাক্না মীনাইনি হায়না খল্লিবা নূপী (মাগী মমা নত্ত্রগা নূপী) অদুনা ফংহন্দবা গুম্মী। অমরোমদা, নূপাগী অরুম্বা থবক লেপ্তুনা তৌবা অমসুং মখোয়দা শিন্নরিবা দায়িত্বশিং অসিনা গ্রেবেন নূপীশিং অদু তোপতোপ্পা নীংতম্বা নূপা ওইবগী মতৌ অমা লৈহল্লি, মদুনা মখোয়গী শক্তি, চৎনবী জ্ঞান, ৱা লেপ্পা অমসুং চনীং তাবা মতৌদু শীংথানবা য়ানা হেনগৎহল্লি। অয়াম্বনা নূপীশিংনা নূপাশিংদগী হেন্না কল্লি, শিংই, মপূং ফায় অমসুং ফজে। গ্রেবেন নূপী অমগী পুক্নীং চিংশিন্নীংঙাই ওইবা ফজবদি খ্বাইদগী শেংলবা সরকেসিয়ান মায়থোঙগী মওঙগা অৱাং-লোমগী নূপীশিংগী মশা মউ ফনবা অমদি মীওই-মীতৌ ফবা ফীবম অনীসিনা মঙোন্দা পূনবা অদুনি। কোসাক নূপীশিংনা সরকেসিয়ানগী ফিজোল শেৎলি: টার্টরগী ফূরিৎ অচোনবী, *বেশমেট** অমদি অমোনবা খুদোল খোঙউপ; অদুবু রসিয়ানশিংগী চৎনবা মওঙদা মকোক্তা রুমাল পুল্লি। মশা খীংবা, তরু-তনানবা অমসুং মখোয়গী ফিজেৎ-চাকচা অমদি য়ুমগী শিঙ্খোঙদা ফজবসি মখোয়দদি চৎনবী অমনি, তৌদবা য়াদ্রবা অমনি। নূপীশিংনা, থোইদোক্না লুহোংদ্রিবা নূপীমচাশিংনা মখোয়গা নূপাশিংগা লৈনবা মরীদা মপূং ফানা নংতম্বগী নুংঙাইবদু ফংই।

নোভোমলিনস্কায়া খুল অসি গ্রেবেন কোসাকশিংগী লমগী খ্বাইগী ময়ায়নি হায়না খন্নে। থায়নগী গ্রেবেন মীওইশিংগী চৎনবীশিং অদু লম অসিদা মফম অতৈগী খ্বাইদগী হেন্না ফজনা ঙাক্তুনা লৈরক্লি; মফমসিগী নূপীশিংগী ফজবা অসি নীংশিংবা থোক্তবা মতমদগী হৌরদুনা কোকেসসকী মফম পুন্নমক্তা মমিং চৎলি। কোসাক অমগী হিংনবগী লম্বী অসি অঙ্গুর হৌফম, হৈকোল, তরবুজ অমসুং মাইরেল থাফম, ঙা ফাবা, শা তানবা, চুজাক অমসুং মিলেৎ থাবগী থবক, লানগী অমাঙ-অতাশিং অসিদগী ওই।

নোভোমলিনস্কায়া খুল অসি টেরেক্তগী ভর্ষ্ট অহুমলোম লাপ্পা লৈ, মদুদগী মসি শুক্লবা উমংনা খায়দোকই। খুল অদু ফাওদুনা চৎলীবা লম্বীগী নাকল অমদা তুরেলদু লৈ; অতোপ্পা নাকল অমদনা অশংবা অঙ্গুর হৌফম অমদি হৈকোলশিং লৈ, মদুগী ৱাংমদা নোগাইগী উ হৌদবা অহাঙবা তম্পাক্কী লৈঙোইপুংশিং উবা ফংই। খুল অদু লৈপন্না অমদি তিংখং

* টার্টরগী পাম্বোম য়াওবা অচোনবা ফূরিৎ মখল অমা।

পানবা হৈজামপেৎ পাম্বীগী শম্বলনা কোয়শিল্লি, ইনা মথক কুপ্পা, উখোঙশিংদা য়াল্লিবা অৱাংবা গেট অমদা চঙগদবনি। মসিগী নাকন্দা করিগুম্বা মতম অমা নত্ত্রগা অমদা কোসাক-শিংনা মুল্লকপা লেঙ-ওৎপা ঙমদ্রবা, ফজদ্রবা, চহী চামা কাপ্লক্ত্রবা তোপ অমা উগী গাড়ি অমগী মথক্তা খিন্দুনা লৈ। য়ুনিফোর্ম শেৎপা কোসাক সন্ত্রী অমনা থাঙগা নোংমৈগা লোয়ননা করিগুম্বদা গেট অদুগী মনাক্তা শঙদুনা লেপ্পা য়াওই, লেপ্তবসু য়াওই, করিগুম্বদা লাম্হোক্তুনা চৎলিবা অফিসার অমদা খূৎলাই লানবা য়াওই— করিগুম্বদা লান্দবসু য়াওই। চঙফমগী য়ুমথক মখাদা অঙৌবা বোর্ড অমগী মথক্তা অমুবা ময়েক্লা ইবি: যুম ২৬৬; নূপা মশীং ৮৯৭; নূপী মশীং ১,০১২ । কোসাকশিংগী ময়ুমশিং অদু উখোঙদা লৈমায়দগী ফুট অনী-অহুম লোইনা ৱাংখৎনা শাই। মখোযশিং অদু ইনা য়াম্না চেকশিন্না কুপ্পী, অচৌবা শঙমায়শিং য়াওই। অনৌবা মওঙ নত্ত্রবসু মখোয় পূন্নমক্তু য়ামদ্রবদা তরু-তনাল্লি, মওঙ তোঙান তোঙানবা অৱাংবা মাঙ্গোল লৈ; মখোয়শিং অদু অমগা অমগা নকশিন্ননা শাদে, অকোয়বদা অহাঙবা মফম মবাংকায়না লৈ অমসুং অপাকপা সড়ক অমদি লৈরকশিংগী ময়াদা মখোয়শিং অদু তরং তরং উই। য়ুম কয়ামরুমগী অচৌবা, অয়াংবা থোঙনাউশিংগী মমাঙদা, শম্বলগী ৱাংমদা, শংত্রিক শংবা পোপলর উপালশিং, তাইফেৎ তাইনা শংবা চিগোংলৈ পাম্বীশিং অমদি মনম নুংশিবা অঙৌবা লৈশিংনা য়ুমশিংদুদগী হেন্না ৱাংখত্তুনা লৈ, অদুগা মখোয়গী নাকন্দা হঙ্গামপাল মচুগী লৈকাচোম্না শাৎলবা নুমিৎলৈ, উরী-ৱারী অমসুং অঙ্গুর পাম্বীশিং হৌরি। অহাঙবা অপাকপা চুথেক নাইবা লম্পাক অদুদা দুকান অহুমখক লৈ, মদুদা ফিরোল, নুমিৎলৈ, মাইরেল মরূ, উ-থাংজিং অমদি শিং থাকপা তলশিং য়োল্লি; অৱাংবা পোপলর উপালশিংগী মরুমদা, য়ুম অতৈশিংদগী হেন্না ৱাংনা অমসুং চাউনা, রেজিমন্ট কমাণ্ডরগী য়ুমদু অৱাংবা শম্বল অমনা কোয়শিন্দুনা থোঙনাউগা লোয়ননা লৈরি। মরু ওইনা কালেষ্টাগী মতমদা নোংমাইজিং নত্তবা চয়োলগী নুমিৎশিংদা খুলগী লম্বীশিংদা মী ইউ উদে। নহা ওইরিবা মীশিং অদু কোর্ডোনদা মথৌ তৌই নত্ত্রগা লান্দাবা চৎলি; অহল ওইবশিংনা ঙা ফায় নত্ত্রগা হৈকোল লৈকোলশিংদা নূপীশিংবু মতেং পাংই। য়াম্না অহল ওইরবা, অনাবা অমদি অঙাংশিংতনা য়ুমদা লৈ।

## ৫

কোকেসসতদা ওইবা তাঙলবা নুংথিলশিংগী মরক্তা অমনি। নুমিৎনা চীংগী মরুমদা হাইথশ্রে, অদুবু হৌজিক ফাওবা মঙালদি লৈরি। নুমিদাংবাইরমগী ঙাঙলৈনবা মঙালনা নোংথক্কী শরুক অহুম থোকপগী শরুক অমদি শন্দোকশ্রে; মদুগী মঙালদুদা মমি-শামিবা অঙৌবা চীংশিংগী পাকচাউবা মতৌদু তরং তরং চোংথোকই। নুংশিৎ অদু ইশেং শেংই, লেঙদে, অদুগা মখোলদি য়াম্না হৌই। চীংশিংদুগী মমিদু উ হৌদবা অহাঙবা তম্পাক্কী মথক্তা ভর্ষ্ট কয়ামরুম থাপ্না শন্দোকই। উ হৌদবা অহাঙবা তম্পাক, তুরেল ৱাংমা অমসুং লম্বীশিং অদু লোইনা ইতাক তাকই। য়াম্না তাম্না করিগুম্বদা শগোল তোংবা মী অমগা উরবদি কোর্ডোনদা লৈরিবা কোসাকশিংনা অমসুং চেচেনশিংনা মখোয়গী *ওলশিংদগী* ইঙক ঙক্লা লাঙতক্লনা য়েংই অমদি অসিগুম্বা চিংননীংঙাই ওইবা মীশিংসি কনা ওইরমগদগে হায়না ভাবনা খঙনবা হোৎনৈ।

নুমিৎ তারকপদা মীশিংনা অমগা অমগা কিন্নবদগী ময়ূমদা হূপ্না হঞ্জিন্নৈ, শা-উচেকশিংতদি মী কিদনা অদুগুম্বা চীক্লবা মফমশিং অদুদা মচীঞ্জাক থিবা কোয়চৎ চৎলি। অঙ্গুর কিখৎলম্বা নূপীমচাশিংনা নুংঙাইনা ৱারী শারদুনা নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা হৈকোলশিংদগী থুনা হন্নখি। অঙ্গুর হৌফমশিং অদু, অকোয়বদা লৈরিবা মফম পূন্নমক অদুগুন্না, মী ইতাক তাক্লে, অদুবু সন্ধ্যাগী মতম অদুদা খুঙ্গঙ অদু য়াম্না নুংঙাইবা মতৌ অমা ওইরকই। মায়কৈ খুদিংমক্তগী মীশিংনা মখোঙনা, শগোল তোংদুনা নত্ত্রগা মখোল থোকপা গাড়ি তোংদুনা খুল তন্না লাক্লে। নূপীমচাশিংনা মখোয়গী ফুরিৎ অচোনবীশিং অদু তাশিল্লদুনা, মখুত্তা অনৌবা উশা পায়দুনা নুংঙাইনা ৱারী শাদুনা, উ হৌদবা অহাঙবা তম্পাক্তগী পুরকপা উফুল অমসুং কাঙ চবুন মরক্তা পুনশিন্নদুনা লৈরিবা শা-শনদু শেন্ননবা খুলগী থোঙ্গাল-শিংদা চেনশিল্লি। মবুক থন্না পীজরবা শন-ইরোইশিং অদুনা লম্বীশিংদা ফাওদুনা কোয়না চৎলি, অদুগা কোসাক নূপীশিংনা মখোয়গী মচু শঙলবা *কেশমেট* লীত্তুনা মখোয়গী মরক্তা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি। মখোয়না নুংঙাইনা নোক-খেবা, লাঙবা মখোল অদু শনশিংনা খোংবগী

মখোলদুগা পূনশিন্নদুনা তাবা ফংই। মফম অদুদা খুৎলাই পায়বা শগোল তোংবা কোসাক অমা কোর্ডোনদগী ছুটি ফংলদুনা ময়ুম তান্না চৎলি, মহাক্না নোম্বদুনা থোঙনাউদা থীল্লি। থীনবা অদুগী পাউখুম ওইনা থোঙনাউদা নৌরিবী নূপী অমগী ফজরবা মকোক উরকই, অদুদগী কোন্নবা অমসুং নোকপগী মখোল তাবা ফংই। মফম অদুদা চৈরুং চাউরবা ফি শেগায়বা শেৎপা নোগাই থবক শূবা নূপা অমনা উ হৌদবা অহাঙবা তম্পাক্তগী শীংনাং মপুন অমা পুরকই, কেপ্তেন অদুগী পাক্লবা তরু-তনাল্লবা শূমাঙদা মখোল থোক্লা চৎলিবা গাড়ি অদু লৈশিল্লকই, অদুগা শন অদু পোৎপুদগী থাদোকই, মাগা মাগী মপুগা টার্চরদা লাউনরিঙৈদা শনশিংদুনা মঙক হাইরদুনা লেপ্তুনা লৈ। শম্বলদা নপশিল্লগা মপান্দা লান্দুনা চৎপদমক য়ারবা চহী চহী খূদিংগী চঙশিন্দুনা সড়ক লানশিল্লক্লবা অনৈবা পুন্ত্রী অদুগী মপা লাম্হোক্লা খোঙউপ তোংদবী কোসাক নূপী অমনা মনমদা শীং মপুন অমা পুরদুনা মাগী ফুরিৎ অচোনবীদু কৌনা তাখৎলগা ঙৌরোক ঙৌববা মখোঙশিংদু থাদোক্লদুনা নোম্বা কনবা মতৌগা লোয়ননা চঙলকই। শা কাপ্পা চৎলুবা কোসাক অমনা ফাগী তৌরদুনা মঙোন্দা লাউরকই, "মদু হেন্না কৌনা তাখৎখো, মথোঙ হুক্তবী।" অদুগা মাগী নোংমৈদু মঙোন্দা উৎলকই। নূপী অদুনা মাগী ফুরিৎ অচোনবীদু থাদরে, অদুগা শীং মপুনদু থাদে। অহল ওইরবা কোসাক অমখক খোঙ্গ্রাউ থেক্কৎলদুনা মতু চোম্বা উৎমচু মানবা থবাক অদু থাদোক্লদুনা ঙা ফাবা চৎলুবদগী ময়ুমদা হল্লকই, মাগী মরেংবান্দা য়াল্লিবা লাং মনুংদা লূপা মচু মানবা ঙাশিংনা হৌজিক ফাওবা ফ্রিং ফ্রিং চোংলি; লম্বী শমজীন্নবা হোৎনবদা য়ুম্লোম্নবা মীগী অতেকপা শম্বল অমা কোট পায়শিন্দুনা কাল্লগা লাকই। মফম অদুদা কোসাক নূপী অমনা অকংবা উশা অমা চিংলি, অকোয়বা অদুবাইগী কাচিন অমদগী শীংজঙগী মখোল তারকই। লম্বীগী অনানবা হেক লৈবা মফম খূদিংমক্তা খুং উংলিবা কোসাক অঙাংশিংনা লাউ-খোংলি; নূপীশিংনা কোইনা চত্তনবা শম্বল কাল্লি। মৈখু উতোং খূদিংমক্তগী শঙ্গী অকংবা থাবগী নুংশিবা মনম থোরকই। য়ুমথোঙ খূদিংদগী অচীকপা অহিংগী মাঙওইননা হেন্না লাঙবা লিলখোংবগী খোঞ্জেল থোরকই।

স্কুলগী ওজাসু ওইবা কোসাক কোর্ণেট অমগী নূপী ডেম উলিৎকা অতোপ্পা নূপীশিংগী মতৌগুন্না মাগী শূমাঙগী থোঙ্গান্দা থোরকই অদুগা মাগী মচানূপী মারিয়ানকানা লম্বীদা হৌইরক্লিবা শা-শনশিং অদু ঙাইদুনা লৈ। মহাক্না শম্বৈল্লে পাম্বীগী শম্বলদা পানবা থোঙ্গাল অদু মপূং ফানা হাংদোকপা নংত্রিঙৈদা কাঙনা পুময়োম য়োল্লবা চাউরবা ইরোই অমোম অমনা কন্না খোংদুনা থুনা য়াঙনা হোৎচিল্লকই অদুগা নমশিন্দুনা চঙলকই। মবুক থন্না

পীজরবা শনশিং অদুনা তপ্না মাগী মতুং ইন্নরকই, মখোয়না মশাগী নাকথংদা মমৈনা ফৎ ফৎ কল্লদুনা অরাওবা মমীৎশিংদুনা মখোয়গী য়ুম্বু ওইবী নূপীদুবু মশক খঙনা য়েংলকই।

ফজরবী, মীওই-মিতৌ নীংথিজরবী মারিয়ানকা থোঙ্গান্দা চঙলকই, মহাক্না শাজে অদু লংথোক্লগা থুনমক থোঙ্গালদু গম লাউনা থিংজিল্লে, অদুগা মাগী অথুবা মখোঙ অদুনা খোঙলৈ থুনা চেনশিন্দুনা শা-শনশিং অদু শঙ্গোন্দা মফম চানা চানা খায়দোক্লুনা থম্নবা হোৎনৈ। "নঙগী খুদোল খোঙউপ অদু লৌথোকখোনে, লাইফত্তবগী মচা নঙবু!" মাগী মমানা লাউরকই, "নহাক্না মদু পূমহো হোহনবা তারে!" "লাইফত্তবগী মচা" হায়রকপদা মাবিযানকা কবিমতা নুংঙাইতবা তৌদে, তৌইগুম্বসুং মদু লুনা তৌবগী ৱাহৈনি হায়না লৌদুনা হবাউ-হরাউ মাগী থবক্তু অদুম চখে। মকোক্তা কিরিবা রুমাল অমনা মাগী মমায়দু খুমজিনখ্রে। মহাক মস্ত্রা মচুগী ফুরিৎ অচোনবী অমসুং অশংবা *বেশমেট* অমা লীৎলি। শূমাঙদা য়ুমদগী তপথদুনা শাবা শঙ্গোল অদুদা অচৌবা অনোয়বা ইরোই অদুগী মতুং ইল্লগা চঙখিদুনা মহাক মশক উখিদ্রে, অদুগা শঙ্গোল মনুংদগী মানা ইরোইদুবু থেমদুনা তপ্না ঙাঙবগী খোঞ্জেল তারকই, "নহাক তূমিন্না লেপ্নরোইদ্রা? করম্বা জীবনোনে মসিবো! লাক্লো, লাক্লো, নুংশিথোইবী!" থুনমক নূপীমচা অদুগা অহল ওইবী নূপী অদুগা নোংমদুগী থোকপা শঙ্গোমগী পাত্র অনী পুরদুনা শঙ্গোলদগী শঙ্গোয়দা লাক্লে। শঙ্গোয়গী মৈখু উতোংদা শম্বী অকংবা থাবগী অপাবা মৈখু কারকই: শঙ্গোম অদুদগী শঙ্গোম মপাল শেল্লি। মমানা কোম্হোঙলোমদা থোকখ্রিঙেদা নূপীমচা অদুনা মৈগী শীং অদু শেমজিল্লি। খুঙ্গঙ অদু সন্ধ্যা য়াচঙবগী মল্লি মল্লি তৌবা হৌরক্লে। মালং অদু মনা-মশীংগী, শা-শন অমদি শম্বী অকংবা থাবা মৈখুগী নুংশিবা মনম্না পীক থল্লি। কোসাক নূপীশিংনা লম্বী-সড়কশিংদা মৈ চাকপা ফি মচেৎ পুরদুনা হাথু হাথুনা চৎলি। শা-শনশিংনা শঙ্গোম শুমখিবদগী পোখারদুনা নাখোকপা অমসুং শগুপ শায়বগী মখোল শূমাঙদা কনাগুম্বনা তাবা ফংগনি; মতম অদুদা শূমাঙশিংদা অমদি লম্বীদা নূপী অঙাংশিংনা অমগা অমগা কৌনবগী মখোল অদুতা তাবা ফংই। নোংমাইজিং নত্তবা নুমিৎ অমদা য়ু ঙাওবা মীগী খোঞ্জেল পঙনা তাবা ফংদে।

কোসাক নূপীশিংগী মনুংদা অৱাংবা, নূপা মানবা অহল ওইরবী নূপী অমখক মায়য়োক্নবা য়ুমদগী ডেম উলিৎকাগী মনাক্তা মঙোন্দগী মৈ লৌবা লাকই। মাগী মখুত্তা ফি মচেৎ অমা পায়রি।

"ফরে, নহাক থবক লোইরেদনা?"

"নূপীমচা অদুনা মৈ হৌগৎলিবনি। নহাক্কা পান্নিবদু মৈরা?" ডেম উলিৎকানা য়ুম্নোম্নবী অদুদা থৌজাল উৎপা ঙম্বা মওঙদা পোঙনা হায়রকই।

নূপী অনীমক খাংপোক মনুংদা চঙখ্রে, অপীকপা পোৎ পায়বা হৈনদ্রবা শৌ-শৌ লাউবা খুৎশিংনা থক থক নীক্লা, কোকেসসতা পঙনা ফংদবা, মমল য়াম্নবা মৈখেৎ উপু অদু হাংদোকই। নৌনা লাক্লিবা নূপা মানবা নূপী অদুনা ৱারী শানীংবা মওঙদা খোঙজিন্দা ফমথরকই।

"নখোয়গী নূপাদি কদায়দা লৈ— স্কুলদা লৈব্রা?" মানা হংলকই।

"উম, মাদি মতম চুপ্পা অঙাংশিং তম্বীদুনা অদুম লৈরে। অদুবু কুম্মৈদা য়ুমদা লাক্কনি হায়দুনা চিঠি ইরকই," ডেম উলিৎকানা হায়রকই।

"উম, মহাক অশিংবা মীনি; মদু পুম্নমক্তু কান্নবনি।"

"অওইবমক্লি।"

"অদুগা ঐখোয়গী লুকাশকাদি কোর্ডোনদা লৈ; মখোয়না মাবু য়ুমদা থারক্লোইদৌরে," লাক্লিবী মীশক অদুনা হায়রকই, অদুবু পুম্নমক অসি ডেম উলিৎকানা খঙবদি কুইরে। মানা হন্দক্তা ইকুই কুইদনা কোসাক পল্টনদা থবক তৌনবা থাখিবা মাগী মচানূপা লুকাশকাগী মরমদা ৱারী শাবা পাম্মী অমদি মহাক্তু ডেম উলিৎকাগী মচানূপী মারিয়ানকাগা লুহোংনীংই।

"অদুদি মহাক কোর্ডোনদা লৈরে?"

"লৈরে। হৌখিবা কুম্মৈদগী মহাক য়ুমদা লাক্ত্রি। নুমিৎ খরনিগী মমাঙদা ঐনা ফোমুস্কিন্দা মাগী ফুরিৎ খরা পীখি। মহাক্লা মহাক য়াইফরি, মথক থোংবশিংনা পেপ্লে হায়। মখোয়না *অব্রেকশিংবু* অমুক হন্না থিরি হায়না মানা হায়। লুকাশকাদু য়াম্না নুংঙাইরি হায়না মহাক্লা তম্মী।"

"ফরে, মদুগীদমক্তা ঈশ্বরবু থাগৎচরি," কোর্ণেটকী নূপীনা হায়রকই, "*উরভান* হায়বা ৱাহৈ অসিতনা মাগী চপ চাবনি।" লুকাশকাসি ঈশিংদা ঈরাক্লবা নূপামচা অমখক থৌনা ফনা লৌখৎপগীদমক মাবু *উরভান* নত্ত্রগা "লৌখৎপিবা মী" হায়বা অতোপ্পা মমিং অমসু কৌনৈ, ডেম উলিৎকানা মঙোন্দগী মমানা পেঞ্জগদবা ৱা অমা হায়গে খন্দুনা মসি পল্লকপনি।

"মহাকসি অফবা ইচা ওইবদুদা ঐনা ঈশ্বরবু থাগৎচরি। মহাক থৌনা ফবা নূপামচানি, মীপুম খুদিংমক্লা মাবু থাগৎনৈ," লুকাশকাগী মমানা হায়, "ঐনা নীংজবা হায়ববু মহাক লুহোংবা অসিতনি; অদুদগীদি ঐ শান্তি ওইনা শিবা ঙম্লগনি।"

শিংলবী ডেম উলিংকানা শৌ-শৌ লাউবা মখূৎ অদুনা মৈখেৎ উপু মখুমদু চেকশিন্না খুমজিন্দুনা পাউখুম পীরকই, "ফরে, অদুবু খুল অসিদা লৈশাবীমচা মরাংকায়না লৈত্রনে?"

"লৈববুদি পঙলে লৈ," লুকাশকাগী মমানা মঙক নোম্নদুনা হায়রকই। "নখোয়গী লৈরিবা নূপীমচা, নখোয়গী মারিয়ানকা— অদুগুম্বা মখলগী নূপীমচাদু! মফম পূম্নমক্তা মাগা মান্নবীদি য়াওদে!"

ডেম উলিংকানা লুকাশকাগী মমানা পূক্নীং চঙলিবদু খঙলে; অদুবু মহাক্না লুকাশকা অসি অফবা কোসাক অমনি হায়বা থাজরবসু থয়ায়ননা লৈরে: মদুগী অহানবা মরমদি মহাক কোর্ণেটকী নূপীনি, ইনাক খুল্লি, অদুগা লুকাশকাদি ইচম চম্বা কোসাক অমগী মচানি, মপা লৈত্রে; অনীশুবা মরমদি মহাক্না হৌজিক মাগী মচানূপীগা কায়নবা পামদ্রি; অদুবু খ্বাইদগী মরু ওইবা মরমদি নাতে চাশিন্নবা হায়বা অদুমা দরকার ওই।

মহাক্না ঈংনা, নোম্লুক্না খুম্নকই, "ফরে, হয়েং মারিয়ানকানা মপূং-মরৈ ফারক্লবা কান্দা মহাকসু লুহোংবা য়ারকখিগনি।"

লুকাশকাগী মমানা হায়রকই, "ঐ নখোয়দা পাউপূবা মীশিং থারক্কে— ঐনা মখোয়বু থারক্কনি! অঙ্গুর হৈকোলগী থবক অসিদং লোইশিল্লগা ঐখোয় লাক্কে, নঙোন্দা খুরুমগদৌরিবনি। অদুগা ইলিয়া ভাসিলিয়েভিচতসু ঐখোয়না খুরুমগনি।"

"ইলিয়া, থাঙ্গৎশেংবা!" কোর্ণেটকী নূপীনা পোঙনা হায়রকই। "নহাক্না হায়নীংবদু ঐঙোন্দা হায়গদবনি। পূম্নমক মতম চানা।"

ডেম উলিংকাগী অচেৎপা শকফম অদুদগী লুকাশকাগী মমানা হৌজিক বা মথং মথং ঙাঙথরুবা মতাং চাদে হায়বা উরে, অদুনা মহাক্না মৈখেৎনা ফীজেৎ অদু চম্নগা হৌগত্তুনা হায়রকই, "ঐখোয়না হায়বা য়াদবা তৌবীনু, অদোম্না হায়খিবদু নীংশিংবীয়ু। ফরে, ঐ চৎলগে; মৈ চমখৎপা মতম ওইরে।"

মানা অচাকপা ফীজেৎ অদু হাইদুনা সড়ক লাম্হোকপদা মারিয়ানকাগা উম্নে, মহাক্না মঙোন্দা মকোক নোম্লকই।

ফজরবী নূপীমচা অদুদা য়েংলগা মানা খল্লি, "অহ, মহাক ফজরবী রাণীনি, শূ-নোম্বা কনবীনি, নূপীমচাসে! অমুক মপূং ফাবা ঙাইবগী করি দরকার লৈবগে? লুহোংবা মতম হেন্নে, অফবা ইমুং অমদা; লুকাশকাদা লুহোংবা."

অদুবু ডেম উলিংকাদি মশামক্কী দায়িত্ব লৈ, মহাক্না নূপীমচা অদুনা কৌরকপা মতম অদু ফাওবা থোঙজিন্দা ফমদুনা করিগুম্বা অমা য়াম্না মুম্না খন্দুনা লৈ।

৬

খুল অদুগী নুপামচাশিংনা মিলিটরিগী লান্দাবদা অমদি কোর্ডোনদা নত্ত্রগা কোসাকশিংনা হায়নবগুম্না "পোষ্টশিংদা" মতম লেপ্লি। নুংথিল ওইরকপদা ঙসায় অহল ওইরবী নূপীশিং অদুনা বারী শানখিবা লুকাশকা *উরভান* অদুমক টেরেক্কী তোর্ব্বানমক্তদা লৈবা নিঝনে-প্রোটোৎস্কি পোষ্টকী সন্ত্রী তৌফম দলান মথক্তা লেপ্তুনা লৈরি। মহাক্না দলানগী রেলিংদা ঙারগা মমীৎ শূক্কত্তুনা টেরেক্কী বাংমদা থাপ্না অমুক য়েংই, মাগী মরূপ কোসাকশিংদা অমুক য়েংথে, অদুগা মরক মরক্তা মখোয়গা বারী শানে। চোইজাইননা লৈরিবা লৈচিল মথক্তা ঙৌরোক ঙৌনা অরংবা মঙাল শন্দোক্লিবা উনগী চীংশাং তুম্না নুমিত্না হান্ননা তাথগ্রে। চীংগী চীংখোঙদা বাংখৎ-নেমথ তৌনা ঈথক হৌবগুম্না লৈরম্বা লৈচিলশিং অদু হেন্না হেন্না মমশিল্লকই। সন্ধ্যাগী তশেং তশেংবা মশক অদু মালংদা উবা ফংই। পোষ্ট অদুগী অকোয়বদি হৌজিক ফাওবা অসুম শারবসু উমংলোমদগীদি ইতেক তেকখৎপা অঈংবা অমা ফাওরকই। কোসাকশিংনা বারী শানবগী খোঞ্জেল অদু হান্নদগী হেন্না নুংশিনা ইপোম হৌরকই, মালংদা অসুম নৈদুনা লৈবগুম তৌই। টেরেক্কী বাউথাংনবা, কম্না চেল্লিবা ঈশিংগী ঈপাক্কা লেঙদ্রবা তুরেলগী তোর্ব্বানগা খেন্নবদু হেন্না ময়েক শেংলকই। ঈশিং অদু ময়েং তাবা হৌরে, তুরেলগী তোর্ব্বান অমসুং অথেনবা জগাদা মফম মফমদা অচোৎপা লৈঙোইদু বাউথাংননা ইরং লংখৎনা ঙাল্লি। আউটপোষ্টকা হেক মায়য়োক্নবা, তুরেল বাংমগী জগা অদু মী তাদে, ইহাঙ হাঙই; য়াম্না থাপ্না চীংশিংগী চীংখোঙ হেক থেংবা ফাওবা অনেম্বা শীংনাংশিংনা পাকশন্না শন্দোকই। অনেম্বা তোর্ব্বান্দা, নাকল অমদা খরা চঙশিল্লগা, চেচেন খুল অমগী লৈবাক্না শাবা য়ুমথক পাক্না কূপ্না, শরৈ মওঙগী মৈখু উতোং পানবা য়ুমশিং উবা ফংই। সন্ত্রী তৌফম দলান মথক্তা লেপ্লিবা কোসাক অদুগী থৌরবা মমীৎনা শান্তি লৈরবা খুল অদুগী সন্ধ্যাগী মৈখু মরক ফাওনা অথাপ্পদা উরিবা অঙাঙবা অমসুং অতিয়া মচুগী জিজোল শেৎলবী চেচেন নূপীশিংগী পীক্লবা মূর্ত্তিশিংনা চৎপদু য়েংই।

মরু ওইনা মে থা ওইবনা টেরেক্কী তোর্ব্বান্দা লৈবা উমং অদুনা অদুক্কী মতিক শূকখিদুনা

খোঙনা ফাওদুনা চঙবা ঙমদ্রবা মতমদা অমসুং তুরেলগী মফম কয়াশিংদা থেনদুনা শগোল তোংবা মীনা লাম্ৱোকপা য়ারবা কান্দা *অব্রেকশিংনা* তুরেল লান্দুনা করিগুম্বা মীকৃপ অমদা টার্টরগী নাকলদগী হেক্তা লান্দারকপা য়াই হায়না কোসাকশিংনা নীংলবসু, নুমিৎ নীনিগী মমাঙদা পল্টনগী লুচিংবদগী কোসাক অমনা লাউথোক-চে অমগা লোয়ননা থুংলদুনা মী নিপালমুক্তা শাবা কাঙবু অমখক্তা তুরেল লাম্ৱোক্লীংবগী বাখল লৈ হায়না স্কাউটশিংনা পাউ পীরকই হায়দুনা লাউথোক্লবসু অমসুং মীৎ-না শিংনা লৈনবা য়াথং তৌরক্লবসু— কোর্ডোনদা থোইদোক্লা মীৎ-না শিংনা লৈবগী মওঙ উদে। কোসাকশিং অদু খুজু-খুৎলাই য়াওদনা, মখোয়গী শগোলশিংদু শাবন হাপ্তুনা ময়ূমদা লৈবদৌনা, খরনা ঙা ফাদুনা, খরনা য়ু থক্তুনা, খরনা শা তান্দুনা মখোয়গী মতম লেপ্লি। দিউটি তারিবা মী অদুগী শগোল অদুতমক শাবন হাপ্লী, মখোঙ পুন্নবা শগোল অদুনা উমং ময়াগী হৈজামপেৎ পাম্বীগী মোংশোং মনাক্তা খোঙকাপ লাওনা লাওনা তপ্না চেল্লি; সন্ত্রী অদুতমক মাগী সরকেসিয়ান কোট লীৎলি, নোংমৈ অমগা থাঙ অমগা য়াল্লি। অবাংবা, মশা পাবা, ময়াঙলেন কাহেন্না শাংবা, মখোঙ মখুৎ তেনবা কোর্পোরেল অদু মাগী *বেশমেটকী* কুদামদু থাদোক্লগা খাংপোকশঙ অমগী লৈপন্দা ফমদুনা লৈ। মাগী মায়থোঙ অদু মথক থোংবা মী অমগী তম্বা, হৈনিংদবা মতৌ অমা উৎলি, মহাক্তা মমীৎ উইশিন্দুনা মকোক অদু খুৎ অমগী খূবাং অমদা অমুক ঙাথ অতোপ্পা অমদা অমুক ঙাথ তৌদুনা লৈ। উৎমচু হাইফেৎ মানবা অমুবা খদাঙকোই পাক্লা হৌবা, অমুবা শউনগী মরীনা পেটি ওইনা লাকশিন্দুনা ফাজিন্নবা ফুরিৎ অমা লীৎপা চহী লৈশিল্লবা কোসাক অমখক তুরেলগী তোর্বান্দা উপ্রাক্লা হীপুনা ইতন তম্না টেরেক্কী ঈথক-শিংনা লৈনা লৈনা তন্দে-মান্দেনা কারকপদু য়েংদুনা লৈরি। অতোপ্পশিংসু নুংশানা লাকহত্তুনা অমসুং ফিজোল তংখায় শেত্তুনা টেরেক্তা ফি শূবা, শগোল খূর্জি লোনবা নত্ত্রগা তুরেল খোঙবানগী শারবা লৈঙোই মথক্তা হীপ্না হীপ্না ঈশৈ ঙংবা য়াওই। কোসাক অমখক্তি নুংশাগী মৈশানা মমায় অদু মুশূক মুনা কাহৎপমখৈ খাংপোক ময়াদা তুদুনা লৈ; মহাক তশেংনা য়ু শাথিনা ঙাওরে, মরমদি মহাক্লা হীপ্লিবদুগী মনাক্তা লৈবা ফক্লাং অদু ঙসায় পূং অনীমুক্কী মমাঙদা উরুম লাংলম্লবসু হৌজিক্তি পৈনা লাকপা শাথিবা নুংশাগী মশেক্লা য়ক লাউনা য়ৈরক্লে।

সন্ত্রী তৌফম দলান মথক্তা লেপ্লিবা লুকাশকা চহী কুনমুক শুরবা অবাংবা ফজরবা পাখংমচা অমনি, মহাক মাগী মমা য়াম্না মাল্লি। শাজত্তা অঙাং মানবা মতৌ অমা লৈরবসু মাগী মায়থোঙ, তশেংনমক মাগী শাওঙ-শাদা পূন্নমক অদুনা হকচাং অমসুং নীতি অনীমক্কী

অকনবা শক্তি অমা উথলি। মহাক অসি ইকুই কুইদনা লানফমদা কোসাকশিংগী মরক্তা যাওরবসু মাগী মায়থোঙনা ফোঙদোকপা মতৌ অমসুং মাগী শাজৎকী অঈংবা মতৌ অদুনা উথলি মদুদি মহাক্না কোসাকশিং অমদি মহৌশানা খূৎলাই পুদুনা চৎপা মীশিংগী ওইবা তোপতোপ্পা খরা চাউথোকপা অমসুং লান পাম্বা মওঙ-মতৌ অমা হান্নবা উৎলরে; মহাক কোসাক অমনি হায়বা খঙজে, মশাগী মমলবু মুন্না খঙই। মাগী অচৌবা সরকেসিয়ান কোট অদু মফম খরদা শেগায়রে; মাগী টুপি অদু চেচেনগী চৎনবী মওঙদা লুখমলোমদা উপ্পী; মাগী মোজা অশাংবা অদু খুকউ মখাদা থেকথৈ। মাগী ফিজোল অদু মমল য়াম্বা নত্তে, অদুবু মহাক্না চেচেনগী *ঝিঝিৎপু* মতৌ তম্বদগী তোপতোপ্পা কোসাকী মশা খীংবা মানবা মওঙ অমদা শেথলি। অশেংবা *ঝিঝিৎ* অমনা শেৎপা খূদিংমক মরাংকায়না চাউই, ইশে শেগায়, চেকশিন-খোইজিন্দে; মাগী খূৎলাইশিং অদুতংদি মমল য়াম্মী। অদুবু অসিগুম্বা শেগায়রবা ফিজোলশিং অমসুং খূৎলাইশিং অসি করিগুম্বা মওঙ অমগা লোয়ননা ফাজিল্লগা শেথলি, করিগুম্বা মওঙ অমদা অনীদু চাশিন্নহল্লি, অনীমক্তু মীপূম খূদিংমক্না হেক্তা তম্বা হৈরোই অমসুং মখোয়দুনা কোসাক নত্ত্রগা চীংমী অমগী মীৎয়েং খূদক্তা হেক্তা চিংশিল্লি। লুকাশকা *ঝিঝিৎ* অমগা অসিগুম্বা মান্নবা অসি লৈ। মানা মখূৎশিং অদু মাগী থাঙদা শৌরগা, মমীৎ পাঙবোই পাঙদবোই তৌনা অথাপ্পা *ওলদা* য়েংদুনা লৈরি। তোঙান তোঙান্না য়েংলবদি মাগী মশক অদু ফজবা নত্তে, অদুবু কনাগুম্বনা মাগী ফজবা মতৌ, অমুবা পীগুম পানবা অশিংবা মায়থোঙ অদু উরবদি খঙহৌদনা হায়গনি, "কয়াদা নীংথিরবা মীওইনো।"

মহাক্না মাগী অরংবা অঙৌবা ময়াদু হৈনিংদনা উৎলদুনা খোঞ্জেল বাংনা অপান্নবা কনাগুম্বা অমদা কৌবদি নত্তনা হায়রকই, "নূপীশিং অসি য়েংউ, মখোয় কয়া য়াম্না খুল অসিদা কোয়চৎ চৎলিবনো।" অদুবু মখাদা হীপ্লিবা নাজারকানা খূদক্তা মঙক থাঙৎলদুনা হায়রকই:

"মখোয় ঈশিং শোকপা চৎপা ওইরমগনি।"

"নোংমৈ মরূ অমা কাপ্লগা মখোয়বু কিহনগেদো?" লুকাশকানা নোক্না হায়রকই, "মখোয় কিরোইদ্রা?"

"য়ৌরোইদা।"

"করি! ঐগীসিনা হেন্দোক্তুনদুম চৎখিগনি। ঙহাক্তং ঙাইখো, ঐ মখোয়গী উৎসব তৌরবা কান্দা চৎকে, অদুগা গিরে থানগী মনাক্তা চৎলগা *বজা** থকমিন্নগে," লুকাশকানা

* মিরলটকগী শুবো য়।

মঙোন্দা ইল্লিবা কাঙ ময়াম অদু শাউনা তানথোক্লগা হায়রকই।

মোংশোং মরক্তগী শ্রোৎ-শ্রোৎ তৌরকপা মখোল অমনা কোসাকশিং অদুগী পূক্কীং চিংশিল্লকই। অরাংবা মুকশনগী হূই অমনা লৈমায়দা মনম শূৎ-শূৎ নল্লগা মতু য়াওদ্রবা মমৈদু হাইদুনা কোর্ডোনদা চেন্দুনা লাক্লি। লুকাশকানা হূই অদু মাগা য়ুম্লোম্লনা লৈবা শাদানবা অঙ্কল য়েরোশকাগীনি হায়বা খঙলে, মোংশোং ফাওদুনা হূইদুগী তুং ইন্নরক্লিবা শাদানবা মী মশামক্তু মহাক্লা থুনা উরকই।

উনমুক ঙৌরবা খদাঙকোই পাক-শন্না হৌবা, মথবাক-মরেং ফল্লবা অঙ্কল য়েরোশকা ৰাং-চাউরবা কোসাক অমনি, মাগা চাংদম্নীংঙাই কনাসু লৈতবা উমং অদুদদি মহাক থোইদোক্লা ৰাংনা উদে, মাগী শক্তি লৈরবা হকচাংগী কায়াৎশিং অদু অদুক্কী মতিক চুং-ফীরান চায়। মহাক শেগায়রবা কোট অমা লীথলি, মাগী মখোঙ লাকশিন্দুনা য়োম্লিবা ফিতা অদুগী মথক্তা মতু য়াওবা শজি মউনগী সেন্দলশিং মরী ফাজিন্দুনা তোংই; মাগী মকোক্তনা ইকূ কূবা অপীকপা অঙৌবা টুপি অমা উপ্পী। মাগী লেংবান অমদা নোংইনশিং কাপ্লা মতমদা মরুমদা লোৎনবা ফীজং অমা য়াল্লি, উমাইবীশিংবু মিতাহন্নবা য়েন অমখক য়াওবা খাউ অমা পুবি, অদুগা অপীকপা খুনুথ্রং অমসু য়াওই; অতোপ্পা লেংবান অমদা মরী অমনা পুন্দুনা মানা হাৎলকপা লমহৌদোঙ অমা য়াল্লি; মাগী তুংগী পেটিদা নোংমৈ মরূ, নোংমৈ হীদাক অমসুং তল য়াওবা অপীকপা খাউ অমা, কাঙ হুমদোক্লবা শগোল শামৈ অমা, কুইরবা ঈ চুশিল্লবা, শেগায়বা থাঙখুম অমদা য়াওবা থাঙপাক অমা অমসুং অশিবা নোংইন অনীখক য়েপ্লি। কোর্ডোনদা য়েংলদুনা মহাক লেপ্লি।

"হাই, লিযাম।" মহাক্লা অদুক্কী মতিক নিন্না লুপ্লবা খোঞ্জেলদা মাগী হূই অদুদা কৌরকই মদুদি মদুনা উমংদা য়াম্না থাপ্না খোম্থাঙ যৈরকই; কোসাকশিংনা *ফ্রিস্তা* হায়না কৌনবা মাগী অচৌবা নোংমৈ অশুবী অদু মরেংবান্দা থাঙ্গৎলগা টুপি অদু ঈনখথলি।

মহাক্লা করিমতা হোৎনরুবা তৌদনা হান্নগী অদুগুম্না য়াম্না হৌনা হরাউ-হরাউনা তুরেল ৰাংমদা কনাগুম্বা অমদা ঙম্বমখৈ কন্না লাউদুনা কৌবগুম কোসাকশিংবু কৌদুনা হায়রকই, "নুংঙাইরিদনা, অফবা মীওইশিং?"

"য়াম্না নুংঙাইরি, অঙ্কল!" নহা ওইরিবা কোসাকশিংগী খোঞ্জেলনা মায়কৈ খূদিং-মক্তগী হরাউ-হরাউনা খুম্লকই।

অঙ্কল য়েরোশকানা মাগী ঙাঙলবা অপাকপা মমায়দুদগী হুমাং অদু কোটকী খূদাংনা তৈথোক্লগা লাউরকই, "নখোয় করি করি উবগে? লাউ, মদুগী মরমদা লোইনা তম্লো!"

"অঙ্কল, মসিগী খ্রাগ্রা পাম্বী অসিগী মথক্তা উমাইবী অমা লৈবনি। নুমিদাং হেক ওইরকপগা মহাক্না কোয়না কোয়না পাইরে," নাজারকানা মমীৎ কুপ্নগা মরেংগা মখোঙগা নীক্লদুনা হায়রকই।

"তশেংনা লৈব্রনে?" হনুবা অদুনা থাজদনা হংলকই।

"লৈ, অঙ্কল! নহাক শঙদুনা লৈরগা অমুক্তং য়েংউ," নাজারকানা নোক্লা নোক্লা খুন্নকই।

অতে কোসাকশিংদুসু নোকপা হৌরকই।

ফাগী হৈবা মীদুনা উমাইবী অমতা উথিবা নত্তে, অদুবু কোর্ডোনদা লৈবা কোসাক নহারোলশিংনা অঙ্কল য়েরোশকাবু হেক থেংনবা খূদিংগী ফাগী তৌদুনা লক্লবা অমদি লান্না লমজিংবসি মহৌশাদগী হৌনবীনি।

"হে অপঙবা, ওইদবা ইতৎ তত্তনা ঙাঙলদনা!" লুকাশকানা দলান মথক্তগী নাজারকাদা লাউরকই।

নাজারকাদু খূদক্তা তূমিন্না লৈখ্রে।

"মদু শঙগে। ঐ য়েংলগে," অহল অদুনা কোসাকশিংদা য়ান্না নুংঙাইবা মওঙ অমদা খুন্নকই, "নখোয় লমওক লাবকাদি উদেকো? উব্রা?"

"লমওক লাবা শঙবা!" কোর্পোরেল অদুনা মাঙলোমদা নোম্থরগা মখূৎ অনীমক্লা মনঙল হোৎলগা, ৰাফে অমদা পুক্লীং চিংশিনবগী খুদোংচাবা লৌবদুদা য়ান্না নুংঙাইরদুনা হায়রকই। "ঐখোয়না মসিদা তান্নরিবদি *অব্রেকশিংনি,* লমওক নত্তে! নহাক্তি করিমতা তাদ্রমাল্লে, অঙ্কল, তাব্রা নঙবো?" মহাক্না অরেম্বদা মমীৎ শূক্কৎলদুনা কূংলবা, ঙৌরবা ময়াশিংদু উৎলগা শমথরকই।

"*অব্রেকশিংবো?*" হনুবা অদুনা হায়রকই। "নত্তে, ঐদি তাদেনা। ফরে, নখোয়গী *চিখিরগা** লৈলাকপ্রা? ঐ থকখিগে, ৺সিদা অফবা মী অমা লৈরে। ঐ চোকথরে। তাঞ্জা চাবা মতমদা ঐ নখোয়দা অতেকপা শদোং পুরক্কে, ঐবু থাজৌ। ঐ পুরক্কনি। ঐবু অমুক্তা পীথকউ," মহাক্না অমুক হন্না হায়রকই।

"ফরে, অদুদি নহাক শঙদুনা য়েংগদৌরিব্রা?" কোর্পোরেল অদুনা অতোপ্পা অমদুনা হায়বদু তাদবদৌনা হংলকই।

অঙ্কল য়েরোশকানা খুন্নকই, "ঐনা হায়খিবদু ঙসি অহিংসি শঙদুনা য়েংগে ৺সিনি। ঈশ্বরনা কৃপা তৌরবদি ঐনা কুম্মৈগীদমক্তা করিগুম্বা খরা হাৎপা য়াই। অদুদগীদি নখোয়গী

* ম্নমদা শুবো কোকেসিয়ানগী মু।

শরূক ফংলগনি, শোয়দনা ফংগনি!"

লুকাশকানা মথক্তগী মীপূম খূদিংমক্কী পূক্লীং চিংশিন্দুনা হৌনা লাউরকই, "অঙ্কল, হো অঙ্কল!" কোসাক পূম্নমক মঙোন্দা য়েংখৎলকই। মহাক্না মনঙ্গন্দগী নোংমৈদূ অমুক মফম চানা শেমজিন্দুনা ফাগী নত্তবা খোনফমদা শমথরকই, " ঈশিং মরিন অসিগী মথকলোমদা চৎখৎলু, মফমদুদা ফজবা লমওক শঙ্গু অমা লৈবনি। নত্তে, ঐনা হায়জিনবা নত্ত! নুমিৎ খরনিগী মমাঙদা ঐখোয়গী কোসাকশিংগী মনুংদগী অমনা মফমদুদা অমা হাৎলি। ঐনা নঙোন্দা হায়রিবসি অচুম্বনি।"

"অহ! *উরভান* লুকাশকা 'সিদা লৈবোইরে!" হনুবা অদুনা য়েংখৎলক্লগা হায়রকই। "কদায়দনো নখোযগী 'সিগী কোসাকতুনা কাপখিবা মফমদু?"

"নহাক ঐবু উরুদব্রা? ঐসি নঙোন্দা য়াম্না পীক্লমগনি নীংই!" লুকাশকানা হায়রকই। "খোংবান ময়াদা," মহাক্না মঙক নোম্নদুনা থবায় য়াওনা শমথরকই। "করিগুম্বা শ্রোৎ-শ্রোৎ লাউবা মখোল অমা তাবা কান্দা ঐখোয় খোংবান ময়াদা চত্তুনা লৈরম্মী, অদুবু ঐগী নোংমৈদি মখুমদা য়াওদুনা লৈরম্মী। অদুদগী ইলিয়ানা কাপ্লম্মী... অদুবু ঐ মফমদু নঙোন্দা তাক্কে, য়াম্না থাপ্পা নত্তে। ঙহাক্তা ঙাইখো। মখোয়গী লম্বী খূদিংমক ঐ খঙই... অঙ্কল মোসেভ," মহাক্না লৈথোক্তুনা কোর্পোরেল অদুদা পূক্লীংদা অরেপ্পা অমগা লোয়ননা হাইফেৎ চীংলেম্না হায়রকই, "হৌজিক শঙবসি মহুৎ শিনবা মতম ওইরে!" অদুগা মাগী নোংমৈদু মরেংবান্দা য়ানশিল্লগা য়াথং অমতা ঙাইদনা মহাক্না সন্ত্রী তৌফম দলান মথক্তগী কূমথবা হৌরকই।

"কূমথরক্লো!" কোর্পোরেল অদুনা লুকাশকানা কূমথবা হৌরক্লবা মতুংদা হায়রকই অদুগা কোয়য়েং য়েংলকই। "গুরকা, নঙগী পালি থোক্লব্রা? কাখৎলো... অওইবমক নহাক্কী লুকাশকা অসি তশেংবা শাদানবা অমা ওইরে," মহাক্না হনুবা অদুদা কৌদুনা শমথরকই। "মহাক নহাক্তৌনা কোয়চৎ চত্তুনা লৈরে, য়ুমদা অমুক্তা লৈতে। নহানমুক ইকুই কুইদনা মহাক্না অমা হাৎলি।"

৭

নুমিৎ হান্নবা তাখ্রে, নুমিদাংগী মল্লি মল্লিবা অদু উমংগী চিদাইদগী থুনমক শন্দোকপা হৌরকই। কোসাকশিংনা কোর্ডোনগী অকোয়বদা মখোয়গী থৌদাংশিং লোইশিল্লগা খাংপোক মনুংদা নুমিদাংগী চারা চানবা ময়াম পূল্লি। হনুবা অদুখক্তা খাগ্রা পাম্বী অদুগী মখাদা খুনুখ্রংগী মখোঙদা কিরিবা থৌরী অদু চিংল-চিংলদুনা উমাইবী পাইরকপা ঙাইদুনা লৈবি, অদুবু খাগ্রা পাম্বীগী মথক্তা উমাইবী অমা তশেংনমক তোংলরবসু মদু মচীঞ্জাক থারিবা মফম অদুদদি পাইথরক্তে। লুকাশকানা ঈশৈ মথং মথং শক্লদুনা মোন্দা নুংঙাইনা খ্বাইদগী শক্লবা হৈজামপেৎ পাম্বীগী মোংশোং মরক্তা নোংইন থাক্লবা লাং শেম্মী। লুকাশকা মীওই-মিতৌ ৱাংলবসু অমদি মখুৎ-মশা চাউরবসু অকৃপ্পা অমসুং অপৌবা থবক খুদিংমক মাগী মখুত্তুনা তৌবদা নীংথিজনা মায়পাকই।

"হলো, লুকাশকা!" নাজারকাগী হৌরবা য়াক্লবা খোঞ্জেলনা অনকপা মোংশোংলোমদগী কৌরকই। "কোসাকশিংদি নুংদাংগী চাক চাবা চঙনখ্রে।" নাজারকানা অহিংবা নোংইন অমা মপাম্বোমদা য়াল্লগা নাবক ফাওদুনা লাকই, অদুগা খোঙলম্বী অদুদা থোরকই।

"ওহো!" লুকাশকানা ঈশৈ শকপা লেপ্লগা হায়বকই, "নোংইন লাবা অদু কদায়দা ফংলুই? মদু ঐগী লাংদা থুবা ওইরমগনি নীংই?"

নাজারকা হায়বসি লুকাশকাগা চহী লেঙ্গানি, মহাকসু হৌখিবা বসন্ত মতমদগীতা হৌনা লানফমদা লৈরক্লিবনি। মহাক ইচম চম্বা, ময়াঙ কংবা, অপীকপা, মখোন্দু মীনা তাবদা নাকোঙ শীংজা য়ৈবমখৈ য়াকপা মীশক অমনি। মখোয় য়ুম্লোন্নবনি অমসুং মরূপনি। লুকাশকানা মাগী লাংশিং অদু চাশিন্নবা শেম্লদুনা নাপী মথক্তা টার্টর অমগুম্না খোঙ্গাই চন্দুনা ফল্লি।

"ঐ মসি কনাগীনো খঙদে, নহাক্কী ওইরম্বা য়াই খল্লিবনি।"

"মদু কোমগী ৱাংমদা, খাগ্রা পাম্বী মনাক্তা লৈরম্ব্রা? অদু ওইরবদি মদু ঐগীনি! ঙরাং অহিং ঐনা লাং থাক্লম্বনি।"

লুকাশকানা হৌগৎলগা ফারকপা নোংইন অদু কূপ্না য়েংলকই। কিবনা মমীৎ ক্রোক-ক্রোক ওত্তুনা মঙক শাংনা তিংথোক্লিবা নোংইন অদুগী মূনা লংলবা মকোক অদু পোপ পোপ ফূরগা লুকাশকানা মদু মখূৎনা লৌশিল্লি।

"ঙসি অহিং মদু *পিলাভ* শেন্নগা চাসি। নহাক চৎলো মদু হাৎলগা মতু ফোয়দোক্লুরো।"

"মসিবু ঐখোয়না অসুম চাথোক্লগদ্রা নত্ত্রগা কোর্পোবেল অদুদা পীগদ্রা?"

"মাগী মবাংকাযনা ওক্লবা *লৈগ্রবনি।*"

"ঐদি মখোয়সি হাৎনীংদে," নাজারকানা হায়রকই।

"'সিদা পীয়ু কদায়নো!"

লুকাশকানা মাগী থাঙপাক মখাদগী অপীকপা ছুরি অমা পুথোবকই, অদুগা মদুদা থুনা ঈনশিনখি। উচেক অদু ফ্রৎ-ফ্রৎ তৌবকই, অদুবু মশা ফন্দোকপা নংদ্রিঙৈদা ঈ থোক্লবা মকোক অদু লেকথরকই, থক থক নীক্লকই। "অসুন্না তৌগদবনি," লুকাশকানা নোংইন অদু থাদরদুনা হায়রকই। "মসিনা অচৌবা *পিলাভ* অমা শেম্বা য়ারনি।"

নাজারকাদু উচেক অদুদা যেংলগা থক থক নীকই।

"লুকাশকা, ঐনা হায়রিবা অসিনি লাইফত্তবা অদুনা ঐখোয়বু ঙসি অহিংসি যেক্লবা লুম্নবা অমুক থাগদৌরি," মহাক্লা উচেক অদু লৌখৎলদুনা হাযরকই। (কোর্পোরেল অদুবুনি মানা পন্দুনা ঙাঙলিবদু।) "মহাক্লা ফোমুস্কিনবু য়ু লৌবা থাখ্রে, মাগী পালি থোকপনি। ঐখোয় অহিং অমগী মথংদা অহিং অমা 'সুম চৎপা তারে' মানা মতম পূন্নমক্তা মসি ঐখোয়দা হেক হেক নমশিল্লি।"

লুকাশকানা হুই খোংলদুনা কোর্ডোনগী পরিংদা চৎলি। মহাক্লা লাউরকই, "মরী অদু নঙোন্দা খরা থমজিল্লু।" নাজারকানা মানা হায়বদু ইল্লি।

"ঐ ঙসিদি মঙোন্দা খরদি হায়গে, শোয়দনা হাযগনি," নাজারকানা মখা তারকই, "ঐখোয় চৎলরোই হায়সি; ঐখোয় পূমচোক চোকথবে, মসিগী ঙমখৈ লৈত্রে! নত্তে, অশেংবনি, নহাক মঙোন্দা হায়য়ু; নঙনা হায়বদি মহাক তাগনি। মসি য়াম্না ফত্তে!"

"চখোকওদা! করিসু লৈতবা পোৎকীদমক্তা কয়াদা পাখৎলিবনো!" লুকাশকানা অতোপ্পা করিগুম্বা অমা খনবা মতৌ উত্তুনা হায়রকই। "ভাব তাদে, মীওইবা! মানা অহিংদা হৌজিক ঐখোয়বু খুলদগী তাম্থোকহল্লবদি কয়া নুংঙাইরোই। মফমদুদদি নহাক্লা ফাগী তৌরুবা য়াই, অদুবু 'সিদা, অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু করিনো ঐখোয়না তৌগদবা? ঐখোয়না কোর্ডোনদা লৈবসু, য়েক্লবা লুমদুনা লৈবসু অম্মাগী অম্মানি। নহাকপু করম্বা মীনো!"

"অদুগা নহাক খুলদা চৎকদ্রা?"

"ঐ কুম্মৈ য়াওবা চৎকনি।"

"নহাক্কী দুনাইকাগা ফোমুস্কিনগা নুংশিনরি হায়না গুরকানা হায়," নাজারকানা খঙহৌদনা হায়দোরকই।

লুকাশকানা মাগী ভৌরবা চাং মান্নরবা ময়াশিং অদু উৎলগা নোক্তি নোক্তনা হায়রকই, "ফরে, মহাক লাইফত্তবা অদুগী ওইজরসনু। ঐবু অতোপ্পা অমা ফংলরোইদবদৌনা!"

"গুরকানা হায় মহাক মাগী ময়ুমদা চৎলুরে। মাগী মপুরোইবদি লৈরমদে; অদুগা ফোমুস্কিনদি মফমদুদা ফমদুনা পাই চাদুনা লৈরম্মী। গুরকাদু ঙহাক লেপ্লগা চৎলম্মী; অদুগা থোঙনাউ মপা লাম্থোকপদা নূপীদুনা ঙাঙবা মহাক্লা তাখি, 'লাইফত্তবা মহাক অদু চৎখ্রে... চান্নবা, পাইদু চাদ্রিবদি করিগীনো? নহাক অহিংদা য়ুমদা হনবগী অমুক দরকার লৈতে,' মহাক্লা হায়। অদুগা গুরকানা থোঙনাউ মখাদগী হায়, 'ফৈ, ঐ মদু পাম্মী!' "

"মদু নঙনা শাজিন্দুনা হায়রিবনি।"

"নত্তে, অচুম্বনি ঈশ্বরসাক্ষী!"

"ফরে, মহাক্লা অতোপ্পা অমা ফংলবদি লাইফত্তবা অদুদা চৎচখিসনু," লুকাশকানা ঙহাক লেপ্লগা হায়রকই। "নূপীদি করিসু য়াম্তে, ঐদি মাবু খাবু খারবনি।"

"ফরে, নহাকসি কয়াদা ফত্রিবনো য়েংউ!" নাজারকানা হায়রকই, "কোর্ণেটকী মচানূপী মারিয়ানকাগা চান্ননবা তৌ। মাদি কনাগুম্বা নুংশিনবা অমতা লৈত্রিবা করিগীনো?"

লুকাশকানা পীশুম শূক্লকই। " অহো, মারিয়ানকা! মখোয় পূন্নমক অম্মাগী অম্মানিদা, " মহাক্লা হায়রকই।

"ফরে, হোৎনদুনা য়েংউ..."

"নহাক করি খনবগে? খুঙ্গঙ অসিদবু লৈশাবী মরাংকায়না লৈত্রনে?"

অদুদগী লুকাশকানা হুই অমুক খোঙ্গৎলকই, মহাক্লা কোর্ডোনগী পরিংদা নারক্কী উনা চিংল-চিংলদুনা চৎলি। থুনমক মহাক্লা উপাস্বী মচা অনানবা অমা উবদা মাগী থাঙপাক মখোক্কী মখাদগী ছুরি শত্তোক্লগা মদু য়াম্থৎলি। মহাক্লা উপাস্বী মচাদু নুংশিত্তা মখোল থোকপমখৈ ফ্র-ফ্র হাইরদুনা হায়রকই, "মসি নোংমৈ মচাক হান্নবা মচৈ ওইবা য়াগনি।"

কোসাকশিংদু খাংপোক্কী মপাল থংবা, লৈবাক্লা ফক্লাং বাইতৈবা কাগী লৈমায়দা থারিবা টার্টর টেবলগী অকোয়বদা ফমদুনা লৈ, অদুগা মখোয়না য়েক্লবা শঙবা অদু কনাগী পালি থোকপগে হায়না খন্নরকই।

"ঙসি অহিং কনা চৎপা তারি?" কোসাকশিংগী মরক্তগী অমনা, হাংদুনা লৈরিবা থোঙজাউ অদু ফাওনা, মথংগী কাদা লৈরিবা কোর্পোরেল অদুদা লাউরকই।

"উম, কনানো চৎকদবা?" কোর্পোরেল অদুনা হন্দুনা লাউরকই। "অঙ্কল বুরলাক লৈরি, অদুগা ফোমুস্কিনসু লৈ," মহাক্না হাইফেৎ থাজবা ৱাৎনা হায়রকই। "নখোয় অনী চৎপনা হেন্না ফগনি, নঙগা নাজারকাগা," মহাক্না লুকাশকাদা কৌদুনা শমথরকই। "অদুগা য়েরগুশোভসু চৎকনি; মহাক হৌজিক তুমথোক্লম্লগনি।"

নাজারকানা খোঞ্জেল নেম্না হায়রকই, "অদোম ইশামক্তি তুমথোক্তে, অদুনা মাদি করিগী?"

কোসাকশিংদুনা নোক্লকই।

ঙসায়মখৈ শঙ ময়াদা য়ু ঙাওদুনা তুরগা তুমদুনা লৈরম্বা কোসাক অদু য়েরগুশোভনি। মীকুপ অদুদতা মহাক হাইরং-তুরং তৌনা মমীৎ নোইর-নোইরদুনা কাদুদা চঙলকই।

লুকাশকাদি হান্ননা হৌগৎখ্রে, অদুগা মাগী নোংমৈদু থৌরাঙ তৌদুনা লৈরি।

"নখোয় হৌজিক চৎলো! চাক চাথোক্লুরো অদুগা চৎলু!" কোর্পোরেল অদুনা হায়রকই; অদুগা মহাক্না হায়বিবদু কোসাকশিংনা ইনগনি হায়বা অদু আশা তৌদবা মান্না মখোয়না য়াবগী ৱা ফোঙদোরকপা ঙাইদনা মানা থোঙজাউ অদু থিংজিনখ্রে। মহাক্না হায়রকই, "অওইবনি, ঐঙোন্দা য়াথং তৌরমদ্রবদি ঐ কনাসু থারম্লোইদবনি; অদুবু অফিসারদি মীকুপ অমদা হেক্তা লাকপা য়াই। হৌজিক হৌজিক্কী ফীবমদা *অব্রেক* নিপালখক লানশিল্লক্লে হায়না মখোয়না হায়।"

"ফবে, ঐখোয় চৎফম থোকই হায়না নীংই," য়েরগুশোভনা হায়রকই, "মসি নিয়মনি। অসিগুম্বা মতমসিদা লৈথোকপা য়াবা নত্তে। ঐনা হায়বিবসিনি ঐখোয় চৎকদবনি।"

মতমদুদা লুকাশকাদি মখূৎ অনীনা নোংইন মচেৎ অচৌবা অমা পায়খত্তুনা মচীনবান্দা থাঙ্গৎলগা নাজারকাদা অমুক য়েং কোর্পোরেল অদুদা অমুক য়েং তৌদুনা হায়নবিবা অদু ইথৌ থৌশাদবগুম তৌনা উখি, মখোয় অনীদা নোক্তমক নোক্লকখি। কোসাকশিংনা য়েক্লবা লুম্বা চৎনবা থৌরাঙ তৌদ্রিঙৈদা, ঙসায়মখৈ নুমিৎ তাবা ফাওবা খাগ্রা পাম্বী মখাদা অরেম্বদা ঙাইদুনা লৈরুবা অঙ্কল য়েরোশকা অমম্বা কা অদুদা চঙলকই।

"ফরে, নুপামচাশিং," মাগী হৌরবা লুম্লবা খোঞ্জেল অদুনা অতৈ খোঞ্জেলশিংবু নমহত্তুনা য়ূমথক নেম্না কৃপ্পা কা মনুংদুদা খোম্বাঙ য়ৈরকই, "ঐ নখোয়গা লোয়ননা চৎকে। নখোয়না চেচেনশিংবু শঙগনি, অদুগা ঐনা লমওক ঙাইগনিদনা!"

৮

অঙ্কল য়েরোশকাগা কোসাক অহুমদুগা ক্রোক লীৎলদুনা মরেংবান্দা নোংমৈ য়াল্লগা টেরেক তোর্ব্বান্দা মখোয়না য়েক্লবা লুমদুনা লৈগদবা মফমদু তন্না চৎখিবা মতমদু পুম্নম মল্লে।

নাজারকাদি চৎপা অদু শূকপাম পামদে, অদুবু লুকাশকানা মহাকপু লাউহৎলি, অদুদগী মখোয় থুনমক খোঙশানখি। খোঙকাপ খরা তৃমিন্না চৎলগা কোসাকশিং অদু খোং-বানলোমদগী থৈদোরক্রে অদুগা শীংনাংনা অয়াম্বা লোৎশিন্দুনা থমগ্রবা লম্বী অমদা তুরেল য়ৌদ্রিফাওবা চৎলি। তুরেলগী খোঙবান্দা ঈশিংনা পুখৎলকপা অচৌবা অমুবা উতূপ অমা তাদুনা লৈরম্মী। মদুগী অকোয়বদা হৌবিবা শীংনাংশিং অদু ইকুই কুইদনা ননশিন্দুনা পাকথহনখ্রে।

"ঐখোয় 'সিদা পাকথদুনা লৈসিরা?" নাজারকানা হংলকই।

"করিগী লৈরোই?" লুকাশকানা খুম্নকই। "মফমসিদা ফমথরো, অদুগা ঐ মিনিট অমগী মনুংদা হল্লক্কে। ঐ অঙ্কলদা কদোমদা চৎকদগে হায়বা অদুতং তাক্লুগে।"

য়েরগুশোভনা হায়রকই, "মসিনা খ্বাইদগী ফবা মফমনি; মসিদা ঐখোয়নদি উবা ফংগনি, অদুগা ঐখোয়বুদি উররোই। অদুনা 'সিদনি ঐখোয় পাকথদুনা লৈগদবা। মসি চপ চাবা মফমনি!"

নাজারকাগা য়েরগুশোভকা মখোয়গী ক্রোক অদু শন্দোক্লদুনা উতূপ অদুগী মরুমদা চনীং তানা পোথারে, অদুগা লুকাশকানা অঙ্কল য়েরোশকাগা লোয়ননা চৎখ্রে।

"মফম অসিদগী লাপত্রে, অঙ্কল," অহল অদুগী মাঙদা মখোঙ তপ্না তপ্না থাংলদুনা লুকাশকানা হায়রকই, "মখোয় কদায়দা লৈবগে হায়বদু ঐ তাক্কে— মদু খঙবা ঐ ইথন্তনি।"

"অদুম হৌনৈদনা! নহাকসি নীংথিবা মীওইনি, মতিক চাবা *উরভান* অমনি!" অহল অদুনা মুরুম মুরুমসু শোল্লদুনা খুম্নকই।

খোঙকাপ খরা চৎলগা লুকাশকাদু লেপখ্রে, কোংকূৎ অমদা নোঙ্ছরে অদুগা হুইসেল খোঙলকই। মহাক্না কুইদ্রিবা শা খোঙ্গুলশিংদা মখূৎনা থিন্দুনা নাশোল পীক্লা হায়রকই,

"মফমসিদনি মখোয়না ঈশিং থকপা লাক্লম্বদু, উব্রা?"

অহল অদুনা খুম্লকই, "ঈশ্বরনা নঙবু থৌজানবীবা ওইসনু।" মানা মখা তারকই, "লমওকতু খোংবান বাংমগী অহোবা অসিদা লৈবা তাই। ঐ শঙহৌগে, অদুগা নহাক্তি চৎখিবা য়ারে।"

লুকাশকানা মাগী ক্লোক অদু হেন্না কৌনা তাখৎলে অদুগা অথুবা মীৎয়েংনা ওইরোমদা লৈরিবা শীংনাংগী ফক্লাংদা অমুক য়েং, তোর্ব্বানগী মখাদা চেল্লিবা টেরেক্তা অমুক য়েং তৌদুনা মথন্তা হল্লকই। মহাক্না ওইবা য়াবা চেচেন চীংমী অমগী মরমদা খল্লকই, "মখোয়গী মরক্তা কনাগুম্বা অমদি য়েংদুনা নত্রগা পাকথরগা কদায়দনো চত্নুনা লৈরমগনি নীংই।" ইখঙ খঙহৌদনা হৌনা শ্রোৎ-শ্রোৎ লাউরকপা অমদি ঈশিংদা জম লাউবগী মখোল অমনা মাবু খংহল্লকই অমসুং নোংমৈ পান্থহল্লি। লমওক লাবা অমখক তুরেল খোঙবান মখাদগী খোংদুনা চোংথোরকই, অদুগা মিংশেলগুম্লবা ঈশিংগী ঈমায়দা মীকূপ অমতং মদুগী মমি তারম্লগা নারক্তা মাঙখ্রে। লুকাশকানা নোংমৈ লৌথোক্লগা নিশান তৌরকই; অদুবু মহাক্না কাপ্পা নংদ্রিঙৈদা লমওক লাবা অদু মোংশোং মরক্তা মশক উখিদ্রে। লুকাশকানা খোয়দৌ শাউগৎনা মতিন শীৎলি অদুগা অসুম চৎলি। মখোয়গী লুম্ফম মপা য়ৌরকপদা মানা অমুক লেপ্লে, অদুগা হুইসেল তপ্না খোংলকই। মাগী হুইশেলগী পাউখুম পীরকই, অদুদগী মহাক মাগী মরূপশিংগী মনাক্তা চঙখ্রে।

নাজারকাদি মাগী ক্লোক অদুগী মথক্তা তাশিন্দুনা হান্ননা তূম্লম্লে। য়েরগুশোভনা খোঙ্গ্রাই চন্দুনা ফম্লি, মানা লুকাশকাগী মফম পীননবা খজিক্তং হন্দোকই।

"লুমদুনা লৈবসি নুংঙাইরে! মসি তশেংনা অফবা মফমনি," মহাক্না হায়রকই, "মহাকপু মফমদুদা থিল্লুরব্রা?"

"ঐনা মঙোন্দা মফম কদায়দনো হায়বদু তাক্লম্লে," লুকাশকানা মাগী ক্লোক অদু তিংথোক্লদুনা খুম্লকই। "অদুগা হৌজিক্তা ঈশিং ময়ামক্তদা ঐনা কয়াদা চাউবা লমওক লাবা অমা খংহল্লুরে! শোয়দনমক ওইরমগনি নীংই! মহাক্না মখোল থোকহল্লকপদু তারিনি?"

"মদু ঐ ফজনা তাখি। ঐনা মদু শান্নরিবনি হায়বা খূদক্তা খঙলম্মী। ঐ ইথন্তা খল্লম্মী, 'লুকাশকাসি করিগুম্বা মশান্ন অমা শান্নবা হৌরে,' " য়েবগুশোভনা মশাদু মাগী ক্লোক অদুনা য়োমশিল্লদুনা হায়রকই। "হৌজিক্তি ঐ তূম্লগে," মানা মখা তারকই। "হোরেন য়েন খোংলকপা মতমদা হৌদোরকউ। ঐখোয় নিয়ম ঙাক্কদবনি। ঐ হীপথরগে, ঙহাক্তং তূমখিগে; অদুদগী নখোয় মতেক খরা অমুক তূম্মু, অদুগা ঐ অমুক শঙগে— অদুম তৌগদবনি।"

"ঐদি তূম্বা পামদে," লুকাশকানা খুন্নকই।

অহিং অদু মম্মী, ওলাঙই অমসুং চীকই। অতিয়াগী নাকল অমখক্তদা থবানমিচাকশিং থোকই; অতোপ্পা হেন্না পাকপা নাকল অদোমদদি চীংদোনদগী শন্দোরকপা অচৌবা অমুবা লৈচিলনা মম্না কৃপ্লি। নুংশিৎ অমতা শীত্তে, থবানমিচাক থোক্লিবা তান্নবা অতিয়াদুদা অকোয়বা মপান অদু তশেং তশেংনা উরিবা লৈচিলনা চীংশিংগা শম্ননা ত প্পা তপ্পা মাঙলোমদা পাইরি। মাগী মমাঙ অদুখক্তদা টেরেক অমসুং মদুগী অরাপ্পা অদু কোসাক অদুনা খঙই। মতুং অমদি নাকল অনীমক্তা শীংনাংগী ফক্লাং অমনা মাবু কোয়শিল্লি। মরক মরক্তা শীংনাংশিং অদু তশেংনা করিগুম্বা মরম অমতা লৈতনা হুমথরকই, অমগা অমগা তক্লবগী মখোল থোক্লকই। মখাদগী অতিয়াগী অহাঙবা শরুক্তা য়েংবদা মখোয়গী জূম জূম লাউনা হাইরিবা মতোনশিংদু অয়াংবা উগী উশাশিংগুম্না উরি। মাঙলোমদা য়াম্না নক্না মাগী মখোঙমক্তদা তুরেলগী তোর্ব্বান লৈরি, মদুগী মখাদা তুরেলগী ঈচেলনা কন্না চেল্লি। খরা অথাপ্পদা মিংশেলগুম্নবা ব্রাউথাংনবা লেঙলিবা ঈশিংগী মপৈ লৈরি, মদুনা তুরেলগী তোর্ব্বান পরিংদা অমদি অথেনবা জগাদা তাল নাইনা ঈথক হৌরি। হেন্না অথাপ্পদা ঈশিং, তোর্ব্বান অমসুং লৈচিল পূন্নমকসি মনুং ফাওনা উবা ঙমদ্রবা অমম্বা মরক্তা তিনখি। ঈশিংগী ঈমায়দা অমুবা মমিশিং তারি, শিংলবা কোসাক্কী মমীত্তুনা মদু ঈশিংগী ইরৈনা পুথবা উগী মউশিংনি হায়বা খঙই। অমুবা মিংশেলদা মমি তাবগুম্না ঈশিংগী ঈমায়দা মমি তারিবা মরক মরক্তা কূপ্লকপা কালেষ্থাগী নোংথাঙগী মঙালনা মায়য়োক্লবা তোর্ব্বানগী অঙম্বা অদু উহল্লি। অহিংগী তাল নাইবা মখোলশিং, শীংনাংশিংগী শ্রোৎ-শ্রোৎ লাউবা মখোল, কোসাকশিংগী নাখোকপা, কাঙশিংনা ঙংবা অমসুং ঈশিং ঈচেলগী মখোল পূন্নমক্তু মরক মরক্তা অথাপ্পদা কাপ্পা নোংমৈগী মখোলনা নত্ত্রগা তোর্ব্বান মচেৎ খরা কীন্থদুনা থোরকপা ঈশিংগী চ্রোক-চ্রোক লাউবা মখোল, অচৌবা ঙা মোংবা নত্ত্রগা অশূকপা উমংগী পাম্বী মচাশিংগী মরক্তা শাশিংনা ফাওদুনা চৎপগী মখোলনা থুগায়রকই। অমুক্তং মকু অমনা অনীশুবা তাষ্থা খূদিংগী মশা নাম্মনা অতোপ্পা অমদুগা থেংনদুনা চাং নাইনা খপ্পদুনা টেরেক্কী মরীন্দা লাষ্থোক্লুনা পাইখি। কোসাকশিংগী কোকথক মপাদা মদুনা উমংলোমদা লৈশিনখি, অদুগা মশা অদু অমুক খপ্পা খূদিংগী মতুংদা য়ৈশিন্নবা তোক্লুনা খপ্পা খূদিংগী য়ৈশিন্নদুনা লিরবা খাগ্রা পাম্বী অমা তম্না পাইশিনখ্রে, মফমদুদা উশা মরক্তা তোংদ্রিঙৈদা মদুনা য়াম্না কুইনা শ্রোৎ-শ্রোৎ লাউরম্মী। শঙদুনা লৈরিবা কোসাক অদুনা মমীৎ শূক্লৎলগা মাগী নোংমৈ অদু জ্ঞান তানা মারদুনা অসিগুম্বা থাজদনা থোরকপা মখোলশিং অদু পূক্লীং চঙনা তায়।

অহিংগী অয়াম্বা শরূক হৌখ্রে। নোংচুপলোমদা পাইরম্বা অমুবা লৈচিলদু খরা খরা চাইথোকখ্রে, থব্বানমিচাক তরং তরং থোক্লিবা অশেংবা অতিয়াদু উহল্লে, সনা মচু মানবা চেপ্পা থোক্লি" থা মচেৎ অদুনা চীংশিংগী মথক্তা ঙাঙলৈনবা মঙালগা লোয়ননা ঙাল্লি। অঙৈংবদু চীক-চীক লাউবা হৌরকই। নাজারকানা মীকপ থোক্তুনা করিগুম্বা খরা মুরুম মুকম শোল্লকই, অদুগা অমুক তুমথখি। লুকাশকাদু তন্থবা পোক্লক্লদুনা মাগী থাঙপাক মখোক্তগী ছুরি লৌথোক্লে, অদুগা মাগী চৈ অদু নোংমৈ মচাক হান্নবা চৈ ওইনা শেম্বা হৌরকই। চীংলক্তা লৈরিবা চেচেনশিং অমদি মখোযগী থৌনা ফবা নুপামচাশিংনা মতৌ করন্না লাকপা, কোসাকশিংবু কিদবা, মখোয়না তুরেলগী করিগুম্বা অতোপ্পা জগা অমদা হৌজিকসু তেক্তা লানশিল্লকপা য়াবা অসিনচিংবগী ব্রাখলনা মাগী কোক অদু পীক থল্লি। কয়ারক হন্না মানা মাগী লোৎফমদগী চোংথোক্তুনা তুরেলগী মরীন্দা য়েংই, অদুবু করিসু উবা ফংদে। মরক মরক্তা তুবেলদা অসুম য়েংবদা অমসুং থাবলগী মন্নি মন্নিবা মঙালদা শেংফাত্তনা ঈশিংগা খেন্নরা উরিবা মায়য়োক্লবা তোর্ব্বান ব্রাংমদা য়েংবদা মানা চেচেনশিং-গী মবমদা অমুক খল্লুদ্রে, তৌইগুম্বসুং করম্বা মতমদা মাগী মরূপশিংবু হৌদোক্তুনা খুঙ্গঙদা লৈবা ময়ূমদা হনগদগে হায়বা অদুতা খল্লকই। কোসাকশিংনা মখোয়গী নুপীদা কৌনবা মাগী চান্নথোইবী দুনিয়া অদু মানা খুঙ্গঙদা ভাবনা উরকই, মাগী মরমদা খোয়শাউননা খল্লকই। নোংঙাল্লমদাইগী খূদম ওইবা লুপা মচু মানবা লৈচিলনা ঈশিংগী ঈমায়থক্তা ইরং লংনা ঙাল্লকই, মঙোন্দগী ইথাপ থাপ্তুনা ইগল মচাশিংনা খোংলদুনা মশা খপ্লি। মমৈথঙদা অথাপ্পা খুলদগী য়েন অমা খোংবগী মখোল য়ৌরকই, অতোপ্পা অমগী শাংনো চিংবা খোঞ্জেল অমনা মতুং ইল্লকই, অদুগা অতোপ্পা খোঞ্জেলশিংনা মথং মথং খুন্নরকই।

"মখোয় হৌদোকপা মতম ওইরে," লুকাশকানা নোংমৈ মচাক হান্নবা চৈ অদু শাবা লোইরগা খল্লকই, মাগী মমীৎ অদু ইমুন মুম্থবা ফাওরকই। মাগী মরূপশিংদা লৈশিন্দুনা মখোঙ অনী অদু কনা কনাগীনো খঙনবা হোৎনৈ, তাঞ্জা অদুদা খঙহৌদনা টেরেক্কী ব্রাংমদা করিগুম্বা ঈশিংগী জম লাউবা মখোল অমা তাবগুম তৌরকই। চেপ্পা থোক্লিবা থাগী মখাদা নোং ঙাম্থোরক্লিবা, চীং ব্রাংমগী অতিয়াগা মালেমগা তাইনফমদা মহাক্লা অমুক হন্না লৈথোরকই, তোর্ব্বান ব্রাংমগী পরিংদা, টেরেক্তা অমসুং মদুগী মথক্তা তাউথরিবা হৌজিক্তি শেংনা উরক্লবা উ অদুদা য়েংলকই। মীকুপ অমদি মহাক মশানা লেঙবা, অদুগা টেরেক্লা উ অদুগা লোয়ননা লেঙদবগুম তৌই। মহাক্লা অমুক হন্না পুক্লীং চঙনা য়েংলকই। উশা য়াওবা অমুবা অচৌবা উতূপ অমনা থোইদোক্লা মাগী পুক্লীং চিংশিল্লকই।

উতূপ অদু করিমতা হাইদনা অমসুং উরু-উরু লৈবা তৌদনা তুরেলগী ময়ায় চপ চানা অঙকপা মওঙ অমদা তাউরি। মদু পুরা ঈশিংগী ইরৈগা লোয়ননা তাউদবগুমসু তৌনা উই, অথেনবা মায়কৈরোমদা লানশিল্লকপগুম তৌই। লুকাশকানা মঙক থাঙত্তুনা মদু পুক্লীং চঙনা য়েংলকই। উতূপ অদু অথেনবা মফমদা তাউরক্লগা লেপখ্রে, অদুগা অঙকপা মওঙ অমদা মমায় ওনখ্রে। মখারোমদগী পাম্বোম অমা থিন্দোরকপা উখিবগুম লুকাশকানা খল্লি।

লুকাশকানা থুনা ফিংবা তৌদনা মাগী নোংমৈ অদু পায়খত্তুনা মাগী নোংমৈ খিনফম অদু য়ুংখৎলে, মদুগী মথক্তা নোংমৈ অদু থম্লে, অদুগা মদু পায়দুনা মখোল থোক্তনা ফীবম শেমদুনা লৈরগা খল্লকই, "ঐ ইথল্তনা অব্রেক অমা হাৎলবদি!" নোংমৈ তেম্খল অদু কাপ্পবা শেল্লগা মানা স্বর থিংদুনা মমীৎনা অমম্বদা য়েংদুনা নিশান তৌরকই।

"ঐ মখোয়বু হৌদোক্লরোই," মহাক্না খল্লকই। অদুবু মাগী থবাক্কী মিহুল অদু অদুক্কী মতিক কন্না চোংলকই মদুদি মদু তাবদা মহাক নীংজিং-মাঙজিংনবা পোক্লকই। ইখঙ খঙহৌদনা উতূপ অদু খংলেঙ লেঙবা হৌরকই, অদুগা তুরেল লান্না মঙোম্লোমদা তন্না অমুক তাউবা হৌরকই।

"নাম্বোকহন্নবদি তৌররোই। . " মহাক্না খল্লকই, হৌজিক্তি থাবলগী মুশি মুশিবা মঙালদা তাউরিবা উ অদুগী মমাঙদা টার্টরগী মকোক অমা হাইফেৎ উরকই। মহাক্না কোক অদুদা চুমদ্রীং চুম্না নিশান তৌরকই। মদু মাগী নোংমৈ বেরেল মতোন্দা য়াম্না নক্না লৈবগুম উরকই। উরিবা পোৎশিং অদুদগী মাগী মমীৎ হনগৎলকই। "শূকশোয় শোয়দ্রে, মসি অব্রেক অমনি!" মহাক্না হরাউনা খল্লকই, অদুগা থুনমক খুকউ-খুদা কূপ্লগা অমুক হন্না নিশান তৌরকই। মাগী শাংলবা নোংমৈ মতোন্দা উরিবা মার্ক অদু থেংনরগা মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা তম্লকপা কোসাক্কী চৎনবী মওঙদা হায়রকই, "মপা মচাগী মিংদা" অদুগা নোংমৈ তেম্খল অদু চিংলকই। মীকূপ অমতং শীংনাংশিং অমদি ঈশিং অদু অরংবা মঙাল অমনা পূমঙান ঙাম্থোকহল্লকই অমসুং কাপখিবা অদুগী য়াম্না হৌবা ইখঙ খঙহৌদবা মখোলনা তুরেল লান্না চৎখি, অতোপ্পা করিগুম্বা মফম অমদা কুইনা ঙংদুনা লৈবা খোঞ্জেল ওনখি। হৌজিক্তি উতূপ অদু ফৈনা তাউশিল্লক্ত্রে, উরু-উরু লৈনা হাইদুনা ঈচেলদা তাউথখ্রে।

উতূপকী মনাক্তা হীপ্লিবা য়েরগুশোভনা মদুগী মরুমদা হৌগৎলক্লগা নোংমৈ কোয়মা মারগা লাউরকই, "মাবু ফাও হায়রিসিনি!"

"তূমিন লৈয়্যু, লাইফগুবা!" লুকাশকানা ময়া চীক্লদুনা তূমিন্না হায়রকই, "*অব্রেকশিংনি!*"

"কনানো নঙনা কাপ্লিবদু?" নাজারকানা হংলকই, "কনানো, লুকাশকা?"

লুকাশকাদু খুন্নক্তে। মহাক্না অমুক্কা নোংমৈ মচাক হাপ্লি অদুগা তাউরিবা উতূপ অদুদা য়েংদুনা লৈ। খজিক্তুং চৎলগা মদু লৈঙোই হাজিনবা মফমদা লেপখ্রে, অদুগা মদুগী তুংদা করিগুম্বা অচৌবা পোৎ অমা ঈশিংদা হাইদুনা লৈবা উরকই।

"নহাক্না কাপ্লিবদু করিনো? বা ঙাঙদ্রিবা করিগীনো?" কোসাকশিংদুনা তকশিল্লকই।

"*অব্রেকশিংনি*, নখোয়দা হায়রিবসিনি!" লুকাশকানা হায়রকই।

"মদু ঐখোয়দা হায়রক্কনু। নোংমৈদু কাপখিব্রা?... "

"ঐনা *অব্রেক* অমা হাৎলে, ঐনা তৌথ্রিবদু মদুনি," লুকাশকানা ফুক হৌগত্তুনা মখোঙনা লেপ্পগা পূক্লীং ঈথক হৌবনা স্বর ফুনবা খোঙ্খোক্তা তূমিন্না হায়রকই। "মী অমা ঈরোইদুনা লৈরম্মী..." মানা লৈঙোই হাজিনবা মফমদা থিন্দুনা হায়রকই, "ঐনা মাবু হাৎলে। মফমদুদা য়েংউ।"

"অদুগুম্বা ব্লারীদু ঐখোয়দা লীরক্কনু!" য়েরগুশোভনা মমীৎ নোইর-নোইরদুনা হায়রকই।

লুকাশকানা য়েরগুশোভকী মরেংবান্দু পায়রগা মানা নাদুনা লাউবমখৈ মাবু অকনবা শক্তিগা লোয়ননা চিংদুনা হায়রকই, "করি তৌনু হায়বা? য়েংউ মফমদুদা।"

মহাক্না লুকাশকানা থিন্দুনা তাক্লিবা মায়কৈ অদোমদা য়েংলকই, হকচাং অদু উরবদা খুদক্তা মাগী খোনফম ওনখ্রে।

"ওহ ঐগীদি! অদুবু অতৈসু লাকখিগনি! ঐনা হায়বসি থাজৌ," মানা তপ্না হায়রকই, অদুগা মাগী নোংমৈ অদু চেকশিন্না য়েংবা হৌরকই। "মদু ঈরোইদুনা লানশিল্লকপা স্কাউটনি; অতোপ্পশিং অদু হান্ননা সিদা লৈরে নত্ত্রগা তোর্বান ব্লাংমদা থাপ্পা লৈত্রে, ঐনা হায়বসি থাজৌ!"

লুকাশকানা মাগী পেটিদু থাদোকই অদুগা মাগী সরকেসিয়ান কোট অদু লৌথোকই।

"অপঙ নঙবু কদায়দা চৎকদৌরিবনো?" য়েরগুশোভনা লাউরকই, "নহাক্কী নশক উখোক্লুরবদি নহাক শিরনি, করিসু নত্তবদা লোইনমক, ঐনা হায়বসি থাজৌ! নহাক্না মাবু হাৎলবদি মা নাম্ব্রোক্লুরোই। ঐগী নোংমৈ মরূ হাপফমদা নোংমৈ হীদাক খজিক্তা হাপখিগে। নহাক্কী লৈরিব্রা? নাজারকা, নঙদি কোর্ডোনদা হনখ্রো, থূরো; অদুগা তুরেল খোঙবান পরিংদা চৎখিনু নত্ত্রবদি নহাকপু হাৎখিগনি, ঐনা হায়বসি থাজৌ।"

"ইথস্ত চৎলিঙৈদা ঐবু ফাহনবা! নহাক নশামক চৎলো!" নাজারকানা শাউনা খুন্নকই।

লুকাশকানা মাগী কোট লৌথোক্লগা তুরেল খোঙবান্দা কূমথখ্রে।

য়েরগুশোভনা নোংমৈ মচাক হান্না হান্না হায়রকই, "চঙশিনখিনু, ঐনা হায়রিবসিনি। য়েংউ, মহাক লেঙদ্রে। ঐ উরে। অয়ুক ওইশিল্লক্রে; মখোয়না কোর্ডোনদগী লাকপা ফাওবদি ঙাইখো। নাজারকা, নঙদি হনখিবা ফরে। নহাক কিরে! কিক্লনু, ঐনা হায়রিবসিনি।"

"লুকাশকা, হাই, লুকাশকা! নহাক্লা মদু মতৌ করন্না তৌগ্রিবনো ঐঙোন্দা হায়য়ু!" নাজারকানা হায়রকই।

লুকাশকাদু ঈশিংদা কুমথবগী মতাংদা মপুক্লীং হোংখ্রে।

"কোর্ডোনদা থুনা চৎখ্রো, ঐ য়েংলমগে। কোসাকশিংদা পেট্রোল থারক্লবা হায়রুচো। *অব্রেকশিংদু* নাকল অসোমদা লৈরবদি মখোয়বু ফাগদবনি।"

"মদুনি ঐনা হায়রিবা। মখোয় নাম্বোকখ্রগনি," য়েরগুশোভনা হৌগত্তুনা হায়রকই। "মখোয়বু ফাগদবনি।"

য়েরগুশোভকা নাজারকাগা হৌগৎলে অদুগা মশাদা ক্রোসকী খূদম তৌদুনা তুরেল খোংবানলোমদা নত্তুনা হৈজামপেৎ মরক্তা ফাওদুনা উমংগী লম্বী অমা তানবা চৎলগা কোর্ডোনগীদমক খোঙশানখ্রে।

য়েবগুশোভনা চৎলমদাইদা হায়রম্মী, "হৌজিক চেকশিল্লু, লুকাশকা, লেঙগনু— মখোয়না নঙবু মফমসিদা কত্তুনা হাৎখিবা য়াই, অদুনা হেক য়াবমখৈ মীৎশিং-নাশিংনা লৈয়ু!"

"চৎখ্রো, ঐ খঙলে," লুকাশকানা তূমিন্না হায়রকই; অদুগা মাগী নোংমৈদু চেকশিন্না য়েংলগা উতূপকী মরুমদা মহাক অমুক হন্না ফমথখ্রে।

লুকাশকা মথন্তা লৈহৌরে, অদুগা অথেনবা মফমদা মুন্না য়েংলগা কোসাকশিং লাকপা তাদুনা ফম্লি, অদুবু কোর্ডোনদু খরা থাপ্পী, ঙাইঙমদবনা মাগী পুক্লীংদু ৰাহল্লি। মহাক্লা হাৎখিবা *অব্রেক* অদুগা লোয়নরকপা *অব্রেকশিং* অদু নাম্বোকখ্রগনি হায়না মানা অসুম খন্দুনা লৈ। মমাঙগী নুংথিলদা লমওক লাবা অমা মঙোন্দগী নাম্বোকখিবদা তৌবা অদুগুন্না মহাক নাম্বোকখিগদৌরিবা *অব্রেকশিং* অদুদা হাইফেৎ শাউনীংলকই। মহাক্লা মী অমা উগনি হায়বগী আশাদা মীকুপ খূদিংগী অকোয়বদা অমদি তোর্ব্বান ৰাংমদা য়েংলকই; অদুগা মাগী নোংমৈ খিনফম অদু শেম-শারগা নোংমৈ কাপ্পবা থৌরাঙ তৌই। মহাক মশামক হাৎখিবা য়াই হায়বগী ৰাখল অদু মাগী মকোক্তা করিমতা চঙদে।

# ৯

নোং ঙাম্মোরক্লে। চেচেনগী হকচাং অদু অথেনবা ঈশিংদা তপ্পা লুপফেৎ লুপফেৎ তৌনা হাইদুনা লৈবদু হৌজিক্তি শেংনা উরক্লে। ইখঙ খঙহৌদনা লুকাশকাদগী লাপ্তনা শীংনাং-শিংদু শ্রোৎ-শ্রোৎ লাউরককই, মহাক্না খোঙথাংগী মখোল তারকই অমদি শীংনাংগী জুম-জুম লাউবা মতোনশিংদু লেঙবা উরকই। মহাক্না মাগী নোংমৈদু কাপ্পবা মপুং ফানা থৌরাঙ তৌরকই অদুগা তূমিন্না শোল্লকই, "মপা মচাগী মিংদা।" নোংমৈদু ক্রোক-ক্রোক তৌবদুদা খোঙথাংগী মখোলদু লেপখ্রে।

লূপ্পবা খোঞ্জেল অমনা তপ্পা হায়রকই, "হলো, কোসাকশিং! নখোয়গী অঙ্কলবু হাৎকনু!" অদুদগী শীংনাংশিং অদু হাইদোক্তুনা অঙ্কল য়েরোশকানা লুকাশকাগী মনাক্তা চঙলকই।

"ঐনা নহাকপু হাৎলমগদবা খজিক্তা ৱাৎলি! ঈশ্বরসাক্ষী, খজিক্তা ৱাৎলি," লুকাশকানা হায়রকই।

"নহাক্না করি কাপ্লে?" অহল অদুনা হংলকই। মাগী লূপ্পবা খোঞ্জেল অদুনা কোসাক অদুবু কোয়শিন্দুনা লৈরম্বা অঙকপা অহিংগী অচীকপদু খূদক্তা থুগায়দুনা উমং অমসুং তুরেলদা ইনিন নিন্না খোম্থাঙ য়ৈরকই। খঙহৌদনা পোৎ খূদিংমক হেন্না নুংঙাই-মকালাম্বা অমসুং তশেং তশেংবা হেনগৎলকপগুম তৌরকই।

"তশেংনা মফমদুদনি, অঙ্কল, নহাক করিমতা উহৌদ্রে, অদুবু ঐদি শা অমা হাৎলে," নোংমৈ কাপ্পবা থৌরাঙ তৌবদু তোক্লগা লুকাশকানা মওঙ তাদনা ঈংথবা মতৌগা লোয়ননা লেপখত্তুনা হায়রকই।

টেরেক্না অকোয়বদা ঈথক হৌরিবা হৌজিক্তি শেংনা উরবা অঙৌবা নঙ্গল অদুদা হনুবা অদুনা পুক্লীং চঙনা মুন্না য়েংদুনা লৈ।

"মনমদা উতুপ অমা পোরদুনা মহাক্না ঈরোইরম্মী। অদুবু ঐনা মাবু উরম্মী, অদুদগী... মফমদুদা য়েংউ। মফমদুদা! ঐনা খনবদা মহাক মুরৈনবা খোঙ্গ্নাউ অশাংবা শেথলি, নোংমৈ

অমা য়াওই... নহাক উরব্রা?" লুকাশকানা হংলকই।

"ঐ তশেংনা উরে!" অহল অদুনা শাউনা হায়রকই, মাগী মায়থোঙদা ৱাখল খনবা, তমথিবা মতৌ অমা উরকই। "নহাক্না *ঝিজিৎ* অমা হাত্তোক্লে," অৱাবা মতৌ মান্না মহাক্না হায়রকই।

"ফরে, ঐনা 'সিদা ফন্নিঙৈদা খঙহৌদনা নাকল অশোমদা করিগুম্বা অমুবা পোৎশক অমা উখি। মানা মফম অদুদা অদুম লৈরিঙৈদা ঐনা মাবু উবে। মফম অদুদা মী অমা লাক্লগা তাখিবগুম তৌরম্মী। ঐ ইতোমতা অঙকপা মতৌনি হায়না খল্লম্মী। অদুগা মদুদগী অচৌবা অতাউবা-উ অমা ঈচেলগা তাউথমিন্নবা নত্তনা মদুদা ফৈন্না তাউশিল্লক্লম্মী; মদুগী মখাদা মী মকোক অমতং লৈবা উরম্মী! য়াম্না অঙকপনি! অদুনা ঐনা শীংনাং মবক্তগী য়েংথোক্লম্মী, অদুবু করিগুম্বা অমতা উবা ফংলমদে; অদুদগী ঐনা লেপখৎলে, মানা ঐবু তারম্বা তাই, লাইফত্তবা অদু, অদুদগী মহাক্না অথেনবা মফমদা পাকথবগা কোযযেং য়েংলম্মী। মানা কংফান্দা হেক থুংলগা কোয়য়েং য়েংবদা ঐনা অসুন্না হাযবম্মী, 'নত্তে, মদু তৌনু! নহাক নাম্থোক্লরোইদবনি।' ঐ স্বর ফুনবগুম তৌরকই। ঐনা ঐগী নোংমৈদু থৌরাঙ তৌরে, অদুবু লেঙদি লেঙদে, অদুদগী য়েংথোকই। মহাক্না ঙহাক্তং ঙাইরগা অমুক হন্না ঈরোইখ্রে; মহাক্না থাবল মঙালদা থোরক্লবা মতমদা মাগী মনঙ্গল অদু মপুং ফানা উরম্মী। 'মপা, মচা অমসুং হোলি ঘোষ্টকী মিংদা'... অদুদগী মৈখু মরক্তা মানা ফ্রং ফ্রং চোংবা ঐনা উরম্মী। মহাক্না অৱা-তেংথাবগুম্বা অমা তৌখিবগুম নীংই। 'অহ,' ঐনা খল্লম্মী, 'ঈশ্বরবু থাগৎচরি, ঐনা মহাকপু হাৎলে!' অদুগা মানা লৈঙোই হাজিনবা মফমদা তাউশিল্লবা মতমদা ঐনা মাবু শেংনা উরম্মী; মহাক্না হৌগৎলক্কদবগী হোৎনরম্মী, অদুবু ঙম্নমদে। মহাক খজিক্তং হাইন-হন্না অৱাবা খাঙলম্মী, মদুদগী অদুম তুথখিরম্মী। ঐ পুন্নমক উহৌই। য়েংউ, মহাক লেঙদ্রে- মহাক শিরম্নগনি! মখোয় অতৈ অমুক লৈরম্বা য়াই হায়দুনা মী অতোপ্পশিংদু কোর্ডোনিদা চৎখ্রি।"

"নঙনা মখোয়বু ফাগনি হায়না খল্লি!" অহল অদুনা হায়রকই, "মখোয় হৌজিক থাপ্পা লৈখ্রে, নুপামচা!..." মানা থৱায় ৱানা অমুক মকোক হাইরকই।

অদুদগী তাঞ্জাদুদা মখোয়না মোংশোং মরক অদু নৈখাইবগী মখোল অমদি কোসাক-শিংনা তুরেল খোঙবান পরিংদা শগোল তোংদুনা অমসুং মখোঙনা ৱা-ৱা লাঙদুনা চঙশিল্লকপগী খোঞ্জেল তারক্লে।

"নখোয় হি পুরক্লব্রা?" লুকাশকানা লাউরকই।

"নহাক অথোইবা মীনি, লুকাশকা! মদু তোর্বান্দা চিংখৎলকউ," কোসাকশিংগী মরক্তগী অমখল্লা লাউরকই।

লুকাশকানা হি অদু ঙাইদনা মাগী শিকার অদুদা শংত্রিক অদুম য়েংদুনা মফি হোং-দোকপা হৌরকই।

"ঙহাক্তা ঙাইখো, নাজারকানা হি পুরক্রি," কোর্পোরেল অদুনা লাউরকই।

"অপঙবা! মা হিংলম্বা য়াই, অসুম তৌশিন্নবা ওইরম্বা য়াই! নঙগী থাঙপাক অদু পুদুনা চৎলু!" অতোপ্পা কোসাক অমনা লাউরকই।

"চঙশিল্লক্রো," লুকাশকানা মাগী খোঙ্গ্রাউ অশাংবদু চিংলগা লৌথোক্তুনা লাউরকই। মানা থুনা ফি হোংদোক্লে, অদুগা মশাদা ক্রোসকী খূদম তৌদুনা তুরেলদা চোংথখ্রে। অদুদগী মানা মাগী অঙৌবা মপাম্বোম অদুনা শাংনা শাংনা হোৎলদুনা স্বর শাংনা হোন্দুনা ঈশিং মথক্তা মনঙ্গল অদু ঝাংনা ঈনখৎলগা টেরেক্কী অথেনবা মফম তন্না ফৈনা ঈরোইখ্রে। কোসাক ময়াম্না তোর্ববান্দা লাউনা ঝারী শারদুনা লৈরি। শগোল তোংবা মী অহন্না ঙাক-শেনবা চৎলি। হি অদু তোরৈ অমদা উরে। লুকাশকানা লৈঙোই হাজিনবা মফমদা লেপ্তুনা হকচাং অদুদা নোঙ্গ্বরগা অনীরক নোম্লকই। "মহাক শিরে য়ারে!" মানা হৌনা লাউরকই।

চেচেন অদু মকোক্তা পাল্লম্মী। মহাক হীগোক্কী খোঙ্গ্রাউ অমা উপ্পী, ফূরিৎ অমগা সরকেসিয়ান কোট অমগা লীৎলি, অদুগা মনঙ্গন্দা নোংমৈ অমগা থাঙপাক অমগা পুল্লি। পূন্নমক অসিগী মথক্তা অচৌবা উশা অমা পুল্লি, মদু মহাক্না অহানবদা লুকাশকাবু নমথাক তৌখিবদুনি।

হকচাং অদু হিদগী থাঙ্গত্তুনা তোর্ব্বানগী নাপীদু নন্দুনা থম্বা মতমদা ইকোয় কোয়না পূল্লিবা কোসাকশিংগী মরক্তগী অমনা লাউরকই, "কয়াদা চাউখ্রবা ঙা অমা নঙনা কংফান্দা পুখৎলক্লিবনো!"

"মহাক কয়াদা নাপু মচু মাল্লিবা!" অমনা হায়রকই।

"ঐখোয়গী মীশিংদি কদায়দা থিবা চৎখ্রে? লেমহৌরিবা মখোয় অতৈদু তোর্ব্বান ঝাংমদা লৈরমগনি নীংই। মসিমনা স্কাউট ওইরমদ্রবদি অদুম তৌনা ঈরোইরক্লম্লোই। মহাক্না অতোপ্পা মরম করিগী মথক্তা ঈরোইগদগে?" অহুমশুবা অমনা হায়রকই।

লুকাশকানা তোর্ব্বানগী অনেম্বা জগাদা থক থক নীক্না লেপ্তুনা মাগী অচোৎপা ফিশিং অদু শুমদোক্লদুনা করেম্নদুনা হায়রকই, "অতৈগী মাঙ থানা মশানা চোংথোকচরকপা মশা খীংবা মী অমা ওইবা তাই; অশেংবা *ঝিজিৎ* অমনি! মাগী খদাঙকোই অসি মচু শঙলে,

চাং মান্নবা কক্লে।"

"মাগী কোট অসি ঈরোইবা নুংঙাইনবা খাউ শাদুনা মনঙ্গন্দা পুনশিল্লে," কনাগুম্বা অমনা হায়রকই।

"য়েংউ, লুকাশকা," কোর্পোরেল অদুনা অশিবা নূপা অদুদগী লৌথোকপা থাঙপাক অদুগা নোংমৈ অদুগা পায়রগা হায়রকই। "থাঙপাক অদু নহাক্কী ওইনা থমজরো অদুগা কোট অসিসু; অদুবু নোংমৈ অসিগীদি নঙোন্দা ঐনা সিলভরগী রুবল অহুম পীগনি। য়েংউ বেরেলসি য়াম্না ফবা নত্রে।" মানা নোংমৈ মচীন্দা কান্নদুনা হায়রকই, "ঐনা মসি নীংশিং খূদম অমা ওইনবা পাম্বতনি।"

লুকাশকাদু খুম্নক্তে। অসিগুম্বা মখলগী খুৎনি অসিনা মাবু তশেংনা খোয়শাউনহল্লি, অদুবু মদু লৈথোকপা য়াবা নত্তে হায়বা মহাক খঙই।

"লাইফত্তবা!" মানা পীশুম শূক্তোক্লুনা চেচেনগী কোট অদু লংথোক্লগা হায়রকই, "য়ামদ্রবদা মাগী অফবা কোট অমদি লৈরমগনি। মসিদি চুন্নগী ফীজেৎ অমনি।"

"মসিদি মৈ লৌনবা মৈচম ওইবা য়াগনি," কোসাকশিংগী মরক্তগী অমনা হায়রকই।

লুকাশকানা তশেংনা মাগী নুংঙাইতবা অদু কাউথোক্লুনা মথক থোংবা মীদা খুদোল অমা পীবগীদমক করিগুম্বা খুদোংচাবা অমা ফংলগে নীংদুনা হায়রকই, "মোসেভ, ঐ য়ুমদা চৎলগে।"

"ফরে, নহাক চৎপা য়ারে।"

"নুপামচাশিং, হকচাং অদু কোর্ডোন তান্না অমুক পুরো" কোর্পোরেল অদুনা নোংমৈদু হৌজিক ফাওবা অসুম কুপ্পা য়েংদুনা হায়রকই, "অদুগা মাগী মথক্তা করিগুম্বা পোৎ অমনা নুংশা খল্লু। মখোয়না মদু শেল পীজরগা পুগে হায়নবা চীংদগী মী থারকপা য়াই।"

"হৌজিক নুংশাদি শাদ্রি," কনাগুম্বা অমনা হায়রকই।

"লমহূই অমনা মাবু ফংখ্রবদি কমদৌবা? মদুদি য়াম্না ফরোই, ফগদ্রা?" অতোপ্পা কোসাক অমনা হায়রকই।

"ঐখোয় শঙগনি; মখোয়না করিগুম্বা অমুক লৈজগে হায়দুনা লাক্রবদি মহাক মচেৎ মচেৎ তারবদি য়াররোই।"

"ফরে, লুকাশকা, নহাক্না হায়নীংবা হায়য়ু, নূপামচাশিং অসিদা ভোদকা বালটিন অমদি পীথকপা তারেনে," কোর্পোরেল অদুনা হরাউনা হায়রকই।

"মশানা তাবনি। মদু চৎনবীনি," কোসাকশিং অদুনা য়ৌ-য়ৌ ঙাঙবা হৌরকই। "নঙোন্দা

ঈশ্ববনা কয়াদা লাইবক ফবা ওইহনবীরবনো য়েংউ! নহাক পুন্সীদা করিগুম্বা অমতা থেং-নদ্রি, অদুবু নঙনা অরেক অমা হাৎলে!"

"থাঙপাক অসিগা কোট অসিগা লৈজরো, পৈশা পাম্মুবা তৌরুনু, ঐনা নখোয়দা খোঙ্গ্রাউ অসিসু পীথোক্কনি," লুকাশকানা হায়রকই। "মখোয়দু ঐগীদি পীকমল্লি, লাইফত্তবা অদু মযাঙ কংবা মতোং যাউদবা জাৎনি।"

কোসাক অমনা কোট অদু রুবল অমদা লৈখ্রে, অদুগা অতোপ্পা অমনা থাঙপাক অদুগী ভোদকা বালটিন অনীগী পৈশা পীবে।

"থকউ, মরূপসা! ঐ নখোয়দা বালটিন অমা পীথক্কনি!" লুকাশকানা হায়রকই। "ঐ ইশামক্লা মদু খুলদগী পুরক্কে।"

"অদুগা খোঙ্গ্রাউ অদুদি লৈশাবীশিংগীদমক রুমাল ওইনা ককথৎলো!" নাজারকানা হায়বকই।

কোসাকশিং অদু বা লাউনা নোক্লকই।

"নোকপা ওক্লে!" কোর্পোরেল অদুনা হায়রকই। "মশা অদু পুখ্রো। অপুম্বা পোৎ অদু খাংপোক ময়াদা অসুম থমগদৌরব্রা?"

"নখোয় মফমদুদা লেপ্লিবা করিগীনো? মহাকপু চিংদুনা পুরো, মরূপশিং!" লুকাশকানা য়াথং তৌবা খোনফম অমদা কোসাকশিংদা লাউরকই, মখোয়না য়ানীংফাত্তনা মখোয়গী মকোক্লা হায়বদৌনা মহাক্লা হায়বা অদু ইল্লি। খোঙকাপ খরা হকচাংদু চিংলগা কোসাক-শিংদুনা মখোঙশিংদু থাদরে। মখোয়দু লেঙদনা লৈমায়দা তাখ্রে। অদুদগী কোসাকশিং অদু খোঙফম হন্দোক্লরগা মীকুপ খরা তুমিন্না লেপ্লি। নাজারকানা মাঙলোমদা চৎখৎলক্কুনা মকোক অদু চুমথোকই, চুবা মথক্তা কোয়না শোক্লিবা মফম অমদি অশিবা মীদুগী মমায়দু মপুং ফানা উনবা নাকল অমদা চেপখে।

"য়েংউ থোপমক্তদা লৈরিবা দাগ অসি," মানা হায়রকই।

"মহাক মাঙলরোই। মাগী মপুশিংনা মাবু মতম পুম্বদা মশক খঙগনি!"

কনামতা খুম্নরক্তে, অচীকপগী লাইরেম্বীনা কোসাকশিংগী মরক্তা অমুক হন্না থুনা চঙখ্রে। নুমিৎ ফনা য়াম্না বাংনা কাখ্রে, মাগী মঙালগী চোইজাইনরবা মশেকশিংনা লীক্লা তাবা নাপী মথক্তা ভাল্লি। অনকপদা,মীকপ থোক্লবা উমংদা টেরেক্লা বা-বা লাউনা চেল্লি; অয়ুকপু তরাম্না ওক্লদুনা নোংইনশিংনা অমগা অমগা কৌনরকই। কোসাকশিংদু তুমিন্না লেঙদনা অশিবা হকচাং অদু কোয়শিল্লগা য়েংদুনা লৈ। শীৎচিনগ্রবা মবুক্তা পেটি অমা ফাদুনা উপ্লিবা

মুরৈনবা অচোৎপা খোঙ্গ্রাউ অদু নত্তুনা অতে করিমতা মশাদা পক্কবা ৱাউথাংনবা হকচাংদু চুং-ফীরান চায় অমসুং নীংথিজে। মসল কারবা পাম্বোমশিংদু নাকন্দা তারি; হাইফেং শংবান্নবা, লু কোকপদা ঙায়রিবা, মতুম তাবা, নাকন্দা অশোকপগী ঈ নঙশিন্দুনা লৈরবা মকোক অদু মপা-মপুশিংগী মতৌগা মান্নদে। অনানবা ৱাউথাংনবা পীশুমদুগা শম কোকথোকখ্রবা কোক্কী শরুকা য়েংনবদা তোঙান তোঙান্না চোংথোক্কুনা লৈ। পাঙলিবা মিংশেলগুম্নবা মমীৎশিংদু মীৎনহা লেঙদনা মথকলোমদা ওনখত্তুনা শংত্রিক য়েংই, হৌখ্রবা খুদিংমকপু য়েংবগুম তৌই।নীংথিজনা থাক্রিবা নাতোন শূমাঙগী অঙাঙবা কোইদুগী মখাদা ফজরবা চীবান্না নাকল অনীদা শেপকত্তুনা, চপতিংনা, মরৌ লৈনা, পূকফবা মান্না, মোমোন নোক্তুনা করেম্নবগুম তৌই। অপীকপা খুদাংশিংদুদা অঙাঙবা মতু হৌই, খুৎশাশিং অদু মনুংলোমদা কোনশিল্লি, অদুগা খুজিলশিং অদু অঙাঙবা মচু শঙই।

লুকাশকা হৌজিক ফাওবা ফি শেৎচিনদ্রি। মহাক ইচোৎ চোৎলি। মাগী মঙক অদু হেন্না ঙাঙশিল্লি, মমীৎশিংদু হান্নদগী হেন্না ইরং লংখৎলি; মাগী পাক্লবা খজাইশিংদু থক থক নীকই, মাগী ফরবা হকচাংদগী অয়ুক্কী অশেংবা নুংশিৎ মরক্তা পাক্তি খঙবা ঙমদবা মনিল অমা কারি।

অশিবা মশা অদুবু থাগৎপা মতৌ উত্তুনা মানা শোল্লকই, "মহাকসু মী ওইরম্লিবনিকো!"

"উম, নহাক্না মাগী মখুত্তা তারম্লবদি নহাকপু করিসু ঙাকপিরোই," কোসাকশিংগী মরক্তগী অমনা হায়রকই।

অচীকপা লাইরেম্বীদু পাইখ্রে। কোসাকশিংদু থুনা কোয়চৎ চৎপা অমদি ৱারী শাবা হৌরকই। মখোয়গী মনুংদগী অনীখক্না থূপফম শেম্নবা উশা য়াল্লি, অতৈশিংনা কোর্ডোন পাংনা চৎখ্রে। লুকাশকাগা নাজারকাগা খুলদা চৎনবা থৌরাঙ তৌবা চেনখ্রে।

পুংখায় অমগী মতুংদা লুকাশকাগা নাজারকাগদু, টেরেকপু খুঙ্গঙদগী খাইদোক্লিবা অশূকপা উমংদু ফাওনা চেন্না চেন্না, লেপ্তুনা ৱারী শারদুনা য়ুমগী লম্বীরোমদা চৎখ্রে।

"তাউ, ঐনা নঙবু থারকপনি হায়রুনু। হৌজিক চৎলো মাগী মপুরোইবদু য়ুমদা লৈব্রা য়েংলুচো," লুকাশকানা মাগী অয়াকপা খোঞ্জেলদা হায়রকই।

"অদুগা ঐ য়ামকাগীদসু কোয়থোক্লুগে," হায়বা ইল্লবা নাজারকানা হায়রকই, "ঐখোয় নুংঙাইবা মতম অমা ফংলগনি, ফংগদ্রা?"

"ঙসি নত্রবদি করম্বা মতমদা ফংগনি?" লুকাশকানা খুম্লকই।

কোসাক অনী অদু খুল য়ৌরগা থক-চারে, অদুগা সন্ধ্যা য়ৌবা ফাওবা তূম্নবা হীপখ্রে

## ১০

মথক্তা হাযখ্রিবা থৌদোকশিংসিগী মতুং নুমিৎ হুন্নি কোনবদা নোভোমলিনস্কাযাগী কোসাক খুঙ্গঙদা কোকেসিয়ান খোঙলান্মী পল্টনগী কাঙলুপ অনীখক থুংলরে। শগোলশিং অদু শাবোৎ লৌথোক্লে, কম্পনিগী গাড়িশিং অদু চুথেক নাইবা লম্পাক অমদা থারি। পুজারী-শিংদুনা কোম অমা তৌরে, মফম কয়াদগী (নীংথিনা মরাংকায়না লৈতবা মফমদগী) খোমজিনবা শীংনা হৌজিক মখোয়গী চানবা থোংলি; সারজন্ট মেজরশিংনা রোল কৌরি। সার্ভিস কোর্পসকী মীওইশিংনা শগোলশিংদু পুল্লগা শজিক পীজনবা লৈমায়দা উখোঙশিং যুংলি; ক্বারটর-মাষ্টরশিংনা ময়ূমদৌনা লম্বী-সড়কসিংদা কোয়চৎ চৎলি, অফিসারশিংদা অমদি মীশিংদা মখোয়গী ক্বারটর্স তাক্লি।

*লানগী খূজু-খূৎলাই হাপ্পা অশংবা উপু পরেং, কম্পনিগী গাড়ি অমসুং শগোলশিং, পোরিজ থোংলিবা খাংজাউশিং মফমদুদা লৈ। মদুদা কেপ্তেন অমগা লেফটেনেন্ট অমগা সারজন্ট মেজর ওনিসিম মিখাইলোভিচকা লৈ। পুন্নমকসি কম্পনিশিংদুদা মখোয়গী ক্বারটর্স লৌনবা য়াথং তৌবকই হায়না পাউ ফংবা কোসাক খুঙ্গঙ মনুংদা ওইবা মরম্না মখোয় খুদিংমক ময়ূমদৌনা নুংঙাইবা পোকই।*

অদুবু মখোয় মফম অদুদা করিগী লৈরিবনো; কোসাকশিং অদুনা কনা কনানো; মখোয়না সিফাই কাঙলুপ অদুবু মফমদুদা লৈহনবা পাম্রা; অদুগা মখোয়শিং অদু ওল্ড বিলিভরশিং ওইব্রা ওইদব্রা— পুন্নমক করিমতা কান্নদে। মথৌদগী থাদোরক্লবা, চোকথরবা, উফুল-বাইফুল তৈরবা সিফাইশিংদু কোয়চাই চাইনা বা-বা লাঙদুনা তোংফম থিবা হয়িংখোই মপৈগুন্না চুথেক নাইবা লম্পাকশিং অমদি লম্বীশিংদুদা চৎলি।

কোসাকশিংনা মপূক্লীংদা খৌমুক তৌরিবদু করিমতা থৌশাদনা নোংমৈদুগা ক্রোক-ক্রোক লাউনা মখোয় অনী-অনী, অহুম-অহুম খাংপোকশিংদুদা চঙই, অদুগা মখোয়গী পোৎ-চৈ য়ানখৎলি, খাউনচিংবা হাংদোকই অমদি নূপীশিংদা ফাগী তৌই। মখোয়গী হৈনজবা মফম, পোরিজ খাংজাউশিংগী অকোয়বদা সিফাই য়াম্না পূল্লি, ময়াগী কারক্তা অপীকপা

কাংচুপ অমমম চুপ্পগা শারবা অতিয়া তন্না পাইখত্তুনা অচৌবা লৈচিল ওনখ্রিবা মৈখু অদুদা অমুক য়েং, অদুগা মহী চেল্লবা খ্রাসকুল্লা লুল্লবা মালংদা তনিক তনিক্রিবা কেম্প ফয়ারদা অমুক য়েং তৌই অমদি কোসাক নুপী-নুপাশিংদুদা মখোয়না রসিয়ানশিংগী মতৌগুন্না পুন্সী লেন্দ্রে হায়দুনা করেন্নদুনা লক্নে। শূমাঙ পুন্নমক্তা কনাগুম্বনা সিফাইশিং উগনি অমদি মখোয়না নোক-খেবগী মখোল অমদি কোসাক নুপীশিংনা মখোয়গী ময়ুমশিংবু ঙাকথোক্লবা অমসুং সিফাইশিংদা ঈশিং নত্ত্রগা থোংনবা পাত্রনচিংবা পীরোইদবগী শাউনা, য়াক্লা লাউবা খোঞ্জেল তাগনি। অপীকপা অঙাংশিংনা মখোয়গী মমাশিংদা অমদি মখোয় মশেল নপশিন্নদুনা কিবা খৌরাংবা মতৌ অমগা লোয়নননা (মখোয়না মমাঙদা অমুক্তা উখিদ্রিবা) সিফাইশিংগী লেঙলি-চৎলিবদু য়েংই নত্ত্রগা ব্যবহার উৎপা মওঙদা থাপ্পা মখোয়গী মতুংদা চেল্লি।

কোসাক অহলশিংনা নুংশুক-নুংজানননা তুমিন্না থোরকই, য়ুমগী অকোয়বদা লৈরিবা লৈপন্দা ফম্নদুনা পুন্নমক অদুদগী করি থোক্লগদগে হায়বা খঙদবগুম নত্ত্রগা থৌশাদবগুম সিফাইশিংনা তৌরিবদু য়েংই।

পল্টন অদুদা থা অহুমগী মমাঙদগী কেডেট ওইনা য়াওরকপা ওলেনিনবু খুল অদুগী খ্বাইদগী ফবা য়ুমশিংগী মরক্তা অমা ওইরিবা কোর্ণেট ইলিয়া ভাসিলিয়েভিচকী য়ুমদা হায়বদি ডেম উলিৎকাগীদা লৈহন্নবা হায়রকই।

"দমিত্রি আন্দ্রেয়েভিচ, মওঙ কমদৌরগদগে হায়বদি ঈশ্বরনা খঙবা হায়বদুনি," ভানয়ুশানা স্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা ওলেনিন্দা হায়রকই; ওলেনিন্না সরকেসিয়ান কোট অমা লীৎলগা মহাক্লা গ্রোজনায়াদগী লৈরকপা কবারদা শগোল অমদা তোংলদুনা মাগী পুং মঙাগী খোঙচৎকী মতুংদুদা হরাউ-হরাউনা মঙোন্দা পীবা কারটর্স অদুগী শূমাঙদা চঙলকই।

পোৎয়োম পুবা গাড়িগা লোয়নননা থুংলরবা অমসুং হাংদোক্লগা পোৎ-চৈ লৌথোক্লিবা হুমাং তারবা, মশম ইফা ফানা থবায় বানা লৈরিবা ভানয়ুশাদা ওলেনিন্না হরাউনা য়েংলগা মাগী শগোল অদু পোপ পোপ ফুরদুনা হংলকই, "করিগীনো, কৈদৌরে?"

ওলেনিনদু পুরা অতোপ্পা মী অমগুম উখ্রে। মচীনবান অমদি খদাঙদু কোই নান্না কোকথোকপগী মহুত্তা নাতোন শূমাঙদা নহা ওইবগী কোই খুৎথাক অমা খাকই, খদাঙদা অতেনবা কোই হৌই। অহিং কয়া মীশেং খাঙলকপদগী মাগী তাইফেৎ তাইবা নাপু মানবা কুচুদুগী মহুত্তা হৌজিক্তি মাগী খজাই, লাইবক, নারুম পুন্নমক অদু হুকচাং ফহনবা

নুংশানা য়েবদা তঙাং তঙাংলে। তরু তরুবা অহনবা, অমুবা তুংনা চোনবা অনানবা কোট অমগী মহুক্তা নাকল য়াম্না শূম্না উফুল থাংবা সরকেসিয়ানগী অঙৌবা কোট অমা লীথলি, মরেংবান্দা নোংমৈ অমা য়াল্লি। ফুরিৎকী ঙকশম অদু চনাং নৌনা থাবগী মহুক্তা মাগী সিল্ককী *কেশমেটকী* অঙাঙবা বেগু অমনা মাগী ঙকশমদা পুল্লি। মহাক সরকেসিয়ান ফিজোল শেথলি, অদুবু মদু মওঙ তানা শেত্তে, কনাগুম্বনা মাবু রসিয়াননি হায়বা খঙলমগনি, *ঝিজিং* অমা ওইনা খঙলম্লোই। মদু তাঞ্জাদুদা খ্বাইদগী চাশিন্নবা পোথনি, অদুবু অশেংবা পোত্তুদি নত্তে। পূন্নমক অসি নত্তনা মাগী মশা পূম্বা অদুদি হকচাং ফবা, হরাউবা, মশাবু পেন্থোকচবা মতৌ অমা ফোঙদোকই।

"উম, মদু নঙোন্দা ফাগী মাল্লে," ভানয়ুশানা হায়রকই, "অদুবু অসিগুম্বা মীওইশিং-সিদা নহাক নশানা ৰারী শাদুনা য়েংউ। মখোয়না নঙগী মায়য়োক্তা লৈবনি, অদুদা অদুম লোইরে। মখোয়দগী নঙনা ৰাহে অমা ফাওবা তাবা ফংলোই।" ভানয়ুশানা শাউনা থোঙজিন্দা বালর্টিন অমা লংথরকই। "করিগুম্বা মওঙ অমদা মখোয়শিংসি রসিয়ানশিংগা মান্নদবগুম তৌই।"

"নহাক্না খুলসিগী মকোক অদুদা হায়গদবনি।"

"অদুবু মহাক কদায়দা লৈবগে ঐ খঙদে," ভানয়ুশানা পেন্দবা খোঞ্জেলদা হায়রকই।

"লাইফত্তবা অদুতনা খঙগনি! তৃক্কচখ্রে! মফমসিদা অশেংবা মপুগা লৈবা নত্তে। মহাক করিগুম্বা *ক্রিগা** নত্তুগা অতোপ্পা অমদা চৎখ্রে হায়, অদুগা অহল ওইবী নূপীদুদি তশেংনা লাইফত্তবীনি। ঈশ্বরনা ঐখোয়বু কনবীবা ওইসনু!" ভানয়ুশানা মকোক্তা মখূৎনা পায়রগা খুম্নকই। "ঐখোয় মফমসিদা করম তৌনা লৈগদৌরিবনো ঐ খঙদে। ঐ তশেংনা খঙই মখোয়সি টার্টরশিংদগী হেন্না ফত্তে — অদুগা মখোয়না মশাবু খ্রীষ্টান কৌজবা শারি! টার্টর হায়বসি ওম্বোক্লা ফত্তে, অদুবু অদুম ওইনমক মহাক্নদুম হেন্না পূকচেল চাউই। থাঙ্গৈশেংনা *ক্রিগাদা* চৎখ্রে! মখোয়গী *ক্রিগা* হায়বসি করিনো ঐ খঙবা ঙমদে!" ভানয়ুশানা লোইশিন্দুনা হায়, অদুগা মমায় লৈথোকখ্রে।

"অহ, য়ুমগী মীনাইশিংগী কারটর্সকা মান্নদ্রব্রা?" ওলেনিন্না শগোলদগী কুমথদনা ফাগী তৌদুনা হায়রকই।

নৌনা থোক্লিবা থৌদোক পরিং অসিদা ভানয়ুশানা চমন্নবা মান্না, অদুবু মশাগী মরাইবক্তা তম্নম্বদুমা য়াজরদুনা হায়রকই, "অদোমগী শগোলদু লৌজবা য়ারদ্রা?"

---

* তুরেল তোর্ববান্দা ডা ফানবা শেম্বা শম্বল খাজিনবা মফম অমা।

"অদুদি, টার্টর অমনা হেন্না পূকচেল চাউই, হা, ভানয়ুশা?" ওলেনিন্না শগোলদগী কুমথরগা শাবন অদুদা পোপ পোপ ফুরদুনা অমুক হন্না হায়রকই।

"পূন্নমক অসি নঙগী নোক্লবগীদমক য়াম্না ফরে! মসি নহাক্লা ফাগী ওইনা খল্লি," ভানয়ুশানা শাউনা মুরুম মুরুম শোল্লকই।

"লাক্লো, শাউনু, ভানয়ুশা," ওলেনিন্না অসুম মোমোন তৌরদুনা খুম্লকই। "মিনিট অমতা ঙাইখো, ঐ চঙলুগে অদুগা য়ুমগী মীশিংগা ৱা ঙাঙনগে; নহাক খঙলক্কনি, ঐ পূন্নমক শীনগে। ঐখোয়না মফমসিদা কয়াদা নুংঙাইবা পুন্সী অমা ফংগদৌরিবনো হায়বদু নহাক্তি খঙদ্রে। থৱায়দা ৱারুনু।"

ভানয়ুশানা খুম্লক্তে। মমীৎ শূক্কৎলদুনা মানা তূক্কচনা মাগী মপুগী মতুংদা য়েংই অদুগা মকোক নোম্মী। ভানয়ুশানা ওলেনিনবু চুম্নগী মপু অমনি হায়না অদুম লৌই অদুগা ওলেনিন্না ভানয়ুশাবু চুম্নগী মীনাই অমগুম্না অদুম লৌই, অদুগা কনাগুম্বনা মখোয় অনীসি মরূপনি হায়রকপা থোক্লবদি মদু মখোয় মশামক তশেংনা খঙজদবা মরম্না মখোয় অনীমক য়াম্না ঙক্লা থোক্কনি। ভানয়ুশা চহী তরামাথোইদা ঙায়রিঙৈদা মাগী মপুগী ময়ুমদা পুরকখিবনি অমসুং মতমদুদা ওলেনিনগা চহী লেঙ্গানি। ওলেনিন্না চহী তরামঙা শুরকপদা মানা ভানুয়ুশাদা মতম অমা লাইরিক তম্বীরম্মী; মঙোন্দা ফ্রেঞ্চ পাবা তম্বীরম্মী, মদুগীদমক ভানয়ুশানা কাহেন্না পোঙজে; মানা থোইদোক্লা থৱায় নুংঙাইবা তাঞ্জাদা মতম চুপ্পদা ইপঙ পঙনা নোক্লুনা ফ্রেঞ্চ ৱাহৈ হৌজিকসু অদুম ঙাঙথোরকই।

ওলেনিন্না মাঙ্গোলগী সিঁড়ি থাক্তা চেনখৎলে অদুগা য়ুম অদুগী থোঙদু ঈল্লগা হাং-দোকই। কোসাক নুপী পূন্নমক্লা ময়ুমদা লৈবদা লীৎনবগুম মঙ্গা মচুগী ফুরিৎ অচোনবী অমতং লীৎলিবী মারিয়ানকানা কিনা থোঙদগী চোংথোকখি, ফক্লাংদা নপশিন্দুনা মমায়গী মখা থংবা শরূক অদু অরাওবা ফুরিৎ পাম্বোম্না খুমজিনখ্রে: থোঙ অদু হেন্না লাওনা হাং-দোকপদা চঙফমগী মল্লি মল্লিবা অদুদা নৌরিবী কোসাক নুপীমচাদুগী ৱাং-চাউরবা চুং-ফীরান চারবা মূর্ত্তি অদু ওলেনিন্না উরকই। অপাবা লৈরোং হৎপা ফুরিৎ অচোনবীদুনা উথলিবা লৈশাবীদুগী অচেৎপা শাবান অমদি অঙাংগী মতৌগুম্না য়াম্না কিবা অমদি পাখৎপা অঙকপা অমগা লোয়ননা মঙোন্দা মুম্না য়েংদুনা লৈরিবা ফজরবা অমুবা মীৎশিং অদুদা মানা য়েংগে নীংলুদনা নহা ওইবগী থুনা ঈখৌলাংবা মতৌ অমগা লোয়ননা য়েংলকই।

"মসিনি *মহাক্ক*," ওলেনিন্না খল্লকই। "অদুবু মাগুম্বী অতৈ ময়াম লৈগনি," মাগী মকোক্তা খুদক্তা লাকই, অদুদগী মানা মনুংগী থোঙ অদু হাংদোকই।

অহল ওইবী ডেম উলিৎকা ফূরিৎ অচোনবী অমতমক লীৎলগা মঙোন্দা তুং ওঙ্হোক্তুনা নোঙ্গরগা লৈমায়দু ৱাই শীৎলি।

"নহাকপু খুরুমজরি, ইমা! ঐহাক লৈফমগীদমক লাক্লিবনি," মহাক্না হৌরকই।

কোসাক নূপী অদুনা মকোক নোনবা তৌদনা, তমথিরবা অদুবু ফদি ফজবা মমায় অদু মঙোন্নোমদা লৈশিল্লকই।

"নহাক মফমসিদা করিগী লাক্লিবনো? ঐখোয়বু করেম্নবা পাম্না, হা? ঐ নঙোন্দা করেম্নবা তম্বীগে; নহাক্তা শাথিরবা প্লেগকী লায়নাদা য়াওখিবা ওইরো!" মহাক্না নৌনা লাক্লিবা মী অদুদা পীশুম শূক্না চিংননা য়েংলগা লাউরকই।

ওলেনিন্না অহানবদা ভাবনা শারুই মদুদি লম্বীদা লাকপদা চোকথরবা থৌনা ফরবা কোকেসিয়ান লান্মীবু (মহাক মশামক মদুগী মীওই অমা ওইরিবা) মফম খূদিংদা, থোইদোক্না মখোয়গা লান্দা মরূপ ওইরিবা কোসাকশিংনা হরাউ-তরাম্না ওক্কনি হায়না; মরম অদুনা অসিগুম্বা মীওক-মীচান অদুদা মহাক চমম্নরকই। অদুবু মানা খূদক্কী জ্ঞান মাঙবা তৌদনা মহাক্না লৈগদৌরিবদু পৈশা পীগদৌরিবনি হায়না নীংথিজনা তাক্নবা হোৎনৈ, অদুবু অহল ওইবী নূপী অদুনা মানা হায়রিবদু তাদে।

"নহাকপু করিগী লাক্লিবনো? চায়রুং ফান্দোকপা খুদোংথীনীংঙাই ওইবা নহাকপু কনানা পাম্বগে? ঙহাক্তা ঙাইখো; হোরেন মপু লাক্লগা নঙগী লৈফম তাক্কনি। নহাক্কী অমোৎপা শেলদু ঐ পামদে! পৈশা থাঙ্গৈশেংবা! ঐখোয়বু পৈশাকাদু কৈদৌঙৈদসু উদ্রবদৌনা! নহাক্না নহাক্কী তৃক্কচরবা চুরুট মৈখু অদুনা য়ুম্ব মনম নমথিহনগদৌরিবনি, অদুগা শেলনা অমুক ফহনবা পান্নিবা! নখোয়গুম্বা মাঙনবগী মশক ওইবা মী ঐখোয় মমাঙদা অমুক্তা উখিদ্রি! নহাক্তা নবূক্তা অমদি থম্মোয়দা নোংমৈনা পানবা ওইরো!" অহল ওইবী য়ুম্মুরেম্বী অদুনা ওলেনিনবু ঙাঙবগী খুদোংচাবা পীদনা কন্না য়াক্না লাউই।

"ভানয়ুশানা হায়খিবদু চুম্বগুম তৌরক্রে!" ওলেনিন্না খল্লকই। 'টার্টর অমনা হেন্না পূকচেল চাউগনি।" ডেম উলিৎকাগী মীচৈ অদুনা তুংওইনদুনা ওলেনিন য়ুম অদুগী মপান্দা থোরক্রে। মানা থোরকপদুদা মারিয়ানকাদু মাগী মঙ্গ্রা মচুগী ফূরিৎ অচোনবী অদুতমক অদুম লীৎলগা, অদুগা মমায় অদু হৌজিক্না চপ চানা মমীৎ ফাওবা য়ৌনা রুমাল অঙৌবা অমনা লোৎলগা মঙোন্দগী হেনগত্তুনা খঙহৌদনা চঙফম অদুদগী থুনা থোকখ্রে। মাগী খোঙউপ য়াওদবা মখোঙ অদুনা সিঁড়ি মখাদা থুনা শোৎ-শোৎ কূমথদুনা মাঙ্গোলদগী চেঙ্খোকখ্রগা লেপ্পুরে, অদুগা নহা ওইরিবা মী অদুদা মমীৎনা নোক্তুনা থুনা য়েংলম্লগা

য়ুমগী চুথেক অকোয়বগা মশক উখিদ্রে।

মহাক্কী অচেৎপা নহা ওইবগী খোঙথাং, অঙৌবা রুমালগী মখাদা নীংথিজনা তরু তরু পাঙলিবা মাগী তথক্লবা মমীৎশিং অমসুং মাগী তনাপ তনাপ্পা মশা চেকশিনবা শাওঙ-শাদা অদুনা হান্নদগী হেন্না ওলেনিনগী পুক্কীং চিংশিনখ্রে। "উম, মহাক অদুনি," মহাক্না খল্লকই, মাগী মকোক্তা হৌজিক লৈফমগী মরমদা লাঙতক্লবদু হষ্থিদুনা মানা ভানযুশাগী মনাক্তা লাক্লা লাক্লা মারিয়ানকাদা লৈদুনা অদুম য়েংদুনা লৈ।

ভানয়ুশা হৌজিকসু পোৎয়োমশিং অদুগী থবক্তা চিল্লবসু হৌজিক খবদি নুংঙাইনা উরে; মানা হায়রকই, "উরেদনা, নুপীমচা অদু মখোয অতৈদৌনা শাথিরিবদু, লাক্লবা য়াদবা শগোল মচাদৌনা!" মানা অহৌবা জয় ওইবা খোনফমদা শমথরকই, "*লা ফাম!*" * অদুগা হৌনা নোক্লকই।

# ১১

নুংথিল ওইরকপদা য়ুম্বুরেল অদু ঙা ফাবা চৎলুবদগী হন্নক্রে, অদুগা কেডেট অদুনা লৈবদু পৈশা পীগদৌরিবনি হায়বা তারবদা অহল ওইবী নূপী অদুবু থেমজিনখ্রে, ভানয়ুশানা তান্নকপশিংদু মনীং থুংহল্লে।

অনৌবা লৈফম অদুদা পূন্নমক চনীং তানা লৈরে। য়ুম্বুশিং অদু নিংথমথাগী য়ুমদা হোংজিনখ্রে অদুগা মখোয়গী কালেনগী য়ুম অদুনা কেডেট অদুদা থাদা রুবল অহুমদা শান্দোক্রে। ওলেনিন চানবা করিগুম্বা খরা লৈ, অদুনা মহাক তূমখ্রে। নুমিদাংবাই ওইরকপদা মহাক হৌগৎলে, মমায়-মমীৎ তাথোক্রে অদুগা মশা তনান তনান্না কেরগা চাক চারে, অদুদগী চুরুট অমা চল্লগা লম্বীরোমদা ওন্দুনা পানবা থোঙনাউ অমগী ময়াদা ফমদুনা লৈ। ঈংবা হেঞ্জিল্লকই। লৈতেং য়াওবা য়ুমগী শঙমায়শিংগী অপৈবা মমিশিংনা উফুল থাংবা সড়ক্তা ফৈনা ফৈনা তারি অমসুং মায়য়োক্লনা লৈরিবা য়ুমগী ফক্লাংগী মখোঙ অমদি তারমদাই নুমিৎকী মশেক্তা ইরং লংখৎলবা য়ুমদুগী চপঙম্বা ইনা কূপ্পা য়ুমথক অদু ফাওবা য়ৌনা কাখৎলি। নুংশিৎ অদু হেন্না শেংবা হেল্লকই। খুল অদুদা পূন্নমক শান্তি ওই। সিফাইশিংদু চনীং তানা লৈখ্রে অমসুং তূমিন্না লৈখ্রে। শা-শনশিং হৌজিক ফাওবা য়ুমদা হোইগৎনরক্তি, অদুগা মীশিংনা থবক শূবদগী হন্নরক্তি।

ওলেনিনগী লৈফমদু খুলগী লোইরমদাইদনি। তান্না মরক মরক্তা টেরেক ঋাংমগী অথাপ্পা করিগুম্বা মফম, ওলেনিন্না লাকখিবা মায়কৈ অদোমদগী (চেচেনগী চীংশিংদা নত্ত্রগা কুমিক তম্পাক্তা) নোংমৈ কাপ্পগী শেংফাত্তবা মখোল লাকই। ডম্বুর খন্দবা কেম্পতা, সিফাইগী ওইবা পুন্সী মরেলদা থা অহুম লেল্লুরবা মতুংদা হৌজিক লৈরিবা মওঙসি ওলেনিন য়াম্না নীংথিজনা পেল্লি। মাগী তাথোকপদা ঙায়রিবা মমায়দু ইতেক তেকখৎপা অমদি পাঙ্গল ফবা মশা অদু ইশেং শেংবা ফাওই (লানফমদা চৎলুবা মতুংদা হৈনদবা ফাওবা মতৌনি), মাগী পোখারবা হকচাংগী কায়াৎশিংদুদা ঈংবা অমসুং শক্তিগী ইহুল ফাওরকপদু মহাক খঙই। মাগী পুক্নীংসু তেকখৎপা অমদি ইশেং শেংবা ফাওই। মানা লানফমদা চৎলুবা

অমসুং হৌখ্রবা খুদোংথীবশিংদুগী মরমদা ৱাখল খল্লকই। মহাক্লা মী অতৈশিংদগী করিমতা হন্থদনা মখোয়বু মায়য়োক্লখি অমদি থৌনা লৈরবা কোকেসিয়ানশিংগী মরক্তা মাবু থাজবা য়ারবা মরূপ অমা ওইনা লৌখি হায়বদু মহাক নীংশিংই। মানা মোস্কোবু নীংশিংবশিংদু থাদোকখ্রে, কয়া য়াম্না লাপখ্রবা হায়বা অদুদি ঈশ্বরনা খঙই! থায়নগী পুন্সী অদু থাদোকখ্রে, হৌজিক ফাওবদি অরানবা লৈত্রিবা য়াম্না নৌবা পুন্সী অমা লেনবা হৌরে। মফমসিদা অনৌবা মীশিংগী মরক্তা অনৌবা মী অমা ওইনা মানা অনৌবা অমসুং অফবা মিংচৎ ফংবা ঙম্মী। পুন্সীগী নহা ওইবগী অমসুং বিচার য়াওদবগী নুংঙাইবা অমা মহাক খঙই। হৌজিক মাগী অপীকপা লৈফমদুগী অকোয়বদা, য়ুমগী মরুম তাবা মফমদা অঙাংশিংনা খুং উংদুনা শান্নরিবদু থোঙনাউদগী য়েংলগা মানা অনৌবা কোসাক খুঙ্গঙ অদুদা কয়াদা চনীং তানা নুংঙাইনা পুন্সী লেনগদগে হায়না খল্লকই। মরক মরক্তা মহাক্লা চীং-মান অমদি অতিয়াদা য়েংই; প্রকৃতিগী চীংলেম্বা অচৌবা মতৌবু খঙবা অদুগা মাগী নীংশিংবশিং অমদি মঙলান-শিংগা পুনখি। মানা মোস্কো থাদোকপা মতমদা ওইরক্কনি হায়না ভাবনা শাখিবদু নত্তবা মাগী ইনৌ নৌবা, অদুবু থাজরুদনা অপেনবা, পুন্সী অমা হৌরকখ্রে। চীংশিংদু, চীংশিংদু, চীংশিংদু! — মখোয়না মাগী ৱাখল অমসুং পুক্নীংগী মরুমদা লৈবা শক্নোনশিংনি।

খঙহৌদনা থোঙনাউ মখাদা খুং উংদুনা শান্নরিবা অপীকপা কোসাকশিংদুনা নাকলগী লম্বীদা য়েংলগা লাউরকই, "মানা মাগী হূইবু বিদায় তৌদুনা চূপ্লি! মানা পাত্রদা লেক্লিবসে! ... অঙ্কল যেরোশকানা মাগী হূইবু চূপ্লে!"

অঙাংশিং অদুনা ময়াম পূন্দুনা মখোঙ তুং হন্না থাংলদুনা লাউবকই, "মানা মাগী হূইবু চূপ্লে, অদুগা থাঙপাক অদু য়ু থক্লবা যোম্থোকখ্রে!"

লেংবান্দা নোংমৈ য়াল্লগা খ্বাঙগী পেটিদা নোংইন খরা য়ান্দুনা শা কাপ্পা চৎলুবা খোঙচত্তগী হল্লক্লিবা অঙ্কল য়েরোশকাদনি লাউরিবা ময়ামসি।

"নূপামচাশিং, ঐ অরানবা তৌখ্রে, ঐ তৌখ্রে!" মানা মাগী পাম্বোমশিংদু কন্না হাইরদুনা লম্বীগী নাকল অনীদা থোঙনাউশিং অদুদা য়েংখৎলকই। "য়ু থক্লবা ঐনা হূইদু যোম্থোকখ্রে: মদু লাল্লবনি," মানা থৱায়দি নুংঙাইতনা অদুবু থৌশাদবা শাজিন্নদুনা অমুক হায়রকই।

অহল ওইরবা শাদানবা অদুদা অঙাংশিং অদুনা চৎলিবা শাজৎ অদুদা ওলেনিন ঙকই, অদুবু মখোয়না অঙ্কল য়েরোশকা কৌরিবা মীশক অদুগী অর্থচেনবা, হৈশিংবা মায়থোঙ অমসুং অফবা মশাদুনা মাবু থোইনা হেন্না অমুক শুন্দ্রথলি।

"মফমসিদা অঙ্কল, অসোমদা কোসাক!" মানা কৌই। "সিদা লাকউ!"

হনুবা অদুনা থোঙনাউদা য়েংখৎলকই, অদুগা লেপ্লি।

"খুরুমজরি, অফবা মরূপ," মানা মশম তেন্না ককপা মকোক্তগী টুপি অদু খজিক্তং থাঙৎলগা হায়রকই।

"খুরুমজরি, অফবা মরূপ," ওলেনিন্না খুম্নকই, "নঙোন্দা অঙাংশিং অদুনা লাউরিবদু করিনো?"

অঙ্কল য়েরোশকানা থোঙনাউ ময়াদা লাক্রে। চহী য়াম্নবা ব্যবহার তৌবা য়ারবা মীশিংনা ঙাওবা অচেৎপা ঈশৈগী অনেম-অবাং নাইবা খোম্বোক্তা মানা হায়রকই, "করিগী, অহলবু মখোযনা করেম কথাইনবিবনি। করিসু খল্লুনু, মসি ঐনা পাম্মী। মখোয়না মখোয়গী অহল ওইরবা অঙ্কলবু লক্লজসনু।" মানা অমুক শমথরকই, "নহাক লাম্মীশিং অদুগী লুচিংববা?"

"নত্তে, ঐ কেডেট অমনি। অদুবু নঙগী নোংইনশিংদু কদায়দা হাৎলুবগে?" ওলেনিন্না হংলকই।

অহল অদুনা কোটতু ঈ ইতে তৈবমখৈ মাগী তুংগী পেটিদা মঙক ঈনশিন্দুনা য়াল্লিবা নোংইন অমোমশিংদু উৎনবা থোঙনাউরোমদা মাগী পাক্লবা মনঙ্গন্দু ওনশিন্দুনা খুম্নকই, "অমোম অহুমসি ঐনা উমংদা হাৎলকপনি।"

"নহাক অমত্তা অমুক্তা উদ্রিব্রা?" মানা হংলকই। "নহাক্লা পাম্নবদি জোড়া অমা লৌ! সিদা লৈরে!" মানা নোংইন অনীখক থোঙনাউদা পীরকই। "নহাক নশামক শাদানবা মীরা?" মানা হংলকই।

"মান্নি। লান চঙবা কান্দা ঐনা মরিখক কাপখি।"

"মবি? য়াম্মীদনা!" অহল অদুনা করেম্নদুনা হায়রকই। "অদুগা নহাক য়ুদি থকপা মীরা? *চিখির* থকপ্রা?"

"করিগী থক্তনি? ঐ থকপা পাম্মী।"

"অহ, ঐ খঙই নহাক নুংঙাইবা নহানি। ঐখোয় *কুনাক* * ওইরসি, নঙগা ঐগা," অঙ্কল য়েরোশকানা হায়রকই।

"চঙলকউ," ওলেনিন্না হায়রকই, "*চিখির* খজিক্তং থকমিন্নখিসি।"

"য়াইনে ঐসু," হনুবা অদুনা হায়রকই, "অদুবু নোংইনশিংদু লৌশিল্লু।" অহল অদুগী মায়থোঙদুনা কেডেট অদুবু পাম্বগী মতৌ উৎলকই। মানা খুদক্তা উরকই মদুদি মঙোন্দগী

* কখোক্লবগী খোইদোক্লা হলেৎরবা রাশক্লববা মরূপ।

মানা লেন্না থকপা ফংলগনি, অদুগা নোংইন জোড়া অদু অরেম্বদা মাঙলোইদৌরি।

থুনমক খাংপোক অদুগী থোঙজিন্দা অঙ্কল য়েরোশকাগী মশক উরকই; মতম অদুদতা ওলেনিন্না পূমঙৌ ঙৌরবা খদাঙকোইনা পাক্লা হৌরিবা ঙাঙনা ৱাউথাংনবা মায়থোঙদু চহী য়াম্বগী অমদি শূ-নোম্বদগী লুনা পরেং শানা শূপচিন্দুনা খুইরবা নূপা অসিগী ৱাং-চাউরবা অমদি নোয়-পেল্লবা ফীবম অদু ফজনা খঙলকই। অহল ওইবা মী অমগী ওইনা হায়রুরবদি মাগী মখোঙগী, পাম্বোমগী অমসুং লেংগী মসলশিং অদু থোইদোক হেন্দোক্লা চাউই অমদি ফন্দোক্লুনা লৈ। মাগী তেন্না কক্লবা মশমগী মখাদা মকোক্তা অরুবা দাগফমশিং লৈ। মাগী অচৌবা মসল কাবা মঙক অদু শল্লাবগী ঙকশমগুন্না যৈনা কাতু-কারল মশূপ মশূপ শূপ্পী। মাগী চগন্নবা খুৎশিংদু খাম্মী অমসুং খেবাথলি। মহাক্লা হয়াউ-হয়াউনা, কোন্না থোঙজিন কানশিল্লকই, নোংমৈ অদু লৌথোক্লগা কাচিন অমদা থম্মী, অদুগা কাদুগী অকোয়বদা হাইফেৎ কোয়য়েং য়েংলকপদা খাংপোক অদুগী মনুংদা থল্লিবা পোৎ-চৈশিং অদুগী মমলদু উরকই, অদুদগী মহাক্লা মাগী নোইদবা শউন্না শাবা সেন্দল অদুদা হেন্দোক্লা তোংলিবা খোঙশাশিং অদুগা লোয়ননা কাগী ময়ায়দা তপ্না খোঙ থাংজিল্লকই। নমথিবদি নত্তবা *চিখির*, ভোদকা, নোংমৈ হীদাক অমসুং ফমজিনবা ঈহিংগী মনম অমা মঙোন্দা কন্না চেল্লকই।

অঙ্কল য়েরোশকানা লাইগী মূর্ত্তিশিংগী মমাঙদা মকোক নোল্লি, খদাঙকোইদু নাম্বে, অদুগা ওলেনিনগী মনাক্তঃ চঙলক্লগা মাগী অচৌবা অৱাউবা মখূৎ অদু তিংথোরকই। "*কোশকিলদি,*" মানা হায়রকই, "মদু টার্টরনি, 'খুরুমজরি' হায়বনি— মখোয়গী মরোন্দা 'নঙোন্দা শান্তি লৈবা ওইয়ু' হায়রিবনি।"

"*কোশকিলদি*! ঐ মদু খঙই", ওলেনিন্না মখূৎ শোক্লদুনা খুম্মী।

"নত্তে, নহাক খঙদে, চৎনবী মওঙ অদু খঙদে, অপঙবা!" অঙ্কল য়েরোশকানা মকোক হাইরদুনা চৈদুনা হায়রকই, "কনাগুম্বনা নঙোন্দা '*কোশকিলদি*' হায়না হায়রক্লবদি, নহাক্লা '*অল্লাহ রাসি বো সন*' হায়না খুমগদবনি, মদুদি 'ঈশ্বরনা নঙবু কনবীবা ওইসনু' হায়রিবনি। মদু চৎনবীনি, নূপা, '*কোশকিলদি*' হায়গদবা নত্তে। অদুবু ঐ নঙোন্দা মদুগী মরমদা লোইনা তম্বীগে। 'সিদা ইলিয়া মোসৈচ হায়বা নখোয়গী রসিয়ানশিংগী মীওই অমখক লৈরম্মী, মাগা ঐগা *কুনাক* ওইরম্মী। মহাক অচৌবা মীওই অমা ওইরম্মী! য়ুথকপা, হুরানবা, শাদানবা— কয়াদা ফগ্রবা শাদানবা অমসু ওইগ্রবনো! ঐনা মঙোন্দা পূন্নমক তম্বীরম্মী।"

"অদুগা নহাক ঐঙোন্দদি করি তম্বীগনি?" ওলেনিন্না অহল অদুদা হেন্না হেন্না

নুংঙাইবা পোক্লক্তুনা হংলকই।

"ঐনা নঙবু শা তানবা পুগনি, ঙা ফাবা তম্বীগনি। ঐনা নঙবু চেচেনশিং উহনগনি, নঙনা পান্নবদি নূপীমচা অমা ফংহনগে— মদু ফাওবা! অদুগুম্বা মখলগী মীনি ঐ! ফাগী হৈবা মীনি ঐহাক!" অদুগা অহল অদুনা নোকই, "ঐ ফমথরগে, চোকথরে। *কারগা?*" মহাক্না হংনীংবা মওঙদা শমথরকই।

"অদুগা *কারগা* হায়বদি করি হায়রিবনো?" ওলেনিন্না হংলকই।

"করিগী, মদুগী অর্থদি জোর্জিয়ান্দা 'ফরে' হায়বনি। অদুবু ঐদি অদুক হায়বনি। মদু ঐগী হৌনবীনি, মসি হৈনবী ৰাহৈনি। *কারগা, কারগা*। ঐনা অসুম হায়বনি; ফাগী ওইনা। ফরে, নূপা, নহাক *চিখির* ওর্ডর তৌররোইদ্রা? নহাক্কী পাখোন শীনবা মী লৈ, লৈত্রনে? হে, আইভান!" হনুবা অদুনা লাউরকই। "নখোয়গী লান্মী পূন্নমক আইভান ঙাক্তনি। নঙগীসু আইভানলা?"

"অচুম্বমক্কি, মহাক্কী মমিং আইভান কৌই— ভানয়ুশা*। সিদা ভানয়ুশা! নহাক য়ূম্বুরেম্বীদগী *চিখির* খরা লৌরুচো অদুগা সিদা পুরকউ।"

"আইভান নত্রগা ভানয়ুশা, অম্মাগী অম্মাগী। নখোয়গী সিফাই পূন্নমক আইভান ঙাক্তা ওইরিবসি করিগীনো? আইভান, মরূপলোই," অহল অদুনা হায়রকই, "হৌজিক্তা হৌগৎপদা ঙায়রিবা পাত্রদগী নঙোন্দা খরা পীরকউ হায়য়ু। খুঙ্গঙ অসিদা খ্বাইদগী ফবা *চিখিরসি* মখোয়দা লৈবনি। চেকশিল্লু, মদুগী মমলদি পিন্ট অমদা কোপেক কুন্থ্রাদগী হেন্না পীরুনু, মরমদি হেলোয় হনুবীদু য়াম্না হরাউমনখিগনি.. ঐখোয়গী মীশিংসি অৱাবা নংলবা, অপঙবা কাঙবুনি," অক্কল য়েরোশকানা ভানয়ুশা চৎখ্রবা মতুংদা অরোনবা খোনফমদা হায়রকই। "মখোয়না নখোয়বু মী ওইনা লৌদে; মখোয়গী মমীত্তা নখোয় অসি টার্টর অমদগী হেন্না ফত্তে। 'অকে-অমৌ পাম্বা রসিয়ানশিং,' মখোয়না হায়। অদুবু ঐঙোন্দদি, নহাক সিফাই ওইরবসু অদুম মী অমনি, নঙোন্দা থৱায় অমা পাল্লি। মদু চুমদ্রা? ইলিয়া মোসৈচ লান্মী অমা ওইরম্মী, অদুবু মহাক কয়াদা চাউবা লন ওইরম্বনো! নত্রনে, মরূপ? মদুগীনি ঐখোয়গী মীশিংনা ঐবু পামদ্রিবসি; অদুবু ঐ করিসু থৌশাবীদে! ঐদি নুংঙাইবা মীওইনি, ঐ মীপূম খূদিংমকপু পাম্মী। ঐ য়েরোশকানি; উম, মরূপ।"

অদুদগী অহল ওইরবা কোসাক অদুনা নহা অদুগী মরেংবান্দা নুংশিনা পোপ পোপ ফূরকই।

---

* ভানয়ুশা হায়বসি আইভানগী মহূত্তা কৌনবা মমিংনি।

## ১২

মতম অদুদা ভানয়ুশাদি য়ুমগী থবক-ইস্থাং লোইশিল্লে, কম্পনিগী হজ্জামদা মকোই কোকথোক্লুরে, নুংঙাইরবা কারটর্সতা কম্পনিদু লৈরে হায়বগী খূদম ওইনা অশাংবা খোঙউপ বুটকী মপান্দা মাগী খোঙ্গ্রাউ অশাংবদু থাদদুনা য়াম্না হরাউ-হরাউনা লৈ। মহাক্না পূক্নীং চঙনা, অদুবু থৌজালদি য়াওদনা অমুক্তা উদ্রিবা লমগী শা অমদা যেংবগুম য়েবোশকাদা য়েংই, অহল অদুনা ফম্বদা মোৎহল্লবা লৈমায়দা য়েংলগা মকোক নোম্লকই, অদুগা ফানশাং মখাদগী লীক্লী অনীখক লৌরগা য়ুম্থুরেম্বী অদুগী মনাক্তা চৎখ্রে।

"থৌজাল হৈরবা মীওইশিং, খুকমজবি," মহাক্না য়াম্না লৈবাকমচা তাবা ওইগে হায়না মপূক্নীংদা লেপ্লদুনা হায়রকই। "ঐগী ইবুংঙোনা *চিখির* খরা লৌরুচো হায়দুনা ঐবু থারকপনি, ঐগী খজিক্তুং লৌথোকপিবা য়াগদ্রা, পূকচেল ফরবা মীওইশিং?"

অহল ওইবী নূপী অদুনা পাউখুম পীরক্তে। নূপীমচা অদুনা অপীকপা টার্টরগী মিংশেল অমগী মমাঙদা মকোক্তা রুমাল শেন্না শেন্না তূমিন্না ভানয়ুশাদা লৈদুনা য়েংলকই।

"ইকাইখুম্ননীংঙাই ওইবা মীওইশিং, ঐনা মদুগী পৈশা পীগনি," ভানয়ুশানা মাগী ফূরিৎখাউদা য়াওরিবা পীথাইগী শেল অদু খীংলদুনা হায়রকই। "ঐখোয়বু থৌজাল্লু, অদুগা ঐখোয়সু নখোয়দা থৌজানগনি," মানা মখা তারকই।

"কয়া য়াম্বনো?" অহল ওইবী নূপীদুনা খংলাক খংজিন ওইনা হংলকই।

"পিন্ট অমা।"

"চৎলো, ইবেম্মা, মখোয়গী খরা লৌরুচো," ডেম উলিৎকানা মচানূপীদা হায়রকই। "হৌজিক্তা শুংবা হৌগৎলিবা পাত্র অদুদগী পুরকউ, ঐগী নুংশিথোইবী।"

নূপীমচাদুনা শোশিং অদুগা লীক্লী অমগা পুরে অদুগা ভানয়ুশাগা লোয়ননা য়ুমদগী মপাল থোকখ্রে।

"নৌরিবী নূপীসে কনানো হায়য়ু?" মারিয়ানকানা থোঙনাউ মপা লাম্ছোক্লুনা চৎখিবদা ওলেনিন্না মখূৎনা থিন্দুনা হংলকই। অঙ্কল য়েরোশকানা মমীৎ কৃপ্পগা নহা অদুদা খুনিংনা থিল্লি।

"ঙহাক্তা ঙাইখো," মহাক্না হায়রকই অদুগা থোঙনাউদগী লীৎথোকই। "অহম," মানা খৌদেম্নকই, অদুদগী লাউরকই, "নুংশিবী মারিয়ানকা। হলো, ঐগী নূপীমচা, মারিয়ানকা, নহাক ঐবু নুংশিররোইদ্রা, নুংশিবী?" মানা ওলেনিন্দা নাশোল ওইনা মখা তারকই, "ঐসি ফাগী হৈবা মীনি।"

লৈশাবী অদুনা মকোক্তু লৈশিন্নক্তনা, মপাম্বোমশিং অদু চাং নাইনা অমসুং কন্না হাইর-হাইরদুনা তোপতোপ্পা নীংথিজরবা, থৌনা লৈরবা কোসাক নূপী অমগী খোঙথাংদা থোঙনাউগী মপাদু লাম্বোকখি, মাগী অমুবা মরুম লাংশিন্নবা মমীক্তুনা অহল অদুদা চুন্নতা তপ্না লৈশিন্নম্মী।

"ঐবু নুংশিয়ু, অদুগা নহাক নুংঙাইগনি," য়েরোশকানা লাউরকই, অদুগা মমীৎ কূপ্লগা কেডেট অদুদা ৱাহং হংবগী মওঙদা য়েংলকই। "ঐসি নুংঙাইবা মীনি, ঐ ফাগী হৈবা মীনি!" মানা মখা তারকই, "মহাকসি মপূং ফাবা রাণীনি, নূপীমচাদু। হা?"

"মহাকসি ফজে" ওলেনিন্না হায়রকই, "মহাকপু সিদা কৌশিল্লকউ!"

"নত্তে, নত্তে," অহল অদুনা হায়রকই। "মদুমদি লুকাশকাদা লুহোংগদৌরবনি। মহাক নীংথিজবা কোসাক অমনি, থৌনা ফরবা *ঝিজিৎ* অমনি, ইকুই কুইদনা মানা *অব্রেক* অমা হাৎখি। ঐ নঙোন্দা হেন্না ফবা অমা ফংহনগে। লূপা মচুগী মমল তাঙবা সিল্ককী ফিজোল শেৎপী অমা ঐ নঙোন্দা ফংহনগে। ঐনা অমুকপু হায়খিবদুদি ঐ মদু তৌগনি। ঐনা নঙোন্দা মপূং ফানা ফজবী অমা ফংহনগনি।"

"নহাক অহলনি— অদুগা অসিগুম্বা ৱাদি ঙাঙলি," ওলেনিন্না খুন্নকই, "করিগীনো, মদু পাপনি!"

"পাপ? পাপ হায়ববু কদায়দা লৈবগে?" অহল অদুনা কনশিন্না হায়রকই। "ফজবী নূপীমচাদা য়েংববু পাপ? মঙোন্দা ফাগী খরা তৌববু পাপ? নত্ত্রগা মাবু নুংশিবসি পাপ অমরা? নহাক্কী লমদুদদি অদুম লৌনত্রা?... নত্তে, মরূপ, মসি পাপ নত্তে, মসি মুক্তি ফংবা হায়বদুনি! ঈশ্বরনা নহাকপু শেম্নকপনি, অদুগা নূপীমচা অসিসু ঈশ্বরনা শেম্নকপনি। মহাক্না পূম্নমক শেম্নকপনি; মরম অসিনা ফজবী নূপীমচাদা য়েংবা পাপ করিসু নত্তে। মাবু শেম্নক্রিবা অসি মদুগীদমক্তনি— নুংশিনবগীদমক্তা অমসুং নুংঙাইবা পীনবগীদমক্তা। ঐদি মদুম্না বিচার তৌই, মরূপ।"

মারিয়ানকানা শূমাঙ অদু লাম্বোক্লগা পাত্রশিংনা পীক থন্না লৈবা অঈংবা, অমম্বা থম্ফম-কা অমদা চঙলগা পাত্রশিং অদুগী মরক্তা অমগী মনাক্তা চঙশিল্লি, অদুগা মহৌশাগী

লাইশোলদু হন্না হন্না শোল্লগা মদুগী মনুংদা মখূৎ পানবা পাত্র অমা লূপশিল্লি। ভানয়ুশানা থোঙজিন্দা লেপ্লগা মঙোন্দা য়েংদুনা মোমোন নোকই। নূপীমচাদুনা তুংলোমদা তপ নপ্পা অদুগা মাঙলোমদা শূপচিনবা ফূরিৎ অচোনবী অমখক্তং লীৎপা অদুদা ভানয়ুশানা য়ান্না নোক্নীংনা খল্লি, অদুগা অমুকসু হেন্না নোক্নীংনা খল্লিবনা মাগী ঙকশমদা সিলভরগী সেলগী নেক্লেস অমা শিরি। মসি মহাক্না তশেংনা রসিয়ান ওইদবা মওঙ ওইনা খল্লি, অদুগুম্বা নূপীমচা অমা য়ুমগী মীনাইশিংগী লৈফমদা উবা থোক্লবদি মখোয় খূদিংমক নোক্কনি হায়না মানা খল্লি। "*লা ফিল কোম সে ট্রে বিয়ে,*[*] অহোংবা অমগী," মানা খল্লকই। "মদু ঐনা ইবুংঙোদা হায়রগে।"

"অঙানবা অদুদা লেপ্লিবদু করিগীনো, লাইফত্তবা," নূপীমচা অদুনা খঙহৌদনা লাউরকই, "ঐঙোন্দা লীক্লী অদু পীরক্লিবা করিগীনো!"

লীক্লী অদুদা অঙৈংবা, অঙাঙবা য়ু হৈজিল্লগা মদু মারিয়ানকানা ভানয়ুশাদা পীরকই।

"পৈশাদু ইমাদা পীয়ু," মহাক্না ভানয়ুশাগী পৈশা পায়রিবা মখূৎ অদু ঈম্থোক্লদুনা হায়রকই।

ভানয়ুশানা নোক্লকই। "করিগীনো, ইবেম্মা, নহাক্না অসুক শাউগল্লিবা?" লৈশাবী অদুনা পাত্র মখুম খুল্লিঙৈদা মহাক্না ইতপ তপ্না, তৌফম খঙদনা হৈনিংদনা খোঙ থাংদোরক্লগা হায়রকই।

মারিয়ানকানা নোকপা হৌরকই।

"অদুগা নঙদি! নঙবু থৌজাল হৈব্রা?"

"ঐগী ইবুংঙোদুগা ঐগা, ঐখোয় য়াম্না থৌজাল হৈ," ভানয়ুশানা অরেপ্পা মওঙ অমদা খুম্লকই। "ঐখোয় অদুক্কী মতিক থৌজাল হৈ মদুদি ঐখোয়না হেক লৈরুবা মফম পূন্নমক্তা য়ুম্বুশিংদুনা ইতৎ তত্তনা ঐখোয়দা য়াম্না তৌবীমল খঙবা উৎলকই। মসি মহাক পূকচেল ফজবা মী অমা ওইবননি।"

লৈশাবী অদু লেপ্তুনা তাদুনা লৈ।

"অদুগা নহাক্কী নবুংঙো অদুদি লুহোংলব্রা?" মহাক্না হংলকই।

"হোংদ্রি। ইবুংঙো অদু নহা ওইরি, লুহোংদ্রি, মরমদি লমচৎ ফজবা, লৈবাকমচা তাবা মীদি নৌনা খক লুহোংদে," ভানয়ুশানা তাক্তুনা হায়রকই।

"নহা ওইমল্লিবা! অচৌবা অনোয়বা ইরোই মাল্লবা মাবু, অদুগা লুহোংবসু নৌমল্লিবা!

---

[*] নূপীমচা অসি কন্নাদা নীংথিজন্নবনো।

মহাকপু নখোয় পূন্নমক্কী মকোক্লা?" মহাক্লা হংলকই।

"ঐগী ইবুংঙোদু কেডেট অমনি; হায়বদি হৌজিকমক অফিসারদি ওইদ্রি, অদুবু মহাক জেনেরেল অমদগী হেন্না মরু ওই— মহাক মরু ওইবা মী অমনি! ঐখোয়গী কর্ণেল, জার মশামক ফাওবনা মহাকপু খঙই," ভানয়ুশানা পোঙনা শন্দোক্লা তাক্লকই। "ঐখোয় পুরা লাম্ছেংনবা পল্টনগী চাকনিবা অতৈশিং অদুগুম্বা নত্তে, মাগী মপাদু সেনেটরনি। মা মশা মথন্তগী মীনাই লীশীং অমদগী হেন্না লৈ, ঐখোয়দা রুবল লীশীং অমমম অমুক্তদা থারকই। মরম অদুননি মী খুদিংমক্লা ঐখোয়বু পাল্লিবা। অতোপ্পা মী অমনা কেপ্তেন ওইবা য়াই, অদুবু শেলদি পায়দে। মদু করি কান্নবগে?"

"চৎলো, শো লোনশিল্লগে," নূপীমচাদুনা মরক থৎলদুনা হায়রকই। ভানয়ুশানা ওলেনিন্দা য়ুদু পুরক্লে অদুগা লাউথোরকই, "*লা কিল সে ট্রে জোলি*," * অদুগা ইপঙ পঙনা নোক্লদুনা থুনা থোকখ্রে।

---

* নূপীমচা অদু য়াম্না ফজে।

# ১৩

তাঙ্গা অদুদা খুঙ্গঙগী চুথেক নাইবা লম্পাকুদা সিফাইশিংবু কারটর্সতা কৌশিনবগী থোন থীল্লক্লে। মীশিংনা মখোয়গী থবক শূরুবদগী হন্নরক্লে। শা-শন শঙ্গুনা খোংলকই, সনা মচু মানবা উযুল্লগী লৈচিল্লক্তা তৌবগুম্না মখোয়না খুলগী থোঙ্গান্দা ক্রক ক্রক ইন্নরি। নূপীমচাশিং অমদি নূপীশিংনা লম্বী-সড়ক অমদি শূমাঙশিংদা শা-শন হোইর-হোইরদুনা থুনা চৎলি। অথাপ্পা উনগী চীংদোনশিংগী মরুমদা নুমিৎনা মপূং ফানা লোৎখ্রে। শিথরবা মুরৈনবা মরুম্না মালেম অমদি অতিয়াদা শন্দোকখ্রি। মমশিল্লক্লবা হৈকোলশিংগী মথক্তা মুশি-মুশিবা থবানমিচাকশিংনা কুফেৎ কাফেৎ ঙাল্লি, অদুদগী খুঙ্গঙ অদুদা খোঞ্জেলশিংগী নিলখোংবা অদু তপ্পা তপ্পা লেপখ্রে। নূপীশিংনা শা-শন সেবা তৌদুনা নুংদাং অদুগী ওইনা থনম্নগা লম্বী-সড়কশিংগী চিদাইদা থোরক্লুনা পূল্লি, অদুগা নুমিৎলৈ মরূ ময়ানা তৃপ্তুনা য়ুমশিংগী লৈপন্দা ফমদুনা লৈ। মমৈথঙদা মারিয়ানকানা ইরোই অমগা শনবী অনীগা মখোম শুম্বা লোইরম্নগা অসিগুম্বা কাঙবুশিংগী মরক্তা অমদা য়াওররে। কাঙবু অদুদা নূপীশিং, নূপীমচাশিং কয়াগা অহল ওইরবা কোসাক নূপা অমগা য়াওই। মখোয় হাৎখিবা অব্রেক অদুগী মরমদা ৱারী শাদুনা লৈ। কোসাক অদুনা ৱারী লীরি, অদুগা নূপীশিংদুনা মঙোন্দা ৱাহং হংলি।

"মহাক নীংথিজবা মনা অমা ফংলগনি নীংই," নূপীশিংদুগী মনুংদগী অমনা হায়রকই।

"মশানা তাবনি। মঙোন্দা মখোয়না ক্রোস অমা মনা ওইনা পীগনি হায়নৈ।"

"অদুবু মোসেভনা মঙোন্দা অরানবা তৌগদবগী হোৎনরম্মী। মঙোন্দগী নোংমৈ লৌখিরম্মী; অদুবু কিজলিয়ারদা লৈবা মথক থোংবশিংনা মদুগী মরমদা তারক্লম্মী।"

"মোসেভতু চোপখ্রবা মীনি!"

"লুকাশকাদু ময়ুমদা লাক্লে হায়নৈ," নূপীশিংগী মরক্তগী অমনা হায়রকই।

"মাগা নাজারকাগা য়ামকাগীদা হ্রাউ-তয়াল্লি। (য়ামকা হায়বীসি লুহোংদ্রবী, মিংচৎ-থীবী য়ু য়োনফম দুকান অমা লিংবী কোসাক নূপী অমনি।) ঐনা তাবদা মখোয় বালটিন

তংখায় অমা থকখ্রে হায়।"

"*উরভান* অদু কয়াদা মরাইবক ফত্রবনো," কনাগুম্বা অমনা হায়বকই। "তশেংবা খুৎলৈ থুনা খুদোংচাবা তাঞ্জা লৌবা ওম্বা মীনি। অদুবু মহাকসি নীংথিজবা, করিগুম্বা অমা তৌবদা মশা খীংবা, ৱাখল চুম্না খনবা নুপামচানি। অঙ্কল কিরিয়াক হায়বা মাগী মপাদুসু অদুম্না তৌরম্মী; মহাক মপা লৌবনি। মাবু হাৎখিবা মতমদা খুলগী মী পূন্নমক তেং-থানখি। য়েংউ, মখোয় আদা লৈরেতু," লম্বীদা মখোয় তম্না লাক্লিবা কোসাকশিংদুদা মখূৎনা থিন্দুনা তাক্লগা ঙাওলিবা মী অদুনা মখা তারকই। "য়েরগুশোভসু মখোয়গা লোয়ননা লাকপা ঙম্লি! য়ুথকপদু।"

লুকাশকা, নাজাবকা অমসুং য়েরগুশোভনা ভোদকা বালটিন তংখায় অমা থক্লুরগা লৈশাবীশিংদু তম্না লাক্লি। মখোয় অহুম্মক্তী মমায়দু, মরু ওইনা কোসাক অহল অদুগী মমায়দু, হান্নদগী হেন্না ঙাওই। য়েরগুশোভনা হাইরং-তুরং তৌনা চৎলি, নোক্লুনা লৈ, অদুগা নাজারকাগী থবাক্তী শব্দদা খুনিংনা তপ্পা থিল্লি।

"নখোয় ঈশৈ শক্লিবা করিগীনো?" মানা লৈশাবীশিং অদুদা লাউরকই। "ঐখোয়না হরাউ-তয়াম তৌবদা ঈশৈ শকউ, ঐনা নখোয়দা হায়রিবসিনি!"

"নুংঙাইরকইদনা? নুংঙাইরকইদনা?" ৱাহেশিংসিনা মখোযবু ওক্লকই।

"ঐখোয়দি করিগী ঈশৈ শক্কদৌরিবা? ঙসি ছুটিসু নত্তনা," নুপীশিং অদুগী মরক্তগী অমনা হায়রকই, "নখোয় য়ু য়াম্না থক্লুরে, অদুনা নখোয় চৎলো অদুগা শকউরো।"

য়েরগুশোভনা হৌনা ফাক ফাক নোক্লগা নাজারকাদা খুনিংনা থিল্লকই। "নঙনা শকপনা ফৈ। অদুগা ঐসু হৌরক্কে। ঐনা হায়রিবসিনি, ঐ মদু হে।"

"কদায় তুমখ্রবা? ঐগী ফজবীশিংদু?" নাজারকানা হায়রকই। "ঐখোয় কোর্ডোনদগী কুম্মৈ য়াওবা লাক্লিবনি। ঐখোয়না লুকাশকাগী য়াইফ-নুংঙাইগীদমক হান্ননা য়ু থক্লুরে।"

ময়ামদুগী মনাক য়ৌরক্লগা লুকাশকানা মাগী টুপিদু তপ্পা থাঙ্গৎলগা লৈশাবীশিংদুগী মমাঙদা লেপ্পি। মাগী অপাকপা খজাইগী চায়রুং অমসুং ঙকশমদু ইঙাঙ ঙাওই। মহাক্লা তপ্পা চীংলেম্না ৱা ঙাওই, অদুবু নাজারকানা পেৎ পেৎ ঙাওদুনা চরাঙনবা মতৌ পূন্নমক্লুদগী মাগী ঈং-তপ্পা মতৌদুদনা হেন্না হৈনিংবা ময়াই অমদি শক্তি য়াওই। মাগী মতৌদু উবদা, মখোঙ মরিমক লৈমায়দা য়োৎপী থাজিনখিবগুম পাখত্নুনা, মমৈ থাঙ্গৎলগা, খংলেপ লেপ্লুনা লৈবা অঙাওবা শগোল মচা অমবু নীংশিংহল্লি। লুকাশকানা লৈশাবীশিংদুগী মমাঙদা তুমিন্না লেপ্পি; মহাক্তী মমীৎশিংদু নোকই, মহাক্লা য়ু থকমিন্নরুবা মাগী মরূপশিং অদুদা অমুক

য়েং, নূপীশিং অদুদা অমুক য়েং তৌদুনা বা ইভাঙ ভাঙদে।

মারিয়ানকানা ময়াম মরক্তুদা য়াওরকপদা মানা তপ্না চেকশিন্না হন্দোক্তুনা মাগী টুপি অদু থাঙ্গৎলি, মাগী লম্বী ফাৎলি, অদুদগী মারিয়ানকাগী মাঙদা খজিক্তং খোঙকাপ অমা থাঙ্গক্তুনা মাগী খুবীশিংদু পেটিদা থম্নগা থাঙপাক অদু পায়দুনা শান্নে। মারিয়ানকানা হরাউনা মকোক নোম্হদুনা মানা ওক্রিবা অদুগী পাউখুম পী, অদুদগী লৈপন মথক্তা ফমথরে, অদুগা মাগী ফুরিৎ অচোনবীগী থরক মনুংদগী মরূ খরা লৌথোরকই। লুকাশকানা মমীতু মারিয়ানকাদা মুন্না অসুম য়েংলগা মরূশিংদু তুপ্নগা মকুশিংদু কামথোরকই। মারিয়ানকানা ময়াম মরক্তুদা য়াওরকপদা ময়াম্মক তুমিন্না লৈনৈ।

"নহাক মতম কুইনগী ওইনা লাকপ্রা?" অচীকপদু থুগায়দুনা নূপী অমনা হংলকই।

"হয়েং অয়ুক ফাওবদগীনি," লুকাশকানা চীংলেম্না খুম্নকই।

"ফৈ, ঈশ্বরনা নঙগী লাইবক্তা অফবা তম্বা ওইসনু," কোসাক অহল অদুনা হায়রকই; "ঐ নহাক্তীদমক্তা নুংঙাই, ঐনা হৌজিক্তা হায়রন্নিবনি।"

"ঐসু অদুম্না হায়রিবনি," নেশানা ঙাওরবা য়েরগুশোভনা নোক্তুনা মরক থৎলকই। "ঐখোয়গী অতিথি কয়া য়াম্না লৈরবনো," লাম্হোক্তুনা চৎখিবা সিফাই অমদা মখূৎনা থিন্দুনা তাক্লগা মানা হায়রকই। "সিফাইশিংগী ভোদকাদি ফৈ— ঐদি মদু পাম্মী।"

"লাইফক্তবশিংদুগী মনুংদা অহমখক্তি ঐখোয়দা থারক্রে," নূপীশিংদুগী মরক্তগী অমনা হায়রকই। "ইপুবোক্না খুলগী অহলশিংদা চৎলুরে, অদুবু মখোয়না করিসু তৌবা ঙমদে হায়রকই।"

"অহো! খুদোংথীবা তারে, তারব্রা?" য়েরগুশোভনা হায়রকই।

"নখোয়সি মখোয়না চুরুট মৈখুনা কাঙমৈ খুদুনা তাম্হোরক্রমাম্নে নীংই?" অতোপ্পা নূপী অমনা হংলকই, "শূমাঙদা চুরুট থক্লীংবমখৈ থকউ, অদুবু য়ুম মনুংদদি থকচিনবা য়ারোই হায়না ঐনা হায়রিবনি। অহল লাক্লগা য়াদবগী বাদা নত্তে, ঐনা মদু য়ারোই। অমুকসু মখোয়না নখোয়দগী পোৎ-চৈ মুনখিবা য়াই। লাইফক্তবগী মচা হনুবদু, মাগীদদি মখোয় কনামতা লৈহন্দে, মহাক্তি কিবিবপোৎ নত্তে।"

"মদু নখোয় পামদে, হা?" য়েরগুশোভনা অমুক হৌরকই।

"অদুগা লৈশাবীশিংনা সিফাইশিংগী ফমুং শেমগনি, মখোয়দা *চিখির* অমদি খোইহি পীগনি হায়না ঐনা তায়," নাজারকানা লুকাশকাগুম্না মাঙলোমদা খোঙকাপ অমা থাঙ্গৎলগা টুপি চেপখৎলগা হায়রকই।

য়েরগুশোভত্নু হৌনা ফাক ফাক নোক্লকই, অদুগা মঙোন্দা নক্লা লৈবী লৈশাবী অমা ফারগা কোল্লকই। "ঐনা নঙোন্দা অচুম্বা হায়বনি।"

"খঙগনি, চনম্নী নঙ!" নূপীমচা অদুনা কিন্না লাউরকই, "নহাক্কী হনুবী অদুদা তাকনি।"

"তাকউ মঙোন্দা," মানা লাউরকই। "নাজারকানা হায়বদু য়াম্না চুম্বনি; অকোয়বদা পাউ থারক্নে। নখোয়না খঙলিবদুনি, মহাক পাবা থোকই। পুরা অচুম্বনি!" অদুদগী মানা থংনবা নূপীমচা অমা অমুক কোনবা হৌরকই।

"কৈদৌরিবনো, শা নঙবু?" কুচু গোলাব মানবী, মমায় কোয়বী উষ্টৈনকানা নোক্কুনা মাবু ফুগে হায়না মখূৎ থাঙ্গৎলগা লাউরকই।

কোসাক অদু নাকন্দা হন্দোকখ্রে অদুগা তুগে তৌই। "অদুনি, নূপীমচাশিংদি পাঙ্গল শোল্লি হায়নৈ অদুবু নহাক্লা ঐবু হাৎলমদৌরে।"

"চৎখ্রো চৎলো, চনম্নী, করম্বা লাইফত্তবনা নঙবু কোর্ডোনদগী পুরক্লিবনো?" উষ্টৈনকানা হায়রকই, অদুগা মঙোন্দগী লৈথোক্লগা অমুক হৌনা নোক্লকই। "নহাক্তি তূমদুনা লৈথোক্কুনা অব্রেক থেংনহৌদবা ওইরিনি, নত্রদো? মহাক্লা নহাকপু হাৎখ্রে হায়না খল্লো, মদুনা হেন্না ফরমগনি।"

"নঙ কপ-লাউবা তৌরমগনি নীংই," নাজারকানা নোক্কুনা হায়রকই।

"কপ-লাউবা তৌবা! তৌরনিদা।"

"য়েংউ, মহাক করিস্নু থৌশাদে। নাজারকা, মহাক কপ্লমগনি, কপ্লম্লোইদ্রা মাবু?" যেবগুশোভনা হায়রকই।

ঙসায়মখৈ লুকাশকাদি তূমিন্না লেপ্তুনা মাবিয়ানকাবু য়েংদুনা অদুম লৈ। মহাক্কী মীৎয়েং অদুনা নূপীমচাদুবু তশেংনা চমম্নহল্লি। "অদুগা, মারিয়ানকা! মকোকশিংগী মনুংদা অমখক নখোয়দা লৈহল্লে হায়না তায়?" মানা নক্লা চঙশিন্দুনা হায়রকই।

মারিয়ানকা মাগী হৈনবী ওইনা পাউখুম পীরমদাইদা ঙাইদুনা লৈ, কোসাকশিং অদুদা তপ্না মমীৎনা হনগৎনা য়েংলকই। হায়খিবা বা অদুগা মরী লৈনদবা করিগুম্বা থোইদোকপা থৌদোক অমা নূপীমচা অদুগা মাগগী মরক্তা থোকপগুম্না লুকাশকাগী মমীৎশিংদু খোয়রুম তৌই।

"উম, মখোয়গীদি ফরে, ময়ুম অনী লৈ," মারিয়ানকাগী মহুত্তা অহল ওইবী নূপী অমনা খুল্লকই, "অদুগা ফোমুস্কিনগীদসু হৌজিক মকোকশিংগী মনুংদা অমখক লৈহল্লে; মখোয়না হায় কাচিন অমদি পুরা মাগী মপোৎ-মচৈনা পীক থনখ্রে, অদুগা ইমুং অদু কদায়দসু

চৎফম লৈতে। খুলদা মীয়াম অপূম্ববু অসুম্না কোয়চাই চাইখায়বা অসিবু কৈদৌনুংদা তাথ্রবা?" মহাক্না হায়রকই। "অদুগা মখোয়না সিদা তৌগদৌরিবা অকায়বসি করি করিনো?"

"মখোয়না টেরেক্তা থোং অমা শাগনি হায়না তায," নূপীমচাশিং অদুগী মরক্তগী অমনা হায়রকই।

"অদুগা মখোযনা লৈশাবীশিং থম্নবা কোম অমা তৌগনি হাযনা ঐঙোন্দা হায়, লৈশাবীশিংনা পাখংশিংবু নুংশিদবগীনি," নাজারকানা উষ্টেনকাদা চঙশিন্দুনা হায়; অদুগা মহাক্না অমুক্না মচিং নাইবা, মওঙ চাদবা ফীবম অমা উত্তুনা মীযাম্বু নোকহন্লি, অদুদগী য়েরগুশোভনা মাগী হেক মথংদা লৈরিবী মারিয়ানকাবু কান্নগা অহল ওইবী নূপী অমা কোনবা হৌবকই।

"মারিয়ানকাবু নঙনা কোনদ্রিবা করিগীনো? মহাক মথংদা লৈরিবনি," নাজাবকানা হায়বকই।

"নত্তে, ঐগী অহল ওইবী অসিনা থোইনা হেন্না পামজে," নাম্থোক্লবা হোৎনবিবা অহল ওইবী নূপী অদুবু চুপ্পগা কোসাক অদুনা লাউরকই।

"নঙনা ঐবু খৌরি লাকহৎলে," মহাক্না নোক্তুনা লাউরকই।

লম্বীগী অতোপ্পা মতোন্দা চাং নাইনা লূম্না থাংবা খোঙথাংগী মখোলনা মখোয়গী নোকপা অদু থুগায়রকই। সিফাই অহমখক ক্রোক অমমম লীৎলগা মরেংবান্দা নোংমৈ য়ান্দুনা খূজু-খূৎলাই য়াওবা গাড়ি মনাক্তা শঙবা মহূৎ শিনবা চঙলকই।

অহল ওইবা শগোল লাম্মীগী কোর্পোরেল অদুনা কোসাকশিংদুদা শাউনা য়েংই, অদুগা লুকাশকাগা নাজারকাগনা লেপ্লিবা লম্বীগী ময়ায়দুদা মাগী মীশিংদু চুমদ্রীং চিংদুনা চঙলগা মখোয়বু লম্বীদগী হন্দোকখিনবা তৌই। নাজারকাদি হন্দোকখ্রে, অদুবু লুকাশকাদি মাগী মফম অদুদগী হন্দোক্তনা মমীৎ শূক্লদুনা মাগী অপাকপা মনঙ্গন্দু ওম্থোকখি। মহাক্না মকোক খজিক্তমক লৈথোক্লগা সিফাইশিংদুদা তূক্কচনা য়েংলগা শোম্থাংলনা হায়রকই, "সিদদি মী লেপ্লি, অদুনা কোইনা চৎলো।" সিফাইশিংদু তূমিন্না হেনগত্তুনা, উযুল থাংলবা লম্বীদুদা খোঙকাপ চাং নাইনা থাংল-থাংলদুনা চৎখি। মারিয়ানকানা নোকপা হৌরকই, অতৈ নূপীমচাশিংদুসু নোকপদু য়াওরকই।

"কয়াদা মশা খীংনা ফিজোল শেৎলিবা মীওইশিংনো!" নাজারকানা হায়রকই। "সাধু কাণ্ডবু অমদৌনা।" অদুগা মানা লম্বীদা খোঙকাপ খরা সিফাইশিংদুগী মতৌ তমদুনা চৎলি। মী খূদিংমক অমুক হম্না বা-বা নোক্লকই।

লুকাশকানা মারিয়ানকাগী মনাক্তা তপ্না চঙলকই। "মকোক ওইরিবা মীদুদি কদায়দা লৈহন্নে?" মানা হংলকই।

মারিয়ানকানা মীকুপ অমা ৱাখল খল্লি। "ঐখোয়না মাবু অনৌবা য়ুম অদু ফংহল্লে," মহাক্না হায়রকই।

"অদুগা মাদি অহল্লা, নহারা?" লুকাশকানা মাগী মনাক্তা ফমথরগা হংলকই।

"ঐনা হংলুবোই খনব্রা?" নূপীমচাদুনা খুল্লকই। "ঐনা মখোয়গী *চিখির* লৌবা চৎপদা য়েরোশকাগা মাগা থোঙনাউ ময়াদা ফমদুনা লৈবা উখি। মহাক মকোক ঙাঙবগুম উই। মখোয়না গাড়ি মপোৎ অমা পীক থল্লা পোৎ-চৈ পুরকই।" অদুদগী মাগী মমীত্তু তুকথখ্রে।

লুকাশকানা লৈশাবী অদুদা হেন্না নক্না চঙশিল্লগা অমদি মাগী মমীত্তা মতম চুপ্পা অসুম চুমদ্রীং য়েংলদুনা হায়রকই, "ঐ কোর্ডোনদগী নাম্বোক্লবা হোৎনরকপসিদা কয়াদা নুংঙাইরবনো!"

মারিয়ানকানা খজিক্তং মোমোন তৌরদুনা হংলকই, "অদুগা নহাক মতম কুইনগী ওইনা লাকপ্রা?"

"অয়ুক ফাওবদগীনি। কদায় ঐঙোন্দা মরূ খরা পীয়ু," মানা মখুৎ তিংথোক্লদুনা হায়রকই।

মারিয়ানকাদু হৌজিক ইতিং তিংনা নোক্লকই, অদুগা মাগী ফুরিৎ অচোনবীগী ঙকশম মরী অদু থোক্লগা হায়রকই, "লোইনদি লৌখিনু।"

"নহাক য়াওদবদা মতম চুপ্পদা অদুক্কী মতিক চীকপা পোকই, ঐনা ৱাশক্লিবসিনি অদুক্কী মতিক চীকই," মহাক্না নূপীমচাদুগী ফুবিৎ অচোনবীগী থরকনুংদগী মরূ লৌথোকপদু খরা তেংবাংলদুনা হায়রকই; অদুদগী মঙোন্দা হেন্না নক্না পাকথরগা মমীৎনা নোক্লগা খোঞ্জেল তপ্না ৱারী শাবা হৌরকই।

"ঐ লাক্লোই, ঐনা হায়রিবসিনি," মারিয়ানকানা মঙোন্দগী চেপথোক্তুনা খঙহৌদনা লাউনা হায়রকই।

"নত্তে তশেংবনি... ঐ নঙোন্দা করিগুম্বা খরা হায়নীংবনি," লুকাশকানা শোম্থাংননা হায়রকই। "পুকচেল শেংনা! লাকউকো!"

মারিয়ানকাগী অপীকপা মৌপ্পা অমনা কাঙবু অদু তম্না চেল্লক্লগা লাউরকই, "মারিয়ানকা! মারিয়ানকা! ইমানা কৌরে! চাক চাবা মতম য়ৌরে!"

"ঐ লাক্লগে," নূপীমচাদুনা খুল্লকই। "চৎলো, ইবুংঙো, নথন্তা চৎলম্লো— ঐ থুনা লাক্লনি।"

*লুকাশকাদু হৌগৎলে অদুগা টুপি থাঙথলি।*

"ঐসু য়ুমদা চৎপনা ফরনি নীংই, মদুনা খ্বাইদগী ফরনি," মহাক্না থৌশাদবা মান্নবা হোৎনবগা, অদুবু হাইফেৎ নোকপা অদুদি থিংবা ঙমদনা হায়রকই, অদুদগী মহাক য়ুমগী কাচিন অকোয়বদা মশক উখিদ্রে।

মতম অদুদা খুঙ্গঙ অদু মমথখ্রে। অমম্বা অতিয়াদা থবানমিচাকশিংনা চাইনা থোক্লি। লম্বীশিংদু মম্মী অমসুং পুমহাঙ হাঙই। নাজারকাদি নূপীমচাশিংদুগা লৈপন্দা অদুম লৈ, মখোয়গী নোক-খেবা অদু হৌজিকসু অদুম তাবা ফংলি। লুকাশকাদি লৈশাবীশিং অদুগী মনাক্তগী তপ্না হন্দোকখ্রগা হৌদোঙগুম্না পাকথরগা মাগী থাঙপাক অদু লেঙদনবা পায়রগা খঙহৌদনা তপ্না তপ্না চেনখ্রে; অদুম ওইনমক মহাক ময়ুম্লোমদা চেন্দে, কোর্ণেটকী য়ুম তম্না চেল্লি। লম্বী অনীখক লাম্থোক্লগা মানা লৈরক অমদা হাইজিল্লে অদুগা মাগী কোটকী মপান্দু তাখৎলগা শম্বল মরুম অমদা ফমথরে। "অশেংবা কোর্ণেট অমগী মচানূপী!" মানা মারিয়ানকাগী মরমদা খল্লকই। " ফাগী খজিক্তা ফাওবা তৌররোইদবা— লাইফম্তবা! অদুবু ঙহাক্তা ঙাইখিগে!"

নূপী অমনা চঙশিল্লকপা খোঙথাংগী মখোলনা মাগী পুক্লীং চিংশিল্লকই। মানা তাবা হৌরকই, অদুগা মথন্তা নোক্লকই।

মারিয়ানকানা মকোক নোম্থদুনা উগী শম্বলদা অনৌবা উ ময়োলগী চৈ অমনা ফুরদুনা, খোঙকাপ চাং নাইনা থাংলদুনা মহাক তম্না চুমদ্রীং চঙলকই। লুকাশকানা হৌগথলি। মারিয়ানকাদু ইখং খংনা চপ লেপখ্রে।

"ওহ, ফত্তবা! নঙনা ঐবু কয়াদা কিহল্লবনো! নহাক য়ুমদা চত্ত্রি?" মানা হায়রকই অদুগা হৌনা নোক্লকই।

লুকাশকানা মপাম্বোম নাম্মনা মাবু কোল্লি অদুগা অতোপ্পা খূৎ অদুনা মাগী মমায় থাঙথলি। "ঈশ্বরসাক্ষী, ঐনা নঙোন্দা কয়াদা হায়নীংখ্রবনো!" মাগী খোঞ্জেল অদু থক থক নীকই, অদুদগী ওনখি।

"নুমিদাংগী মতমদা নঙনা হায়রিবদু করিনো!" মারিয়ানকানা খুম্লকই। "ইমানা ঐবু ঙাইহৌরি, নহাক নঙগী নুংশিবীগী 'নাক্তা চৎখিবনা ফরনি।" অদুদগী মানা মাগী মপাম্বোমদগী নাম্থোক্তুনা খোঙকাপ খরা চেম্থোকখ্রে। মানা ময়ুমগী শম্বল্লে পাম্বীগী শম্বল য়ৌরগা লেপ্লে, অদুগা মাবু মাগা লোয়ননা ঙহাক্তা ঙাইখিনবা তকশিন্দুনা নাকন্দা তান্নরক্লিবা কোসাক অদুদা ওনশিল্লি।

"ফরে, নহাক করি হায়নীংবগে, অহিংগী উচেক?" অদুগা মানা অমুক নোকপা হৌরকই।

"ঐঙোন্দা ফাগী তৌনু, মারিয়ানকা! ঈশ্বরসাক্ষী! ফরে, ঐগী চান্নবী অমা লৈদুনা কৈদৌনি? লাইফত্তবনা মাবু লৌথ্রসনু! ৱাহৈ অদুতা হায়য়ু, ঐনা নঙবু নুংশিগনি— নঙনা নীংবা খুদিংমক তৌগনি। তাও সে!" অদুগা মানা মাগী ফুরিৎখাউদা য়াওরিবা পৈশা অদু খীংলকই। "ঐখোয় হৌজিক নীংথিনা হিংবা ঙমগনি। অতোপ্পশিংনা মখোয় মশানা নুংঙাইথোকই, অদুবু ঐগীদি কদায়? ঐদি নঙোন্দগী নুংঙাইবা অমতা ফংদে, নুংশিরবী মারিয়ানকা!"

নুপীমচাদু খুম্নক্তে। মানা মাগী চৈদু মখুৎনা থুনা পীক্লা মতেক মতেক থুদেক্তুনা মাগী মাঙদা লেপ্লি।

খঙহৌদনা লুকাশকানা ময়া চীকশিল্লদুনা খুদুম তাশিল্লি। "করিগীনো অসুম ঙাইহল্লিবা! নুপী, নহাকপু ঐনা নুংশিদ্রবা! নহাক্লা ঐঙোন্দা তৌনীংবদু তৌ," মানা শাউনা পীশুম শুক্তুনা মারিয়ানকাগী মখুৎ অনীমক পায়শিল্লগা খঙহৌদনা হায়রকই।

মারিয়ানকাগী মায়থোঙগী অঙৈংবা মতৌ অমদি মাগী অতপ্পা খোঞ্জেলদু হোংবা তৌদে।

"লুকাশকা, খুদোংচাবা লৌননবা নতিক উৎকে হোৎনগনু, ঐনা হায়রিবসি অমুক্তা তাখো," মানা মাগী মখুৎ অদু চিংথোক্তুনা, অদুবু কোসাক অদু পাম্বোম অমা থাপ্তোক্লা পায়রগা হায়রকই। "ঐ তশেংনমক নুপীমচা অমনি, অদুবু ঐনা হায়রিবসি তাও! মদু ঐনা লেপকদবা নত্তে, অদুম ওইনমক নহাক্লা ঐবু নুংশিরবদি ঐ নঙোন্দা করিগুম্বা অমা হায়গে। ঐগী খুৎ থাদোকউ, থাদোক্লগা ঐ হায়গে। ঐ নহাকপু লুহোংগনি, অদুবু ঐঙোন্দগী নহাক্লা করিগুম্বা অর্থ লৈতবা ৱাহৈ অমতা ফংলোই," মারিয়ানকানা মমায় লৈথোক্তনা হায়রকই।

"ঐঙোন্দা লুহোংবা? লুহোংবদি ঐখোয়গী মখা পোন্দে। ঐবু নুংশিয়ু, নুংশিবী মারিয়ানকা," লুকাশকানা নুংশুক্লনা অমদি শাউবদগী ঈংথরক্তুনা, নোঞ্জনা অমসুং নৌথনা মাগী মমীত্তা নক্লা য়েংলগা মোমোন তৌনা হায়রকই। মারিয়ানকানা মঙোন্দা নপশিন্দুনা মচীনবান্দা কন্না চুপ্লকই। মারিয়ানকানা থক থক নীক্লা মাবু কোল্লগা শোল্লকই, "নুংশিবা!" মদুদগী খঙহৌদনা মানা লৈথোক্তুনা অকোয়বদা য়েংলমদনা য়ুমগী থোঙ্গান্দা চেনশিনখ্রে।

কোসাক অদুনা মানা হায়বা তানবা মিনিট অমতা ঙাইবীয়ু হায়জরবসু মারিয়ানকানা লেপ্লমদ্রে।

"চৎলো," মারিয়ানকানা লাউরকই। "ঐখোয়বু উথ্রনি! লাইফত্তবা ভারা লৈবা মীদু শুমাঙদা চত্তুনা লৈরিমাগ্নে নীংই।"

*"কোর্ণেটকী মচানুপী," লুকাশকানা খল্লকই, "মহাক ঐঙোন্দা লুহোংগনি। লুহোংবা* হায়বসিদি মফবে, অদুবু মরু ওইবিবদি নুংশিবদুনি।"

মানা য়ামকাগীদা নাজারকা থেংনরে অদুগা মহাক্কা ঙহাক থকমিন্নরগা দুনাইকাগী য়ুমদা চৎলে, মহাক্তু মঙোন্দা থাজনীংঙাই ওইদবী ওইরবসু মফমদুদা অহিং অদুমা লেল্লে।

# ১৪

মারিয়ানকানা থোঙ্গান্দা চঙলকপা মতমদা ওলেনিনদু শূমাঙদা চত্তুনা লৈরি হায়বসি তশেংনা অচুম্বনি, মানা "লাইফত্তবা ভারা লৈবা মীগী" মরমদা হায়খিবদু তাহৌই। সন্ধ্যাগী মতম চুপ্পদুমা মানা মাগী অনৌবা লৈফমদুগী মাঙ্গোন্দা অঙ্কল য়েরোশকাগা লোয়ননা লেল্লি। মানা টেবল অমা, চা লোন্নবা পাত্র অমা, য়ু অমসুং চমখৎলবা মোমবাতি অমগা পুথোরকই, অদুগা মাগী মখোঙদা থোঙজিন্দা ফল্লিবা অহল অদুনা লীবা ৱারীশিংদু চা গ্লাস অমগা চুরুট অমগা থক্লগা মহাক্লা তায়। নুংশিৎ অদু লেঙদ্রবসু মোমবাতি অদু মহী চেঙ্থরকই অমসুং কুফেৎ-কাফেৎ তৌদুনা মাঙ্গোলগী উখোঙ, টেবল অমদি চফু, শম তেন্না কক্লবা পোক হৌরবা অহলদুগী মকোক অদুদা অমুক অমুক ঙাঙ্খোরকই। মৈরাম্বীশিংনা মৈঙালগী অকোয়বদা কোয়না পাইদুনা লৈ, টেবল অমসুং গ্লাসশিংগী মথক্তা মশা খপ্পুনা মোমবাতি মৈরিদা অমুক পাইশিন অদুগা ৱাংমগী অমম্বা জগাদা অমুক মশক উখিদা তৌদুনা মখোয়গী মশাদগী উফুল পাইথোরকই। ওলেনিনগা য়েরোশকাগা *চিখির* লীক্লী মঙা থকখ্রে। য়েরোশকানা গ্লাসশিং অদুদা হেক হেক হৈরেগা অমনা ওলেনিন্দা অফ-নুংঙাইগী বর পীরদুনা লাল্লকই, অদুগা চোকথবা লৈতনা ৱা ঙাঙদুনা লৈ। মহাক্লা থায়নগী কোসাকশিংগী পুন্সীগী মরমদা ৱারী লীরকই; মাগী মপা "অচৌবা" অদুনা মথন্তনা পাউণ্ড চহুম লূম্বা অশিবা লমওক লাবা অমা মনঙ্গন্দা পুবা অমসুং অমুক্তং ফম্বদা *চিখির* বালটিন অনী থকপা ঙম্বগী ৱারী লীরকই। মহাক্লা মাগী মতমগী অমদি মাগী মরূপ গিরচিক্কী ৱারী লীরকই, মানা মাগা লোয়ননা থায়না প্লেগ হায়বা লায়না অদুনা নানবা মতমদা টেরেক লাম্না মাসুল থীদনা ফি থান কয়া তুমিন্না পুবগী ৱারী লীরকই। অয়ুক অমা মানা শক্তি অনী মতৌ করম্না হাৎখিবগে হায়বগী অমদি অহিংদা কোর্ডোনদা মাগী মনাক তান্না হেক হেক চেল্লকখিবা মাগী নুংশিনবী অদুগী মরমদা ৱারী লীরকই। মহাক্লা পুন্নমক অসি অদুক্কী মতিক লক্তনা অমসুং মাঙদা শংশং উহনবা ঙম্না লী মদুদি ওলেনিন মতম হৌখিবা খঙহৌদে। "অহ, উম, মরূপ, ঐনা ঈনখৎলকপা মতমদু নঙ খঙহৌদ্রে; মতমদু ওইরম্লবদি ঐনা নঙোন্দা য়াম্না

উৎপা ঙম্লমগদবনি। ঙসিদি 'য়েরোশকা পাত্র লেকপা' ওইরে, অদুবু মতমদুদদি য়েরোশকা পল্টন শীনবা থুংনা ফাওরম্মী। খ্বাইদগী ফজবা শগোল কনাগীনো? কনাগী ওরদা * থাঙ লৈরম্বগে? থকমিন্নগদবা অমসুং য়াম্না নুংঙাইনা মতম লেনমিন্নগদবা মীদু কনানো? চীংদা আহমেট খানবু হাৎনবা কনা থাবা তাবম্বগে? করিগী, মতম চুম্নদা য়েরোশকা। লৈশাবীশিংনা কনাবু নুংশিবগে? মদুগী দায মতম লৈবা খিবিক্তা য়েবোশকানা লৌবা তারম্মী। মবর্মদি ঐ অশেংবা *ঝিজিৎ* অমা ওইবম্মী, য়ুথকপা, হুরানবা (ঐনা চীংদা শগোল শঙ্গু কয়া হেক হেক ফাবম্মী), ঈশৈশকপা, ঐ পূন্নমক ইহৈ হৈবম্মী! হৌজিক কালদি অদুগুম্বা কোসাকশিং লৈত্রে। মখোয়বু য়েংবদা ঐ নারে। মখোয়না অসুক ৱাংবদা (য়েরোশকানা লৈমায়দগী ফুট অহুম ৱাংনা মখূৎ থাঙ্গৎলি) নোক্লীংবা খোঙউপ বুট তোংলে অদুগা মদুদা য়েংদুনা লৈ— মদুতনি মখোয়না খঙবা নুংঙাইবা হায়ববু। নত্ত্রগা মখোয়না য়ু থক্কনি, অদুগা নুপাখোক্না *থকপসু ঙমদে, করিগুম্বা অমা পূন্নান লাল্লি। অদুগা ঐদি কনা ওইবম্বগে? ঐ য়েরোশকা হুরানবা হায়বদু ওইরম্মী, খুঙ্গঙশিংদা অমসুং চীংশিংদা ঐবু খঙলম্মী। নিংথৌমচাশিংনা ঐগা উন্নবা হেক হেক লাক্লম্মী! মখোয় ঐগী কুনাক ওইরম্মী। ঐ মীপূম খুদিংমক্কী কুনাক ওইরম্মী।* মহাক টার্টর ওইরবদি— টার্টর অমগা; আরমিনিয়ান ওইরগা— আরমিনিয়ান অমগা; লাম্মী ওইরগা— লাম্মী অমগা, অফিসার ওইবগা অফিসার অমগা! মা য়ুথকপবু ওইরবদি ঐ করিসু বেরা লৈতে। 'নহাক নশামক তাইবঙগী অপাম্বদা লূপ্লা অসিদগী শেংদোক্কদবনি,' মখোয়না হায়। 'নহাক লাম্মীশিংগা থকমিন্নরোইদবনি, টার্টর অমগা চামিন্নরোইদবনি।' "

"মদু কনানা হায়রিবনো?" ওলেনিন্না হংলকই।

"করিগী, ঐখোয়গী পুরোহিতশিংননিদনা! অদুগা মুসলিম লাইনীংবা নত্ত্রগা টার্টর বিচারপতি অমনা হায়বা তাও। মহাক্না হায়, 'ধর্ম্ম থাজদবা মুসলিম নত্তবা মখোয়বু ওকশা চারিবা করিগীনো?' মদুনা তাক্লে মদুদি মী খূদিংমক মশা মশাগী আইন লৈজে। অদুবু ঐনা খনবদি পূন্নমক অসি অমখক্তনি। ঈশ্বরনা পোৎ খূদিংমক তাইবঙ মীগী নুংঙাইনবগীদমক শেম্বনি। মদু খূদিংমক্তা পাপ অমতা লৈতে। খূদম ওইনা শা অমা ফাওবা হেক্তা য়েংউ। মহাক টার্টরশিংগী নারক্তা নত্ত্রগা ঐখোয়গী ইরক্তা লৈ। মহাক্না চৎলুবা মফম পূন্নমক্তা মাগী ময়ুম লৈ। ঈশ্বরনা হেক পীবা পোৎ অদু মহাক্না চায়! অদুবু ঐখোয়গী মীশিংনা হায় মদুগীদমক্তা ঐখোয়না হয়েং নরক্তা খাং লেক্কুগনি হায়না। অদুদগী ঐনা পূন্নমকসি তাৎ

*কোকেসসতা খ্বাইদগী মমল লৈনা লৌনবা থাঙশাং অমদি থাঙপাকশিং অদু অশাবগী মমিং লৌদুনা গুরদা কৌই।

ঙাক্তনি হায়না খল্লি," ঙহাক লেপ্পুরগা মানা অমুক শমথরকই।

"তাৎ হায়বদি করিবু?" ওলেনিন্না হংলকই।

"করিগী, ধর্ম্ম শন্দোকপা মীশিংনা হায়রিবদুনিদনা। চের্ভলেনায়াদা ঐগী *কুনাক* ওইরম্বা লাম্মীগী কেপ্তেন অমা লৈরম্মী, ঐগুম্বা নুংঙাইবা মীতা অমা। মহাক চেচনিয়াদা হাৎখি। ফরে, মানা হেক হেক হায়রম্মী পুন্নমকসি ধর্ম্ম শন্দোকপা মীওইশিংনা মখোয়গী মকোক্তগী পুথোকপা ঙাক্তনি। 'নহাক্না হয়েং শিরগা নঙগী মোংফমদা নাপী হৌরক্কনি, মদুনা লোইরে!' মহাক্না হেক হেক হায়রম্মী।" অহল অদুনা নোক্লকই। "মহাক নীংবা কায়রবা মীওই অমনি।"

"নহাক্কী চহী কয়া শুরে?" ওলেনিন্না হংলকই।

"ঈশ্বরতনা খঙই! ঐ চহী হুম্ফুতবামুক শুরম্বা য়ারে। নখোয়গী নিংথৌরেন অমা সিংহাসন্দা লৈরিঙৈগী মতমদা ঐ অদুক হাক্না পীক্লে। অদুনা নহাক্না খনবা ঙম্লগনি। ঐগী চহী হুম্ফুতরা ওইবা তাই, হা?"

"উম, *শুরম্লগনি, অদুবু নহাক হৌজিক ফাওবা নীংথিজবা মীওই অমা ওইবি।*"

"*ফবে, ঈশ্বরগী কৃপাদগী, ঐ হৌজিক ফাওবা হকচাং ফনা লৈরি, পুরা ফনা, নুপী অমনা ঐগী ফীবমবু মাঙহনবীরম্বা নত্তনা, হেলোয় অদুনা...*"

"মদুদি করম্না?"

"উম, ঐগী মদু পুন্নমক্তু মাঙহল্লম্বনি।"

"অদুগা অসুম্না নহাক্না শিববা কান্দা নহাক্কী মোংফমদা নাপী হৌরক্কনি?" ওলেনিন্না হন্দুনা অমুক হায়রকহ।

য়েরোশকানা মাগী বাখলদু শেংনা ফোঙদোক্কে হায়না খন্দবা মাল্লি। মানা ঙহাক তৃমিন্না লৈ। "অদুগা নহাক করি খনবগে? থকউ!" মহাক্না মোমোন নোক্তুনা ওলেনিন্দা য়ু খরা লাল্লগা খঙহৌদনা লাউরকই।

# ১৫

"ফবে, কদাযদগীনো ঐনা হৌখিবা অদুবু?" মানা নীংশিংদুনা শমথবকই। "উম, ঐ অদুগুম্বা মখলগী মীনি। ঐ শাদানবনি। পল্টন্দা ঐগা মান্নবা শাদানবা অমতা লৈতে। ঐনা নঙোন্দা শা-উচেক অমা হেক্তা ফংহনগে অমসুং উৎকে। মখোযনা কবি তৌই, কদাযদা চৎলি— ঐ পূন্নমক খঙই। ঐগী হূইশিং, নোংমৈ অনী, লাংশিং, ফীজং অমসুং উমাইবী অমা লৈ। ঐগী লোইনমক লৈ, ঈশ্বরগী কৃপানা। নহাক নাপল তৌদবা অশেংবা শান্নবোই অমা ওইব্বদি ঐ নঙোন্দা পূন্নমক উৎকে। ঐ কবম্বা মীনো নহাক খঙব্রা? ঐনা খোঙ্গুল পবেং অমা হেক উবগা— শাদুবু মশক খঙই। মহাক্না কদাযদা কূনগদগে, অদুগা কদাযদা ঈশিং থক্কদগে নত্ত্রগা কদাযদা লৈওনগদগে হাযবা ঐ খঙই। ঐ ইশামক্না কাযদোংফম অমা শেন্নগা অহিং চূপ্পা মদুদা ফম্নগা শঙলগা যেংদুনা লৈ। যূমদা লৈবগা কবি কান্নবগে' মথোঙ চাদে, যু ঙাওবগা লৈ। অদুগা মদুদগী নূপীশিং লাক্লগা বা পেৎ পেৎ ঙাঙই, অদুগা অঙাংশিংনা ঐঙোন্দা লাউই। মী অমা ঙাওহনবদি মদুনা অদুম ওক্লে।

"যাচঙবা মতমদা চৎলবদি মসিগা অমুক খেন্নবি, অফবা মফম অমা নশানা খল্লু, নাপী-শীংনাংশিং অদু নমথদুনা পাকথহল্লো, অদুগা মফমদুদা অফবা মরূপ অমগুম্না ঙাইদুনা ফম্মু। উমংদা তৌবিবা খূদিংমক নহাক্না খঙগনি। অতিযাদা যেংখৎলু : থবানমিচাকশিংগী মওঙ যেংদুনা লৈযু অদুগা মখোযনা নঙোন্দা মতম তাক্লক্কনি। অকোযবদা যেংউ— উমং অদুদা শ্রোৎ-শ্রোৎ লাউবনি, মোংশোং মবক্তা প্রেক-প্রেক লাউবা মখোল অমা তাবা নাকোঙ শিংনা অসুম ঙাইদুনা লৈযু, লমওক লাবনা লৈখোমদা লৈওনবা লাক্কনি হায়বগী আশাদা। ইগল মচাশিংনা যাক্না খোংলক্কনি, অদুগা খুঙ্গঙদা য়েনবাশিংনা নত্ত্রগা কাংঙা অমোমশিংনা খোংলক্কনি। নহাক্না কাংঙশিং খোংবা তাবা মতম অদুবাই ফাওবদি নোংযায যৌদ্রিবনি। অসিগুম্বশিং অসিগী মবমদা ঐদি লোইনা খঙই' নত্ত্রগা কবিগুম্বা অথাপ্পদা নোংমৈ কাপ্পগী মখোল তাবক্কনি, মদুনা নহাকপু বাখল খম্থহনগনি। নোংমৈ কাপ্রিবদু কনানো? মদু নহাক্কুম্না শা ঙাইবিবা অতোপ্পা কোসাক অমবা? মহাক্না মদু হাৎখ্রবা? নত্ত্রগা মহাক্না মদু শোকতমক

শোকহনবা ওইবা য়াই, অদুদগী তোল্লবা জীবদুনা করিসু নত্তবদা শীংনাং মরক্তা মখোঙ শেল্লা ঈ পরেং তাদুনা চত্থিবা ওইবা য়াই? ঐ মদু পামদে! ওহ, ঐ মদু কয়াদা পামখিদ্রবনো! করিগী শা অমবু শোকহনগদগে? অপঙবা, অপঙবা! নত্ত্রগা নহাক্লা খনগনি, '*অব্রেক* অমনা কনাগুম্বা অপঙবা নহা ওইরিবা কোসাক অমা হাৎপা ওইবা য়াই।' পুক্লীংদা অসিগুম্বা বাখল্‌শিংনা পীক থনগনি। মতম অমদা ঐনা তুরেলগী তোর্ব্বান্দা ফম্নগা য়েংদুনা লৈরিঙৈদা নাউশুম অমা তাউথরকপা উরম্মী। মদু চুথেক অমা তেকপা নত্তনা অতৈ করিমতা অকায়বা য়াওরমদে। মতমদুদা বাখল খম্বরক্রম্মী! মদু কনাগী নাউশুম ওইরমগদগে? লাইফত্তবা নখোয়গী লাম্মী খরনা *ওল* অমদা চঙলগা চেচেন নুপীশিংবু ফাবীরম্বা তারে অমসুং লাইফত্তবা কনাগুম্বা অমনা অঙাং হাত্তোকপিরগা, মখোঙ পায়দুনা ফক্লাংদা মকোক হাইহত্থপিরমাল্লে হায়না ঐনা খল্লম্মী। মখোয় অসিগুম্বসি তৌদ্রা? অহ! মীশিংসি থবায় পান্দ্রবনি! ঐঙোন্দা লাকপা বাখলশিংদুনা ঐবু পুক্লীং নুংশিবা পোকহল্লম্মী। উম, ঐনা খল্লম্মী, মখোয়না নাউশুমদু লংথোরকপনি, নুপী অদুবু পুখ্রে, অদুগা য়ুম অদুবুনা মৈ থাদোক্রে, তৌইগুম্বসুং মাগী নুপা অদুনা নোংমৈ পায়রগা ঐখোয়রোমদা লুট-পাৎ তৌবা লাক্রে। মফমদুদা নহাক্লা ফমদুনা লৈরিঙৈদা নঙোন্দা বাখল কয়া পোক্রকনি। অদুগা মোংশোং মরক্তা শা মচাশিংনা চঙলকপা মখোল তাবক্রবদি নঙোন্দা করিগুম্বা তীং তীং লাউবা অমা ফাওরকনি। অসোমদা লাকউ, ঐগী ফজবীশা! অদুদগী নহাক্লা খনগনি, 'মখোযনা ঐবু মনম নমগনি,' অদুগা নহাক্লা ফমদুনা করিমতা লেঙদনা লৈয়ু, মতমদুদা নঙগী থম্মোয়দা দঙ! দঙ! দঙ! লাউনা নহাক নশাবু মালংদা থাঙ্গৎপমখে চোংলকনি। হন্দক্কী বসন্তসিদা ফজরবা শা মচা অমা ঐগী ইনাক্তা লাক্রম্মী, 'মপা মচাগী মিংদা,' ঐনা অসুম্না হায়দুনা নোংমৈ হেক কাপকে তৌবা মতমদা ওক মপীদুনা মচাশিং অদুদা খোংলক্রম্মী। 'খুদোংথীবনি, ইচাশা,' মহাক্লা হায়, 'মফমসিদা মী অমা লৈরে,' অদুদগী মখোয় লোইনমক মোংশোং মরক্তা চেনশিনখিরম্মী। ঐ মঙোন্দা শক্তি লৈনা পুক্লীং চঙনা তৌরমগদবনি হাযনা পুক্লীংদা ফাওরকখি।"

"মতৌ করম্না ওক মপী অমনা মচাদা মী লৈরে হায়না তাকপা ঙম্লিবনো?" ওলেনিন্না হংলকই।

"মানা করিগী ঙম্লোইদগে? নহাক্লা শাশিং অসি অপঙবনি হায়না খল্লি? নত্তে, নহাক্লা মাবু ওক কৌজরবসু মহাক মী অমদগী হেন্না শিংই! মহাক পুন্নমক খঙই। সে খুদম ওইনা য়েংউ। মী অমনা নহাক্কী লম্বেলদা চৎপদা মানা মদু খঙবা ঙমদে; অদুবু ওকতি নহাক্কী লম্বীদা হেক লানশিন্নকপদা মনম শূৎ-শূৎ নম্লগা মহাক হৌদুনা চেনখিগনি। মদুনা উৎপদি

মহাক্কী জ্ঞান খরা লৈজে, লৈত্রা? নহাক্লা নশাগী মনম খঙবা ঙমদে, অদুবু মহাক্তি খঙই। অদুগা মসিমসু হায়গদবা লৈরি। নহাক্লদি ওক অদু হাৎপা পাম্মী, অদুবু মহাক্তি হিংনা উমংদা কোয়চৎ চৎচনীংই। নহাক্কী আইন অমা লৈ, অদুগা মাগীনা অতোপ্পা অমা লৈ। মহাক ওক অমনি, অদুবু মহাক নঙোন্দগী হেন্না করিসু ফত্তবা তৌদে— ঐখোয় পূম্নমক ঈশ্বরগী খূৎশেম ওইবা জীব ঙাক্তনি। অহ, ইবুংঙো! মী হায়বসি পঙই, পঙই, পঙই!" অহল অদুনা মসি কয়ারক হন্না হায়রকই, অদুদগী মরু লূকথদুনা ৱাখল খল্লগা ফম্মী।

ওলেনিনসু ৱাখল খন্থবা হৌরকই, মতুংলোমদা মখূৎ থন্নগা মাঙ্গোলদগী কূমথদুনা শূমাঙদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎপা হৌরকই।

য়েরোশকাদু মমীৎ-মনা শিংলক্তুনা মকোক থাঙ্গৎলি, অদুগা মোমবাতিগী কুফেৎ-কাফেৎ ঙাল্লিবা মৈরিদুগী অকোয়বদা কোয়না পাইরিবা মৈরাম্বীশিংদুনা মদুদা চোংশিন্দুনা চাকথেকচবদু পূক্নীং চঙনা য়েংবা হৌরকই।

"অপঙবা, অপঙবা!" মহাক্লা হায়রকই। "নখোয়না পাইশিল্লিবদু কদায়দনো? অপঙবা, অপঙবা!" মহাক হৌগৎলকই অদুগা মাগী অচৌবা খূৎশাশিং অদুনা মৈরাম্বীশিংদু তাম্থোকপা হৌরকই।

"নখোয় চাকথেক্লগনি, অপীকপা অপঙবশা! অসোমদা পাইয়ু— মফমসিদা পাইফম মরাংকায়না লৈ।" মহাক্লা মাগী অচৌবা খূৎশাশিংদুনা তপ্না মখোয়গী মশাশিং অদু পায়দুনা ফানবা হোৎনরগা নৌথনা হায়রকই, অদুগা অমুক পাইহনখি। "নখোয় নশা নতোমতা হাত্তোকচরে, ঐ নখোয়গীদমক্তা নুংঙাইতে!"

মহাক্লা য়াম্না কুইনা ঙাঙদুনা লীক্লী অদু চিংল-চিংলদুনা ফম্মী। ওলেনিনদি শূমাঙদা হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা লৈ। ইখঙ খঙহৌদনা থোঙ্গাল ৱাংমদগী মুরুম মুরুম শোনবা খোঞ্জেল অমনা মাগী পূক্নীং চিংশিল্লকই। মহাক্লা তৌগে হায়না তৌবা নত্তনা মথন্তা স্বর থিঙ্গত্তুনা নূপী অমগী নোকপা, নূপা অমগী খোঞ্জেল অমসুং চূপ্পবগী মখোল তারকই। মানা মখোঙ মখাগী নাপী মথক্তা থৌওইনা মখোল থোকহল্লগা শূমাঙগা মায়য়োক্লবা নাকন্দা চঙশিল্লি; অদুবু ঙহাক্তং লৈরবা তুংদা শম্বল্লগী শম্বল অদু শ্রোৎ-শ্রোৎ লাউরকই। অমুবা সরকেসিয়ান কোট লীৎপা, অঙৌবা য়াউ মউনগী টুপি উপ্পা কোসাক অমখক শম্বল ৱাংমদা চৎখি (মদু লুকাশকানি), অদুগা মকোক্তা রুমাল অঙৌবনা পুনবা ৱাং-চাউরবী নূপী অমখক ওলেনিনদগী হেনগত্তুনা চৎখি। "নহাক্কা ঐহাক্কা করিসু মরী লৈনদে," মারিয়ানকাগী অচেৎপা খোঙথাংনা হায়বগুম তৌই। মহাক্লা য়ুমদুগী মাঙ্গোন্দা য়েংদুনা মাবু ইম্নে, মারিয়ানকানা রুমাল

লৌথোক্লুনা ফমথখিবা অদু ফাওবা মানা থোঙনাউদা উই। অচীকপা হৈনিংদবা ৱাখল, ময়েক শেংদবা অপান্বা অমদি আশা অমসুং কনাগুম্বা অমা নত্ত্রগা অমবু কল্লকপগী ৱাখলনা নহা ওইরিবা মী অদুগী আত্মাবু খঙহৌদনা খুদুমচনখি।

য়ুমশিংদা থেঙনা থাল্লম্বা থাউমৈশিংদু মুখৎনখ্রে। অথেঙবদা লিলখোংলম্বা খোঞ্জেল-শিংদু ঈংথখ্রে। শূমাঙশিংদা ঙৌনা মমি শামি ঙাম্লোক্লুনা লৈরিবা শম্বল্লে পান্বীশিংগী শম্বল, শা-শন, য়ুমশিংগী য়ুমথকশিং অমসুং চীংলেল্লবা অৱাংবা পোপলর উপালশিং পূল্লমক থবক কল্লা শূরুবদগী নুংঙাইনা শান্তি ওইনা তূংখুন তাল্লিবগুম উরি। অথাপ্পা অচোৎপা লমদগী লীশাংশীৎনা খোংলকপা হঙোইশিংগী খোঞ্জেলতমক নহা অদুদা য়ৌরকই। নোংপোকলোমদা থোকপা থৱানমিচাকশিংদু খজিক্তা ঙাইশিল্লক্লে অমদি ঙাম্লোরক্লিবা মঙালদা মহী চেম্লোকখিবগুম উরি; অদুবু কোকথক্তদি মখোয় হান্নদগী হেন্না কূংনা অমদি পাক্লা শন্দোকপা হেল্লকই। অহল অদুদি মখূত্তা মকোক শৌরগা উইরুম উইরুম তৌরি। মায়য়োক্লনা লৈবা শূমাঙ অদুদা য়েনবা অমা খোংলকই; অদুবু ওলেনিনদি করিগুম্বা খরা খল্লদুনা হৌজিক ফাওবা শূমাঙদা অদুম চত্তুনা লৈরি। খোঞ্জেল কয়ানা শক্লকপা ঈশৈগী মখোল অমা মঙোন্দা য়ৌরকই, মহাক্লা শম্বল ফাওবা চঙশিন্দুনা তায়। নহা ওইরিবা কোসাক কয়ানা হৱাউ-তয়াম্না ঈশৈ শক্লি, অদুগা খোঞ্জেল অমখক্তি পূল্লমক অদুদগী হেন্না হৌই।

"মদুদা ঈশৈ শক্লিবদু কনানো খঙলব্রা?" অহল অদুনা মমীৎ শিংলক্লুনা হায়রকই। "মদু থৌনা ফরবা লুকাশকানি। মহাক্লা চেচেন অমা হাৎখ্রে, মদুগী মহাক হৌজিক হৱাউ-তয়াম্লিবনি। অদুবু মদুদা করি হৱাউনীংঙাই লৈবগে?... অপঙবা, অপঙবা!"

"নহাক করিগুম্বদা মী হাৎপা য়াওখ্রব্রা?" ওলেনিম্না হংলকই।

হনুবা অদুনা খূদক্তা খূনিং অনী শৌরগা হৌগৎলকই, অদুগা ওলেনিনগী মমায় ময়াদা মাগী মমায়দু নকশিল্লকই।

"লাইফক্তবা!" অহল অদুনা লাউরকই। "নহাক্লা হংলিবদু করিনো? মদুগী মরমদা ঙাঙগনু। মীওইবা অমবু মাঙহনবা হায়বসি অরুবা ৱানি... অহ, য়াম্না লুবা ৱানি!... ফরে, কায়নরসি, মরূপ। নহাক্লা পীজ-পীথক তৌবা অসিদা ঐ পূক পীক থল্লে।" মহাক্লা হৌগৎলগা হায়রকই। "ঐ হয়েং অয়ুক শা কাপ্পা চৎনবা লাকউরা?"

"উম, লাকউ।"

"চেকশিল্লু, ঙন্না হৌগৎলু; হেন্না তূমশিল্লবদি জরিমানা তৌগনি!"

"করিসু চিংনরুনু, ঐ নঙোন্দগী হান্না হৌগৎকনি," ওলেনিম্না খুল্লকই।

অহল অদু চৎথ্রে। ঈশৈদু লেপখ্রে, অদুবু খোঙথাংগী মখোল অমসুং নুংঙাইনা বারী শাবদি তাবা ফংই। গুহাক্তং লৈরগা ঈশৈদু অমুক হৌরকই, অদুবু খরা থাপ্তোকখ্রে, য়েরোশকাগী অহৌবা খোঞ্জেলসু নিম্না থোবকই।

"করম্বা মীওইশিংনো, কবম্বা পুন্সীনো?" ওলেনিম্না স্বর শাংনা হোম্বুদুনা মাগী খাং-পোক্তা মথন্ত্রা তৃমিন্না হল্লকপদা খল্লকই।

# ১৬

অক্কল য়েরোশকা লাম্মীগী থবক তৌদ্রে, মহাক মথন্তা লৈ। চহী কুনগী মমাঙদা মাগী নূপীদু মাবু থাদোক্তুনা ওর্থোদোক্সকী গির্জাদা চৎখিরম্মী, অদুগা রসিয়ান সারজন্ট মেজর অমদা লুহোংখিরম্মী, মাগী মচা -মশূ অমতা লৈতে। মহাক্না মশাগী মবমদা ঙাঙবা মতমদা মহাকসি থায়না নহা ওইরিঙৈদা খুল অদুদা খ্বাইদগী থৌনা ফবা অমদি তমথিবা মী ওইরম্মী হায়বিবদু পোঙদুনা হায়বা নত্তে। পল্টনগী মীপূম খূদিংমক্না মাগী থায়নগী থৌনা অদু খঙহৌবা ঙাক্তনি। রসিয়ান অমদগী হেন্না শিখিবা, চেচেনসু শিখিবদু মাগী পূক্নীংদা চৈনা ওইদুনা লৈরি। মানা চীং-মান্দা লুট তৌবা হেক হেক চৎলম্মী অদুগা রসিয়ানশিংবুসু পোৎ-চৈ মুল্লম্মী; মহাক অনীরক কৈশুমশঙদা লৈরুরে। মাগী পুম্নীগী অয়াম্বা শরুক্তি উমংদা শা তান্দুনা লেপ্লম্মী। মফমদুদা মহাক্না তলদমক চাদুনা নুমিৎ কয়ানি লেনখি অদুগা ঈশিং নত্তনা করিমতা থকখিদে। অদুবু অমরোমদা মানা খুঙ্গঙদা লৈবা মতমদদি অয়ুক্তগী নুমিদাং ফাওবা হরাউ-তয়ামদুনা নুংঙাইথোকই। ওলেনিনগী মনাক্তগী চৎল্লগা মহাক পূং অনীদং তুম্মী অদুগা নোং ঙান্দ্রিঙৈদা হৌগৎলে। মহাক্না ফমুংদা হীপ্না হীপ্না ঙরাং সন্ধ্যাদা খঙনরুবা মী অদুগী মরমদা খল্লকই। ওলেনিনগী অচম্বা মতৌ (চম্বা হায়বদি মঙোন্দা চিংনবা লৈতনা পীথকপা) অদুনা মাবু য়াম্না পেলহনখি, অদুগা ওলেনিন মশামকসু পেনখি। রসিয়ান মচা পুন্নমকসি করিগী অসুক চল্লিবনো অমসুং ইনাক খুল্লিবনো, অদুগা মহৈ-মশিংদি হৈরেগা করিগী অসুক খঙদ্রিবনো হায়না মহাক্না ঙকই। অসিগুম্বা বাহংশিং অসিগী মরীদা মানা খম্বরকই, অদুগা ওলেনিনদগী মানা করি ফংবা য়াবগে হায়বদুসু খল্লকই।

অক্কল য়েরোশকাগী খাংপোক অদু ফনা নীংথিজনা চাউই, মন্দ্রি, অদুবু নূপী লৈতবগী খুদম অমদি মনুং অদুদা য়াম্না শেংনা উবা ফংই। কোসাকশিংনা মহৌশানা লূ-নানজবা অদুগী ওম্নতৈনবদা মাগী খাংপোক অপূম্বদু য়াম্না মোৎলি অমসুং হায়নীংঙাই লৈতনা লূ-নান্দে। ঈ তৈবা কোট অমা টেবল মথক্তা লংথোক্তুনা থম্মী; মানা উমাইবী মচীঙাক থাবদা শীজিন্নবা মচেৎ মচেৎ থোক্না শেম্নবা কাক অদুগী মনাক্তা য়ামগী লডু তংখায় অমা লৈ।

ফালশিংগী মথক্তা নোইদবা শউন্না শাবা সেন্দলশিং, নোংমৈ অমা, থাঙপাক অমা, অপীকপা খাউ অমা, অচোৎপা ফিরোলশিং অমসুং মখল মখা কয়াগী ফীজেৎ-ফীগায়শিং চাইখায়দুনা লৈ। কাচিন্দা ঈশিং নমথিবা য়াওবা খুদেং অমা লৈ, মদুদা মাগী অতোপ্পা সেন্দল জোড়া অমখক তীংদুনা লৈ; মনাক্তা নোংমৈ অমগা শা তানবদা শীজিন্নবা ফীজং অমগা লৈ। লৈমায়দা লাং অমা হন্দোক্লুনা থম্মী, মফমদুদা অশিবা নোংইন কয়া তাদুনা লৈ; অদুগা মখোঙদা থৌরী পুনবা য়েন অমখক টেবল ময়াদা কোয়চৎ চত্নুনা অমোৎপা জগাদগী মচীঞ্জাক খুল্লি। মৈ থাদবা ষ্টোভ অদুদা শঙ্গোম মানবা মহী মখল অমা য়াওবা অকায়বা চফূ অমা লৈ। ষ্টোভ অদুগী মথক্তা খুনুঙ্গং অমখক য়াক্লা খোংল-খোংলদুনা মাবু পুল্লিবা থৌরী অদু থদৎনবা হোৎনরি, অদুগা মতু শিল্লবা উমাইবী অমনা য়েন অদুদা চিংননা য়েংলগা অমদি মরক মরক্তা য়েৎ ওই অনীমক্তা মঙক নোক্লগা ষ্টোভ মপান্দা তৃম্মিন্না কৃল্লগা লৈ।

অক্কল য়েরোশকানা মাগী ফুরিৎ লীৎলগা ফক্লাংগা ষ্টোভকা অনীগী মরক্তা থারিবা অতেনবা ফমুং মথক্তা উপ্রাক্লা হীপ্তুনা লৈরি, মাগী অকনবা মখোঙদু থাঙ্গৎলগা খোঙপাক অদুনা ষ্টোভ মথক্তা থম্মী। মানা খুৎমোজা উপত্রবসু পুবা হৈনরবা উমাইবীনা মখুত্তা খোৎপগী মফমশিংদু মাগী অচৌবা খুৎশাশিংদুনা শীক্লি। কা অপুম্বা অদু, মরু ওইনা অহলদুগী মনাক্তু মঙোন্দা হেক হেক চেনবা, নুংঙাইতবদি নত্তবা য়ানশিন্নবা অকনবা মনমদু নম্মী।

"*উইদে-মা, অক্কল?*" (অক্কল লৈব্রা?) থোঙনাউ ফাওনা অহৌবা খোঞ্জেল অমা লাকই; মদু মহাক্লা লুকাশকাগী খোঞ্জেলনি হায়বা থুনমক খঙই।

"*উইদে, উইদে, উইদে!* ঐ মনুংদা লৈ।" হনুবা অদুনা লাউরকই। "চঙলকউ, য়ূম্লোন্নবা মারকা, লুকা মারকা। নহাক্কী অক্কলনা নহাক্কীদমক্তা করি তৌগনি? নহাক কোর্ডোনিদা চৎলিব্রা?"

উমাইবী অদুনা মপুনা লাউবা তাবদা মশা খপ্পগা মাগী থৌরীদু চিংই।

অহল অদুনা লুকাশকাবু য়াম্না লুনা তৌই, মহাক্লা হৌগৎলক্লিবা যুগকী কোসাক নহারোলশিংবু তৃক্কচবদা মহাক মথক্তবুদি য়াওদবা মীনি। অদুগীসু মথক্তা লুকাশকাগা মাগী মমাগনা য়াম্না নক্লবা য়ূম্লোন্নবা ওইনা মঙোন্দা য়ু, শঙ্গোম অফম্বা অমসুং য়েরোশকাগীদি লৈতবা য়ুমগী অতোপ্পা পোৎথোকশিং তোয়না পী। পুন্সী চুপ্পা মশাবু লাকশিনবা ঙমজদ্রবা অক্কল য়েরোশকানা মাগী নুংশিবদা ঙাওবসি থবক ওইনা উৎপগী মীৎয়েংদগী মতম চুপ্পদা শন্দোক্লা তাকই। "ফৈ, করিগী তৌরোই? মখোয়না মদু পীবা ঙম্মী," মানা মশা মতোমতা

হেক হেক হায়জে। "ঐনা মখোয়দা অতেকপা শদোং খরা নত্ত্রগা উচেক অমা পীগনি, অদুগা মখোয়না মখোয়গী অঙ্কলবু কাউরোই: মখোয়না ঐঙোন্দা করিগুম্বা মতমদা তল অমা নত্ত্রগা পাই মচেৎ অমা পুরক্কনি।"

"খুরুমজরি, মারকা! ঐ নহাকপু উবদা নুংঙাইরে, " অহল অদুনা হ্রাউ-হ্রাউ লাউরকই, অদুগা মাগী খোঙউপ য়াওদবা মখোঙদু থুনা থাদদুনা মানা ফমুংদগী চোং-থোরক্লগা মখোল থোকপা লৈমায় অদুদা খোঙকাপ অমা-অনী চথলি, মাগী হেন্দোক্লবা খোঙশাশিং অদুদা য়েংথৈ অমসুং খূদক্তা মহাক্কী মখোঙগী মশক অদুদা নুংঙাইরদুনা মোমোন নোকই, খোঙউপ তোংদবা খূনিং অদুনা লৈমায়দা থীল্লি, অমুকসু থীল্লি, অদুদগী হ্রাউনা চোংলকই।

"মদু শিংই, হা?" মহাক্লা মাগী অখুবা মমীৎ অদু লংখৎলদুনা হংলকই।

লুকাশকানা হাইফেৎ মোমোন নোক্লকই।

"কোর্ডোনদা হল্লিবনিনে?" অহল অদুনা হংলকই।

"ঐখোয়না কোর্ডোনদা লৈরিঙৈদা ঐনা নঙোন্দা পুরক্কে হায়না বাশকখিবা *চিখির* অদু পুরক্লে।"

"খ্রাইষ্টনা নঙবু কনবীবা ওইসনু!" অহল অদুনা হায়রকই, অদুগা মহাক্লা লৈমায়দা তাদুনা লৈরিবা অরাওবা খোঙ্গ্রাউ অচোনবা অমগা *কেশমেট* অমগা লৌখক্তুনা শেৎচিল্লগা খ্বাঙদা মবী অমা ফাজিল্লি, লৈবাক্কী চফ্ অমদগী ঈশিং খবা মখূত্তা হৈরগা মাগী অমনবা খোঙ্গ্রাউ অচোনবা অদুদা মখূত্তু তৈথোকই, শমজেৎ অমনা মাগী খদাঙকোই অদু হাৎলে অদুগা লুকাশকাগী মাঙদা লৈপ্লি। "থৌরাঙ লোইবে," মহাক্লা হায়রকই।

লুকাশকানা তোঙ্গোৎ অমা পুথোবক্তুনা তৈথোক্লগা মদুদা য়ু হৈরকই, অদুদগী মদু অহল অদুদা লাল্লকই।

"নহাক্কী নাদ-য়েক্তবা! মপা মচাদা!" অহল অদুনা চীংলেম্না য়ু অদু লৌরগা হায়রকই। "নহাক্লা অপাম্বদু ফংবা ওইয়ু, মতম চুপ্পদা অথৌবা ওইদুনা ক্রোস ফংবা ওইয়ু।"

লুকাশকানা লাই অমুক হন্না শোল্লগা খজিক্তং থকই, অদুগা য়ু অদু টেবল মথক্তা থম্মী।

অহল অদু হৌগৎলক্লে অদুগা ঙা অয়াইবা খরা পুথোরক্লগা থোঙজিন্দা থম্মী, মফমদুদা মদু চৈ অমনা থোৎহন্নবা ফূরে; অদুদগী মাগী শৌ-শৌ লাউবা মখূৎ অদুনা হীগোক মচুগী প্লেট (মাগী অমখক্তমক ঙায়বা) অমদা হাপ্লগা টেবল মথক্তা থম্মী।

"ঐনা পাম্বা পুন্নমক ফংলে। চান-থক্লবা ফংলে, ঈশ্বরবু থাগৎচরি!" মহাক্না পোঙনা হায়কই। "ফরে, অদুগা মোসেভতি কমদৌরিবা?" মানা হংলকই।

লুকাশকানা অহল অদুগী মত খঙনীংবা মান্না মতৌ করম্না মঙোন্দগী কোর্পোরেল অদুনা নোংমৈ লৌখিবগে হায়বদুগী মরমদা মঙোন্দা তম্নকই।

"নোংমৈদুগী করিসু খল্লুনু," অহল অদুনা হায়রকই। "নহাক্না নোংমৈদু পীথোক্লবদি নহাক মনা ফংলোই।"

"অদুবু, অঙ্কল, মসি মী অমনা শগোল তোংবা কোসাক ওইদ্রিঙৈদা ফংবা অপীকপা মনানি হায়না মীশিংনা হায়নৈ; অদুগা নোংমৈ অদুদি রুবল মরিফু পীবা য়াম্না ফজবা নোংমৈনি।"

"হেরা, মদু লৌজখ্রসনু! ঐ অফিসারগা অদুম্না অমুক খৎনখি: মানা ঐগী শগোল পাম্নম্মী। 'মসি ঐঙোন্দা পীরো, নহাক কোর্ণেট হাপ্পীগে,' মহাক্না হায়। ঐনা পীখিদে, অদুদগী ঐ করিসু ফংহৌদে!"

"হোয়, অঙ্কল, অদুবু য়েংউ ঐ শগোল অমা লৈগদবা লৈ; তুরেল বাংমদা রুবল য়াঙখৈদগী তারবদি ফংলোই হায়না মখোয়না হায়নৈ, অদুগা ইমানা ঐখোয়গী য়ুদি য়ৌন্দ্রি।"

"হেরা ঐখোয়দি করিসু থৌশাবীদে," অহল অদুনা হায়রকই; "অঙ্কল য়েরোশকানা নহাক্কী চহী মতাং অসিবাইদদি নোগাই মীয়ামদগী শগোল শঙ্গু শঙ্গু হুরাল্লি, অদুগা টেরেক লাম্না হোইদুনা পুই। করিগুম্বা কান্দা ভোদকা গেলোন মশুং অমা নত্ত্রগা ক্লোক অমগীদমক ফজবা শগোল অমা পীথোকই।"

"করিগীনো অদুক হোঙনদি?" লুকাশকানা হংলকই।

"নহাকসি অপঙবা জাৎনি, অপঙবনি, মারকা," অহল অদুনা তৃক্কচনা হায়রকই। "করিগী, মীনা হুরাল্লিবসি মদুগীদমক্তনি, পাম্মুবা খঙদনবা! ঐনা নীংবদা নহাক্তি মসি কমদৌনা তৌবনো হায়বদু অমুক্তা উখিদ্রি? নহাক করিগী বা ভাঙদ্রিবনো?"

"ঐনা করি হায়গদগে? অঙ্কল?" লুকাশকানা খুম্নকই। "নহাক্না ওইরম্বা মওঙদুগা ঐখোয়গা জাৎ মান্নদবগুম তৌই।"

"নহাক অপঙবনি, মারকা, নহাক অপঙবনি! জাৎ মান্নদবা!" অহল অদুনা কোসাক পাখং অদুগী মতৌ তমদুনা খুম্নকই, "ঐদি নখোয়গী চহী মতাং অসিদা অদুগুম্বা মখলগী কোসাক ওইদে।"

"মদুদি করম্না?" লুকাশকানা হংলকই।

অহল অদুনা তুক্কচনা মাগী মকোক নোম্লকই। "অঙ্কল য়েরোশকা *ইচম চমই*; মানা করিমতা খোয়খা-লিনখা থাবা তৌদে! অদুনা ঐনা চেচনিয়া পূন্নমক্কা *কুনাক* ওইরম্মী। *কুনাক* অমনা ঐবু উন্নবা লাক্কনি, মদুদা ঐনা মঙোন্দা ভোদকা পীথক্তুনা নুংঙাইহল্লি, ঐগী ফমুংদু মানা তুন্নবা পীথোকই; অদুগা ঐনা মা উন্নবা চৎপা মতমদা মাগী খুদোল অমা পুই! মদু চৎনবী মওগুনি, নখোয়না হৌজিক কান্দা তৌনদবা। নখোয় নূপামচাশিংনা হৌজিক হেক নুংঙাইজবা হায়ববু মরূ তূপ্লা অদুগা মকু কামথোকপা অসিনি!" অহল অদুনা নুমিৎলৈ মরূ তূপ্লগা মকু কামথোক্লিবা হৌজিক কালগী কোসাকশিংগী মতৌ তন্নদুনা তুক্কচবা মতৌ উত্তুনা বা ঙাঙবা লোইশিল্লি।

"উম, ঐ খঙলে, " লুকাশকানা হায়রকই। "নহাক্লা হায়বা তশেংনা চুম্মী।"

"নহাক অদুগুম্বা মখলগী মীওই ওইবা পান্নবদি *ঝিজিৎ* অমা ওইয়ু, লৌউবা ওইরূনু! লৌউবা মী অমা ফাওবা শগোল অমা লৈবা ঙম্মী — মহাক্লা পৈশা পীদুনা শগোল লৌই।"

মখোয় ঙহাক তুমিন্না লৈনৈ।

"অদুগা খুঙ্গঙদা অমসুং কোর্ডোনদা লৈবসি য়াম্না হৈনিংদে, অঙ্কল; কনাগুম্বা অমনা ঙহাক নুংঙাইনবা চখোকফম জগাসু লৈতে। ঐখোয়গী নূপামচা পূন্নমকসি য়াম্না কিগল্লি। খূদম ওইনা নাজারকাবু য়েংউ। মতম খরগী মমাঙদা ঐখোয়না *ওলদা* চৎপা মতমদা গিরৈ খান্না ঐখোয়বু শগোল খরগীদমক নোগাইদা লাকউ হায়রম্মী, অদুবু কনাগুম্বা অমতা চত্তে; অদু ঐ ইথত্তা করম তৌনা চৎলুবা ঙমগনি?"

"নহাক্কী অঙ্কলগী ৱাদি কমদৌই? ঐহাকসি নহাক্লা পুরা ময়াই চন্নবা মীনি খনব্রা?... হুম, চমদ্রিবনি। ঐঙোন্দা শগোল অমা পীয়ু, ঐ খূদক্তা নোগাই তান্না চৎকে।"

"নাতৈ চাদবা ৱা ঙাঙলগা করি কান্নবগে। " লুকাশকানা হায়বকই। " গিরৈ খানগী মরমদা করি তৌগদগে হায়বদু নহাক্লা ঐঙোন্দা তাকপিবনা হেন্না ফৈ। মহাক্লা হায়, 'শগোলশিং অদুতা টেরেক  তান্না পুরকউ, শঙ্গু অমা পুল্লপ পুরক্লবসু ঐনা মখোয়গী থম্ফম পীগনি।' নহাক্লা খঙলিবদুনি মহাকসু চেচেন অমনি, মাবু থাজবা ঙমদে।"

"নহাক্লা গিরৈ খানবু থাজবা য়াই, মাগী মরী-মতা পূন্নমক অফবা মীওই ঙাক্তা ওইরম্মী। মাগী মপা অদু ঐগী থাজনীংঙাই ওইবা *কুনাক* অমনি। অদুবু নহাক্কী অঙ্কলনা হায়বা তাও, মানা নঙোন্দা লান্না তাক্লক্লোই। গিরৈ খানবু ৱাশকহল্লু,  অদুদগীদি য়ারে। অদুম ওইনমক নহাক্লা মাগা লোয়নদুনা চৎলবদি নহাক্কী পিস্টোল অদু থৌরাঙদি মতৌশিল্লু; মরূ ওইনা শগোলশিংদু য়েন্নরমদাইদা। ঐসু অদুন্না অমুক চেচেন অমনা হাৎলমগদৌরে। ঐনা মঙোন্দগী

শগোল অমগী মমল রুবল তরা পান্নম্মী। থাজবদি মফৈ, অদুবু নোংমৈ অমা য়াওদনদি তৃমগনু।"

লুকাশকানা অহল অদুনা হায়বদু পুক্নীং চঙনা তায়।

"অঙ্কল, নহাক্কী নুঙ্গায় পেরুক্কা লৈব্রা হায়বনি?" মানা ঙহাক্তং লৈরগা হংলকই।

"ঐগীদি অমতা লৈতে, অদুবু মতৌ করম্না মদু ফংগদগে হায়বদু নঙোন্দা তাক্কে। নহাক অফবা নুপামচানি, অহল ওইবা মীবু কাউথোক্কনু... ঐ নঙোন্দা হায়য়ুরা?"

"হায়য়ু, অঙ্কল?"

"নহাক থেঙ্গু হায়বদু খঙইদনা? মহাক লাইফত্তবনি, থেঙ্গুদু!"

"উম ঐ খঙই।"

"মহাক্কী মকোন ফংনবা থিয়ু অদুগা মহাক্না মনুংদা চঙবা ঙমদনবা শম্বল কোয়না খাজিল্লু। মহাক লাক্লগা মদুগী অকোয়বদা কোয়না কোয়না চৎকনি, অদুদগী মহাক্না নুঙ্গায় পেরুক থিবা চৎখিগনি। মহাক্না থুনা খরা পুদুনা লাক্কনি অদুগা শম্বল অদু থুগায়দুনা চঙগনি। মথংগী অয়ুক্তা মতম চানা চৎপা নীংশিংউ, শম্বল থুদেকপা মফম অদুবাইদা নুঙ্গায় পেরুক অদু অদুম তাদুনা লৈরমগনি। মদু নহাক্না পুনীংবা মফমদা পুরো। শো লোনবা অমসুং অপনবা অমতা নঙোন্দা থোক্রোই।"

"অঙ্কল, নহাক নশামক মদু তৌদুনা য়েংলব্রা?"

"য়েংবগীদি ঐ মদু য়েংদ্রি, অদুবু অফবা মীওইশিংনা ঐঙোন্দা মদুগী মরমদা হায়রম্বনি। ঐ যাদু অমখক্তি শীজিন্নরম্মী। মদুদি ঐগী শগোল কাখৎপা মতমদা ঐনা 'পূন্নমকপু তরান্না ওকচরি' হায়বা বাহৈশিং হন্না হন্না হায়বসিনি, অদুদগীদি কনাগুম্বা অমতনা ঐবু কৈদৌঙৈদসু হাব্রে!"

" অঙ্কল, 'পূন্নমকপু তরান্না ওকচরি' হায়বসি করিনো?"

"করি, মদু নহাক খঙদব্রা? নহাকসি করম্বা মীনো! নহাক্না নহাক্কী অঙ্কলদা হংবা চুম্মী। তাও, অদুগা ঐনা হায়রগা খুমউ:

"তরান্না ওকচরি! জায়ন্দা লৈবা নখোয়বু,
নখোয়গী নিংথৌবু মীৎয়েং তাবীয়ু।
ঐখোয়না ঐখোয়গী শগোলদা কাখৎলি,
সোফনায়না কপ্পী।

জেকরায়সনা ঙাঙই,
পম্ভৌ মেন্দ্রিচ,
মীওইবা জাতিবু মতম চূপ্পদা নুংশিজনা।"

"মীওইবা জাতিবু মতম চূপ্পদা নুংশিজনা," অহল অদুনা অমুক্কা হায়রকই, "নহাক হৌজিক মদু খঙলব্রা? হোৎনদুনা য়েংউ।"

লুকাশকানা নোক্লকই।

"অদুম চখখো, অঙ্কল, মদুনরা মখোয়না নহাকপু কৈদৌঙেদসু হাৎখিদ্রিবা? অদুম তৌখিবদু মদুনা ওইবা য়াই!"

"নহাক য়াম্না শিংলক্লে! মদু চীনফা পুশিল্লু অদুগা হায়য়ু। মদুনা নঙোন্দা অমাঙবা অমতা থোকহল্লোই। হেক্তা শকউ 'পূম্নমকপু তরাম্না ওকচরি!' মদুদগী নহাক করিসু তৌররোই।" অদুদগী অহল অদুনা মথন্তা নোকপা হৌরকই। "নহাক নোগাইদা চৎলমদবা ফৈ, লুকা!"

"করিগীনো?"

"মতমসি হোংলে। নখোয় অদুগুম্বা মীওশিংদু নত্তে। নখোয় হৌজিক কালগী কোসাকশিংসি পুরা লোনচৎ য়াওদ্রবা ঙাক্তনি। অদুগা য়েংউ ঐখোয়গী ইথক্তা রসিয়ান কয়া য়াম্না লাক্লবনো! মখোয়না নখোয়বু বিচার লোয়শঙদা পুগনি। লাক্লো, মদু তোক্লো? নখোয় মদু তৌনবা মী নত্তে! হৌজিক গিরচিক্কা ঐগা, ঐখোয়না হেক হেক..." অদুদগী অহল অদুনা মাগী লোইবা নাইদ্রবা ৱারী অমা লীথবা হৌরক্কদবগী তৌরকই, অদুবু লুকাশকানা থোঙনাউরোমদা য়েংথোক্লগা মাবু মরক থৎলি।

"নোং ঙাম্লে, অঙ্কল। ঐ চৎলগে। নোংমা ঐখোয়বু উন্নবা লাকউ।"

"খ্রাইষ্টনা নহাক্কা লোয়নবা ওইয়ু! ঐ লাম্মী নুপা অদুগী মনাক্তা চৎলগে; ঐনা মাবু শিকার পুবীগে হায়না ৱাশকখ্রে। মহাক অফবা মীতা মাপ্লি।"

## ১৭

য়েরোশকাগী খাংপোক্তগী লুকাশকা ময়ূমদা চৎখ্রে। লৈমায়দগী লীক্লাগী লৈচিল-নোংফাই কান্নকই অমসুং খুঙ্গঙ অদু পূমকূপ কূপশিল্লি। শা-শনগী মশক উবা ফংদ্রবসু মায়কৈ খূদিংমক্তা মখোয়না লেঙবা হৌরকপগী মখোল তারকই। য়েনবাশিংনা অমগা অমগা হেন্না তোয়না অমদি থৌজিন্দুনা কৌনবা হৌরকই। নোং ঙাম্বোরক্লে, খুলগী মীশিং হৌগৎনরক্লে। লুকাশকানা হাইফেৎ নকশিন্দ্রিঙৈদা, লীক্লানা পূমচোৎ চোৎলবা মাগী শূমাঙগী শম্বল, খাংপোক্কী মাঙ্গোল অমসুং ইহাং হাংদোকপা শঙ্গোল অদু খঙবা ঙম্মী। লৈচিন থাংলবা শূমাঙদগী শীংজঙনা উ ককপগী মখোল অমা মহাক্লা তারকই। লুকাশকা খাংপোক অদুদা চঙলক্লে। মাগী মমাদু হৌগৎলম্লে, ষ্টোভ ময়াদা লেপ্তুনা শীং লংশিন্দুনা লৈরম্মী। মাগী অপীকপা মচন অদুদি হৌজিক ফাওবা ফমুংদা তূমদুনা লৈরি।

"ফরে, লুকাশকা, ছুটিদা ওক্লবা নুংঙাইরুরেদনা?" মাগী মমানা তপ্না হংলকই। "অহিংদি কদায়দা লেল্লুই?"

মাগী মচানূপানা নোংমৈদু মারগা মখুমদগী লৌথোক্তুনা চেকশিন্না য়েংলগা খুন্নীংদনা খুন্নকই, "ঐ খুলদা লৈ।"

মাগী মমানা মঙক নোম্লকই।

লুকাশকানা মখূৎ পানবা পাত্র অমদা নোংমৈ হীদাক খরা হৈথরকই, খাউ অমা লৌথোক্লগা মদুদগী অহাঙবা নোংমৈ মরু মখুম খরা পুথোরকই অদুগা মখোয়শিংদু অমমম ফি মচেত্তা য়োম্বা নোংমৈ মরু অমনা চেকশিন্না খুমজিল্লগা মেনশিল্লি। অদুদগী মচাক হাল্লবা নোংমৈ মরু মখুমশিংদু মাগী ময়ানা চীক্তুনা কূপ্না চাং য়েংলবা মতুংদা মহাক্লা খাউ অদু থমজিনখ্রে।

"ইমা, ঐনা ঐগী খাউশিংদু শেমজিনবা দরকার ওইরে হায়খিবদাই; মদু তৌরব্রা?" মানা হংলকই।

"ও হোয়, ঐখোয়গী লোম্বোক্তবী নূপীমচাদুনা ঙরাং নুংদাং করিগুম্বা খরা

শেমজিনখিবগুম তৌবনি। করিগীনো নহাক কোর্ডোনদা অমুক হনবা মতম য়ৌরক্লবা? নহাক্কী মরমদা করিমতা খঙদ্রে।"

"উম, ঐ থৌরাঙ হেক লোইবগা চৎকদৌরিবনি," লুকাশকানা নোংমৈ হীদাক অদু কিশিল্লদুনা খুন্নকই। "অদুগা ঐখোয়গী লোম্বোক্তবী অদুদি কদায়দা চৎখ্রে? মপান্দা লৈব্রা?"

"উ কক্লমগনি নীংই। নহাক্কীদমক্তা মানা য়াম্না ৱাজবনি। মানা ঐঙোন্দা হায়, 'ঐনা মাবু উবা শূকফং ফংলরোই!' মানা অসুম তৌনা মমায়দা মখূৎ থম্লগা মরৈ তাক তাক লাউনা খৎলি, অদুগা, 'ঐনা মাবু উজরবদিকো' হায়বগী মতৌগুম মাগী থবাক্তা মখূৎনা থম্মী। মাবু কৌশিল্লকউরা? অব্রেক অদুগী মরমদা মা লোইনমক খঙবনি।"

"কৌশিল্লকউ," লুকাশকানা হায়রকই। "অদুগা ঐগী শদোং খরা মদুদা লৈবনি; মদু পীরকউ: ঐগী থাঙদু থাউ তৈগে।"

অহল ওইবী নূপী অদু থোকখ্রে; অদুগা মিনিট খরগী মনুংদা লুকাশকাগী মনা পঙবী, মরোন থোক্তবী মচে অদু ক্রেক-ক্রেক লাউবা সিঁড়ি থাকশিং অদু কাখৎলকই, অদুগা খাংপোক মনুংদা চঙলকই। মহাক মাগী মৌপ্পাদগী চহী তরুক হল্লি, মাগী (মনা পঙবা, মরোন থোক্তবা মীগী হৌনবা) হৈশিংদবা, অমুকসু মায়থোঙগী ফজদবা মওঙদা অহোংবা মফোঙদোক অদু নৎলমদ্রবদি মহাক মাগী মৌপ্পাগা হায়নীংঙাই লৈতনা মান্নরমগনি।

মহাক অপৌবা, ইফোৎ ফোৎলবা ফূরিৎ অচোনবী অমা লীৎলি; মখোঙদু খোঙউপ তোংদে, লৈখোম ঙাক্তা তৈ, মাগী মকোক্তা হীগোক মচুগী রুমাল অমনবা অমা পুল্লি। মাগী ঙকশম, মপাম্বোমশিং অমসুং মমায় অদু নূপাগী মতৌগুন্না মত্রং মত্রং কায়। মাগী ফিজেৎ অমদি শক্তমগী মওঙ মতৌ পূন্নমক্তুনা মহাকসি নূপাগী ওইবা অকনবা শূ-নোম্বা থবক্তা হৈনরবনি হায়বা তাকই।

মহাক্না মপাম্বোম পীক থন্না উতূপশিং কোল্লগা পুশিল্লকই, অদুগা মখোয়দু ষ্টোভ ময়াদা হুম্বরকই। অদুদগী মানা মৌপ্পাগী মনাক্তা চঙশিল্লগা মমায় পূম্বদু শূপচিন্না মোমোন নোক্তুনা মহাক্কী মরেংবান্দা শোক্লকই, অদুগা মাগী মখূৎশিং, মমায় অমসুং মশা পূম্বা অদুনা মৌপ্পাদা থুনা ইঙ্গিৎ কয়া তৌবা হৌরকই।

"চুম্মী, চুম্মী, অফবী নূপীমচা ষ্টেপকা!" মৌপ্পা অদুনা মঙক নোমদুনা খুন্নকই। "নহাক্না লোইনমক পুরক্রে, অদুগা পোৎ খূদিংমকসু শেমজিল্লে, নহাক অফবী নূপীমচানি! মদুগীদমক লৌরো সে!" মহাক্না মাগী ফূরিৎখাউদগী শিং থাকপা তল মচেৎ অনীখক পুথোরক্লগা মঙোন্দা পীরকই।

লোম্বোক্তবী নূপী অদুগী মায়থোঙদু হরাউ-মকালাম্মী; মহাক্না অঙকপা, হরাউ-নুংঙাইবগী মতৌ কয়া ফোঙদোরকই। শিং থাকপা তল অদু পায়রগা মহাক্না তোয়না মায়কৈ অমদা মখূৎনা থিল্লদুনা, মাগী অচৌবা খুৎশা অদু মাগী পীশুম অমসুং মমায়দা নাল্লদুনা হান্নদগী অমুক হেন্না থুনা খূদম তৌবা হৌরকই। লুকাশকা মহাক্না হায়রিবদু খঙই, মচীনবান্দা নোকফেৎ তৌবদুনা মঙক নোমদুনা লৈ। মহাক্না লুকাশকাদা নূপীমচা-শিংদা অহাউবা অচা-অথক পীয়ু হায়রিবনি, অদুগা নূপীমচাশিংনা মাবু পাম্মী, অদুগা মখোয় খূদিংমক্তগী খ্বাইদগী হেল্লবী মারিয়ানকা হায়বী নূপীমচা অদুমনা মাবু নুংশি হায়রিবনি। মহাক্না মারিয়ানকাগী ময়ূম মায়কৈদা মখূৎনা থুনা থিল্লদুনা অমসুং মচীনবান্না খূদম তৌরগা মকোক হাইদুনা পীশুম অমদি মমায়দা মখূৎনা থিন্দুনা মারিয়ানকাবু তাকই। "মানা নঙবু নুংশি, " মানা মখূৎ অদু চূপ্তুনা মথবাক্তা থম্লগা কনাগুম্বা অমা কোনবা শাজিন্নরদুনা ফোঙদোরকই। মখোয়গী মমাদু খাংপোক অদুদা হল্লক্লে, লোম্বোক্তবী মচানূপীদুনা হায়রিবদু খঙলদুনা মোমোন নোক্লগা মকোক নোম্লকই। মাগী মচানূপীনা শিং থাকপা তলদু মঙোন্দা উৎলকই অদুগা হরাউবা ফোঙদোক্তুনা লাঙবা অমুক হৌরকই।

"মতম খরগী মমাঙদা ঐনা উলিৎকাদা হায়ন-শীংনবা মী থাবক্কনি হায়খ্রে," মমানা হায়রকই। "মানা ঐগী বাদু নীংথিনা লৌই।"

লুকাশকানা মমাদা তূমিন্না যেংই। "অদুবু য়ু য়োনবগী মওঙ অসিবু কমদৌরিবগে, ইমা? ঐগী শগোল অমা দরকার ওই।"

"মতমদু য়ৌরক্লগা মদু গাড়িদা পুগে। পাত্রশিংদু থৌবাঙ তৌবা তারে," মমানা মচাবু ইমুং-মনুংগী হীরমদা য়াওহন্নীংদবা মতৌ উৎলদুনা হায়বকই। "নহাক্না চৎখিবদা থোকফম লম্বীদা খাউ অমা লৈবা থেংনগনি। মদু ঐনা য়ুম্লোন্নবা মীশিংদগী বায়রকপনি, নহাক্না কোর্ডোনদা হনবদা পুখিনবা পোৎ-চৈ খরা য়াওরিবনি; নত্ত্রগা মদু নঙগী শাবনগী খাউদা হাপ্পুচোরা?"

"য়ারে, " লুকাশকানা খুম্লকই। "অদুগা করিগুম্বা গিঁরৈ খানদু তুরেল লান্দুনা লাকপা থোক্লবদি মাবু কোর্ডোনদা ঐগী ইনাক্তা থারকউ। ঐ হৌজিক মতম য়াম্না কুইনা ছুটি অমুক ফংলরোই; ঐ মাগা তৌগদবা থবক খরা লৈ।"

মহাক খোঙশান্নবা শেম-শাবা হৌরকই।

"ঐ মাবু থারক্কে, " অহল ওইবী নূপীদুনা হায়রকই। "নহাক্না মতম পুম্বা য়ামকাগীদা হরাউ-তয়াম তৌদুনা লৈরুই, লৈরুদ্রা? অহিংদা ঐ শা-শন য়েংবীবা থোরকই, ঐনা ঈশৈ

তাবদু নঙগী খোঞ্জেল ওইরমগনি নীংই।"

লুকাশকা পাউখুম পীরক্তে, তৌইগুম্বসুং চৎফম লম্বী অদুদা থোকখ্রে, খাউ অদু মরেংবান্দা য়ানশিল্লে, কোটকী মপান অদু তাখৎলে, মাগী নোংমৈ লৌরে,¯ অদুগা থোঙজিন্দা মীকুপ অমতং লেপ্পি।

"কায়নরসি, ইমা!" মহাক্না থোঙ্গাল ফাওবা মমানা মতুং ইন্নরকপদা হায়রকই। "নাজারকাদা অপীকপা পাত্র অমা পীরকউ। ঐনা মদু মরুপশিং অদুদা পীগনি হায়না বাশকখ্রে, অদুনা মহাক মদুগীদমক লাক্কনি।"

"খ্রাইষ্টনা নঙবু ঙাক-শেনবীবা ওইসনু, লুকাশকা। ঈশ্বরনা নহাক্কা লোয়নবা ওইসনু! ঐনা নঙোন্দা খরা থারক্কনি, অনৌবা পাত্র অদুদগী খরা, " অহল ওইবী নূপীদুনা শম্বল মযাদা চঙলগা হায়রকই। "অদুবু তাখো, " মানা শম্বলদা ঙাবগা মখা তাবকই।

কোসাক অদু লেপ্পি।

"নহাক্না মফম অসিদা হরাউ-তযাম লেল্লে; ফবে, মদু য়াই। নহা ওইবিবা মীনা করিগীদমক নুংঙাইনা মতম লেপ্লোইদগে? ঈশ্বরনা নঙোন্দা লাইবক ফনা তশ্বিরক্লে, ফৈ। অদুবু মীৎ-না শিংউ, চেকশিল্লু, ইমাগী ইবুংঙো। মথোঙ চাদবা তৌগনু। পুন্নমকসিগী মথক্তা নহাক্কী নথক খোংবশিংবু ব্যবহার তৌ। নহাক্না মদু তৌগদবনি। অদুগা য়ু য়োন্দুনা নঙগী শগোল অমগীদমক শেল শাগৎকে, নঙগা নূপীমচা অদুগা লুহোংনবা থৌরাঙসু তৌগনি।"

"য়ারে, য়ারে!" মাগী মচানুপানা পীশুম শৃক্তুনা খুন্নকই।

মাগী লোম্বোক্তবী মচে অদুনা মাগী পূক্নীং চিংশিন্নবা মখোল অমা থোকহল্লকই। মহাক্না চেচেন অমগী মরু কোকপা মকোক অদু তারুবা মাগী মকোক অমসুং মখূবাক্তা মখূৎনা থিল্লি। অদুদগী মানা পীশুম শূক্লগা নোংমৈ অমা নিশান তৌবা শাজিন্নদুনা লাউবকই, অদুগা থুনা ঙ্গুং ঙ্গুং ঙংবা অমসুং মকোক হাইবা হৌরকই। মদুনা হায়রিবদি লুকাশকানা চেচেন অমসু হাৎখো অসিনি।

লুকাশকাদু ভাব তাই। মহাক্না মোমোন নোক্লকই, অদুগা মাগী ক্লোক্কী মখাদা, মনঙ্গল্লোমদা য়াল্লিবা নোংমৈদু পায়বদুনা কৃংনা থাবা লৈচিল মরক্তা থুনা য়াঙনা খোঙকাপ লাওনা থাংলদুনা চৎখ্রে।

অহল ওইবী নূপী অদু ঙহাক্তং থোঙ্গান্দা লেপ্লম্লগা তুমিন্না খাংপোক অদুদা হল্লক্লে, অদুগা খূদক্তা থবক নোম্বা হৌরকই।

# ১৮

লুকাশকানা কোর্ডোনগীদমক্তা খোঙশানখিবা মতমদুগা চপ মান্নবা অক্কল য়েরোশকানা মাগী হূইশিংদা হুইসেল খোংলদুনা শম্বল মথক্তা কাখৎখ্রে, অদুগা মনীংগী লৈরকশিং ফাওদুনা ওলেনিনগী লৈফম তান্না লাকই; মানা শা তানবা চৎলমদাইদা নূপী-নহাশিং উন্নবা পামদে।

ওলেনিনদি হৌজিক ফাওবা তূন্নি, অদুগা ভানয়ুশা ফাওবা মীকপতি থোক্লগা ফমুংদা অদুম লৈরি, হৌগৎপা মতম য়ৌদ্রিমাঙ্গে খন্দুনা কাগী অকোয়বদা য়েংদুনা লৈবি, মতম অদুদা অক্কল যেবোশকা মবেংবান্দা নোংমৈ যান্দুনা শাদানবগী ফিজোল মপূং ফানা শেত্তুনা থোঙ হাংদোরকই। "চৈজাউ অমা!" মহাক্না মাগী লূপ্পবা খোঞ্জেলদা লাউবকই। "খুদোংথীবগী খূদম অমা! চেচেনশিংনা ঐখোয়দা লান্দাবক্লে। আইভান! নহাক্কী ইবুং-ঙোগী চা লোন্নবা পাত্রদু থৌরাঙ তৌরো, হৌগৎলো, থুরো!" অহল অদুনা লাউবকই। "মদু ঐখোয়গী হৌনবীনি, ঐগী অফবা মী! কৈদৌরে, নূপীমচাশিং ফাওবা হৌগৎনবে! থোঙনাউরোমদা য়েংউ। মহাক ঈশিং শোকপা চৎলি য়েংউ, অদুগা নহাক্তি হৌজিক ফাওবা ফমুংদা লৈরি!"

ওলেনিন মীকপ থোক্লে, অহল অদুবু উবদা অমসুং মাগী খোঞ্জেল তাবদা মহাক মশা তেকখৎপা অমদি নুংঙাইবা পোক্তুনা চোংখৎলি। "থুরো, ভানয়ুশা, থুরো!" মানা লাউরকই।

"অদুরা নহাক্না শা তানবা চৎকনি হায়বদি?" অহল অদুনা হায়রকই। "মী অতৈনা ব্রেকফাষ্ট চানরি, অদুগা নহাক্না হৌজিক ফাওবা তূন্নি! লিয়াম! সিদা!" মানা মাগী হূইদা কৌরকই। "নহাক্কী নোংমৈ থৌরাঙ তৌরব্রা?" মানা খাংপোক মনুংদা মীয়াম লৈবমুক হৌনা লাউরকই।

*"ফরে, ঐ ইশানা লাপ্লি হায়বদু য়ারে, অদুবু উপায় লৈতে। পাউদর, ভানয়ুশা, অদুগা মেনশিন্নবশিংদু!"* ওলেনিন্না হায়রকই।

"জরিমানা অমা!" অহল অদুনা লাউরকই।

"*দ্যু তে, ভুলে-ভু?*"* ভানয়ুশানা নোক্তুনা হংলকই।

---

* অদোম চা ফানবীগদ্রা?

"নহাক ঐখোয়গুম্বা অমা নত্তে, নহাক্কী নরোল শেংদনা শ্র-শ্র নৈশিন্দুনা ঙাঙবদু ঐখোয়না ঙাঙবগা মান্নদে, লাইফত্তবা!" অহল অদুনা ময়া হৌরম্বগী মফম য়ারী অদু উৎলদুনা ভানয়ুশাদা লাউরকই।

"অহানবা মরানদি ঙাকপিগদবনি," ওলেনিন্না হরাউনা মাগী অশাংবা খোঙউপ বুট অদু চিংখৎলদুনা হায়রকই।

"অহানবা মরানদি ঙাকপিগনি!" য়েরোশকানা খুন্নকই, "অদুবু হয়েংমুক কাহেন্না তৃন্নবদি *চিখির* বালটিন অমা জরিমানা তৌগনি। শাগৎলক্রবদি নহাক্না শজি অমতসু ফংলরোই।"

"অদুগা করিগুম্বা ঐখোয়না মাবু থেংনরবা ফাওবদা, মানা ঐখোয়দগী শিংবা হেল্লি," ঙরাং সন্ধ্যাদা অহল অদুনা হায়খিবদু ওলেনিন্না অমুক হন্না হায়রকই, "অদুনা নহাক্না মাবু নমথাক তৌবা ঙম্লোই!"

"হোয়, তোক্রো! অমা হান্না হাৎখো, অদুদগীদি নঙনা ঙাঙবা য়ারে। অদুদি হৌজিক থুরো! য়েংউ, মপু মশামক নহাক উন্নবা লাক্রে," য়েরোশকানা থোঙনাউরোমদা য়েংলগা অমুক হায়রকই। "হৌজিক য়েংউ মানা কেরক্লিবসি। নঙোন্দা মহাক অফিসারনি হায়বা উৎননবা অহনবা কোট অমা লীৎলে। অহ, অসিগুম্বা মীশিংসি, অসিগুম্বা মীশিংসি!" অদুদগী তশেংনমক ভানয়ুশা চঙলক্লুনা য়ুমগী যুম্বুদুনা ওলেনিনবু উন্ননীংই হায়না খঙহল্লরে।

লাক্লিবসিগী অর্থ মাগী মবুংঙোদা হান্ননা খঙহন্নবা মহাক্না খোঞ্জেল লূন্না হায়রকই, "*লা 'অরজা!*"* মাগী মতুং ইন্দুনা য়ুমগী য়ুম্বু অদু লেংবান্দা অফিসারগী মরী য়াওবা অনৌবা সবকেসিয়ান কোট অমা লীত্তুনা, কাপ লংনা থারবা খোঙউপ বুট তোংলদুনা (কোসাকশিংগী মরক্তদি খরা তোপতোপ্পা মওঙদা) নাক য়েত্তা হাইদুনা অদুগা মানা থুংলবগা মাগী অতিথি অদুবু তরাম্না ওক্রদুনা কাদুদা চঙলকই।

ইলিয়া ভাসিলিয়েভিচ হায়বা কোর্ণেট অসি *লাইরিক-লাইসু* হৈবা কোসাক অমনি। মহাক রসিয়াগী জগামত্তদা লৈরুরে, স্কুলগী ওজা ওইরম্মী, অদুগা পূন্নমকসিগী মথক্তা মহাক *লীচৎ ফজে*। মহাক *লীচৎ ফজবা* মানবা পাম্মী, অদুম ওইনমক মাগী মরিং মরাংবা লৈবাকমচা তাবা শাজিন্নবা মতৌ, মাগী তৌশিন্নবা, মশানা মশাবু থাজবা মতৌ অমদি মাগী চাশিন্নদবা ৰাঙাঙ-শঙাঙ পূন্নমক অসিদগী মহাক অক্কল য়েরোশকাগা চপ মান্নে হায়না কনাগুম্বা অমনা পূক্লীংদা ফাওদবা ঙম্লোই। মাগী নুংশানা কাহৎপা মমায়,

---

* পেশা।

মখূৎ-মশা অমসুং অঙাঙবা নাতোন—পূন্নমক অসি উবদসু অদুম ইবায় লায়না খঙবা ঙম্মী। ওলেনিন্না মাবু ফম্নবা হাযবকই।

*"খুকমজবি, ইলিযা ভাসিলিযেভিচ, ইবুংঙো," যেবোশকানা অর্থ লৈনা ওন্ন-তৈনবা মওঙদা মকোক যাম্না নোনবা ওইনা ওলেনিন্দা উহন্দুনা হাযবকই।*

*"খুকমজবি, অঙ্কল। নহাক 'সিদা হান্না লৈবন্নে," কোর্ণেট অদুনা থৌশাদনা মঙক* নোমদুনা হাযবকই।

কোর্ণেট অদু চহী নিফুবোম শুববা মীওইনি, উৎমচু মানবা মতোন তুম্বা মবেক যাওদবা খদাঙকোই যামদনা হৌই, অদুবু মাগী চহী মতাং অসিগা যেংনকব্বদি মহাক হৌজিক ফাওবা যাম্না ফজবি অমসুং ইনৌ নৌবি। ওলেনিনবু উন্নবা লাকপদা মহাকপু ইচম চম্বা কোসাক অমগুম্না লৌখিগদ্রা হাযনা মহাক তশেংনা অকিবা পোকই, অদুনা অহৌবদগী হৌনা মহাকসি মক ওইবা মীনি হাযবা ওলেনিনবু খঙহন্নীংই।

মহাক্না মশাবু পেহ্নোকচনা মোমোন নোক্লগা অহল অদুবু মখূৎনা থিন্দুনা তাক্লগা ওলেনিনবু কৌদুনা হাযবকই, "মহাকসি ঐখোযগী *অচৌবা ইজিপসিযান শাদানবা অমনি, ঈশ্বরগী মাঙদা অচৌবা শাদানবা অমা।* মহাক হীবম খূদিংমক্তা ঐখোযগী মকোক থোংবা মীনি। ঐ খঙলে, অদোম মহাক্না শকখঙনবা অসিদা হান্নবা নুংঙাইবে।"

অঙ্কল যেবোশকানা মাগী অচোৎপা নৌইদবা শউনগী সেন্দল তোংবা মখোঙ অদুদা যেংই, অদুগা কোর্ণেট অদুগী তৌবা ঙম্বা শক্তি অমসুং মহৈ-মশিং অদুদা ৱাখল খন্না মকোক নোম্লকই, অদুগা মথন্তা শোম্লকই, "*জিপসিযান শাদানবা!* মানা খল্লিবা মওঙসি।"

"উম, ঐখোয শা তানবা চৎকে তৌবিবনি," ওলেনিন্না খুম্লকই।

"ইবুংঙো, ঐ তশেংনা খঙজবে," কোর্ণেট অদুনা হাযবকই, "অদুবু ঐ অদোমগা কবিগুম্বা ৱা খজিক্তং খন্নগদবা লৈ।"

"অদোমগী কবি তৌজৌগে?"

"অদোম লৈবাকমচা তাবা মীনি হাযবা খঙজবদুনা," কোর্ণেট অদুনা হৌবকই, "অদুগা ঐ ইশামকসু অফিসাবগী থাক্তা লৈবা অমা ওইনা লৌজবা যাবনা ঐখোয় জ্ঞান তাবা চাওখৎপা মওঙদা ৱা তান্নসি, লৈবাকমচা তাবা মীশিংনা তৌনবগুম্না " (মহাক্না মবক্তা তোক্লুনা ওলেনিনগা অহল অদুগদা মোমোন নোক্লুনা যেংই।) "অদুবু অদোম্না ঐগী অযাবগা লোযননা পাম্বীববদি, অদু ঐগী নূপীদুদি ঐখোযগী জাৎকী অপঙবী নূপীনিনা অদোমগী ঙবাংগী তাবিখকী ৱাশিংদু খঙবা ঙম্নম্লোই। মবম অদুনা ঐগী ক্বাবটর্স অদু শগোলশঙ

য়াওদনা পল্টনগী মিলিটরি অফিসারদা রুবল তরুক্তা ভারা শান্দোক্লম্বা য়াই; অদুবু ঐনা ইশামক্তগী মদু মতম পুম্বদা চার্জ য়াওদনা ওম্বোকপা ঙম্মী। অদুম ওইনমক অদোম্না পান্নবনিনা মদুগী মতুং ইন্না ঐনা অফিসারগী থাক্তা লৈবা লম অসিগী প্রজা অমা ওইনা লনাই ওইনা হীরম খূদিংমক্তা অদোমগা য়ানবা অমা পুরকপা ঙমগনি, ঐখোয়গী চৎনবীগী মখা ·.পান্না তৌগদবা নত্তে, অদুগা হীরম খূদিংমক্তা ফীবমশিং অদু ঙাক্তুনা থম্বা ঙমগনি..."

"শেংনা হায়রে!" অহল অদুনা হায়রকই।

কোর্ণেট অদুনা মতম শাংনা হান্নগুম্না অদুম ঙাঙদুনা লৈ। মমৈথঙদা ওলেনিন্না ইরায় লায়না ভাব তারক্লে কোর্ণেট অদুনা মাগী কাশিং অদু মঙোন্দা থাদা রুবল তরুক্তা ভারা শান্দোক্লীংই হায়বদু। ওলেনিন্না মদুদা হরাউনা য়ারে অমসুং মনাক্তা লাক্লিবা মীদুদা চা গ্লাস অমা লাল্লি। কোর্ণেট অদুনা লৌ হায়বা য়াদে।

"*তাইবঙগী ওইবা* পাত্রদগী থকপসি ঐখোয়গী অপঙবা চৎনবীগী মতুং ইন্না পাপকুন্না খল্লে," মহাক্না হায়রকই। "ঐবুদি লাইরিক্-লাইসু হৈহৌদুনা অদুম মখঙলবসু ঐগী নূপীদি মাগী তাইবঙ মীগী ওইবা অশোনবদগী..."

"ফরে, অদুবু, চা খরদি থকপিগদ্রা?"

"নহাক্না য়াবীরবদি ঐগী লনাইগী *অখন্নবা* গ্লাস অদু লোরুখিগে," কোর্ণেট অদুনা খুন্নকই, অদুগা মাঙ্গোন্দা থোকখ্রে।

"ঐগী গ্লাস অদু খরা পুরকউ!" মহাক্না লাউরকই।

মিনিট খরগী মনুংদা থোঙ অদু হাংদোক্লগা মঙ্গ্রা মচুগী ফূরিৎ খূদাং মনুংদগী নুংশা লাংলবা নৌরবা পাম্বোম অমনা পাত্র অমা লানশিল্লকই। কোর্ণেটনা হৌগত্তুনা মদু লৌরগা মচানূপীদা করিগুম্বা বা খরা মুরুম মুরুম ঙাঙই। ওলেনিন্না কোর্ণেটকীদমক মশাগী *অখন্নবা* গ্লাস অদুদা চা হৈরে, অদুগা য়েরোশকাগীনা *তাইবঙগী ওইবা* অমদা হৈরে।

"অদুবু, ঐ হৌজিক নখোয়বু পম্থহনবা পামদ্রে," কোর্ণেটনা মচীনবান পোক্লা গ্লাসতা অয়াওবা অদু থক্লগা হায়রকই, "ঐসু ঙা ফাবা য়াম্না পাম্মী, ঐগী ইথৌদগী পোত্থানবা ছুটি লৌরবতদা ঐ মফম অসিদা অসুম লৈবনি। ঐসু লন-থুমগী খুদোংচাবা খরা য়েংবা পাম্মী, অদুনা *টেরেক্কী খুদোল* খরা ঐগী শরুক ওইররোইদ্রা হায়বদু য়েংনীংই। অদোমসু ঐখোয়গী খুঙ্গঙগী চৎনবী মতুং ইন্না ঐখোয়বু উন্নবা লাক্কনি, ঐখোয়গী য়ু থকপিরগনি হায়না ঐনা আশা তৌই।" অদুদগী কোর্ণেট অদুনা মকোক নোল্লি, ওলেনিনগা খূৎ শোক্লে, অদুগা চৎখ্রে। ওলেনিন্না থৌরাঙ তৌরিঙৈদা কোর্ণেট অদুনা মাগী ইমুং-মনুংগী মীদা মথক

থোংবগী ওইবা অমদি স্তান তাবা খোম্বোক্তা য়াথং তৌবা তায়, অদুদগী মিনিট খরগী মতুংদা মহাক্না শেগায়রবা কোট অমা লীত্তুনা, মাগী খোঙ্গাউ অচোনবা অদু খুকউ য়ৌবা ফাওবা থেক্কৎলগা, মরেংবান্দা ঙা ফানবা লাং অমা য়ানশিল্লগা থোঙনাউ ময়াদা চৎখিবা ওলেনিন্না উই।

"মবূক শেংদবা মী!" অহল য়েরোশকানা মাগী *তাইবঙগী ওইবা* গ্লাসতা অয়াওবা অদু থক্লগা হায়রকই। "অদুগা নঙবু থাঙ্গেশেংনা মঙোন্দা রুবল তরুক পীগদৌরিব্রা? অসিগুম্বা বা অসিবু করিগুম্বদা তাম্রব্রা? নহাক্না রুবল অনীদা খুল অসিদা খ্বাইদগী ফবা য়ুম ফংগনি। মহা ফত্ত্রবা জাৎনি! করিগী, ঐগীদু নঙোন্দা রুবল অহুমদা বায়হনগে!"

"নত্তে, ঐ 'সিদা অসুম লৈরগে," ওলেনিন্না হায়রকই।

"রুবল তরুক!. মদুদি পৈশা হুন্দোক্লবগী বানি।" অহল অদুনা স্বরমপী হোল্লকই। "আইভান, ঐখোয় *চিখির* খরা থকশি!"

লম্বী চৎনবগী থৌরাঙদা চারা খরা চারগা ভোদকা গ্লাস অমা থক্লগা ওলেনিনগা অহল অদুগা পূং নিপাল তাদ্রিঙৈদা থোকমিন্নবক্লে। কোম্বোঙদা মখোয়না শনগাড়ি অমা থেংনৈ। মারিয়ানকাদু মকোক্তা মমীৎ ময়া নক্লা রুমাল অঙৌবা অমা পুল্লদুনা, ফুবিৎ অচোনবীগী মথক্তা কোট অমা লীৎলগা, খোঙউপ বুট অশাংবা অমা তোংলদুনা মখূত্তা শাজৈ অশাংবা অমা পাযরগা শল্লাবশিংগী মচীদা কিরিবা থৌবী অদু চিংলি।

"কয়াদা ফজখ্রবনো।" অহল অদুনা মাবু ফাগে হায়না তৌশিন্নরগা হাযরকই।

মাবিযানকানা মাগী শাজৈ অদু মঙোন্দা হাইরগা উৎলকই, অদুগা হরাউ-হরাউনা মবানীমক্তা মাগী নীংথিজববা মমীৎ অদুনা য়েংলকই।

ওলেনিন অমুক হেন্না মপূক্লীং নুংঙাইবা ফাওরকই।

"অদুদি, লাক্লো লাক্লো," মানা মরেংবান্দা নোংমৈ য়ানশিল্লগা, নূপীমচাদুনা মঙোন্দা য়েংলকপা অদু খঙনা হায়রকই।

মাবিয়ানকানা শল্লাবা অনীদুদা লাউবগী মখোল অদু মখোয়গী তুংলোমদা হৌনা তারকই, গাড়িগী ক্রেক-ক্রেক লাউনা চৎপগী মখোলনা মদুগী তুংওইনখি।

খুলগী মনীংদা লৈবা শঙ্গাবূং অদু ফাওদুনা চৎপা লম্বীদা য়েরোশকানা অসুম ঙাঙদুনা লৈ। মহাক্না কোর্ণেট অদুবু কাউথোকপা ঙমদে, মাবু অসুম চৈদুনা লৈ।

"কবিগীনো মাবু অদুক শাউরিবা?" ওলেনিন্না হংলকই।

"মহাক পুকচেল পীকই। ঐ মদু পামদে," অহল অদুনা খুম্লকই। "মানা হয়েং শিরবা

কান্দা লোইনা হুন্দোক্লমগদবা ঙাক্তনি! অদুদি মানা কনাগীদমক্তা শেল তূংশিল্লিবনো? মহাক্লা য়ুম অনী শারে, অদুগা মাগী মনাউদগী কেস তৌনদুনা অনীশুবা হৈকোল অমসু ফংহৌরে। অসিগুম্বা দলিল ইথোক ইশিনগী থবক অসিদা ওম্থোক্লা চালাক লৈখ্রবা মীনি! অতৈ খুলগী মীশিংনা মঙোন্দা দলিল ইবীয়ু হায়দুনা লাক্কে। অদুগা পোৎশিংদু মানা ইবা মতুং ইন্না মমৈদা হেক্তা ওইরকই। মহাক অসুন্না তৌই। অদুবু কনাগীদমক্তা মহাক শেল তূংশিল্লিবনো? মাগী মচানূপা অমগা মচানূপী অমতগনি; মহাক লুহোংখ্রবা মতুংদা কনাবু লৈহৌনি?"

"অদুদি, মাগী অউনপোৎকিদমক তূংশিল্লিবনি," ওলেনিন্না হায়রকই।

"করি অউনপোৎ? মচানূপীদু মীনা কোয়তান তান্নরিবনি, মহাক নীংথিজবা নূপীমচানি। অদুবু মহাক লাইফত্তবনি, মহাক্লা মাবু ইনাক খুনবা মী অমদা তশেংনা লুহোংগদবগী তৌরিবনি। মহাক্লা মাগী মমল চাউনা লৌবা পাম্মী। লুকা কৌবা য়ুম্লোন্নবা কোসাক অমা মফমসিদা লৈ, মহাক ঐগী ইম্মাকনি, নীংথিজবা নূপামচানি। মহাক চেচেন হাৎখিবা অদুনি— মহাক্লা নূপীমচাদুবু মতম য়াম্না কুইনা থেন্নক্লবনি, অদুবু মহাক্লদি মঙোন্দা পীনীংদে। মহাক্লা ঙাকপিনবা মরম অমা পী, অতোপ্পা অমগা, অদুগা অহুন্নকশুবা ওইনা অমুকসু। 'নূপীমচাসি চহী নৌমল্লি,' মহাক্লা হায়। অদুবু ঐদি মানা খল্লিবদু করিনো হায়বা খঙই। মখোয়না মঙোন্দা কোক নোন্দুনা নপ্পদু মানা পামজৈ। অদুবু মখোয়না মাবু লুকাশকাদা পীরগনি, মরমদি মহাক্লা খুল অসিগী খ্বাইদগী ফবা কোসাকনি, *অব্রেক* অমা হাৎখিবা *ঝিজিৎ* অমনি, অদুগা মঙোন্দা ক্রোস অমসু মনা ওইনা পীরগনি।"

"অদুবু মসিদি কমদৌরিবনো? ঙরাং অহিং ঐনা শূমাঙদা চত্তুনা লৈরিঙৈদা ঐখোয়গী য়ুম্থুগী মচানূপীগা কোসাক অমগা চূপ্নবা উই," ওলেনিন্না হায়রকই।

"নহাক্লা হায়রিবসি ঐ থাজদে!" অহল অদুনা চৎপা লেপ্লগা লাউরকই।

"ঐনা হায়রিবসিনি।"

"মহাক ফত্তবী নূপীনি," য়েরোশকানা হায়রকই, অদুগা বাখল মুন্না খন্থরকই। "অদুবু মদু করম্বা কোসাকনো?"

"ঐ খঙবা ঙমহৌদ্রে।"

"ফরে, মহাক করম্বা টুপি উপ্পী, অঙৌবা উপ্পা?"

"উম।"

"অদুগা অঙাঙবা কোট অমা ? নহাকমুক ৱাংবা?"

"নত্তে, খবা হেন্না ৱাংই।"

"করিগী, মহাক্লিদনা মদুদি!" অদুগা য়েরোশকানা হৌনা খংনোক নোক্লকই। "মদু মারকা মশামক্লি। মহাক লুকাশকানি, অদুবু ঐদি মঙোন্দা ফাগী ওইনা মারকা কৌই। লুকাশকা মশামক! ঐনা মাবু নুংশি। ঐ ইশামক মাগুন্না তৌরম্মী। মখোয়দু খল্লুবগী করি কান্নবা লৈবগে? ঐগী নুংশিবীদু কা অমতদা মমাগা মনম্মগা হেক হেক তুম্মী, অদুম ওইনমক ঐনা চঙনবা থৌরাঙ তৌরম্মী। মহাক দলান মথক্তা হেক হেক তুম্মী; মাগী মমা হেলোয়দু পুরা হিংচাবীনি। মানা ঐবু কয়াদা তূক্কত্রবা! ফরে, ঐনা ঐগী মরূপকা হেক হেক লাক্লম্মী, মাগী মমিং গিরচিক কৌই। ঐখোয়না মাগী থোঙনাউ মখাদা চঙগনি, অদুগা মরূপ্তুগী মরেং-বান্দা ঐনা কাখৎলগা থোঙনাউ অদু ঈন্দুনা হাংদোক্লগা মনুংদা কোয়মা মাগনি। মহাক্লা মফম অদুমক্তদা ফাল অশাংবা অমগী মথক্তা হেক হেক তুন্নম্মী। ঐনা মাবু অমুক্তং হৌদোক্লম্মী, মদুদা মানা ইখং খংনা লাউগে তৌরম্মী। মানা ঐনি হায়বা খঙলমদে। 'কনানো?' মানা হায়রম্মী, অদুবু ঐদি পাউখুম পীবা ঙন্নমদে। মাগী মমাদু লেঙবা হৌরক্লম্মী, অদুবু ঐনা ঐগী টুপি লৌথোক্তুনা মাগী মচীনবান্দা উপশিল্লম্মী; অদুদগী মানা মদু খূদক্তা খঙলক্লম্মী, মরমদি মদু শেগায়, অদুদগী মানা ঐঙোন্দা চেহ্লোরক্লম্মী। অদুৱাইগী মতমদদি ঐনা পাম্বা পোৎ খূদিংমক ফংবা ঙাক্তনি। মানা শঙ্গোম মপাল, অঙ্গুর অমসুং পোৎ খূদিংমক পুথোরকই," য়েরোশকানা মখুৎ-মশা য়াওনা অমুক হায়রকই, "অদুগা মা মথন্তসু নত্তে। পুল্মী অদু অদুম তৌরম্মী!"

"অদুগা হৌজিক কৈদৌসিগে?"

"হৌজিক ঐখোয়না হূইদু মতুং ইন্নগনি, উথক্তা নোংইন তোংবা থেংনগনি, অদুদগী নহাক্লা কাপ্পা য়ারে।"

"নহাক্লা মারিয়ানকাগীদমক অমুক্তং লাইবক য়েংদ্রিবা করিগীনো?"

"হূইশিংদু য়েংউ। ঐ নঙোন্দা ঙসি নুংদাং উৎকে," অহল অদুনা মাগী লুনা তৌরবা হূই লিয়ামদা থিন্দুনা হায়রকই।

ঙহাক তুমিন্না লৈনরুরবা মতুংদা মখোয়না চাউরাক্লা খোঙকাপ চামমুক অমুক ৱারী শাবা হৌরকই। অদুদগী অহল অদু অমুক লেপ্লি, অদুগা লম্বীদা ফৈনা তাদুনা লৈবা উশা অমদা থিন্দুনা তাকই।

"মদুগী মরমদা করি খল্লি?" মানা হায়রকই, "মসি করিসু নত্তে হায়না খনব্রা? চৈ অদু মতৌ অসুন্না তাফম থোক্তে। মসি ফত্তবনি।"

"করিগী ফত্ত্রিবনো?"

অহল অদুনা তূক্কচনা মোমোন নোক্লকই।

"অহ, নঙদি করিসু খঙদে। ঐ হায়গে তাও। করিগুম্বা চৈ অমা অসুন্না তাদুনা লৈরম্লবদি কাম্লুগনু। নহাক্লা মদু কোইনা চৎকদবনি, নত্ত্রগা অসুন্না লম্বীদগী মদু লংথোকউ, অদুগা, 'মপা, মচা অমসুং হোলি ঘোষ্ট' হায়য়ু, অদুগা ঈশ্বরগী আশীর্বাদকা লোয়ননা অসুম চৎলু। নঙোন্দা করিসু থোক্লোই। মদু অহলশিংনা ঐঙোন্দা হেক হেক তাক্লম্বনি।"

"লাক্লো, অরেম্বা বা!" ওলেনিন্না হায়রকই। "নহাক্লা মারিয়ানকাগী মরমদা হেন্না হায়বনা হেন্না ফৈ। মহাকপু লুকাশকাগা নুংশিনরিব্রা?"

"হাইস... হৌজিক তূমিন লৈয়ু!" অহল অদুনা শোম্থাংননা অমুক মরক থৎলকই। "তাদ তাও। ঐখোয় উ অসিগী মনাক্তা কোইনা চৎসি।"

অহল অদুনা মাগী মখোল থোক্তবা খোঙউপ অদু তপ্না থাংল থাংলদুনা শূক্লবা, পাম্বী মচা কয়া হৌরিবা উমংগী অখুবা লম্বী অমদা লম চিংদুনা চৎলি। নারক্তা শ্রোৎ-শ্রোৎ হেক লাউহল্লিবা, মাগী অরূম্বা বুট অদু মখোল হৌনা থাংলিবা, চেকশিন্দনা পুরিবা নোংমৈ অদুনা লম্বীদা হৌরিবা উশিংগী উশাশিংবু কয়ারক হন্না কোৎলিবা ওলেনিন্দা মানা মরক মরক্তা পীশুম শৃক্তুনা হন্না য়েংলকই।

"অদুন্না মখোল থোকহনগনু। নখোঙদু তপ্না থাংউ, সিফাই!" অহল অদুনা শোম্থাংননা শাউনা হায়রকই।

নুমিৎ থোক্লে হায়বদু মালংদগী খঙলে। লৈচিল-নোংফাই মাঙখ্রে, অদুবু উপাল-শিংগী মতোনশিংদি হৌজিক ফাওবা মদুনা কূপ্লি। উমং অদু য়াম্না মতিক লৈনা বাংবগুম উই। খোঙথাং খূদিংগী উরিবা পোৎ অদু মশক হোংলকই। উপাল ওইনা উরম্বা অদুনা মোংশোং ওইরকই, অদুগা শীংনাং পাম্বী অমনা উপাম্বী অমগুম উই।

## ১৯

অচোৎপা ইগী য়ুমথকশিং অদু উহন্দুনা লৈচিল-নোংফাই অদু শরুক খরা মাগুখ্রে অমসুং লম্বী অমদি শম্বল ময়াদা হৌবা নাপী অদুবু চোৎ চোৎ লাউহল্লিবা লীক্লা ওইনা হাইফেৎ ওনখ্রে। মৈখু-উতোং খূদিংমক্তগী মৈখু কারকই। মীশিংনা খরনা থবক শূবা, খরনা শা তানবা অদুগা খরনা আউটপোষ্টতা চৎনদুনা খুঙ্গঙ অদু থাদোক্লরি। শাদানবা অনী অদু চোৎ চোৎ লাউবা নাপী হৌবা লম্বী অদুদা চৎমিন্নে। হূইশিং অদুনা মমৈ হাইবদুনা অমসুং মখোয়গী মপুশিংদা য়েংনবা লৈথোরক্তুনা নাকল অমমমদা চেল্লি। কাঙগী মপৈনা মালংদা লৈরি অমদি শাদানবশিং অদুগী নঙ্গল, মমায় অমসুং মখূৎশিংদা বা-বা ইল্লি। পোৎ খূদিংমক নাপীগী অমদি উমংগী চোৎ চোৎ লাউবা মনম নম্মী। ওলেনিন মারিয়ানকানা ফমদুনা মাগী শাজৈনা শল্লাবশিংবু হোইরিবা গাড়ি অদুদা হন্না অদুম য়েংদুনা লৈ।

ইচীক চীকই। অহানবদা তারম্বা খুলগী নিলখোংবা অদু শাদানবশিং অদুদা অমুক য়ৌরক্ত্রে। হৈজামপেৎ পাম্বীশিং অদুতমক হূইশিংনা মখাদা চেনবগী মখোল থোরকই, মরক মরক্তা উচেকশিংনা অমগা অমগা অৱাই অখুম তৌনা কৌনরকই। উমং অদুদা খুদোংথীবনা লোম্না ঙাইদুনা লৈরে, *অব্রেকশিংনা* অসিগুম্বা মফমশিং অসিদা ইতৎ তত্তনা লোত্তুনা লৈ হায়বা ওলেনিন্না খঙই। অদুবু মসিমসু মহাক্লা খঙই মদুদি খোঙনা চৎপা মী অমগীদি নোংমৈ য়াওবসি উমংদদি য়াম্না মশা কন্নিংঙাই ওই। মহাক কিবদি নত্তে, অদুবু মাগী মফমদুদা কনাগুম্বা অমা লৈরম্বা য়াই হায়না পূক্নীংদা ফাওই; অদুগা চোৎ চোৎ লাউবা লৈচিল-নোংফাই থাংবা উমংদা য়েংদুনা অমদি মরক মরক্তা শেংফাত্তনা থোক্রকপা মখোলদু পূক্নীং লৈতাদনা তারদুনা মানা মাগী নোংমৈ পায়ফমদু হোংই, অদুদগী মঙোন্দা ইনৌ নৌনা থোকপা নুংঙাইবা ৱাখল অমা ফাওরকই। অক্কল য়েরোশকানা লম্বীদা নোং তাখিবগী ঈশিং তুংদুনা লৈবা মফমদা শাগী শারম অনীথোক্লা লৈরম্বা খূদিংমক্তা লেপ্তুনা চেকশিন্না মুন্না য়েংলগা ওলোনিন্দা মখূৎনা থিন্দুনা তাক্লগা মাঙদা চৎলি। মহাক ৱা ইঙাঙ ঙাঙদে, মরক মরক্তা মুরুম মুরুম শোন্দুনা মত পী। মখোয়না চৎলিবা লম্বীদু গাড়িশিংনা

চৎখিবগী লম্বীনি, অদুবু গাড়ি লীক্রমশিংদু মতম কুইনদগী নাপীনা পূমকূপ কূপশিনখ্রে। এলম অমদি প্লেন-উপালশিংগী উমং অদু নাকল অনীমক্তা অদুক্কী মতিক শূকখ্রে, উরী উপাল হৌজিনখ্রে মদুদি মখোয়দু ফাওদোক্নুনা করিগুম্বা অমতা উবা ফংদে। উ পূন্নমক অয়াম্বা মতোন্দগী মখোঙ ফাওবা লম অঙ্গুরগী উরীশিংনা য়েৎশিল্লি, অদুগা লৈমায়দা হৈজামপেৎ অমুবা পাম্বীশিংনা কুংনা শন্দোকই। উমংগী অপীকপা অহাঙবা মফম খুদিং-মক্তা অমুবা হৈজামপেৎ অমসুং উৎমচুগী মতু চোম্বা শীংনাংশিংনা শোঙনা হৌজিল্লি। মফম খরদা শাগী খোঙ্গুলশিং অমদি নোংইনগী অপীকপা শরৈ মওঙ মানবা খোঙ্গুলগী পরেংনা লৈমায় মচেৎ অদোমদগী মোংশোংলোমদা ফাওনা মরী মরী তারি। শা-শনশিংনা কৈদৌঙেদসু চঙলুদ্রবা, পাম্বীশিংনা পূংনা হৌরবা উমং অসিগী ওনশিল্লুবা জগা খুদিংমক্তা ওলেনিনগী পুক্লীং শুম্মৎলি, মরমদি মহাক মসিগুম্বা অসি কৈদৌনুংদসু উখিদ্রি। উমং-ৱামং, খুদোংথীবা, হনুবা মীশক অমসুং অঙকপা মওঙদা মানা মুরুম মুরুম শোল্লিবা, নুপাগী মগুণ চেনবী শাজক্তা ইতিং তিংবা মতৌ উৎপী মারিয়ানকা অমসুং চীং-মান— পূন্নমক অসি মঙোন্দা মঙগুম্না থোকই।

অহল অদুনা কোয়য়েং য়েংলগা মাগী টুপিদু মমায়দা চিংথরগা মুরুম মুরুম শোন্দুনা হায়রকই, "নোংইন অমা তোংলরে নমায়দু খুমজিল্লু! নোংইন অমা!" মহাক্না ওলেনিন্দা অশাউবা মতৌ উৎলকই অদুগা শনশাবোই করিওই তৌনা পাকথদুনা মাঙলোমদা চৎলি। "মহাক মীগী মমায় উবা য়াদবনি।"

অহল অদুনা লেপ্তুনা উ অমদা চেকশিন্না মুন্না য়েংদুনা লৈরিঙেদা ওলেনিনদি মাগী মতুংদা অদুম লৈ। উথক্তা লৈরিবা নোংইন লাবা অমনা মঙোন্দা খোংলক্লিবা হূই অদুদা খোংলকই, ওলেনিন্না উচেক অদু উরে; অদুবু মীকূপ অদুদা তোপ কাপ্পগুম্না তৌবা মখোল অমা য়েরোশকাগী অচৌবা নোংমৈ অদুদগী থোরকই; উচেক অদু মশা ফ্রৎ-ফ্রৎ খপ্পী, অদুগা মতু খরা কেল্লগা লৈমায়দা তারকই। ওলেনিন্না অহল অদুগী নাক্তা চঙলকপদা অতোপ্পা অমদা য়ৈখায়বা পীরুরে। মানা মাগী নোংমৈ অদু থাঙ্গত্নুনা নিশান তৌরগা কাপ্পী। নোংইন অদু মীকূপ অমতং পাইখৎলম্মী, অদুদগী তারকপদা উশাশিংদা পল্লগা মদু লৈমায়থক্তা তারকই।

উচেক্কী মশাদা পানবা ঙমখিদবা অহল অদুনা নোক্নুনা লাউরকই, "অফবা নুপামচা!"

মখোয়না নোংইনশিং অদু খূনগৎলগা অমুক চৎলি। ওলেনিন তৌরিবা থবক অমদি থাগৎলকপা অদুগী ময়াইনা অহল অদুদা মত পীদুনা ৱারী অসুম শারকই।

"লেপখো। অসোমদা লাকউ," য়েরোশকানা মরক থংলকই। "ঐনা মফম অসিদা ঙরাং শজি চংপগী খোঙ্গুল উরম্মী।"

মখোয়না মোংশোং অদুদা লৈশিন্দুনা খোঙকাপ চহুমলোম চংলবা তুংদা ঈশিং খরা খরা লৈবা নাপী-শীংনাংনা পীক থন্না হৌরবা অহাঙবা মফম অমদা ঘানা চঙলে। ওলেনিন্না শাদানবা অহল অদুগী মতুং ইনবা ঙমদে, অদুদগী থুনমক অঙ্কল য়েরোশকানা মাঙলোমদা খোঙকাপ কুনলোম চংলগা মকোক নোম্থরগা মাগী মপাম্বোম্না মঙোন্দা খূদম তৌরগা পাকথখ্রে। মাগী মনাক্তা লাক্লগা ওলেনিন্না উরে য়েরোশকানা মী অমগী খোঙ্গুলদা থিন্দুনা তাক্লিবনি।

"উব্রা?"

"কদায়?" ওলেনিন্না হেক ঙস্বমঙে তৃমিন্না ঙাঙনবা হোংনৈ। "মীগী খোঙ্গুল।"

ওলেনিনগী পূক্লীংদা হোংনরুবা তৌদনা কুপরগী *পাঠফাইন্দর* অমসুং *অব্রেকশিংগী* ঘাখলদু মথন্তা ফাওরকই, অদুবু অহল অদুনা অঙকপা মওঙদা চংলিবদু উবদা মানা মঙোন্দা ঘা হংবা চিংনৈ, অসিগুম্বা অঙকপা মওঙ অসি খুদোংথীবা কিবদগীরা নত্রগা শা তানবগী শান্নবা অদুনরা হায়না চিংননা লৈ।

"নত্তে, মসি ঐ ইশাগী খোঙ্গুলনি," অহল অদুনা ইচম চম্না খুন্নকই, "অদুবু সিদা য়েংউ," অদুগা মহাক্না নাপী মথক্তা লৈরিবা শাগী খোঙ্গুল অদুদা থিন্দুনা তাক্লকই।

অহল অদু অসুম চংলি, অদুগা ওলেনিনসু মাগা চাং মান্ননা চংলি। নেমথনা লৈবা লৈমায় অমদা খোঙকাপ কুনলোম কুমথরগা মখোয়না মশা ফন্দোক্নুনা হৌবা নাশপাতি পাম্বী অমা থেংনরে, মদুগী মখাদা অমুবা লৈমায়গী মথক্তা করিগুম্বা শা অমগী অনৌবা মথী লৈ। লমগী অঙ্গুর পাম্বীনা কুপশিন্দুনা লৈরিবা অদুগুম্বা মফম অদু নুংঙাইরবা, মন্নবা অমসুং ঈংলবা কুঞ্জবন অমগুম তৌই।

"মহাক ঙসি অয়ুক মফমসিদা লৈরম্মী," অহল অদুনা স্বরমপী হোন্দুনা হায়রকই; "মকোন অসি হৌজিক ফাওবা চোংলি; পুরা নৌরি।"

মখোয়না লেপ্লিবা জগা অদুদগী খোঙকাপ তরামুক লাপ্না উমং অদুদা খঙহৌদনা অকিবগী মশক ওইবা বম লাউবা মখোল অমা তারকই। মখোয় অনীমক চংপা হৌরে অদুগা মখোয়গী নোংমৈ পায়খংলি, অদুবু মখোয়না করিসু উবা ফদে, উশাশিং তেকপগী মখোলতমক তায়। তাল নাইনা শানা থুনা খোঙজেল য়াঙনা চেনবগী মখোল মীকূপ অমতং তারকই, অদুগা মদুদগী খোঙ্জেল অদু অসুম হেন্না তান্না খোম্বাঙ য়ৈখিদুনা অহাঙবদগী

থোরকপা অতাউবা মখোল ওনখি, উমংদা হেন্না হেন্না পাকথোক্লা কোয়না কোয়না হন্না খোঙ্থাঙ য়েখি। ওলেনিন করিগুম্বা পোৎশক অমনা থম্মোয়দা চীকপগুম তৌরকই। মহাক্লা অরেম্বদা অশংবা নারক্তা মুন্না য়েংই, অদুগা অহল অদুদা ওনশিল্লি। অঙ্কল য়েরোশকাদি মথবাক্তা নোংমৈ থন্নদুনা লেঙদনা লেপ্লুনা লৈ; মাগী টুপিদু তুংলোমদা ঈম্বোরকই, মাগী মমীত্তু হান্নগা মান্নদবা মওঙদা লংখথলি; হঙ্গামপাল মচু মাল্লবা তেক্কদৌরবা ময়াদু উত্তুনা শাউনা কাথোক্লিবা মচীনবান অদু ফীবম অদুমক্তা চপতিংনা লেঙদনা লৈবগুম তৌই।

"মচী লোঙবা শজিনি!" মহাক্লা মুরুম মুরুম শোল্লকই, অদুগা মাগী নোংমৈদু নীংবা কায়না লংথরগা মাগী উৎমচু মানবা খদাঙকোই অদু চিংবা হৌরকই। "মদু মফম অসিমক্তদা লেপ্লম্বজাৎনি। ঐখোয় লম্বীরোমদা কোইনা লাক্লমগদবনি... অপঙবা! অপঙবা!" অদুদগী মানা শাউনা মাগী খদাঙকোই অদু কন্না চিংই। "অপঙবা! ওক!" মহাক্লা মশাগী খদাঙকোই অদু নাবমখৈ কন্না চিংলদুনা অমুক্কা হায়রকই।

উমংগী মথক্তা লৈচিল ফাওনা করিগুম্বা অমা পাইখিবগুম তৌই, চেনখ্রিবা শজি অদুগী মখোল অদু হেন্না হেন্না তান্না অথাপ্পদা খোঙ্থাঙ য়েরকই।

ওলেনিন্না অরাম-খৌরাংনা, চোকথনা অদুবু ঈচঙখৌনা অহল অদুগা হল্লকপদু য়াচঙবা মতম হান্নবা ওইখ্রে। চাকলেনগী থৌরাঙ তৌরম্লে। মহাক্লা ফোঙ ফোঙ শাবা অমসুং নুংঙাইবা ফাওরকপা ফাওবা অহল অদুগা চামিন-থকমিন্নরে। অদুদগী মহাক মাঙ্গোক্লোমদা থোকখ্রে। নুমিৎ তারকপদা মাগী মমাঙদা চীংজাউশিংদু অমুক হন্না উরকই। অমুক হন্না অহল অদুনা শা তানবগী, *অব্রেকশিংগী*, নুংশিনবীশিংগী, মথোঙ হক্ত্রবা থৌনা লৈবা অমসুং থৌশা-ৱাশাদ্রবা পুন্সীগী মরমদা লোইবা নাইদ্রবা ৱারী লীরকই। অমুকসু মারিয়ানকানা শুমাঙদা হঙ্গৎ-হন্দা থোরকই, মাগী ফুরিৎ অচোনবী অদুনা মাগী লৈশাবীগী ওইবা শাবানগী ফজবা অদু উৎলি।

# ২০

মথংগী নুমিত্তা ওলেনিন মাগা অহল অদুগনা শক্তি লাববু খংহনখিবা মফম অদু তান্না মথন্তা চথলি। কোইনা গেট অদুদা ফাওদুনা চৎপগী মতুংদা মহাক্না অতৈ মী খুদিংমক্না তৌনবগুন্না তিংখং পানবা শম্বলদা কাখথলি, অদুদগী মাগী কোটতা তিংখংশিংনা পনবদু চিংথোকপা নংঙ্গ্রিঙৈদা মমাঙদা চেল্লিবা মাগী হূইনা নোংইন অনীখক খংহল্লুরে। মহাক্না হৈজামপেৎ অমুবগী মোংশোং অদু য়ৌরম য়ৌফাঙ্খ্রিঙৈদা খোঙথাং খুদিংগী নোংইনশিং হৌগৎলকপা থেংনরকই। (অহল অদুনা মহাক্কী ফীজং মরুমদগী কাপ্পবা থমগে নীংদুনা হায়রিবা মফম অদু মমাঙগী নুমিত্তা মঙোন্দা তাকখিদে।) ওলেনিন্না তরানিথোইরক কাপ্পী, অদুগা নোংইন মঙাখক হাৎলে, অদুবু হৈজামপেৎ অমুবগী মোংশোং মরক্তুদা মখোয়বু তান্নবদা মহাক অদুক্কী মতিক চোকথরে মদুদি মহাক থুনমক হুমাংনা পুমচোৎ চোথলি। মহাক্না মাগী হূই কৌথোক্লগা, নোংমৈদু হাংদোক্লুনা অপীকপা চারা মরূশিং অদুগী মথক্তা নোংমৈ মরূ খরা অমুক হাপচিল্লে, অদুগা মাগী সরকেসিয়ান কোটকী অরাওবা খূদাং অদুনা তূমিৎ কাঙ কঙ্থোক্লুনা তাঙ্থোক্লগা মখোয়না মমাঙগী নুমিত্তা লৈরম্বা মফম অদু তন্না তপ্না চৎলে। অদুম ওইনমক ওলেনিন্না মাগী হূইদু তুংলোমদা থনম্বদি ওইথোক্তে, হূইদুনা লম্বীদা ফাওবা খোঙ্গুল পরেং পুথোরকই; ওলেনিন্না নোংইন অনী অমসু হাৎলে, মানা মখোয়বু ফংবদু নুমিৎ য়ুংবা মতম য়ৌশিল্লক্রে, অদুদগী মানা থিরিবা মফমদু য়ৌনা চঙশিল্লে।

নুমিৎ অদু মপুং ফানা তশেং তশেংই, চীকই অমসুং য়াম্না শাই। উমং অদুদা ফাওবা অয়ুক্কী লৈচিল মনিল অদু কংখ্রে, মশীং লাকঙমদ্রবা তূমিৎ-কাঙশিংনা মাগী মমায়, মনঙ্গল অমসুং মপাম্বোমশিং লোইনা পূময়োম য়োমখ্রে। তূমিৎ কাঙশিংনা মনঙ্গল অদু য়োমখিদুনা মাগী হূই অদু অমুবদগী উৎমচু ওনখ্রে, অদুগা ওলেনিনগী কোট অদুসু অদুন্না তৌদুনা উৎমচু ওনখ্রে, মদু ফাওনা তীনশিংনা মখোয়গী মমূশিংদু থিল্লকই। ওলেনিন্না মখোয়দগী চেঙ্থোকখিনবা থৌরাঙ তৌই, মানা কালেঙ্থাদা খুঙ্গঙ অসিদা লৈবা ওইথোক্লোইদৌরি হায়না মপুক্নীংদা ফাওবা হৌরকই। মহাক য়ুমদা চৎকে তৌরুরে, অদুবু অতোপ্পা মীশিংনা অসিগুম্বা

অৱাবা অসি খাঙনরিবনি হায়বসি নীংশিংলুবদা মানা মদু খাঙগে হায়না লেপ্লে অমদি মশাবু চাথোকচখ্রসনু হায়না থাদোক্নে। অঙকপা মতৌনি, নুমিৎ য়ুংবা মতমদদি মহাক থাঙ্গৈশেংনা পূক্নীংদা নুংঙাইবা ফাওরকই। মাগী অকোয়বদা তুমিৎ-কাঙনা থল্লবা মালং, মাগী মখূৎনা মমায়দা তৈশিনখ্রবা হুমাংগা তিন্নরবা কাঙগী অনপ্পা অমসুং মশা পুম্বদা লেপ্পা লৈতনা ফাওরিবা নুংঙাইতবা— পুন্নমক অসি য়াওরমদ্রবদি মঙোন্দা উমংসিগী মশাগী ওইবা মচৎ অমসুং শুম্লাৎনীংঙাই ওইবা মতৌ খরা মাঙলমগনি হায়না ফাওবা মহাক্না মপূক্নীংদা ফাওই। অকিবা ফংনা মরাংকায়না হৌবা মনা-মশীং, উমং থন্না লৈরবা শা-ঙা উচেক-ওইয়া কয়া কয়া, অমুবা উনাশিং, ঈরিক য়াওবা মনম নম্বা নুংশিৎ, টৈরেক্কী মফম খূদিংদা শন্নদুনা তারিবা অনৈবা ঈশিংনা থল্লবা খোং মচাশিংনা মখোয়গী মথক্তা য়াম্থরিবা উনাশিংগী মখাদা মখোল থোক্না চেল্লিবা পুন্নমক অসিগা মশীং য়াম্লবা তীন-কাঙশিং অসিগা অদুক্কী মতিক নীংথিজনা চূশিন্নখ্রে মদুদি অহানবদা মঙোন্দা অকিবগী মশক ওইবা অমদি খাঙঙমদবগুম তৌবম্বা পোৎ খূদিংমক অদু হৌজিক্তি মঙোন্দা হৈনরে। মখোয়না ঙরাং শজি লাবা থেংনখিবা মফম অদুদা কোয়না চৎলবা মতুংদা করিমতা থেংনদ্রদুনা মহাক পোখানীংবা পোক্লকই। নুমিৎনা উমংগী হেক মথক্তা চপয়ুংনা থোকই অদুগা মহাক্না সড়ক অমদি উমংগী অকোকপা মফমদা নত্ত্রগা লম্বীদা হেক থোরকপা খূদিংগী মদুগী মঙালনা চপয়ুংনা মনঙ্গল অমসুং মকোক্তা য়ৈরকই। লূন্নবা নোংইন তরেৎ অদুনা মাগী মখ্বাঙদা নাবমখৈ য়াম্থরি। শজিগী লম্বেল ফংলদুনা মহাক্না নারক অমগী মখাদা পাকথদুনা শজিনা কূল্লম্বা মোংশোং অদুমক্তদা চঙলগা মকোন মনুংদা ফমথরে। মাগী অকোয়বদা লৈরিবা অমুবা উনাশিং, শজিগী হুমাংনা খূদম থল্লম্বা মফম, অকংবা মথী, শজিগী মখুকউনা কূনফম, মহাক্না কাওখৎলম্বা অমুবা লৈবাক মচেৎ অমসুং মমাঙগী নুমিত্তা তাখিবা মহাক মশামক্কী খোঙ্গুল— পুন্নমক অদু মহাক্না য়াম্না কূপ্না য়েংলকই। মহাক ঈংবা অমদি নুংঙাইবা ফাওরকই, অনীংবা ৱাখল নত্ত্রগা অপাম্বা অমতা লৈতে। অদুদগী ইখঙ খঙহৌদনা, অসিগুম্বা অঙকপা নুংঙাইবা অমসুং পোৎ খূদিংমকপু নুংশিবা ৱাখল অমনা মাবু খুদুমচনখ্রে মদুদি মাগী অঙাং ওইরিঙৈদগী হৈনবী অমদগী মহাক্না মশাদা ক্রোসকী খূদম তৌদুনা কনাগুম্বা অমদা থাগৎপা হৌরকই। ইখঙ খঙহৌদনা, মহৌশাগা মান্নদবা মওঙদা ময়েক শেংনা মানা খল্লকই, "অতোপ্পা জীব খূদিংমক্তা অদুক্কী মতিক খেন্নবা দমিত্রি ওলেনিন ঐহাক মফম অসিদা ইথন্তা লৈরে, কদায়দনো হায়বা ঈশ্বরতনা খঙই— তাইবঙ মীওইবগী মমায়বু অমুক্তা উরমদবা য়ারিবা ফজরবা অহল ওইরবা শজি লাবা অমনা হেক হেক কূল্লম্বা মফমদা অমসুং কনাগুম্বা

মীওইবা অমতনা অসিগুম্বা বাখলশিং অসি খন্দুনা ফন্নমদ্রবা মফম অসিদা লৈরে। মফমসিদা ঐহাক ফল্লি, অদুগা ঐগী অকোয়বদা অরিবা অমদি অনৌবা উপালশিং হৌরি, মখোয়গী মনুংদা অমদা লমগী অঙ্গুর পাম্বীগী উরীনা লৈতেং ওইনা য়েৎলি অমদি নোংইনশিংনা মশা ফ্রৎ-ফ্রৎ খপ্লদুনা অমগা অমগা কোয়তান তান্নরি, মখোয়গী হাৎলবা মচীন-মনাউশিংগী মনম নম্বা ওইবা য়াই।" মানা মাগী নোংইনশিংদু মাদুনা মুন্না য়েংই অমসুং মাগী মখুত্তগী লুম্বু লুম্বু শাবা ঈ অদু মাগী কোটতা তৈথোকই। "লমহুইশিংনসু মখোয়গী মনম নম্বা অদুগা পেন্দবা মায়থোঙগা লোয়ননা অতোপ্পা মায়কৈদা চৎখিবা ওইবা য়াই; ঐগী ইথক্তা কাঙশিংনা, মখোয়দদি অচৌবা ঈথৎকুম তৌরবা উনাশিংগী মরক্তা পাইরদুনা নুংশিত্তা লৈরগা ভ্রূঙ ভ্রূঙ ঙংলি; কাঙ অমা, অনী, অহুম, মরি, চামা, লীশীং, মিলিয়ন— মখোয় পুন্নমক্না করিগুম্বা অমা নত্ত্রগা অমদি ভ্রূঙ ভ্রূঙ ঙংলি, ঐ ইশামক অতৈ অতোপ্পদগী খেন্নবগুম্না মখোয় খূদিংমক অসি দমিত্রি ওলেনিন্নি।" কাঙশিংনা খল্লিবা অমসুং ঙংলিবদু মহাক্না শংশংনা ভাবনা শারকই, "অসোমদা, অসোমদা, মরূপশিং! মফমসিদা ঐখোয়না চাবা য়াবা কনাগুম্বা অমা লৈরে!" মখোয়না ঙংদুনা মঙোন্দা নপশিল্লি। মহাক তশেংনা পুক্নীংদা ফাওরকই মদুদি মহাক রসিয়াগী অচৌ-অশাং শাগৈগী মী অমা নত্ত্রে, মোস্কো সমাজগী মী অমা নত্ত্রে, অসিগুম্বা কয়াশিংগী মরূপ অমসুং মরী-মতা অমা ওইদ্রে, তৌইগুম্বসুং মাগী অকোয়বদা লৈরিবা কাঙ, নত্ত্রগা নোংইন, নত্ত্রগা শজিগুম্বা অমা ওইখ্রে। "মখোয়গুম্না, অঙ্কল য়েরোশকাগুম্না ঐ ঙহাক্তং হিংলমগনি অদুগা শিখিগনি, মানা হায়বদু অওইবগুম্না নাপী হৌরক্কনি অমসুং মদুদগী হেন্না করিসু হৌরোই।"

"অদুবু নাপী হৌরক্কনি হায়দুনা কৈদৌনি?" মানা অসুম খল্লকই। "হৌজিক ঐহাক হিংবা তাই, নুংঙাইবা তাই, মরমদি ঐনা হেক পামজবা হায়ববু নুংঙাইবা হায়বসিনি। ঐ করি ওইবগে হায়বা করিসু খল্লুনু— লেমহৌরিবা অতৈগুম্না হয়েং মথক্তা নাপীদগী হেন্না করিসু হৌরোইদবা শা অমা নত্ত্রগা ঈশ্বরগী শরূক খরা য়াওবা হকচাং অমা ওইবা— হৌজিক খ্বাইদগী ফবা মওঙ অমদা ঐ হিংবা তাই। অদুদি ঐনা মতৌ করম্না নুংঙাইনা হিংবা তাই, অদুগা হান্না নুংঙাইরমদ্রিবনা করিগীনো?" অদুদগী মানা মাগী হান্নগী পুন্সী অদু নীংশিংবা হৌরকই, অদুদগী মহাক মশামকপু তৃক্কচবা পোক্লকই। মহাক মশামক অকিবা ফংনা দাবি তৌরুবা অমসুং মশাগী ওইজবা থিরুবা মীওই অমগুম উজরকই, অদুম ওইনমক হৌজিক মহাক্না উরে মতম পূম্বদা তশেংনা মা মশাগী করিমতা দরকার ওইখিদে। নুংশা মঙালনা মরক্তা ফাওনা ঙাল্লিবা উনাশিং, তাথরক্লিবা নুমিৎ অমসুং তশেং তশেংবা

অতিয়া— মখোয়শিং অসিদা মহাক কোয়না য়েংদুনা অসুম লৈ, মহাক হান্নগুম্না অদুম নুংঙাইবা পোকই।

"ঐ হৌজিক করিগী নুংঙাইরিবনো অদুগা ঐনা করিগীদমক্তা হিংদুনা লৈরকপগে?" মহাক্না খন্নকই। "ঐনা ইশাগীদমক্তা কয়া য়াম্না দাবি তৌরমখ্রবনো; ঐনা কয়াদা থৌরাঙ তৌরম্বা অদুবু ইকাইবা অমসুং অৱাবা ফংবা নত্তনা ইশাগী করিগুম্বা অমতা কৈদৌঙেদসু পাঙথোকপা ঙম্নক্ত্রি! অদুগা ঐ হৌজিক নুংঙাইনবগীদমক্তা করিসু দরকার ওইদে।" অদুদগী খঙহৌদনা মঙোন্দা অনৌবা মঙাল অমা ফাওরকপগুম তৌরকই। "মসিনি নুংঙাইবা হায়বদু!" মহাক মথন্তা হায়জরকই। "নুংঙাইবা হায়বসি মী অতৈগীদমক্তা হিংবদা লৈ। মদু তশেংবনি। নুংঙাইবা পাম্বা হায়বসি মীপুম খুদিংমক্কী পোকপদগী লোয়নরক্লবনি; মরম অদুনা মসি মরম চাবনি। মশাগী ওইজবা থিদুনা মদু ফংনবা হোৎনবদা— হায়বদি লন-থুম, মিংচৎ, নুংঙাইবা নত্ত্রগা নুংশিবা অসি মশাগী থিদুনা হোৎনবদা— অসিগুম্বা অপাম্বশিংসি থুংহনবা ওইথোকহন্দবা মওঙ থোকপা য়াই। মসিনা তাক্লে মদুদি মসিগুম্বা অপাম্বশিংসি মরম চাদবনি, নুংঙাইনবগী দরকারদুদি নত্তে। অদুবু মপালথোংগী ফীবমশিং লৈদুনসু, করম্বা অপাম্বশিংবু মতম পূম্নমক্তা থুংবা ঙমগদগে? মখোয়শিং অদু করি করিনো? নুংশিবা, ইশাগী ওইজবা থাদোকপা।" মঙোন্দদি অনৌবা অচুম্বা অমগুম থোকপা অসিবু খঙলকপা মতমদা মহাক অদুক্কী মতিক হরাউনা ময়াই কাদুনা চোংখৎলি অমদি মহাক মশামক মাগীদমক কখোক্লবা, অফবা তৌনবা অমসুং নুংশিনবা কনাগুম্বা অমা ঙাইঙমদনা থিবা হৌরকই। "কনাগুম্বা অমনা মশাগীদমক্তা করিসু পামদ্রবদা," মহাক্না অসুম খল্লি, "অতৈগীদমক্তা করিগী হিংলোইদগে?"

মসি খল্লুনবা অমসুং অফবা থবক তৌনবগী খুদোংচাবা অমা ফংনবা ময়ুমদা থুনা হল্লগে নীংদুনা মানা মাগী নোংমৈ পায়খৎলি। মহাক উমংদগী থোরক্লে।

মহাক্না অহাঙবা মফমদা থোরক্লগা মাগী অকোয়বদা কোয়য়েং য়েংই; উপালগী মতোনশিংদা নুমিৎ মশক উখিদ্রে। ঈংবা হেঞ্জিল্লক্লে, মফমদু মঙোন্দা পুরা অঙকপা অমা ওইনা থোকই, খুঙ্গঙ অদুগী অকোয়বদা লৈবা লমগা মদুগা মান্নদে। খুদিংমক হোংখিবগুম তৌই— অঈং-অশা অমদি উমং অদুগী মওঙ-মতৌদু; অতিয়াদু লৈচিলনা কুপ্পী, উপালগী মতোনশিংদা নুংশিৎনা মখোল থোক্লা শীৎলি; অদুগা অকোয়বদা শীংনাং অমদি পম্থ-পুমথরবা অতেকপা উপালশিং নত্তনা অতৈ করিমতা উদে। শাগী মতুং ইন্নবা চেনখিবা মাগী হুই অদু মানা কৌরকই অমসুং মরুভূমিদা তৌবগুম্না মাগী খোঞ্জেল অদু অমুক হন্না লাকই। অদুদগী

ইখঙ খঙহৌদনা মহাক অঙকপা ফংনা অকিবা ৱাখল অমনা খুদুমচনখ্রে। মহাক অসুম কিবা হেঞ্জিল্লকই। মহাক্লা অব্রেকশিং অমদি মীহাৎপগী মবমদা মঙোন্দা লীখিবা ৱাবী অদু নীংশিংলকই, নাবক্কী মকমদগী অব্রেক অমনা মঙোন্দা খঙহৌদনা হেক চোংশিল্লকপা যাই হায়না মহাক্লা মীকূপ খুদিংগী খল্লকই, অদুদগী মহাক মাগী পুন্সী কঞ্জনবা হোৎনবা অদুগা শিবা তাই নত্ত্রগা মীকিথী অমা ওইবা তাই। মানা ঈশ্বরগী মবমদা খল্লকই, মতম কুইনা খল্লুদ্রবা শিববা মতুংগী পুন্সীগী মবমদা খল্লকই। অকোযবা পুন্নমক্তা অমম্বা, তমথিবা, লম্মাঙ ওইবা প্রকৃতি লৈবি। "নহাক্না মীকূপ অমদা শিবা অফবা থবক অমতা তৌবমদনা শিবা যাই, অদুগা মীনা মদুগী মবমদা কবিসু খঙদবা মওঙদা, অদু ওইববদি মীনা মশাগীতা ওইনা হিংবা হাযবসি মতিক চাব্রা?" মানা খল্লকই। মানা খুঙ্গঙ লৈ হায়না ভাবনা শাবা মাযকৈবোমদা অসুম চৎলি। মানা শা কাপ্পগী ৱাদি অমুক খল্লুদ্রে, মহাক যাম্না চোকথবা ফাওবব'ই, অদুদগী মীকূপ খুদিংবু মাগী পুন্সীগী মবমদা শন্দোক্লা তাকহন্নবগী আশা তৌবদুনা মহাক্লা মোংশোং অমদি উ খুদিংদা থোইদোক্লা পূক্নীং চঙনা, হাইফেৎ যৌনা কিবা অমগা লোযননা কোযযেং যেংই। ফনা কুইনা চৎলবা তুংদা টৈবেক্তগী চেনশিল্লকপা অঈংবা লৈঙোই যাওবা ঈশিংনা চেনবা খোং মচা অমা থেংনবে, অমুক ফৈনা চৎলুদনা মদুগী তুং ইন্দুনা চৎলগে হায়না মপূক্নীংদা লেপ্লে। খোং মচা অদুনা মাবু কদাযদা লমজিংগদৌব্বিনো হায়বা খঙদনা মানা অসুম চৎলি। খঙহৌদনা মাগী তুংদা শীংনাংশিংদু শ্রোৎ-শ্রোৎ লাউবকই। মহাক্লা কিবনা থক থক নীক্লা মাগী নোংমৈ পাযখৎলি। মথংগী মীকূপ্তা মহাক ইকাইবনা খুদুমচনখ্রে। কাহেন্না মযাই কাববা হূই অদুনা স্বব থবেৎ থবেৎ কন্না হোল্লদুনা খোং অদুগী অঈংবা ঈশিংদা চোংথদুনা ঈশিং থকই।

মহাকসু ঈশিং থক্লে, অদুগা হূই অদুনা মাবু খুঙ্গঙ তান্না লমজিংগনি হায়না খন্দুনা হূইদুনা চৎনীংবা মায়কৈদা চৎপদু মানা মতুং ইন্নবে। হূইদুগা লোযনদুনসু মাগী অকোযবদা লৈবিবা পোৎ খুদিংমক্লা অদুম হেন্না খুদোংথীবা যাবগী ইঙ্গিৎ তৌবগুম তৌই। উমং অদু অসুম অসুম মমশিল্লক্লে, তেক্লবা অবিবা উপাম্বীশিংগী মতোন্দা নুংশিৎনা হেন্না হেন্না কন্না শীৎপা হৌবকই। অচৌবা উচেকশিংনা উপালশিংদুদা লৈবা মখোয়গী মকোনশিংগী অকোয়বদা কোয়না কোযনা পাইদুনা য়াক্লা খোংই। অশং-অমান মনা-মশীং হৌবক্লে, অদুদগী মহাক্লা জ্বায় জ্বায লাউনা মখোল থোক্লিবা শীংনাংশিং অমদি শা খোঙ্গুল য়াম্না তাববা অহাওবা লৈঙোইলমশিং য়াম্না তোয়না থেংনবকই। নুংশিৎকী উ-উ লাউনা হম্বা মখোল অদুদা হৈনিংদ্রবা অঙংবা খোল্লাউ অমসু য়াওবকই। মহাক শাথিনা পূক্নীং হম্বা

পোকপা হৌরকই। মখুত্তু মতুংলোমদা থমদুনা মাগী নোংইনশিংদু মাবদা অমখক মাঙখিবা থেংনরে। মদু তত্তুনা তাহৌদুনা মাঙখিবনি; ঈ থোকপা মঙক অদুগা মকোক অদুগতা মাগী পেটিদা নপ্পুনা লৈরম্মী। মহাক হান্না কিবদগী য়াম্না হেন্না কিবা ফাওবকই। মহাক্না ঈশ্বর খুরুম্বা হৌরকই। অফবা নত্রগা থৌজাল হৈবা থবক অমতা তৌরমদনা শিত্রগদ্রা হায়না খ্বাইদগী হেন্না কিবা পোক্রকই, অদুদগী মানা য়াম্নমক হিংনীংলকই, মশাগী ওইজবা থাদোকপগী অচৌবা থবক অমা পাঙথোক্লবগীদমক হিংনীংলকই।

## ২১

ইখঙ খঙহৌদনা নুমিৎনা মাগী আত্মাগী মনুংদা ঙাল্লবগুম তৌবকই। মহাক্না বসিয়ান ঙাঙবগী মখোল অমসুং টেরেক তুরেলনা ইপোম হৌদনা ঈচেল কন্না চেনবগী মখোল তারকই, অদুদগী মাগী মাঙদা খোঙকাপ খরা চৎলগা মহাক্না চেল্লিবা তুরেলগী ব্রাউথাংনবা ঈমায়, তুরেল খোঙবান অমসুং অথেনবা মফমদা লৈবা অচোৎপা ব্রাউথাংনবা লৈঙোই, অথাপ্পা উ হৌদবা অহাঙবা তম্পাক, ঈশিংগী ঈমায়দগী ব্রাংখৎনা লৈরিবা কোর্ডোনগী সন্ত্রী তৌফম দলান, হৈজামপেৎ পাম্বী মরক্তা পুন্দুনা লৈরিবা শাবন হাপ্লবা শগোল, অদুদগী মাগী মাঙদা শন্দোক্লিবা চীংশিং পূম্নমক উরকই। অঙাঙবা নুমিৎনা মীকুপ অমতং লৈচিল অমগী মরূমদগী থোরকই অমসুং মদুগী অরোইবা মঙালগী মশেকশিংনা তুরেলগী পরিংদা, শীংনাং পাম্বীশিংগী মথক্তা, সন্ত্রী তৌফম দলানদা অমদি কোসাক কাঙবু অমগী মথক্তা ইরং লংনা য়ৈরি, অদুদগী লুকাশকাগী ব্রাং-চাউরবা মূর্ত্তিনা মাগী মীৎয়েং চিংশিল্লকই।

ওলেনিন্না খঙলকই অরেপ্পা মরম লৈতনা, মহাক অমুক হন্না মপুং ফানা নুংঙাইবা পোক্লকই। মহাক্না টেরেক্কী তোর্বান্দা লৈবা, মায়য়োক্লবা তুরেল ব্রাংমদা শান্তি লৈরবা *ওল* অমা তারিবা নিঝনে-প্রোটোৎস্কি পোষ্ট থেংনরে। মানা কোসাকশিংবু তরান্না কৌই, অদুবু হৌজিক ফাওবদা কনাগুম্বা অমদা থৌজাল উৎনবগী মরম ফংদবনা মানা খাংপোকশঙদা চঙলক্রে; অদুগা খাংপোক মনুংদসু অসিগুম্বা খুদোংচাবা অমতা ফংদে। কোসাকশিংনা মাবু থৌশাদনা ওকই। খাংপোক মনুংদা চঙলক্লগা মানা চুরুট অমা চমখৎলি। কোসাকশিংনা মঙোন্দা পূক্লীং ইচঙ চঙদে, মদুগী মরমদি অহানবদা মহাক চুরুট থকই, অনীশুবদা নুংথিল অদু মখোয়বু পূক্লীং চোইথোকহনবা করিগুম্বা খরগা লৈ। হাৎল্লবা *অরেক* অদুগী মরী-মতা য়েক্লবা চেচেন খরনা চীংদগী স্কাউট অমগা লোয়ননা হকচাং অদু শেল পীরগা পুখিনবা লাকই; অদুনা কোসাকশিংনা মখোয়গী য়াথং পীগদবা অফিসারদু খুঙ্গঙদা থুংলবা ঙাইদুনা লৈরি। অব্রাংবা, ফীবম মূর্ত্তি ফজরবা, অঙাঙবা মচু শঙবা খদাঙকোইদু তেল্লা কল্লবা অশিবা মীদুগী মনাউ অদু শেগায়রবা কোট অমা লীৎলবসু, শেগায়বা টুপি উপ্লবসু

ঈং-তপ্পী, নিংথৌ অমগুন্না চীংলেম্মী। মাগী মশক অদুগা অশিবা *অরেক* অদুগী মশক্কা য়াম্না মান্নে। মহাক্না কনাগুম্বা অমতদা য়েংগে হোৎনদে, অশিবা হকচাং অদুদা অমুক্তা মমীৎনা ফল্লপ য়েংদে, তৌইগুম্বসুং মরুমদা নীঙ্গাংনা ফমদুনা মানা মাগী তেল্লবা কাংচুপ অদু থক্রুগা মতিন শীত্তুনা মরক মরক্তা মহাক্না শংদুনা য়াথং তৌবগী ব্রা খরা হায়রকই, মদু মাগা লোয়নরিবা মী অদুনা ব্যবহারগা লোয়ননা ইল্লি। মহাক অসি মমাঙঙৈদা রসিয়ান-শিংবু অমুক্তগী হেন্না তোঙান তোঙানবা থৌদোক কয়াশিংদা উন্নখ্রবা থাঙ্গৈশেংবা *ঝিজিৎ* মাল্লি, মখোয়গী মরমদা করিগুম্বা অমতনা মাবু ঙকহনবা নত্ত্রগা পূক্নীং চঙহনবা তৌদে। ওলেনিন্না হকচাং অদুগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা য়েংই, মতম অদুদা মনাউ অদুনা ঈংথবা তৃক্কচবগা লোয়ননা মাবু লাম্থোক্তুনা য়েংলগা খোল য়াক্না অমসুং শাউনা করিগুম্বা খরা হায়রকই। স্কাউট অদুনা থুনা চঙশিন্দুনা অশিবা মীদুগী মমায় অদু মাগী কোটনা খুমজিল্লি। *ঝিজিৎ* অদুগী মায়থোঙনা উৎলিবা চীংলেম্বা অমদি অচেৎপা মতৌ অদুনা মাগী পূক্নীং চিংশিল্লি। মহাক্না মঙোন্দা করম্বা *ওলদগী* লাকপনো হায়না হংদুনা ব্বারী শাবা হৌরকই, অদুবু চেচেন অদুনা মঙোন্দা ইয়েং য়েংলক্তনা মতিন শীৎলি অদুগা লৈথোকখি। চেচেন অদুনা মঙোন্দা পূক্নীং চঙদবা মতৌ অদুদা মহাক অদুক্কী মতিক ঙকই মদুদি মহাক্না মদু মীদুগী অপঙবনি নত্ত্রগা রসিয়ান খঙদবনি হায়না অদুমক লৌই; মরম অদুনা মহাক্না অর্থ হনবগী থবক তৌরিবা স্কাউট অদুদা ওনশিল্লে। অতোপ্পা অমদুগুন্না স্কাউট অদু ফি শেগায়বা শেৎলি, অদুবু মশম অদু ঙাঙবগী মহুত্তা মুশূক মুই, চনীং তাদনা কোয়রেঙ লেঙই, ময়াদু ঙৌরোক ঙৌনা ইরং লংই অমদি মমীৎ অদু মুশূক মুই, ইরং লংই। স্কাউট অদুনা য়ানীংনা ব্বারী শারকই, অদুগা চুরুট অমা নিরকই।

"মচীন-মনাউ মঙানি," স্কাউট অদুনা চুমবোই চুমদবোই তৌনা রসিয়ান লোন্দা ঙাঙবা হৌরকই। "রসিয়ানশিংনা হাৎখিবা মচীন-মনাউসি মসিনা অহমগুবনি, অনীদা ঙায়রে লৈহৌরিবা। মহাক *ঝিজিৎ* অমনি, অচৌবা *ঝিজিৎ!*" মহাক্না চেচেন অদুদা থিন্দুনা তাক্রুগা হায়রকই। "শিরিবা আহমেট খান অসি মখোয়না হাৎপা কান্দা মসিমনা তোর্ব্বান ব্বাংমগী শীংনাং মরক্তা ফমদুনা লৈরম্মী। মহাক্না পূন্নমক উহৌই। হিদা থাঙ্গত্তুনা তোর্ব্বান্দা পুখিবা অদু উই। মহাক্না অহিংদু ফাওবা মফম অদুদা ফমদুনা লৈরম্মী, অহল অদুবু হাৎকে নীংলম্মী, অদুবু অতৈশিংনা মাবু খামদুনা তৌহনখিদে।"

লুকাশকানা ঙাঙলিবা মীদুগী মনাক তান্না চঙশিল্লি, অদুগা ফমথরকই।

"নখোয় করি *ওলদগীনো?*" মানা হংলকই।

"চীংশিং অসিদগী," স্কাউট অদুনা টেরেক্কী বাংমদা লৈবা শংবাম্নবা লৈচিল থাংবা অথুবা চীং-কারক অমদা থিন্দুনা তাক্লগা খুম্নকই। "শুয়ুক-শু হায়বদু নহাক খঙব্রা? মদুগী বাংমদা মাইল নিপাম্লোম চৎলগা লৈ।"

"নহাক শুয়ুক-শুদা লৈবা গিরৈ খান হায়বদু খঙব্রা?" লুকাশকানা শকখঙনবদুগী তশেংনা নাপল তৌনা হায়রকই," মহাক ঐগী *কুনাকনি*।"

"মহাক ঐগী য়ুম্নোম্নবা মীনি," স্কাউট অদুনা খুম্নকই।

"মহাক্তু অফবা মী অমনি!" অদুদগী লুকাশকানা তশেংনা থবায় য়াওনা স্কাউট অদুগা টার্টর লোন্দা বারী শাবা হৌরকই।

থুনমক কোসাক লেফটেনেন্ট অমগা খুলগী মকোক ওইবা নূপা অমগা মখোয়গী লোয়নবা মী কাঙলুপ অনীখক্তা লোয়ননা শগোল তোংদুনা মফমদুদা থুংলরে। নৌনা থবক চঙলকপা কোসাক অফিসার লেফটেনেন্ট অদুনা কোসাকশিং অদুদা "কমদৌরি" হায়দুনা তরান্না কৌরকই, অদুবু রসিয়ান লান্মীগী মরক্তা চৎনবগুম্না, "কমদৌরি, ইবুংঙো" হায়না কনা অমতনা লাউদুনা খুম্নক্তে, খরতনা মকোক নোন্দুনা পাউখুম পী। লুকাশকাগা য়াওনা মখোয় খরদি পুক্নীং চঙনা লেপ্তুনা লৈ। কোর্পোরেল অদুনা আউটপোষ্টতা মী পূম্নমক নীংথিনা লৈরি হায়না পাউ পী। ওলেনিনদদি পূম্নমক অসি নোক্নীংবা ওইনা থোকই; অসিগুম্বা কোসাকশিং অসিনা সিফাই শাজিন্নবা ওইনা থোকই। অদুবু অসিগুম্বা চৎনবী নিয়ম ঙাক্নরম্বদগী থুনমক অচম্বা শাজৎনা মহূৎ শিনখ্রে, অদুদগী কোসাক অতৈগুম্না থৌনা ফরবা লেফটেনেন্ট অদুনা অর্থ হল্লিবা নূপা অদুদা লৎপা তৌদনা টার্টর লোন্দা বা ঙাঙবা হৌরকই। মখোয়না দলিল অমা ইদুনা স্কাউট অদুদা পীরে, অদুগা পৈশা খরা মঙোন্দগী ফংই। অদুদগী মখোয়না হকচাং অদুদা চঙশিনখ্রে।

"নখোয়গী মরক্তা লুকা গাভরিলোভ হায়বদু কদায়নো?" লেফটেনেন্ট অদুনা হংলকই।

লুকাশকানা টুপি লৌথোক্লগা মাঙলোমদা থোরকই।

"ঐনা নহাক্কী থৌনা ফবগী পাউ অদু লুচিংবদা থাখ্রে। মদুনা করি তৌরক্কদগে হায়বদি ঐ খঙদে। ঐনা নহাকপু ক্রোস অমা পীনবা খনখিবনি। কোর্পোরেলমক হাপ্পদি নহাক খজিক্তং নৌমল্লি। নহাক লাইরিক পাবা থোকপ্রা?"

"থোক্তে।"

"অদুবু মহাকসি য়েংবদা কয়া নীংথিখ্রবা মীওইনো!" লেফটেনেন্ট অদুনা লুচিংবা শাদুনা হায়রকই। "টুপি উপশিল্লু। করম্বা গাভরিলোভকী ইমুংগী মীনো মহাক?... অচৌবা অদু, হা?"

"মহাক্কী মম্মাকনি," কোর্পোরেল অদুনা খুমকই।

"ঐ খঙলে, ঐ খঙলে। ফরে, মদুদা মতেং খরা পাংউ," মহাক্না কোসাকশিংদা ওনশিন্দুনা হায়রকই।

লুকাশকাদু হরাউবনা মায়থোঙ মকালাম্মী, হান্নদগী হেন্না ফজরকপগুম উরকই। মহাক কোর্পোরেলগী মনাক্তগী থোকখ্রে অদুগা টুপি উপশিন্দুনা ওলেনিনগী মনাক্তা ফমখ্রে।

হকচাং অদু হিদা পুথখ্রবা মতমদা মনাউনূপা চেচেনদু তুরেল খোঙবান্দা কুমথখ্রে। কোসাকশিংদুনা তৌগে হায়না নীংলুদনা মহাকপু চৎহনখিনবা খোঙকাপ খরা থাংদোকই। মহাক হিনুংদা চোংথখ্রে অমদি মাগী মখোঙগী অকনবা খুৎঈন অমনা হিদু তোর্ব্বান্দগী চখোকহল্লি, অদুদগী হৌজিক ওলেনিন্না উরে নূপাদুনা কোসাকশিং অদুদা অহানবা ওইনা ফম্নপ য়েংলকই, অদুগা মাগা লোয়নবা মী অদুদা ৱাহং অমা থুনা হংলকই। অকোনবা অদুনা কবিগুম্বা পাউখুম খরা পীরগা লুকাশকাবু থিন্দুনা তাক্লকই। চেচেন অদুনা মঙোন্দা য়েংলকই, অদুদগী তপ্না লৈথোকখিদুনা তোর্ব্বান ৱাংমদা মীৎফম হোংদনা য়েংই। মীৎয়েং অদু তৃক্কচবদি নত্তবা উশিৎ-থৌওইদবা মতৌ অমা উৎলি। মহাক্না করিগুম্বা খরা অমুক হায়।

"মহাক্না হায়রিবসি করিনো?" ওলেনিন্না, হাথু হাথুনা কোয়রেঙ লেঙলিবা স্কাউট অদুদা হংই।

"নখোয়গীনা ঐখোয়গী হাৎপা, ঐখোয়গীনা নখোয়গী হাৎপা, মসি মহৌশাগী মহৌশানি," স্কাউট অদুনা তশেংনা তাইশিন্নবা মওঙদা খুমগা মাগী অঙৌবা ময়াদু উত্তুনা মোমোন নোক্লগা হি মনুংদা চোংথখ্রে।

অশিবা মীদুগী মনাউ অদু তুরেল ৱাংমরোমদা শংত্রিক য়েংদুনা লেঙদনা ফম্মী। মহাক অদুক্কী মতিক তৃক্কচবা, হঙ্গোইবনা পীক থল্লি মদুদি তুরেলগী নাকল অসিদা মাবু হৈনিংবা পোকহনবা করিগুম্বা পোৎ অমতা লৈতে। স্কাউট অদুনা হিগী মতোন অমদা লেপ্তুনা লেপ্না লৈতনা বা ঙাঙনা ঙাঙনা মাগী নৌ অদু নাকল অমদা অমুক হোন, অতোপ্পা অমদা অমুক হোন তৌদুনা হৈশিংনা মমায় চুমখ্রে। হিদু ঈচেলদা ফৈরপ্পা লাম্হোকখিবগা লোয়ননা অসুম অসুম পীকশিনখ্রে; খোঞ্জেলশিংদু ইতা তাখিদ্রে, অদুদগী মমৈথঙদা মীৎয়েংনা উরিবগী মনুংদা, মখোয়গী শগোলশিংনা লেপ্তুনা ঙাইরিবা তোর্ব্বান ৱাংমদুদা মখোয় থুংখ্রে। মফম অদুদা মখোয়না অশিবা মশা অদু লৌখৎলে, অদুগা (শগোলদুনা কিবোই পাখৎপোই তৌনা থৈদোক্লবসু) মদু শাবনগী মথক্তা ফৈনা থম্লে, অদুদগী শগোলদুদা কাখত্তুনা তোংলগা *ওন*

অমা লাম্ণোক্তুনা লম্বীদুদা খোঙনা চৎপগী খোঙথাংদা শগোলদু থৌগ্রে, খুল অদুদগী মীয়ামনা মখোয়দা য়েংবা থোক্লরকই।

তুরেলদুগী রসিয়ারোম থংবা নাকন্দা কোসাকশিংনা য়াম্না পেম্না হরাউ-তয়াম তৌই। নোকপা অমসুং ফাগী-জুগায় তৌনবা মায়কৈ খুদিংদা তায়। লেফটেনেন্ট অদুগা খুলগী মকোক অদুগদি নৈপাক্কী খাংপোকশঙ অদুদা হরাউ-তয়াম তৌনবা চঙগ্রে। লুকাশকানা অরেম্বদা মাগী নুংঙাইরবা মায়খোঙদা চীংলেম্বা মতৌ ফোঙদোক্লবা হোৎনদুনা মখুকউদা খুনিংনা শৌরগা ওলেনিনগী মনাক্তা ফমথরে, অদুগা চৈ অমা মশা হিদোকই।

"নহাক মৈখু থক্লিবা করিগীনো?" মহাক্না খঙনীংবা মতৌ উত্তুনা হায়রকই। "মদুবু ফব্রা?"

তশেংনা মহাক্না ঙাঙলুবগী অমতা ওইবা মরমদি ওলেনিনদু ইহৈ হৈনিংদনা, কোসাক-শিংগী মরক্তা তোখাই তানা লৈবা উবা অদুদনি।

"মসি অসুম হৈনবী হায়বদুনি," ওলেনিন্না খুম্লকই। "করিগীনো?"

"হুম, ঐখোয়গী মরক্তা কনাগুম্বা অমনা মৈখু থক্লবদি অকায়বা থোক্লমগনি! অদু হৌজিক য়েংউ, চীংশিং অসি থাপ্না লৈতে," লুকাশকানা মখা তারকই, "অদুবু মফমদুদা নহাক্না থুংবদি ঙম্লোই! নহাক নতোমতা করম্না হুনগনি? নুমিৎ তাথরক্লে। নহাক্না পাম্লবদি ঐ থিনগে। কোর্পোরেল অদুদা ঐবু ছুটি পীনবা হায়য়ু।"

"কয়াদা নীংথিব্রবা মীনো!" ওলেনিন্না কোসাক অদুগী হরাউ-হরাউবা মায়খোঙ অদুদা য়েংলগা খম্লকই। মহাক্না মারিয়ানকাবু অমসুং থোঙ্গাল ময়াদা মহাক্না তাখিবা চুপ্নবগী মখোল অদু নীংশিংলকই, মহাক্না লুকাশকাগী অমদি মাগী চাওখৎপা বাৎপা মতৌ অদুগীদমক নুংঙাইতে। "কযাদা চমম্নগ্রবনো," মহাক্না খম্লকই। "মী অমনা অতোপ্পা মী অমবু হাৎলি, অদুগা মহাক্না য়াম্না অচৌবা থবক অমা পাঙথোক্লবগুম্না নুংঙাই অমসুং পেল্লি। মহাক্না হরাউ-মথোই কাবগী মরম লৈতে হায়না করিমতনা মঙোন্দা হায়দে অমদি নুংঙাইবা হায়বসি হাৎপদা লৈতে, মশাবু কখোকপদা লৈ হায়বসি ওইবা য়াব্রা?"

"ফরে, হৌজিক নহাক্না মহাকপু অমুক উম্নরমদবদুনা হেন্না ফৈ, মরূপ!" হি অদু থিন্দোক্লবা কোসাকশিংগী মরক্তগী অমনা লুকাশকাবু কৌরদুনা হায়রকই। "মহাক্না নহাক্কী মরমদা হংবদু নহাক তাহৌব্রা?"

লুকাশকানা মকোক হাইগৎলকই। "ঐনা লাইমিং লোবীবা নুপা অদুবুরা?" লুকাশকানা হায়রকই, বাহৈদুনা হায়রিবদু অশিবা চেচেন অদুবুনি।

"নহাক্না লাইমিং লৌবীবা নূপাদুদি হৌগৎলক্লরোই, অদুবু অঙাঙবা অদুদি লাইমিং লৌবীরিবদুগী মনাউনি!"

"মহাক মশাবু পুরা নাহোকচবগীদমক ঈশ্বরবু থাগৎচৌ হায়য়ু," লুকাশকানা য়াতোন উনা নোক্লগা খুম্লকই।

"নহাক করিগীদমক্তা নুংঙাইরিবনো?" ওলেনিন্না হংলকই। "করিগুম্বা নহাক্কী নচীন-ননাউদ্ হাৎলম্লে হায়না খল্লবদি নহাক নুংঙাইগদ্রা?"

কোসাক অদুনা ওলেনিন্দা মমীৎনা নোক্নুনা য়েংলকই। মহাক ওলেনিন্না হায়নীং-লিবা, অদুবু খন্নরিবশিং অসিগী মথক্তদি লৈগদবা বা পুন্নমক অদু খঙবগুম তৌই।

"অদুগা, মদুসু থোকই। ঐখোয়গী মীশিংসু করিগুম্বদা হাৎখিদ্রা?"

# ২২

লেফটেনেন্ট অদুগা খুলগী মকোক অদুগদি শগোল তোংদুনা চৎখ্রে; অদুগা ওলেনিন্না লুকাশকাবু পেলহন্নবা অমসুং অমম্বা উমংদা ফাওদুনা মথন্তা হন্দনবগীদমক কোর্পোরেল অদুদা লুকাশকাবু ছুটি পীবিনবা হায়রে, কোর্পোরেল অদুনা অদুম্না তৌরে। ওলেনিন্না লুকাশকাদু মারিয়ানকাগা উন্নবা পান্নমগনি হায়না খল্লি; অদুগা অসিগুম্বা মশক-মতৌ ফজবা, তিন্নবা নুংঙাইবা কোসাক অমগা লোয়নবা অসিদা মহাক নুংসু নুংঙাই। লুকাশকাগা মারিয়ানকাগা মাগী পূক্নীংদা মথন্তা পূলহনখি, অদুগা মহাক মখোয়গী মরমদা খনবদা নুংঙাইবা পোকই। "মহাক্না মারিয়ানকাবু নুংশি" ওলেনিন্না খল্লকই, "অদুগা ঐনা মারিয়ানকাবু নুংশিজবা পাম্মী।" অমম্বা উমংদুদা ফাওদুনা মবানি অসুম য়ূম্লোমদা লাকমিন্নবদুদা শক্তি লৈবা অনৌবা পূক্নীংগী থোৎ-নৌবা ইহুল অমনা মাবু খুদুমচনখি। লুকাশকাসু নুংঙাইবা পোকই; য়াম্না খেন্নরবা নহা ওইরিবা মী অনীদুগী মরক্তা নুংশিনবা মানবা করিগুম্বা অমা ফাওহল্লি। মখোয় অমুক অমুক অমগা অমগা য়েংনবা খূদিংগী নোক্লীংই।

"নহাক করম্বা গেটশিংদা চঙগদৌরিবনো?" ওলেনিন্না হংলকই।

"ময়ায় থংবশিং অসিদা। অদুবু ঐ নহাকপু অচোৎপা অকূৎপা লম অদু ফাওবা থিনগে। মদুগী মতুংদদি নহাক্কী করিসু কিনীংঙাই লৈত্রে।"

ওলেনিন্না নোক্লকই।

"ঐবু কিরে হায়না খনব্রা? হনখ্রো, নহাকপু য়াম্না থাগৎচরি। ঐ ইথন্তা অদুম য়াররনি।"

"ফরে অদুদি। ঐনা করি তৌগনি? অদুবু নহাক্না করম্না কিরোইদৌরিবনো? ঐখোয় ফাওবা কিরিবনি," লুকাশকানা ওলেনিনগী মশাবু ৰাংনা খঞ্জবা মতৌদু তোকখিনবা হায়রকই, অদুগা নোক্লকই।

"অদুদি ঐগা লাক্লো। ঐখোয় ৰারী-ৰাতাই শাশি, থকমিন্নসি, অদুগা নহাক অয়ুক্তা হনখিবা য়াই।"

"ঐগী অহিং লেন্নবা মফম ফংলরোই খল্লুরব্রা?" লুকাশকানা নোক্লকই। "অদুবু

কোর্পোরেল অদুনদি ঐঙোন্দা হল্লক্লবা হায়রকই।"

"নহাক্লা ঙরাং অহিং ঈশৈ শকপা ঐনা তাখি, অদুগা নহাকপুসু উখি।"

"ফৈ..." অদুগা লুকাশকানা মঙক নোম্লকই।

"নহাক লুহোংগদৌরে হায়বা চুম্রা?" ওলেনিন্না হংলকই।

"ইমানা ঐবু লুহোংবা পাম্মী, অদুবু ঐদি হৌজিক ফাওবা শগোল অমতা লৈত্রি।"

"নহাক রেগুলার সার্ভিসতা লৈত্রিব্রা?"

"লৈত্রি য়াম্না ঝখলি! ঐদি থবক চঙবদা ঙায়রি। ঐ হৌজিক ফাওবা শগোল অমা ফংদ্রি, ঐ অমা লৈবা ঙমদে। মরম অদুননি লুহোংদ্রিবা।"

"শগোল অমগী মমলদি কয়ানো?"

"তুবেল ঝাংমদগী শগোল অমা ঐখোয়না নুমিৎ খরনিগী মমাঙদা মমল ঙাঙনরুই, মদু নোগাই শগোল ওইরবসু সিলভরগী রুবল হুম্ফু লৌ হায়বা য়াদে।"

"ঐগীদা লাক্লগেরা, ঐগী *ড্রাবান্ট* ওইনবা?" (*ড্রাবান্ট* হায়বসি লানচঙবগী থবক তৌরিবা অফিসার অমগী পাউ পুবা মীওই মখল অমনি।) "মদু ঐ শীনগে, অদুগা নঙোন্দা শগোল অমা পীগে," ওলেনিন্না খঙহৌদনা হায়রকই। "অশেংবনি হৌজিক ঐগী অনী লৈরি, ঐনা অনীমক্তু দরকার ওইদে।"

"অনীমক্তু দরকার ওইদবা?" লুকাশকানা নোক্লুনা অমুক হন্না হাযরকই। "কবিগীদমক্তা খুদোল অমা পীগদৌরিবনো? ঐখোয় ইশানা অদুম ফংনবা হোৎনজগনি, ঈশ্বরগী থৌজালনা।"

"নত্তে, অশেংবনি। নত্রগা *ড্রাবান্ট* অমা ওইবদু পামদব্রা?" ওলেনিন্না লুকাশকাদা শগোল অমা পীবগী ৱাখলদু মকোক্তা চঙখিবা অদুদা নুংঙাইবদুনা হাযবকই, মবম কবিগীনো খঙদ্রবসু মহাক্লা নুংঙাইতবা অমদি পুক্নীংদা চমন্নবা অমা ফাওরকই, মহাক্লা ৱা ঙাঙগে তৌবদা করি হায়সিগে হায়ফম খঙদে।

লুকাশকানা হান্না অচীকপদু থুগায়রকই।

"রসিয়াদা নশাগী য়ুম লৈব্রা?" মহাক্লা হংলকই।

ওলেনিন্না য়ুম অমতা নত্তনা য়াম্না লৈ হাযনা খুমখিবদু ফাথবা ঙমহৌদে।

"অফবা য়ুম? ঐখোয়গী অসিদগী হেন্না চাউবা?" লুকাশকানা হরাউ-হরাউ হংলকই।

"য়াম্না হেন্না চাউই, শরূক তরা চাউই, অদুগা মথোল অহুম ঝাংই," ওলেনিন্না খুন্নকই।

"অদুগা নহাক্কীদি ঐখোয়গী শগোলশিং অসিগুম্বা লৈব্রা?"

"শগোল চামা লৈ, অমমমদা কবল চহুম নত্রগা চামরি পী, অদুবু মখোয়শিংদু নখোয়গীসিগা মান্নদে। সিলভরগী কবল চহুম। নীংথিনা চেনবা তম্বীরবা ওাক্তনি... অদুমকপু, মফম অসিগী শগোলশিং অসিনা ঐ খ্বাইদগী পাম্মী।"

"ফরে, অদুগা নহাক্না মফমসিদা লাক্লিবা অসি নশানা লাক্লীংদুনা লাক্লিব্রা নত্রগা নহাকপু মীনা থারকপ্রা?" লুকাশকাদু অসুম মোমোন নোকপগুম তৌনা হায়রকই। "য়েংঙউ, মফমসিদনি নহাক্না লম্বী লম্যাঙনখিবদু," মখোয়না লাম্থোক্লিবা লম্বী অমদা থিন্দুনা মহাক্না শমথরকই, "নহাক্না য়েংলোমদা লৈশিল্লমগদবনি।"

"ঐ ইশানা লাক্লীংদুনা লাকখিবনি," ওলেনিন্না খুম্লকই। "ঐনা নখোয়গী লমসি য়েংবা অমদি লানচঙবগী থবক তৌবা খরা পাম্লম্মী।"

"ঐদি নুমিৎ অমদা হেক্তা লান চৎলি," লুকাশকানা হাযবকই। "নহাক লমহূই খোংলিবসি তাব্রা?" মহাক্না তানা তানা মখা তাবকই।

"নহাক মী অমা হাৎলুবদা করিসু অকিবা পোক্তব্রা হায়বা?" ওলেনিন্না হংলকই।

"মদুদা করি কিন্নীংঙাই লৈবগে? ঐদি লানচঙবা পাম্মী," লুকাশকানা অমুকসু হন্না হায়রকই। "ঐদি মদু তৌনীংই!"

"ঐখোয় পুন্না চৎমিন্নবা য়াই। ঐখোয়গী কম্পনিনা ছুটি মমাঙদা চৎকদৌরি, অদুগা নখোয়গী চামা অদুসু।"

"মফম অসিদা লাকপা পাম্লুরিবদি করিগীনো? নহাক্কী যুম, শগোলশিং অমদি মীনাইশিং লৈরে। নহাক ওইরম্লবদি ঐ নুংঙাইথোকপা নত্তনা করিসু তৌরম্লোই! নহাক্কী রেঙ্ক করিনো?"

"ঐ কেডেট অমনি অদুবু থবক তৌনবা খল্লক্লে।"

"ফরে, নহাক্না নয়ুমগীদমক্তা নাপল তৌদ্রবদি, ঐনা করিগুম্বা নহাক ওইরম্লবা ঐ কৈদৌঙদসু মদু থাদোক্লম্লোই! উম, ঐ মফম কৈদসু চৎলম্লোই। নহাক ঐখোয়গী ইরক্তা লৈনীংব্রা?"

"উম, লৈনীংই," ওলেনিন্না খুম্লকই।

অসুম্না বারী শাদুনা লাকপনা মখোয়না খুল অদু য়ৌদ্রিঙৈদা ফনা য়াম্না মমশিনখ্রে। উমংগী শূক্লা মম্বা অদুনা মখোয়বু হৌজিক কোয়শিনখ্রে। উগী মতোনশিংদা নুংশিৎনা তেংথা-নাওইবা খোম্থোক্তা শীৎলি। মখোয়গী মনাক য়াম্না নক্না লমহূইশিংনা খঙহৌদনা শাংনা চিংদুনা, তপ্না নোক্তুনা, হীক্না কপ্লুনা খোংলকপগুম তৌই; অদুবু মখোয়গী মাঙলোমদদি খুঙঙদা নুপীশিংগী খোঞ্জেলগী মখোল অমসুং হূইশিংনা খোংবগী মখোল হাম্মনা তারে;

খাংপোকশঙশিংগী মপুং ওইবা শক্তমশিং অদু ময়েক শেংনা উরক্কদৌরে; মৈঙালনা মুশি মুশি ঙাল্লি, নুংশিত্তা তিল্লিবা শম্বী অকংবা থাবা মৈখুগী তোপতোপ্পা মনম অমা নম্মী। থোইদোক্পা অহিং অদুদা, খুল অসিদা মাগী ময়ুম, ইমুং-মনুং অমদি মাগী নুংঙাইবা অপুম্বা লৈবগুম ওলেনিনগী বাখলদা ফাওরকই, কোসাক খুল অসিদা নুংঙাইনা লৈবা অসিগুম্না করিগুম্বা মফম অমতদসু লৈথিদ্রি অদুগা লৈসু লৈররোই হায়না মহাক্কী মপুক্কীংদা ফাওরকই। মহাক্না মীপুম খুদিংমকপু, মরু ওইনা অহিং অদুদদি লুকাশকাবু য়াম্না নুংশি। লুকাশকানা ঙকপদি, মখোয়না ময়ুম য়ৌরগা ওলেনিন্না মখুৎমক্তা মাগী শগোলশঙদগী মানা গ্রোজনায়াদগী লৈরকপা — মানা মহৌশা তোংনবা শগোলদু নত্তবা অতোপ্পা, চহীদি নৌদ্রবা ওইরবসু ফত্তবা শগোলদি নত্তবা অমা মহাক্না চিংদুনা পুথোরকই অদুগা মদু লুকাশকাদা পীরে।

"নহাক্না ঐঙোন্দা খুদোল অমা পীগদৌরিবা করিগীনো?" লুকাশকানা হায়রকই। " ঐদি হৌজিক ফাওবা নহাক্কী করিসু তৌথিদ্রি।"

"মসি তশেংনা করিসু নত্তে," ওলেনিন্না খুম্নকই। "মসি লৌশিল্লু, নোংমা নহাক্না ঐঙোন্দা খুদোল অমা পীগনিদনা... ঐখোয় পুন্না য়েক্লবগী মায়য়োক্তা লান্দাবা চৎমিন্নগনি।"

লুকাশকাদু চমম্নবা পোক্লকই।

"অদুবু নহাক্না হায়রিবসি করি বানো? নহাক্না খঙলিবনি, শগোল অমগী মমল য়াম্না য়াম্মী," মহাক্না শগোলদুদা য়েংদনা হায়রকই।

"মসি লৌ, মসি লৌ! লৌদ্রবদি নহাক্না ঐবু নুংঙাইহন্নরোই। ভানয়ুশা! উৎমানবা শগোল অদু মাগী য়ুমদা পুরো।"

লুকাশকানা শগোলগী থৌরী অদু পায়রে।

"ফরে, অদুদি, নহাকপু থাগৎচরি! মসি ঐনা কৈদৌঙেদসু নীংলুদবা পোৎ অমনি হায়বা তাই।"

ওলেনিন চহী তরানিথোইগী নুপামচা অমগুম্না নুংঙাইরকই।

"মফমসিদা পুনশিল্লু। মসি অফবা শগোলনি। ঐনা মসি গ্রোজনায়াদগী লৈরকপনি; মসি নীংথিজনা খুরুপ থৌবা য়াবনি! ভানয়ুশা, ঐখোয়দা *চিখির* খরা পুরকউ। খাংপোক মনুংদা চঙলকউ।"

য়ু অদু পুরক্লে। লুকাশকানা ফমথরে অদুগা য়ুগী পাত্র অদু লৌই।

"ঈশ্বরনা কৃপা তৌরবদি, ঐনা নঙোন্দা অমুক শিংনবা লম্বী অমা ফংগনি," মানা

য়ুদু থক্লগা হায়রকই। "নহাক্কী মিং করি কৌই?"

"দমিত্রি আন্দ্রেচ।"

"ফরে, দমিত্রি আন্দ্রেচ, ঈশ্বরনা নঙবু থৌজানবীসনু। ঐখোয় *কুনাক* ওইরগনি। হৌজিক্তি নহাক্না ঐখোয়বু উন্নবা লাক্কদবনি। ঐখোয় ইনাক খুন্দবা মী ওইবা য়াই, অদুবু ঐখোয় *কুনাক* অমদা করন্না চৎকদগে হায়বদি খঙই, অদুগা নহাক্না হেক দরকার ওইরকপদুমা শঙ্গোম অফম্বা ওইরবসু, অঙ্গুর ওইরবসু ঐনা ইমাদা হায়গনি — নহাক্না কোর্ডোনদা লাক্লবদি শা তানবা চৎপদা নত্রগা তুরেল লান্দুনা নহাক্না চৎনীংবা মফমদা চৎপদা ঐনা নহাক্কী খোঙলোই ওইগনি। মফমদুদা হন্দক নুমিৎ খরনিতগী মমাঙদা ঐনা কয়াদা চাউথ্রবা লমওক লাবা অমা হাৎখিবা, মদু ঐনা কোসাকশিংগা য়ৈন্নে; অদুবু ঐনা খঙন্নবদি মদু ঐনা নঙোন্দা পীথোরক্লমগদবনি।"

"ফরে অদু, নহাকপু থাগৎচরি! অদুবু শগোল অসি শাবোত্তি হাপ্পুনু, মসি কৈদৌ-নুংদসু শাবোৎ হাপত্রিবনি।"

"করিগী শাবোৎ হাপ্পুদগে? অদুগা নহাক্না য়ানীংলবদি ঐনা নঙোন্দা হায়নীংবা করিগুম্বা অমগা লৈরি," লুকাশকানা খোঞ্জেল তপথনা হায়রকই। "ঐগী গিরৈ খান হায়বা *কুনাক* অমা লৈ। মহাক্না ঐঙোন্দা মখোয়না চীংদগী কুমথরকপদা লম্বীগী নাকন্দা য়েক্লবা লুম্মিন্নসি হায়রম্মী। ঐখোয় চৎমিন্নসিরা? নঙোন্দা নমথাক তৌরোই। ঐ নহাক্কী *মুরিদ** ওইগনি।"

"ফৈ , ঐখোয় চৎকনি; নোংমা চৎকনি।"

লুকাশকাদু হাইফেৎ মেন তাথরকপগুম অমদি ওলেনিন্না তৌরিবদু খঙবগুম তৌরকই। মহাক্কী অঙ্গংবা মতৌ অমদি অতপ্পা শাজৎ অদুনা ওলেনিনবু ঙকহল্লি, মদুদা মহাক হাইফেৎ ফাওবা নুংঙাইরক্তে। মখোয় কুইনা বারী শারে, অদুদগী লুকাশকানা য়ু য়াম্না থক্লগা, ঙাওদি ঙাওদনা (মহাক পঙনা য়ু ঙাওদে) ওলেনিনগা খুৎ শোক্লরগা চৎখিবা অদু নুমিৎ থেঙলে। ওলেনিন্না মানা তৌবদু উনবা থোঙনাউদা য়েংথোকই। লুকাশকাদু মরু লুকথদুনা তপ্পা থোকখি। অদুদগী শগোল অদু থোঙ্গালদগী চিংথোক্লগা মহাক্না খঙহৌদনা মকোক নোম্নগা হৌদোঙ অমগী মতৌগুম্না মদুগী মনঙ্গন্দা চোংখত্তুনা শগোলগী খুর্জি মরীশিংদু পায়খৎলগা অমুক্তং লাউরগা লম্বীদা থৌদুনা চৎখ্রে।

লুকশাকনা মারিয়ানকাগা মহাক্কী নুংঙাই শরুক য়ামিন্নরুগনি হায়না ওলেনিন্না আশা তৌই, অদুবু মহাক্না মদুম তৌদ্রবসু ওলেনিন হৌজিক পুন্সীদা মানা থেংনরকপদগী মদুনা

---

* তাকপিবা মী।

খ্বাইদগী হেন্না থবায়দি নুংঙাইবা পোকই। মহাক নূপামচা অমনা নুংঙাইবগুম নুংঙাইরকই, অদুগা মহাক্না শগোল অদু লুকাশকাদা পীখিবগী ৱাদুদা নত্তনা করি মরমদগী মদু পীখ্রিবনো হায়বদুগী ৱা অমসুং মহাক্কী অনৌবা নুংঙাইবগী তত্ব অদুগী মরমদা ভানয়ুশাদা তমদবা ঙমদে। ভানয়ুশাদি মসিগী তত্ব অসি য়াদে, মহাক্না খঙহন্লকই *লা' অরজে'ইল ন'ই এ পা!** মরম অদুনা পূন্নমক অদু নতৈ চাদবনি।

লুকাশকানা শগোল তোংদুনা ময়ুমদা চৎলে, শগোলদগী চোংথদুনা শগোলদু মমাদা পীরগা মদু কোসাক মীয়ামগী শগোল-শরুগ্গা য়াওহল্লু হায়না মমাদা হায়রকই। মহাক মশামক্তি অহিং অদুমক্তদা কোর্ডোনদা অমুক হনবা তাই। মাগী মরোল থোক্তবী মচে অদুনা শগোলদু শেন্ননবা তৌরে, অদুদগী মহাক্না ইঙ্গিৎশিং তৌদুনা তাক্লকই মদুদি শগোল পীরকপা নূপাদু উরবদি মহাক্না মখোঙদা খুরুমগনি হায়না। অহল ওইবী নূপী অদুনা মচাগী ৱারী তাবদা মঙক্তমক নোম্মী, মাগী মপূক্নীংদদি মদু মহাক্না হ্বাল্লকপনি হায়না লৌই। মরম অদুনা মহাক্না নোং ঙাল্লিবৈদা মদু শগোল-শরুগ্গা পুনবা মনা পঙবী নূপীমচা অদুদা হায়রকই।

লুকাশকা ওলেনিন্না তৌরকখিবা থবক অদুগী মরমদা খল্লদুনা মথন্তা কোর্ডোনদা হনখ্রে। মহাক শগোল অদু অফবা অমনি হায়না খন্দে, অদুম ওইনমক মদু য়ামদ্রবদা রুবল নিফুমুক্তি পীবনি, খুদোল অদু ফংবদা মহাক য়ান্না নুংঙাই। অদুবু করিগীদমক্তা মদু মঙোন্দা পীরক্লিবনো হায়বদু মহাক শূকখঙ খঙবা ঙমদে, মরম অদুনা মহাক্না তৌবীমল খঙবগী ৱাখল মচেৎ অমা ফাওবা মপূক্নীংদা ফাওদে। অমরোমদা, কেডেট অদুনা মঙোন্দা করিগুম্বা ফত্তবা ৱাখল লৈদুনা তৌরিব্রা হায়দুনা শেংফাত্তবা চিংনবা ৱাখল অমনা মাগী পূক্নীংদু পীক থল্লি। অদুগুম্বা অনীংবশিংদু করিনো হায়বা মহাক হায়বা ঙমদে, অদুবু শকখঙদবা মী অমনা মরম করিগীসু নত্তবদা রুবল নিফু পীবা শগোল অমা চুম্না থৌজানবীদুনা মঙোন্দা পীরকপগী ৱাখল অদু মানা য়াবা ঙমদে; মসি ওইথোক্তবা ওইনা তৌই। মহাক য়ু ঙাওবা ওইরম্নবদি কনাগুম্বা অমনা খঙগনি! মহাক্না লৈ হায়বা উখোরুবা তৌরম্বা য়াই। অদুবু কেডেট অদু ঈংথখি, মরম অদুনা মঙোন্দা করিগুম্বা অরানবা অমা তৌহন্নবা পোৎ-চৈ পীবগী ৱাখল ওইরম্বা য়াই। "ইহে, থোক্কী মী!" লুকাশকানা খল্লকই। "ঐ শগোল অদু ফংদে, অদুগা ঐখোয়না মতুংদা উরক্কনি। ঐ ইশামক অপঙবা অমা নত্তে, অদুগা ঐখোয় কনানা হেন্নবগে হায়বদু য়েংবা তারে," মহাক্না মশাবু ঙাকশেনবগী দরকার লৈরে হায়বদু মপূক্নীংদা ফাওরদুনা অমসুং মদুনা মরম ওইদুনা মহাক্কী মশাদা ওলেনিনবু হঙোই-তূক্কচবগী

* পেশা লৈব্রে।

বাখল অমা পোক্লদুনা খল্লকই। মহাক্না মতৌ করম্না শগোলদু ফংলকপগে হায়বা কনাদসু তমদ্রে। কনাগুম্বা খরদা মহাক্না শগোল অদু লৈরকপনি হায় অদুগা অতোপ্পা অতৈশিংদনা মহাক্না লৈথোক্লুনা খুম্মী। অদুম ওইনমক, খুল অদুদা থুনমক অচুম্বদু খঙনরক্লে; লুকাশকাগী মমা, মারিয়ানকা, ইলিয়া ভাসিলিয়েভিচ অমসুং অতৈ কোসাকশিংনা মখোয়না ওলেনিনগী কান্নদ্রবা খুদোল অদুগী মরমদা তারবা কান্দা চমম্নে, মখোয়না কেডেট অদুগী মায়য়োক্তা ঙাকশেনবা হৌরকই। অদুবু মখোয়না কিদুনসু, মাগী থবক অদুনা মখোয়দা মাগী *অচম্বা মতৌ* অমদি লন-থুম অদুগী মরমদা য়াম্না ইকাইখুম্নবা বাখল অমা পোকহল্লি।

"নখোয় তারব্রা," অমনা হায়রকই,"ইলিয়া ভাসিলিয়েভিচকীদা লৈবা কেডেট অদুনা রুবল য়াঙখৈ পীব্বা শগোল অমা লুকাশকাদা পীদুনা অরেম্বদা মাঙহল্লে? মহাক ইনাক খুল্লম্বা তাই! ..."

" উম, ঐ মদু তারে, " অতোপ্পা অমনা তেল্লপ্পা পাউখুম পীরকই, " মহাক্না মাগী করিগুম্বা অচৌবা থবক অমা তৌরমগনি। মঙোন্দা করি থোক্লবগে হায়বদু য়েংসি। অহ! *উরভান* অদু কয়াদা মরাইবক ফম্নবনো!"

"কেডেটশিং অদু চালাক্কী মী ঙাক্তনি," অহমগুবা অমনা হায়রকই। " য়েংউ মহাক্না য়ুম নক্লগা করিগুম্বা পোৎ অমা মৈ হেক থারক্লবদি!"

# ২৩

ওলেনিনগী পুন্সীদু হৈনিংদনা চাং নাইবা মওঙ অমদা অসুম লেপ্লি। মহাক্লা য়াথং তৌবা অফিসারশিংগা নত্ত্রগা মাগা থাক মান্নবশিংগা কয়া তোপ্পন-তিন্নদে। হীরম অসিদা কোকেসসতা ইনাক খুনবা কেডেট অমগী ফীবমদা তোপতোপ্লা খুদোংচাবা লৈ। মহাক থবক শূনবা নত্ত্রগা ট্রেনিং তৌনবা থাদোরকপা নত্তে। লানচঙবা অমদা য়াওরুবগীদমক মনা ওইনা মহাক অসি থবক্তা খল্লকপনি, মরক অসিদা মহাকপু ঈংনা থম্বী। অফিসারশিং অদুনা মহাকপু অচৌ-অশাং অমা ওইনা লৌই অমসুং মঙোন্দা ব্যবহার তৌনা চত্থলি। মঙোন্দদি মহাক্লা লানচঙবদা সিফাইগী তোখাইবা কাঙলুপ অদুগা লৈবা মতমদা থেংনপ্রবা, জুবার শান্নবা অমদি ঈশৈশকপা সিফাইশিংগা লোয়ননা অফিসারশিংগী চরাঙনবা য়ু থকপা পার্টি অদুদা মাবু পুক্লীং চিংশিনবা ঙমদে, অদুনা মানসু সমাজবু অমসুং খুঙ্গঙদা লৈরিবা অফিসার-শিংগী পুন্সী মরেলদু থাদোকই। কোসাক খুলদা লৈরিবা অফিসারশিংগী পুন্সীদু মতম কুইনা মশাগী ওইবা অরেপ্লা মওঙ অমদা অসুম লৈখি। কেডেট নত্ত্রগা অফিসার খুদিংমক্লা লানবন্দা লৈরিঙেদা চাং নাইনা পোর্টর থকপা, জুবার শান্নবা অমদি লানচঙবদা য়াওরুবগী মনা-মথুমশিংগী মরমদা নৈনবা অদুগুম্না কোসাক খুলশিং অসিদসু মখোয়না চাং নাইনা য়ুম্বু-শিংগা *চিখির* থকমিন্নে, নুপীমচাশিংদা অথুম-অহাউ অমসুং খোইহি লৈদুনা পী, কোসাক নুপীশিংগী মতুং কোয়ইন ইন্নদুনা লৈ, নুংশিনৈ, অদুগা মরক মরক্তা মফম অদুদা লুহোংই। ওলেনিন্না মতম পুম্বদা মথন্তগী ওইবা লম্বী অমদা চত্থলি, হান্নগী চত্থনরম্বা পথাপশিং অসি মহাক্লা ভাব তাদনা য়ানীংদবা অমা পোকই। অদুগা মফম অসিদসু মহাক কোকেসিয়ান অফিসার অমগী পুন্সীগী লীক্লম অদুদা তারুদে।

মহাক নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌবদা হৌগৎপা অসি তশেংনা মথন্তা অসুম তৌরক্রে। মহাক্লা চা থক্রুগা মাগী মাঙ্গোলদগী চীং-মান, অয়ুক্কী মতৌ অমদি মারিয়ানকাবু থবায় তানা য়েংলবা মতুংদা শন মউনগী শেগায়রবা কোট অমা লীথশিল্লি, অতীংবা নোইদবা শউন্না শাবা সেন্দল অমা তোংই, থাঙপাক অমা য়ানশিল্লি, নোংমৈ অমা পায়দুনা অপীকপা খাউ

অমদা চুরুটকা চান-থক্লবা চীঞ্জাক খরগা হাপ্লগা মাগী হুইদু কৌরগা পূং মঙাগী মতুংদা খুল অদুগী ঋাংমদা লৈবা উমংদুদা চথলি। সন্ধ্যাগী পূং তরেৎ তারকপদা মাগী পেটিদা নোংইন মঙা-তরূক য়াল্লদুনা (করিগুম্বদা শা অতৈ খরগা), মাগী চীঞ্জাক্কী অমদি চুরুটকী খাউ অদু শোক্লক্তনা চোকথনা, অরাম খৌরাংনা হল্লকই। মাগী মকোক্তা লৈবা ঋাখল অদু খাউ মনুংদা লৈরিবা চুরুটশিং অদুগুম্না লৈরম্বা থোক্লবদি কনাগুম্বা অমনা উরম্বা য়াই মদুদি পূং তরামরি চুপ্পা অদুগী মনুংদা করিগুম্বা ঋাখল অমা ফাওবা মদুদা চঙলকখিবা লৈতে।

মহাক্লা ঋাখল তেকখৎনা, শক্তি লৈনা, মপূং ফানা নুংঙাইনা হল্লকই, অদুগা মতম পূম্বদু মহাক্লা করি খল্লকপগে হায়বা মহাক হায়বা ঙমদে। মহাক্কী পুক্নীংদা ফাওরকপশিং অদু ঋাখল্লা, নীংশিংবরা নত্ত্রগা মঙলা? মখোয় অহুমদুমক্লি হেক হেক তোয়না ওইরিবা। মহাক মীৎ-না শিংলক্তুনা মশানা করি খল্লক্লিবগে হায়না মথন্তা হেক হেক হংজে; অদুগা মহাক মশামকপু অঙ্কুর হৈকোলদা মাগী লোয়নবী কোসাক নূপীগা থবক শূমিন্নবা কোসাক অমগুম্না নত্ত্রগা চীংদা লৈবা *অরেক* অমগুম্না নত্ত্রগা মহাক মশামক্তগী চেঙ্গোকখিবা লমওক লাবা অমগুম্না হেক হেক উজরকই। অদুগা মতম চুপ্পদা মহাক্লা নোংইন, লমওক লাবা নত্ত্রগা শজি য়েংদুনা অমদি ঙাইদুনা অদুম লৈ।

সন্ধ্যাদা অঙ্কল য়েরোশকানা মাগী মনাক্তা হেক হেক শোয়দনা ফম্লে। ভানয়ুশানা *চিম্বির* পাত্র অমা পুথোরক্লনি, অদুগা মখোয়না ঈংনা ঋারী-ঋাতাই হেক হেক শাই, থকমিন্নে, অদুদগী কায়নদুনা ফমুংদা য়াম্না চনীং তানা তূম্বা চঙই। মথংগী নুমিত্তা মহাক শা কাপ্পা চথলি, অমুক হন্না হকচাং ফগৎলক্কদবগী চোকথবদু তৌই, অমুক হন্না ফমদুনা ঋারী-ঋাতাই শামিন্নে, পীক থন্না থকমিন্নে অমসুং নুংঙাইমিন্নে। করিগুম্বদা, ছুটি নত্ত্রগা পোখাবা নুমিৎ অমদা ওলেনিন্না নুমিৎ চুপ্পা অদু ময়ুমদা লেল্লি। মদুদা মাগী মপূং ওইবা থবক্তি মারিয়ানকাবু য়েংবনি, মহাক মশামক খঙজদবা মিহৌবা অমগা লোয়ননা মহাক্লা মাগী থোঙনাউদগী নত্ত্রগা মাঙ্গোলদগী মারিয়ানকানা চৎপগী মওঙ মতৌ খুদিংমক য়েংই। মহাক্লা মারিয়ানকাবু ব্যবহার তৌই অমসুং চীংশিংগী অমদি অতিয়াগী ফজববু নুংশিজবগুম্না মহাক্লা মাবু নুংশি (অসুন্না মহাক্লা খল্লি), অদুগা মহাক্লা মহাক্কা করিগুম্বা মরী অমা লৈনবগী ঋাখল তৌদে। কোসাক লুকাশকাগা মারিয়ানকাগা লৈনবা মরী অদুগুম্বদু মহাক্কা মাগগী মরক্তা লৈবা য়ারোইদবগুম মানা নীংই, অদুগা ইনাক খুনবা অফিসারশিংগা অতোপ্পা কোসাক নূপী-শিংগা তোয়না লৈনরকপা মরী অদুগুম্বদুনা হেন্না ওইথোক্লোইদবগুম নীংই। মমান্নবা

অফিসারশিংনা তৌবদু মাসু মতৌ তমগে হোৎনরবদি মহাক্কী ধ্যান তৌবগী পুরা নুংঙাইজবা অদুগা অৱা-অনা, লান্না থাজরুবদগী নীংবা কায়বা অমদি অনুতাপকী নরক্কা ওন্নরগদবগুম মঙোন্দা থোকই। অমরোমদা মারিয়ানকাগা মরী লৈননা মশাগী ওইজবা থাদোকপগী মায়পাকপা অমা মানা হান্ননা পাঙথোকখ্রে, মদুনা মঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইবা অমা পীখি; অদুবু পুন্নমক্কী মথক্তা মারিয়ানকাবু মানা মওঙ অমদা কি, অদুগা করিসু নত্তবদা তয়াং তশোয়না মঙোন্দা নুংশিবগী বা ফোঙদোক্লবা হোৎনরোই।

কালেষ্কাগী মতমদা অমুকখক ওলেনিন্না শা কাপ্পা চত্তনা য়ুমদা ফমদুনা লৈরিঙৈদা মহাক্কা সমাজদা থেংনখিবা য়াম্না নহা ওইরিবা মোস্কোগী মরূপ অমা য়াম্না থাজদনা লাক্লে।

"অহ, *মো চের**, চান্নরবা মরূপ, নহাক মফমসিদা লৈ হায়বা তাবদা ঐ কয়াদা নুংঙাইখ্রবা!" মহাক্না মাগী মোস্কো ফ্রেঞ্চতা ঙাঙবা হৌরকই, অদুগা মানা ঙাঙবদুদা ফ্রেঞ্চ য়াম্লদুনা মখা তাথরকই। "মখোয়না হায়, 'ওলেনিন'। করম্বা ওলেনিন? অদুদগী ঐ অদুক্কী মতিক নুংঙাইরম্মী... লাইবক ফবনা ইবানি মফম অসিদা পুল্লরে! ফরে, অদুগা নহাকপু কমদৌরিবগে? করম তৌনা? করিগীদমক?" অদুদগী নিংথৌমচা বেলেটস্কিনা মহাক্না মতম খরগী ওইনা মতৌ করম্না রেজিমন্ট অদুদা চঙলকখিবা, মতৌ করম্না কমাণ্ডর-ইন-চিফনা মাবু তেংবাংবা অফিসার ওইনা খনবীগে হায়রকখিবা, অদুগা মহাক মশানদি মদুগী মরমদা কয়া থৌশারুদ্রবসু, লানচঙবগী থবক অসি লৌইরগা মহাক্না মতৌ করম্না পোষ্ট অদু লৌগদগে হায়বগী মশাগী ওইবা ৱারী পুন্নমক লীরকই।

"মফমসিদা, জুগোৎ চাদবা লৈফম অসিদা লৈদুনা, কনাগুম্বনা য়ামদ্রবদা পুক্নী অমা শেমগৎকদবনি, ক্রোস নত্ত্রগা রেঙ্ক অমা ফংগদবনি— নিংথৌরেনগী ঙাকশেনবা সিফাই মরক্তা ট্রান্সফর তৌগদবনি। মসি ঐ ইথত্তগী নত্তনা ঐগী মরী-মতা অমদি মরূপ-মপাংশিংগীদমক মশানা দরকার ওইবনি। নিংথৌমচা অদুনা ঐবু য়াম্না তরাম্না ওক্লম্মী; মহাক য়াম্না হৌনলোনচৎ খঙবা মীওইনি," বেলেটস্কিনা হায়রকই, অদুদগী লেপ্তনা ঙাঙথরকই, "ঐহাকপু লানগী খোঙচৎকীদমক সেন্ট অন্নাগী ক্রোস পীনবা খল্লক্লে। হৌজিক ঐখোয়না লানচঙবা হৌদ্রিঙৈগী মতম খরদি মফমসিদা পনখিগনি। মসি নীংথিজবা মফমনি। নুপীশিংনা কমদৌবা! ফরে, অদুগা নহাকপু করম তৌরিবগে? নহাক খঙইদনা ঐখোয়গী কেপ্তেন ষ্টারটসেভ হায়বা থৌজাল হৈবা, অপঙবা মীদু, মানা ঐঙোন্দা তাক্লকপনি... অদুগা, নহাক অকিবা ফংনা লৈবাকমচা তাদবা মীওই অমগুম্না লৈরে হায়না মহাক্না হায়, কনাগুম্বা

* ঐগী নুংশিজবা।

*অমতসু উন্নদনা! ঐ হাইফেৎ খঙই ঐখোয়গী 'সিদা লৈরিবা অফিসার কাঙবু অসিগা নহাক্লা তোৎন-তিন্নবা পামদে, ঐ হৌজিক্তি য়াম্না নুংঙাইরে, ইবানি অমনা অমগী মরমদা খরদি খঙনবা ঙম্নগনি। ঐ কোর্পোরেলগী য়ুমদা লৈরে। মফমদুদা উষ্টেনকা হায়বী নুপীমচা অমা লৈ! ঐনা নঙোন্দা হায়রিবসিনি, মহাক তশেংনমক শুপ্নাৎনীংঙাই ওই!"*

অদুদগী ওলেনিন্না মতম পুম্বগী ওইনা থাদোকখ্রে খল্লবা জগৎ অদুদগী ফেঞ্চ অমদি রসিয়ান ৱাহৈশিং মথং মথং হেন্না অসুম হৈথরকই।

মীয়ামগী মততা বেলেটস্কি হায়বসি মশক ফজবা, মবুক ফবা মীওই অমনি। অশেংবমক মহাক মদু ওইবা য়াই, অদুবু মাগী ফজরবা, থৌজাল হৈবা মায়থোঙ অদু ওইদুনসু ওলেনিন্না মহাকপু খমথেংনা হৈনদনা খল্লি। মানা চুম্নতা ওলেনিন্না থাদোকখ্রবা কান্নদ্রবা চালাক অদু ফ্দোরকপগুম তৌই। মানা য়াম্না হেক নুংঙাইত্রিবদি জগৎ অদুদগী লাকপা নুপা অদুবু খাম্বা ঙমহৌদবা, মদুগী পাঙ্গল লৈহৌদবা অদুনি। মহাক্না মরী লৈনরম্বা থায়নগী জগৎ অদুনা থিংঙমদবা দাবি অমা মঙোন্দা তৌবগুম তৌই। ওলেনিন্না বেলেটস্কি অমদি মহাক মশামকপু শাউনীংবা পোকই, অদুম ওইনমক মহাক্না অনীংবগী মায়য়োক্তা মানা ৱারী শাবদা ফ্রেঞ্চকী চৎনবী ৱাঙাঙ থেৎলি, কমাণ্ডর-ইন-চিফ অমদি মখোয়গী মোস্কোগী লোয়নবশিংদা মানা হৈনিংবা উৎলি, অদুগা মহাক্না বেলেটস্কিগা মখোয় অনীনা ফ্রেঞ্চ ঙাঙবা মরম্না মহাক্না মাগী মরূপ অফিসারশিংবু অমদি কোসাকশিংবু তৃক্কচনা ঙাঙই, বেলেটস্কিদা মরূপ-মপাং ওইবগী মতৌ উৎলি, মাগীদা লাক্কে হায়না ৱাশকই অদুগা মরক মরক্তা মাবু হেক উন্নরনবা বার্ত্তোন তৌই। অদুম ওইনমক ওলেনিন মশামক বেলেটস্কিবু উন্নবদি চত্তে।

ভানয়ুশাদি বেলেটস্কিবু তশেংনা লৈবাকমচা তাবা মী অমনি হায়রদুনা মাবু য়াই।

বেলেটস্কিনা থুনমক ইনাক খুনবা অফিসার অমনা কোসাক খুল অমদা লেন্নবা পুন্সী মরেল অদুগুম্না লেল্লি। ওলেনিনগী মমীত্তা মহাক থা অমগী মনুংদা খুলদুদা লৈবা কুইরবা মী অমগুম্না তৌরকই; মহাক্না অহল ওইবা নুপাশিংবু য়ু পীথকই, সন্ধ্যাগী পার্টিশিং শীল্লি, মহাক মশামক নুপীমচাশিংনা শীনবা পার্টিশিংদা য়াওবা চৎলি, মানা মাগী মায়পাকপদুগীদমক নাপল কায়, অদুগা করিগুম্বা খঙদবা মরম অমদগী নুপীশিং অমদি নুপীমচাশিংনা মঙোন্দা গ্রেনডেড ফাওবা য়ৌনা কৌনবা হৌরকই, অদুগা য়ু অমসুং নুপীবু পাম্বা মীবু ময়েক শেংনা খঙফম থোকপা কোসাকশিংনা মাগা তোরোৎ খোদানরকই, মখোয়দা চমন্ননা থোক্লিবা ওলেনিনদগী ফাওবা হেন্না মখোয়না মাবু পাম্মী।

## ২৪

অয়ুক্কী পুং মন্তা তারে। মাঙ্গোন্দা ভানয়ুশানা চাগী পাত্রদু মৈ চুৎখলি, অশাংবা খোঙউপ বূটকী মতোন্দুনা হুমাই ওইনা শীজিন্নদুনা হুন্নি। ওলেনিনদি হান্না শগোল তোংদুনা টেরেক্তা ঈরুজবা চৎখ্রে। (মহাক্না ইকুই কুইদনা অনৌবা নুংঙাইবা অমা হৌদোক্লে, মদুদি মাগী শগোলবু তুরেলদা ঈরুজবীবনি।) মাগী য়ুম্মুরেম্বী অদু শঙ্গোয়দা লৈ, মৈ হৌগৎপগী অকুংবা মৈখুনা চিন্নিদগী বা-বা কারকই। নূপীমচা অদুনা শঙ্গোলদা ইরোই অমোম অমা মখোম শুন্নি। "তূমিন্না লেপ্লু য়াদে, মথোঙ চাদবী!" শঙ্গোম শুম্বগী খোঙ্হোক্কী তাহ্না তুংইন্দুনা মাগী খাঙঙমদবা খোঙ্গেলদু তারকই।

য়ুমদুগী মমাঙদা সড়ক্কী শগোল লোংখুমগী থুনা খোরক্লিবা মখোল তারকই, ওলেনিন্না ফজরবা শাবন য়াওদবা মুশিল্লবা উৎমচু মানবা, হৌজিক ফাওবা ইরুং লংনা চোৎলিবা শগোল অমগী মথক্তা তোংলদুনা খোঙ্গাল য়ৌনা থৌগৎলকই। অভাঙবা রুমালনা পুনবা মারিয়ানকাগী মওঙ তারবা মকোক অদু শঙ্গোলদা উই, অদুদগী অমুক উখিদ্রে। ওলেনিন অভাঙবা সিল্ককী ফুরিৎ অমা লীৎলি, সরকেসিয়ান কোট অমা লীৎলি, মখাঙদা শউনগী পেটিনা ফাজিন্দুনা থাঙ অমা য়াল্লি, অদুগা অবাংবা টুপি অমা উপ্পী। মহাক্না মাগী নীংথিজনা মচীঞ্জাক পীজরবা শগোল মথক্তা হাইফেং ভাব তানা চীংলেন্না ফন্নগা মাগী মনঙ্গন্দা য়াল্লিবা নোংমৈদু মখুৎনা পায়রদুনা খোঙ্গালদু হাংদোকুবা মাঙলোমদা নোম্বুরকই। মাগী মশমদু হৌজিক ফাওবা চোৎলি, অদুগা মাগী মায়থোঙদু নহা ওইবগী, হকচাং ফবগী মতৌনা ঙাহোকই। মহাক মশানা মশাবু ফজে, মশা বীংই অমসুং *বিজিং* অমা মাল্লি হায়না খল্লে; অদুবু মানা লৌরিবদুদি লাল্লি। কনাগুম্বা য়াম্না থেংনরুবা খঙ-উরবা কোকেসিয়ান অমদদি মহাক অদুম চুন্নগী সিফাই অমনি।

নূপীমচাদুগী মকোক্তু থিন্দোরকপা উরগা মহাক্না থোইদোক্না মশা খীংনা পাকথরগা খোঙ্গাল অদু হাংদোকই, শগোল চুপ্রিদু চিংলগা শাজেদু মখোল থোক্না হাই অদুগা শূমাঙদা চঙখ্রে। "চা থৌরাঙ তৌরব্রা? ভানয়ুশা?" মহাক্না শঙ্গোলগী খোঙদা য়েংদনা হরাউনা

লাউরকই। মাগী ফজরবা শগোল অদুনা খুদুংগী শরূক অদু শূপকখুনা, খূর্জি অদু চিংলক্রগা তোংশা খুদিংমক থক থক নীক্না, শুমাঙগী কল্লবা লৈমায় মথক্তা কম্না চেন্দুনা খুমাঙ থাঙ্গৎলগা পাইখত্তুনা শম্বল চোংগদবগী তৌরকপা অদুদা ওলেনিন্না নুংঙাইবা পোকই। "সে প্রে," * ভানয়ুশানা খুন্নকই। ওলেনিন্না খঙই মারিয়ানকাগী ফজরবা মকোক অদু হৌজিক ফাওবা শঙ্গোলদগী থিন্দোক্লি, অদুবু মহাক্না মঙোন্দা য়েংনবা লৈথোক্তে। মহাক্না মাগী শগোলদগী চোংথরকপদা মাগী নোংমৈ অদু মাঙ্গোলদা পল্লি, ফীবম চাদনা হাইরং-তুরং তৌনা চৎলগা শঙ্গোল তন্না পাখৎপা মীৎয়েং অমনা লৈদুনা য়েংই, মফম অদুদা কনাসু উদ্রে অদুবু মফম অদুদগী শঙ্গোম শুম্বগী মখোলদি অদুম তারি।

মহাক খাংপোকশঙদা চঙলুরগা থুনা অমুক থোরক্রে, অদুগা মাগী কাংচূপ অদুগা লাইরিক অমগা লোয়ননা নুংশাগী মশেক-মঙাল ফংদ্রিবা মাঙ্গোলগী নাকল অমদা চা থক্কদবগী ফমথরে। নুমিৎ অদুগী চাকচামাঙ অদু মফম কৈদসু চখোক্রোই, কুইনা য়েথোক্তুনা ইদনা লৈরক্লবা চিঠি খরা ইগে হায়না মহাক্না নীংলে; অদুবু করিগুম্বা মরম খরদগী মহাক্না লৈরিবা মাঙ্গোল অদু থাদোক্নীংদবা পোক্লকই, খাংপোকশঙ অদু বন্দীশঙ অমগুন্না মহাক্না অমুক হন্না চঙনীংদে। য়ুম্বুরেম্বী অদুনা মহাক্কী ষ্টোভ অদু মৈ হৌগৎখ্রে, নূপীমচাদুনা শা-শন হৌইদোকখ্রগা অমুক হন্নখ্তুনা শম্বী অকংবা খোমজিল্লি, অদুগা শম্বলগী পরিংদা পৈশিল্লি। ওলেনিনদু লাইরিক অদুম পাদুনা লৈরি অদুবু মমাঙদা ফাক্লিবা লাইরিক অদুদা ইরিবা বাহৈ অমা ফাওবা মহাক খঙবা ঙমদে। মহাক্না মদুদগী মমীত্তু থাঙ্গক্তুনা শূমাঙদা কোয়চৎ চৎলিবী মপাঙ্গল ফরবী, ঈনখৎলকপী নূপীমচাদুদা য়েংদুনা লৈ। মারিয়ানকানা য়ুম্না মমি তাহল্লবা অয়ুক্কী চোৎ চোৎ লাউবা মরুমদা চঙখিবা ওইরবসু নত্ত্রগা অনৌবা নুংঙাইরবা নুংশা য়ৈরবা শূমাঙগী ময়ায়দা থক্কৎলবা ফিজোল শেৎলিবা মাগী নীংথিরবা হকচাং অপূম্বগী মঙাল অদু নুংশাদা থক্তোরক্তুনা মদুগী অমুবা মমি অমা তানা থোরকপা ওইরবসু— মতম পূম্বদা মাগী লেঙ-ওৎপগী মতৌদু অমতং নাহ্নোকখিগদ্রা হায়না মানা নুংশাথীবা পোকই। মহাক্কী মূর্ত্তি অদুনা নীংতম্না অমসুং নীংথিজনা লৈমায়দা নোঙ্করিবা; মাগী অমতা ঙায়বা মন্দ্রা মচুগী ফুরিৎ অচোনবী অদুনা মথুপ কয়া নাইনা থবাক্তা খুমদুনা মওঙ তারবা মখোঙশিং অদু ফাওবা য়ৌনা চোল্লিবা; মহাক্না চপতিংনা লেপ্পা অমসুং মহাক্কী ফুরিৎ অচোনবী অদুনা মহাক্কী লেঙলিবা থবাক্তুগী অচেৎপা মশক অদু উৎলিবা; অমনবা অঙাঙবা খুদোল খোঙউপ তোংলিবা মাগী তনৌরবা খোঙগী খুনিংশিং অদুনা মওঙ কায়বা লৈতনা লৈমায়দা নেৎলিবা;

* থৌরাঙ তৌরে।

মহাক্কী অকনবা মসল থোকপা পাম্বোমদুনা ফূরিৎ খুদাং থেক্কৎলগা অশাউবগুম তৌবা মান্না য়োৎপাক শীজিন্নরিবা, অদুগা মাগী মুশূক মুরবা মমীৎশিংদুনা করিগুম্বদা মঙোন্দা ফম্লপ য়েংলক্রিবা— পূন্নমক অসি উবদা মহাক নুংঙাই। ফজরবা পীশুমশিং অদু শূক্রবসু মাগী মমীৎশিংদুনা নুংঙাইবা অমদি মহাক মশাগী ফজববু খঙজবা মতৌ অমা ফোঙদোকই।

"ইস, ওলেনিন, নহাক হৌগৎপা কুইরব্রা?" বেলেটস্কিনা কোকেসিয়ান অফিসারগী কোট অমা লীৎলদুনা শূমাঙদা চঙলক্লগা হায়রকই।

"অহ, বেলেটস্কি," ওলেনিন্না মখুৎ তিংথোক্লদুনা খুম্লকই, "নহাক অসুক ঙন্না চখোরক্লিবা করিগীনো?"

"চখোরকপা তাখ্রে। ঐবু নমদুনা থারক্রে; ঙসি নুংদাং ঐখোয় বোল অমা তৌগদৌরি। মারিয়ানকা— নহাকসু উষ্টেনকাখোয়দা শোয়দনা লাক্কনিদনা?" নূপীমচাদুদা ওনশিন্দুনা মহাক্না মখা তারকই। বেলেটস্কিনা নূপী অসিদা অসুক লায়না কৌবা অদুদা ওলেনিন অঙকপা পোকই। অদুবু মাবিয়ানকাদি মানা হায়বদু তাদবদৌনা মকোক নোম্বদুনা য়োৎপাক্তু মরেংবান্দা হাইগৎলগা নূপা মানবা অচেৎপা খোঙথাংগা লোয়ননা শঙ্গোয় অদু তন্না চৎখ্রে।

"মহাক ইকাইরে, ফজবীসে, মহাক ইকাইরে," বেলেটস্কিনা মাগী মতুংদা লাউরকই। "নহাকপু ইকাইরিবনি," মহাক্না হরাউনা মোমোন নোক্তুনা মাঙ্গোলগী সিঁডি অদুদা চেনখৎলক্লগা মখা তাবকই।

"নহাক্কী বোল অমা তৌগদৌরি অদুগা নমদুনা থারক্লে হায়বসি করি হায়রিবনো?"

"মদু উষ্টেনকাখোয়দা, ঐগী য়ূম্বুরেম্বীগীদা তৌগদৌরিবনি— অদুনা নঙোন্দা বার্ত্তোন তৌবনি। বোল হায়ববু পাই অমা অদুগা নূপীমচাশিং পুনবা অসিনি।"

"অদুবু ঐখোয়না মফমদুদা করি তৌগদৌরিবনো?"

বেলেটস্কিনা খঙনা মোমোন নোক্লকই, অদুগা মমীৎ খৎলি, মারিয়ানকানা চঙখিবা শঙ্গোয় অদুগী মায়কৈদা মকোক নোম্নকই।

ওলেনিনদু মরেং হাইফেৎ শূপকৎলি, মমায় ঙাঙই। "ফরে, নহাকসি থাঙ্গৈশেংনা অঙকপা মী অমনি!" মহাক্না হায়রকই।

"শোয়দনা লাকউ, তৌশিন্নরনু!"

ওলেনিন্না পীশুম শূক্রকই, বেলেটস্কিনা মদু উরদুনা নৌথরদুনা য়ানবা থেম্বা মওঙদা মোমোন নোক্রকই।

"ওহ, লাকউকো, নহাক্না হায়রিবসি করি হায়রিবনো?" মহাক্না হায়রকই। "য়ুম অমতদা

লৈমিন্নবা— অদুগা অসুক চেংলৌ হেনবী, নীংথিজবী, লময়ৌনা ফজবী নূপীমচা অমগা—"

"অঙকপা ফংনা ফজে! ঐ অসিগুম্বী নূপী অমতা অমুক্তা উবিদ্রি," ওলেনিন্না খুম্নকই।

"ফত্রে অদুদি?" ফীবম অদু থোইনা খঙবা গুমদনা বেলেৎস্কিনা হায়রকই।

"মসি ঙকপা য়াই," ওলেনিন্না খুম্নকই, "অদুবু নঙোন্দা ঐনা অচুম্বদু করিগী হায়রোইদগে? ঐনা সিদা লৈরকপদগী, নূপীশিং অসি ঐঙোন্দা হিংত্রবগুম তৌরে। অদুগা মসি য়াম্নদি কৈ, তশেংনমক! হৌজিক অসিগুম্বা নূপীশিং অসিগা মান্নবা ঐখোয়গা মান্নবা করি লৈবগে? য়েরোশকাগী বানা অতোপ্পা অমনি! মহাক্কা ঐগা মান্নবা অপাম্বা অমদি লৈ— শা তানবদনি।"

"অদুনি! মান্নবা! অমালিয়া ইভানোভনাগা ঐগা করিদা মান্নবগে? অস্মানি! নহাক্কদি হায়বা য়াই মখোয়শিং অসি য়াম্না লূদে; মদুনা অতোপ্পা বা অমনি... *এ না ওরের, কোম এ না ওরের!* *... "

"অদুবু ঐদি কনাগুম্বা অমালিয়া ইভানোভনাশিং অমতা কৈদৌঙেদসু খঙদে, অদুগা অদুগুম্বা মখলগী নূপীশিংদা করম্বা লীচৎ চৎকন্দগে হায়বদু কৈদৌঙেদসু খঙদে," ওলেনিন্না খুম্নকই। "কনাগুম্বা অমনা মখোয়বু ব্যবহার তৌবা ঙমদে; অদুবু ঐদি মখোয়শিংসিবু ব্যবহার তৌই।"

"কৈ, মখোয়বু ব্যবহার অদুম তৌ! নহাকপু কনানা থিংবা পাম্বগে?"

ওলেনিন পাউখুম পীরক্তে। মহাক্কা হায়বা হৌখিবদু তশেংনা লোইশিন্নীংই। মদু মাগী থম্মোয়দা নক্না লৈ।

"ঐ খঙই ঐসি ময়ামগা মান্নদ্রবা হায়বদুনি..." মহাক তশেংনা চমন্নে। "অদুবু ঐগী পূন্নী অসি মথন্তা অসুম্না ওইজত্রে মদুদি ঐনা ঐগী নিয়মশিংবু থাদোকপগী দরকার লৈতে হায়বা খঙবতা নত্তে, ঐনা নহাক্না তৌরিবা অদুগুম্না লৈবা তারম্নবদি ঐ মকম অসিদা ঐনা তৌরিবা অসিগুম্না ইথন্তা নুংঙাইনা লৈবা ঙম্নম্লোই। ঐ করিগুম্বা অমবু থিরিবনি, নখোয়না থিরিবা অদুগা পুন্না খেম্নবা করিগুম্বা অমা মখোয়দা ঐনা উই।"

বেলেৎস্কি থাজদদুনা অঙকপা ফোঙদোরকই। "উপায় অমা তৌদুনা ঙসি সন্ধ্যাদা ঐগী ইনাক্তা লাকউ; মারিয়ানকা মকমদুদা য়াওগনি অদুগা ঐ নহাকপু মাগা লোয়নহনগনি। লাকউকো, চানবীদুনা! নহাক্না তন্নবসু অদুম হনখো। লাকত্রা?"

* [illegible]

"ঐ লাক্কে, অদুবু ইচম চম্না হায়রবদা, ঐ ইশাবু শাথিনা লাকশিনবা ঙম্লোইদ্রা হায়দুনা অকিবা পোকই।"

"ওহ, ওহ, ওহ!" বেলেটস্কিনা লাউরকই। "লাক্ত লাকউ, অদুগা ঐনা নহাকপু শেন্নগনি। লাক্কদ্রা? অওইবা ওইনা হায়রিব্রা?"

" ঐ লাক্কে, অদুবু ঐ তশেংনা খঙদে ঐখোয়না করি তৌগদগে, ঐখোয়না করি শরুক য়াগদগে হাযবা!"

"চানবীদুনা, ঐনা নঙোন্দা হায়জরিবসিনি। নহাক লাক্কনিদনা?"

"হোয়, ঐ লাকপা য়াই," ওলেনিন্না হায়রকই।

"থাঙ্গৈশেংবনি হৌজিক। অসিগুম্বা শুম্বাংনীংঙাই ওইবা নূপীশিং কনানসু মফম কদায়দা উদে, অদুগা লম্বোইবা অমদৌনা লৈবা! করি ৱাখলনো! অনকপগী খুদোংচাবা অদুদি লৌদনা নহাক্কী পুন্সী করিগীদমক্তা মাঙহনগদৌরিবনো? নহাক তারব্রা ঐখোয়গী কম্পনি অদু ভোজদভিঝেনস্কায়াদা চৎনবা য়াথং তৌরক্লে হায়বা?"

"মদু তৌগদবা য়াম্না মান্দে। ঐঙোন্দা হায়বকপদি নিপালগুবা কম্পনিবু মফমদুদা থাগনি হায়না হায়রকই," ওলেনিন্না হায়রকই।

"নত্তে। জেনেরেলগী তেংবাংবা অফিসারদগী ঐনা চিঠি অমা ফংখি। মহাক্না হায় নিংথৌমচা মশামক লানচঙবা অদুদা য়াওগদৌরি। ঐ য়াম্না নুংঙাইরে মাগী করিগুম্বা খরদি উরগনি। ঐদি মফম অসি তম্বা হৌরক্লে।"

"ঐখোয় থুনা লান্দাবা চৎলগনি হায়না তায়।"

"ঐদি মদুগী মরমদা তাদ্রি; অদুবু ক্রিনোভিটসিন্না সেন্ট অন্নাগী লান্দানবগী য়াথং ফংলে হায়বদি তায়। মহাক লেফটেনেন্টকী আশা তৌজবনি," বেলেটস্কিনা নোক্লুনা হায়রকই। "হাইফেৎ নীংবা কায়বা, করি হায়গে! মদুগী মতাংদা মহাক হেডকোয়ার্টর্সতা চৎখি..."

সন্ধ্যা য়াচঙবা মতম য়ৌরক্লে, ওলেনিন পার্টি অদুগী মরমদা খনবা হৌরকই। মহাক্না ফংখিবা বার্ত্তোন অদুনা মহাকপু থবায় ৱাহল্লি। মহাক চৎতি চৎনীংই, অদুবু মফমদুদা করি থোক্লগদগে হায়বসি চমন্নবা, নোক্নীংবা অদুগা হাইফেৎ থক্কৎপগুম ফাওবা তৌই। মহাক্না খঙই মদুদি নূপীমচাশিং নত্তনা কোসাক নূপা, নূপীশিং নত্ত্রগা অহল ওইবী নূপী অমতা মফম অদুদা য়াওরোই। করি থোক্লগদৌরিবা? মহাক্না করম্বা শাজৎ চৎলুগদবা? মখোয়না করি ৱারী শারক্কদবা? চাওখত্তবী কোসাক নূপীমচাশিংদুগা মাগা করি মরী লৈনবা? বেলেটস্কিনা মঙোন্দা অসিগুম্বা অঙকপা, নোক্নীংবা, অদুবু অচেৎপা মরীশিংগী মরমদা

হায়খ্রে। মফমদুদা মহাক্না মারিয়ানকাগা খাংপোক অমতদা পূন্না লৈমিন্নরুগনি অদুগা মাগা ৱারী শারুবা য়াই হায়বসি খল্লুবদা মঙোন্দা অঙকপা অমগুম থোকই। মহাক্না মারিয়ানকাগী চীংলেম্বা মতৌদু নীংশিংলুবদা মদু ওইথোক্তবা ওইনা মঙোন্দা থোকই। অদুবু বেলেটস্কিদি মদুগী মরমদা পূন্নমক পুরা ইচম চম্বদৌনা হায়। "বেলেটস্কিনা মারিয়ানকাবু অদুম্না লোয়নগনি হায়বসি ওইথোকপা য়াব্রা? মদু নুংঙাই," মহাক্না খল্লকই। "নত্তে, চত্তবনা হেন্না ফৈ। পূন্নমকসি অদুক্কী মতিক অকিবনি, শাজৎ লূদবনি, অদুগা মদুগীসু মথক্তা— মসিনা ফল করিসু পুরক্লোই!" অদুবু করি থোক্লুগদগে হায়বগী ৱা অদুনা মাবু অমুক হন্না অৱাবা পোকহল্লি; অদুগা অমরোমদা, ৱাশক অমনা পুনবদৌনা মাগী পুক্নীংদা ফাওই। মহাক পুক্নীংদা অরেপ্পা অমতা লৈতনা ৱাখল মওল মওল খন্দুনা থোরক্লে; অদুবু মহাক বেলেটস্কিগীদা তান্না চৎলে, অদুগা মফমদুদা চঙলে।

বেলেটস্কিনা লৈরিবা খাংপোকশঙ অদুগা ওলেনিনগীদুগা মান্নে। মদু উগী য়ুম্বী য়ুংদুনা লৈমায়দগী চাউরাক্লা ফুট মঙারোম ৱাংখৎনা শাই, অদুগা কা অনী লৈ। অহানবগীদুদা (ওলেনিন্না অঙম্বা সিঁড়ি থাক অদুদা কাদুনা চঙলকপদুদা), উচেক মতুগী মোম্পাক, ফিদা, কম্বল অমসুং মোস্তেকশিং মওঙ তানা অমদি নীংথিজনা শেমদুনা থম্মী, মপূং ওইবা ফক্লাং পরিং অদুদা কোসাকশিংগী চৎনবী মতুং ইন্না লৈতেং তৌই। নাকলগী ফক্লাংশিংদা পিথ্রাইগী তবশিং অমসুং খূজু-খূৎলাইশিং য়াল্লি, লৈমায়দনা ফানশাং অমগী মখাদা তরবূজ অমদি মাইরেলশিং লৈ। অনীশুবা কাদুদা অচৌবা চেক্কী ষ্টোভ অমা, টেবল অমা, ফানশাংশিং অমদি মখোয়গী জাৎকী ওইবা মূর্ত্তিশিং লৈ। মফমসিদনি বেলেটস্কিনা মাগী কেম্পকী ফমুং, পোৎয়োমশিং অমসুং ত্রঙ্কশিংগা লোয়নননা লৈরিবা। মাগী খূৎলাইশিংদু ফি মচেৎ অমা থারগা ফক্লাংদা য়াল্লি, অদুগা টেবল মথক্তা মাগী কেনবা মচাকশিংগা ফোটো খরগা লৈ। সিল্ককী ড্রেশিং-গাউন অমা ফানশাং অমগী মথক্তা হুন্দোক্তুনা লৈ। বেলেটস্কিদু শুটকী মখাথাবা ফিজোল শেৎলদুনা কেনা ফজনা ফমুংদা হীপ্লগা *লে ত্রৱা মুস্কটিয়ার্স* পাদুনা লৈরম্মী।

মহাক চোংখৎলি।

"য়েংউ অদুদা, ঐনা পোৎশিংবু করম্না শেম-শারবগে হায়বদু। ফজরবনি, নত্ত্রা? নহাক লাকপদা ঐ য়াম্না নুংঙাইরে। মখোয় কম্না থবক তৌরিবনি। নহাক পাই হায়বসি করিনা শাবনো খঙব্রা? অথীৎপা য়ামদা ওক্কী শদুমগা অঙ্গুরগা হাপ্তুনা শেম্বনি। অদুবু মদুদা নত্তে! মপান্দা লাঙবা মখোল অমা তারিবদু য়েংউ!"

অদুদগী মখোয়না থোঙনাউরোমদা য়েংথোকপদা তশেংনা খাংপোকশঙ মনুংদা মহৌশাগা মান্নদবা নিলখোংবা অমা চখবা উরে। নূপীমচাশিংনা করিগুম্বা অমা নত্ত্রগা অমগী কোয়চেন চেল্লি। "থুনা থৌরাঙ তৌরসিরা?" বেলেটস্কিনা কৌরকই।

"য়াম্না থুনা! করিগী? গ্রেনডেড চাক লাম্লব্রা?" অদুদগী খাংপোকশঙ মনুংদগী বা লাউনা নোক্লকই।

মশা পৃপ পৃপ লাউবী, অপীকপী, গোলাবকুম কুচু তঙাংলবী, মশক-মতৌ ফজরবী উষ্টেনকানা ফূরিৎ খূদাং থেক্কৎলগা বেলেটস্কিগী খাংপোক মনুংদা প্লেট খরা লৌবা চেনশিল্লকই।

"চখোকখ্রো, নত্ত্রবদি প্লেটশিংসি থুগায়রনি।" মহাক্লা বেলেটস্কিদগী নাহ্রোক্লদুনা হৌনা লাউরকই। "নহাক চঙলক্কুনা পাংবীরবদি ফরমগদবনি," মহাক্লা ওলেনিন্দা নোক্কুনা লাউরকই। "অদুগা নূপীমচাশিংগী অচা-অথক খরা লৈবা কাউগনু।" ("অচা-অথক" হায়বদি মরূ-মরূাং থাকপা তল অমদি অথুম-অহাউশিংবুনি।)

"অদুগা মারিয়ানকাদি লাক্লব্রা?" বেলেটস্কিনা হংলকই।

"মশানা তারবনি! মহাক্লা অথীৎপা য়াম পুরকই।"

"নহাক খঙব্রা," বেলেটস্কিনা হায়রকই, "কনাগুম্বা অমনা উষ্টেনকাবু ফিজোল শেৎপিদুনা খজিক্তং তরু তনানহল্লবদি ঐখোয়গী ফজবী পূন্নমক্তগী মহাক্লা হেনগনি। নহাক কর্ণেল অমদা লুহোংখিবা কোসাক নূপীদু করিগুম্বদা উরব্রা; মহাক্তু শুম্মাৎনীংঙাই ওই, বোরশচেভা! কয়াদা মগুণ লৈখ্রবা! মখোয়না মদু কদায়দা ফংবগে?..."

"ঐ বোরশচেভাবুদি উদ্রি, অদুবু মখোয়না মফমসিদা শেৎ-চারিবা চৎনবী ফিজোল অসিদগী করিগুম্বা অমতনা হেল্লম্লোই হায়না খল্লি।"

"অহ, ঐদি করিগুম্বা পুন্সী মখল অমদা য়াম্না হেক্তা চুশিন্নবা ঙম্মী," বেলেটস্কিনা নুংঙাইবগী স্বরমপী হোল্লদুনা হায়রকই। "ঐ চৎলুগে অদুগা মখোয় কদায় য়ৌরবগে হায়বদু য়েংলুগে।" মানা মাগী ড্রেশিং-গাউন অদু মরেংবান্দা হাইগৎলগা লাউদুনা চেহ্রোকখ্রে, "অদুগা নহাক 'অচা-অথকশিং' অদুগী খরা য়েংশিল্লু।"

ওলেনিন্না বেলেটস্কিগী আর্দালী অদু মরূ-মরাং থাকপা তলগা খোইহিগা লৈনবা থারে; অদুবু মহাক্লা শেল পীবা অদুদা খূদক্তা অদুক্কী মতিক হঙ্গোইবা পোকপগুম তৌরকই (কনাগুম্বা অমদা মহাক্লা শেল পীজবদৌনা) মদুদি আর্দালী অদুনা মঙোন্দা হংলকপা বাহংদুদা অরেপ্পা পাউখুম পীরক্তে, "পেপরমিন্ত য়াওবা মরূ-মরাং থাকপা তল কয়ানো,

অদুগা খোইহি য়াওবনা কয়ানো?"

"নহাক্লা অপাম্বদুমা।"

"পৈশাসি লোইনমক লৈথোরক্লোরা?" অহল ওইরবা লাম্মী অদুনা অর্থ লৈনা হংলকই। "পেপরমিন্ত অদুনা হেন্না তাঙই। মদু কোপেক তরাতরক্ক পী।"

"হোয়, হোয়, লোইনা লৈথোরক্লো," ওলেনিন্না খুম্লকই, অদুগা থোঙনাউ ময়াদা ফম্মী, মহাক্লা করিগুম্বা শাথিবা অরানবা থবক তৌনবা থৌরাঙ তৌবদৌনা মাগী থম্মোয়দু দণ্ড দণ্ড চোংবদা মহাক ঙকই। বেলেটস্কিনা মফমদুদা চৎখিবদা নূপীমচাশিংনা খাংপোক্তা লাউ-খোংদুনা লাঙবগী খোঞ্জেল মহাক্লা তারকই, মীকুপ খরগী মতুংদা মহাক্লা লাউ-খোংবা, নিনবা অমসুং নোক-খেবগী খোঞ্জেলগা লোয়ননা চোংথোরক্তুনা সিঁড়িদা চেম্থোরকপদু ওলেনিন্না উই। "তাম্থোরক্লে," মহাক্লা হায়রকই।

ঙহাক্তং লৈরগা উষ্টেনকানা চঙলক্তুনা থৌরাঙ পূন্নমক লোইরে হায়না লাউথোক্তুনা মাগী লাক্লিবা মীওইশিংদুদা চঙবীরক্লবা চীংলেন্না হায়জরকই।

মখোয়না কাদা চঙলকপদা উরে মদুদি পূন্নমক তশেংনা থৌরাঙ তৌবা লোইরে। উষ্টেনকানা ফক্লাং পরিংদা থারিবা মোস্তেকশিংদু অমুক হন্না শেমজিন-শাজিল্লি। চাদবা অপীকপা ফিদা অমনা কূপ্লিবা টেবলদুগী মথক্তা *চিখির* পাত্র অমগা অকংবা ঙা খরগা লৈ। কাদু অথীৎপা য়াম অমসুং অঙ্গুর মনম নম্মী। নূপীমচা তরক্কমুকখক মহৌশানা রুমালননা মখোয়গী মকোক খুম্বদু খুমদনা মশা খীংবা *বেশমেট* লীৎলদুনা ষ্টোভ মরুমগী কাচিন অমদা পূন্না তাশিন্নরদুনা চিবোন চিবোন বা ঙাঙদুনা, পঙনোক্তা নোক্তুনা অদুগা নোক্লা নোক্লা ইপা পাখৎনা ৱারী শাদুনা লৈ।

"ঐগী ঙাকশেনবীরিবা ঋষিবু ব্যবহার তৌবীনবা নখোয়দা হায়জরি," উষ্টেনকানা মাগী অতিথিশিংবু টেবলদা চঙবীরক্লবা কৌশিন্নদুনা হায়রকই।

লৈশাবী কাঙবুদুগী মরক্তা মারিয়ানকা য়াওবা ওলেনিন্না উরে, মখোয়দু খন্দোক্লীং-ঙাই য়াওদনা লোইনা ফজে, অদুগা অসিগুম্বা লূদবা, ফীবম চাদবা মতাংদুদা মহাকপু উন্নবদা মহাক খোয়শাউনবা অমদি নুংঙাইতবা পোকই। ইপঙ পঙশিনবা অমদি চমন্নবা পোক্লদুনা মহাক্লা বেলেটস্কিনা তৌখিবা খূদিংমক্তু তৌরগে হায়না মপূক্লীংদা লেপ্লে। বেলেটস্কিনা হাইফেৎ চীংলেন্না অদুবু মশাবুদি থাজনা অমসুং কোন্না টেবল অদোমদা খোঙ থাংজিল্লগা উষ্টেনকাগী য়াইফন্নবা শোল্লদুনা য়ু গ্লাস অমা থকই, অদুগা অতৈসু মদুম তৌনবা হায়রকই। উষ্টেনকানা নূপীমচাশিংদি য়ু থক্তে হায়না লাউথোরকই।

"খোইহি খজিক্তংগদি ঐখোয় য়াই," কাঙবু অদুদগী খোঞ্জেল অমনা লাউরকই।

খোইহি অমদি মরূ-মরাং থাকপা তল পুদুনা হল্লকপদা ঙায়রিবা আর্দালী অদু কৌশিল্লকই। মহাক্না মাগী মততা *হরাউ-তয়াম তৌরিবনি* হায়না লৌবা লৈবাকমচাশিং অদুদা চিংননা য়েংলকই (কল্লক্তুনবু ওইরবসু নত্ত্রগা তৃক্কচদুনবু ওইরবসু); অদুগা মহাক্না অকুবা চে মচেৎ অমদা য়োল্লকপা খোইরা মচেৎ অমগা তলশিং অদুগা চেকশিন্না অমসুং মথৌ খণ্ডনা মখোয়দা পীরগা মমল হোঙলম্বা তাঙলম্বা পুন্নমক্তুগী মরমদা কৃপথনা ব্যাখ্যা তৌবা হৌরকই, অদুবু বেলেটস্কিনা মহাকপু থাদোকখ্রে।

গ্লাসশিং অদুদা খোইহিগা য়ুগা য়ান্নরগা মরূ-মরাং থাকপা তল পাউশু অহুমদু টেবলদা মরাংকায়না চাইথোক্লগা বেলেটস্কিনা নূপীমচাশিংদু মখোয়গী কাচিন্দগী নমদুনা চিংথোরকই, মখোয়বু টেবলময়াদা ফমহল্লগা তলশিংদু য়েনবা হৌরকই। নুংশাগী মৈশানা য়ৈবদা তঙাংলবা মারিয়ানকাগী অপীকপা মখূৎ অদুনা অকোয়বা পেপরমিন্তকী লৈপাকহন্নাই অনী— অমনা ন্নাউথাংনবা অমা— পায়খিবা অদু ওলেনিন্না য়েংগে নীংলুদনা খণ্ডহৌদনা যেংলুই, মারিয়ানকা মখোয়দুনা কৈদৌগদগে হায়বা খণ্ডদে। উষ্টেনকাগা বেলেটস্কিগা ফনা নীংতম্না মশা কোম্না হোৎনরবসু, কাঙবু অদুবু নুংঙাইহনগে হায়না নীংলবসু ন্নারী শাবা অদু লেপ্পি, ইচু চুশিন্নদে। ওলেনিনদু কিথী-কিরুম তৌই, মাগী ইকাইথীবা মতৌদু মী অতৈশিংদা লৌনরক্তুনা মরিং মরাংবা অমদি নোক্লীংবা পোকহল্লকপা য়াই খল্লদুনা করিগুম্বা অমা হায়নবা খনবা হোৎনরকই। মহাক মমায় ঙাঙই, মঙোন্দদি থোইদোক্লা মারিয়ানকাদু নুংঙাইতবা ফাওবগুম নীংই। "ঐখোয়না মখোয়দা পৈশা খরা পীগনি হাযনা মখোয়না আশা তৌরম্বা তাই," মহাক্না খল্লকই। "... ঐখোয মদু কমদৌবা তারি? অদুগা মদু খ্বাইদগী থুনা তৌনবা অমসুং থোকখিনবা উপায়দি করিনো?"

## ২৫

"নশামক্কীদা লৈবা মীবু নহাক্লা করম্না খঙদ্রিবনো?" বেলেটস্কিনা মারিয়ানকাবু কৌদুনা হায়রকই।

"ঐখোয়বু উন্নবা খক লাক্ত্রবদি ঐনা মাবু করম্না খঙগনি?" মারিয়ানকানা ওলেনিন্দা য়েংলগা খুম্লকই।

ওলেনিন কিবা পোক্লকই, করিননো হায়বদু মহাক ভাব তাবা ঙমদে। মহাক মমায় ঙাঙই, অদুদগী মহাক্লা করি হায়রিবগে হায়বা ইখঙ খঙদনা হায়দোকখি:

"ঐ নখোয়গী ইমাবু কি। ঐনা ইহান হান্না চঙলকপা মতমদা ঐবু মানা চৈখি।"

মারিয়ানকাদু খঙহৌদনা নোকথোরকই।

"অদুগা নহাকপু কিহনবদি মদুনা ওক্লেদনা?" মহাক্লা হায়রকই, অদুদগী মঙোন্দা ফল্লপ য়েংলগা লৈথোকখ্রে।

ওলেনিন্না মাগী ফজরবা মায়থোঙদু মপুং ফানা উবসি মসিনা অহানবনি। নহানমখৈদি মহাক্লা মাবু উরকপদা মমীৎ য়ৌবা ফাওবা মাগী রুমালনা খুমদুনা উই। খুঙ্গঙ অদুদা মাবু ফজবীনি হায়না খন্নবদা ঙক্লীংঙাই ওইদে। উষ্টেনকাসি নীংথিজবী, অপীকপি, মশা পূপ পূপ লাউবী, গোলাবকুম কুচু তঙাংবী নুপীমচানি; মমীত্তু ব্রাউথাংনৈ, হরাউ-হরাউবা মতৌ উৎলি, অদুগা তঙাংবা মচীনবান্দু মতম চুপ্পদা মোমোন নোকই, মচীন-মখা য়াংই। মারিয়ানকাদি অমরোমদা তশেংনমক নীংথিজবী নত্তে, ফজবীনি। মহাক্কী অব্রাংবা নীংথিজনা চুং-ফিরান চারবা ফীবম, মহাক্কী মপুং ফারবা থীক-থা অমদি লেংজুমশিং, অদুগা থোইদোক্লা অমুবা পীশুম মখাদা মন্না মমি লাংশিনখ্রবা মাগী অশাংবা অমুবা মমীৎশিংগী তমথিবা অদুবু থোৎ-নৌবা মফোঙদোক, মাগী চীনবান অমসুং মোমোন মীনোক্কী চীংলেম্বা মফোঙদোক — পূম্নমকসি নৎলমদ্রবদি মাগী শাওঙ-শাদাদু নুপা মানমল্লি অমসুং কম্থা-কলেন্নৈ হায়না খন্নরমগনি। মহাক পঙনা মোমোন নোক্তে, অদুবু মাগী মোমোন মীনোক্তি মতম পূম্বদা পুক্লীং চিংশিন্নীংঙাইনি। লৈশাবী ওইবীগী হকচাং অমদি পাঙ্গলগী মঙাল

মঙোন্দগী থক্তোরকপগুম তৌই। নূপীমচা পূন্নমক নীংথিজে, অদুবু মখোয় মশামক, বেলেটস্কি অমদি মরূ-মরাং থাকপা তল পুদুনা চঙলকপা আর্দালী মখোয় পূন্নমক্না মারিয়ানকাদা য়েংগে নীংলুদনা মথন্তা মুন্না য়েংই, নূপীমচাশিংবু কৌবা কনাগুম্বনা মহাকপু *শোয়দনা কৌই। মহাক মখোয়গী মরক্তা নাপল কারবী, নুংঙাইরবী রাণী অমগুম উই।*

*বেলেটস্কিনা পার্টি অদুগী নুংঙাইনবা হোৎনবদা লেপ্পা লৈতনা ব্বা ঙাঙই,* নূপীমচাশিং অদুদা *চিখির* কোয়না য়েনহল্লি, মখোয়দা অপঙবা শাজৎ চৎলি, মারিয়ানকাবু "নহাক্কী" (*লা ভোতর*) হায়না পল্লদুনা ওলেনিন্দা মাগী ফজবগী মরমদা নাতৈ চাদনা ফ্রেঞ্চ লোন্দা ব্বা ঙাঙদুনা মহাক মশামক্না তৌখিবা অদুগুম্না তৌগদবনি হায়। ওলেনিন হেন্না অসুম নুংঙাইতবা পোক্লকই। উষ্টেনকাগী মিংথোল নুমিৎ অদুদা, উষ্টেনকানা নূপাশিং অদুদা অমুক অমুক চুপ্পগা *চিখর* য়েনগদবনি হায়না বেলেটস্কিনা লাউথোরকপা মতম অদুদা ওলেনিন মতৌ করন্না তৌশিন্নদুনা নাম্থোক্তুনা চেনখিসিগে হায়না ব্বাখল তৌরকই। লুহোংবগী চৎনবীদা তৌবগুম্না মখোয়না মাগী প্লেটতা পৈশা হাপ্লিগনি হায়না হায়বদগী উষ্টেনকানা য়ারে।

"অসিগুম্বা তূক্কচরবা উৎসব অসিদা কবিগী লাক্লুরিবনো!" ওলেনিন্না চৎননবা লেপখৎলদুনা খল্লকই।

"নহাক কদায়দা চৎকদৌরে?"

"ঐ হীদাকমনা খরা লৌরুগে," মহাক্না নাম্থোকখিনবা মওঙদা হায়বকই; অদুবু বেলেটস্কিনা মাগী মখূৎ পায়রদুনা ফ্রেঞ্চতা হায়রকই, "ঐগী পৈশা খরা য়াওরি।" "অদুদি মফম অসিদা কনাগুম্বনা পৈশা পীবা তাই, মহাক চৎখিবা য়ারোই," ওলেনিন্না মশাগী হৈনদবা অদুদা খোয়শাউনরদুনা তূক্কচনা খল্লকই। "ঐ তশেংনা বেলেটস্কিনা চৎপা শাজৎকুন্না চৎপা ঙম্নরোইদ্রা? ঐ লাক্লম্লোইদবনি, অদুবু ঐনা অমুক্তং মফমসিদা লৈরূরবনিনা ঐনা মখোয়গী হরাউ-তয়াম থুগায়বা হৌনদে। ঐ কোসাক অমগুম্না থকপা তাই।" অদুদগী (গ্লাস নিপালমুক চনবা) উগী তেঙ্গোৎ অদু লৌদুনা *চিখির* থনকোক তৌনা হৈরগা মহাক্না থক্তোক্লে। নূপীমচাশিং অদুনা মানা থক্লিঙৈদা ঙক্না অমসুং হাইফেৎ কিনা য়েংলকই। মসি মখোয়দা অঙকপা অমদি মথোঙ চাদবা মতৌ অমগুম্না থোকই। উষ্টেনকানা মখোয়দা অতোপ্পা গ্লাস অমমমগা পুরকই অদুগা মখোয় অনীমক চুপ্পী।

"নূপীমচাশিং, মদুদা ঐখোয় হৌজিক ফাগী খরা তৌনসি," উষ্টেনকানা নূপাশিংদুনা প্লেটতা হাপ্পকপা সিলভরগী রুবল মরিখক্তু খীংলদুনা হায়রকই। ওলেনিন হৈনরমদবদু কোকখ্রে, ব্বা ঙাঙবা হৌরক্লে।

"হৌজিক, মারিয়ানকা, ঐখোয়দা য়ু পীরগা অমুক চুপ্পা নহাক্কী পালি থোক্লে," বেলেটস্কিনা মাগী মখূত্তু ফাদুনা হায়রকই।

"উম, ঐনা নঙোন্দা অসিগুম্বা খূৎচুপ অমা পীগনি!" মহাক্না মঙোন্দা ফৃগে তৌরগা হায়রকই।

"নহাক্না গ্রেনডেডপু পৈশা পীরক্তনা চুপ্পা য়াই," অতোপ্পা নূপীমচা অমনা হায়রকই।

"অফবী নূপীমচা অমা লৈরে," বেলেটস্কিনা নাহোক্লবা হোৎনরিবী নূপীমচাদুবু চুপ্লদুনা হায়রকই। "নত্তে, নহাক্না মদু পীগদবনি," মহাক্না মারিয়ানকাবু কৌরগা তকশিল্লকই। "নখোয়গীদা লৈবা মী অসিদা গ্লাস অমা পীয়ু।"

অদুদগী মহাক্না মারিয়ানকাগী মখূৎ পায়দুনা ফানশাংদু তান্না চিংশিল্লগা ওলেনিনগী মনাক্তা ফমহল্লে।

"কয়াদা ফজখ্রবনো," মহাক্না নাকচেপ্লোমদা উনবা মারিয়ানকাগী মকোক্তু লৈশিন্দুনা হায়রকই।

মারিয়ানকানা য়াদনা খাঙদুনা লৈবা তৌদে, তৌইগুম্বসুং পোঙনা মোমোন নোক্লদুনা অশাংবা মমীত্তু ওলেনিনলোমদা লৈদুনা য়েংলকই।

"ফজখ্রবী নূপীমচা অমনি," বেলেটস্কিনা অমুক হন্না হায়রকই, অদুগা মারিয়ানকাগী মায়থোঙনা চেৎনা হায়বগুম তৌই, "উম, য়েংঙউ ঐসি কয়াদা ফজখ্রবীনো।"

ওলেনিন মহাক্না তৌরিবদু করিনো হায়বা খঙহুন্দনা মারিয়ানকাবু কোনশিল্লি অদুগা মাবু চুপকে তৌই, অদুবু মারিয়ানকানা খঙহৌদনা নাহোকখ্রে, বেলেটস্কিদা থেংগে তৌরম্লগা, টেবলগী মতোন্দু ঈহোক্লগা চোংদুনা ষ্টোভলোমদা চেহোকখ্রে। বা-বা য়ান্না লাউনৈ অমসুং নোকই। অদুদগী বেলেটস্কিনা নূপীমচাশিং অদুদা করিগুম্বা বা খরা মুরুম মুরুম শোন্দুনা হায়খি, অদুদগী থুনমক মখোয় পূন্নমক থোকফম লম্বীরোমদা চেহোকখ্রগা মতুংদা থোঙ লোনশিনখ্রে।

"নহাক্না বেলেটস্কিবু চুপ্লগা ঐবু চুপত্রিবা করিগীনো?" ওলেনিন্না হংলকই।

"ওহ, অদু মঙায়। ঐ মদু পামদে হায়রিবসিনা লোইরে!" মহাক্না মচীনবান চীক্লগা পীশুম শূক্তোক্লুনা হায়রকই। "মহাক্তি গ্রেনডেডনি," মহাক্না মোমোন নোক্লদুনা মখা তারকই। মহাক্না থোঙদা চঙশিন্দুনা থীনবা হৌরকই। "নখোয়না থোঙ লোনশিল্লিবদি করিগীনো, ফজ্রবশিং?"

"ফরে, মখোয় মফমদুদা অদুম লৈসনু, অদুগা ঐখোয়না সিদা লৈসি," ওলেনিন্না

মঙোন্দা হেন্না নক্লা চঙশিল্লগা হায়রকই।

মারিয়ানকানা পীশুম শূক্লকই অদুগা মহাকপু মখুৎনা কন্না ঈষ্টোরকই। অদুদগী ওলেনিন্না মহাকপু অদুক্কী মতিক লৈমসিজগুম মতিক মঙাল লৈনা নীংথিজনা অমুক উরকই মদুদি মহাক ভাব তারক্লে, মহাক্লা তৌরুরিবা অদুগী ইকাইবা পোক্লকই। ওলেনিন্না থোঙদা চঙশিন্দুনা মহাক মশামক্লা মদু চিংবা হৌরকই।

"বেলেটস্কি! থোঙ হাংদোক্লো! অপঙবা শীরনু!"

মারিয়ানকানা অমুক মকালাম্না, হরাউনা নোক্লকই। "অহ, ঐবু কিরব্রা?" মহাক্লা হায়রকই।

"ঐ তশেংনমক কিরে, নহাকসু নখোয়গী ইমাগুম্না য়াম্না শাউগল্লি।"

"নহাক্লা নহাক্কী মতম অয়াম্বা য়েরোশকাগা লেনমিন্নগদবনি; মদুনা নহাকপু লৈশাবী-শিংনা নুংশিহনগনি!" অদুগা মহাক্লা মাগী মমীত্তা শংত্রিক নক্লা য়েংদুনা মোমোন নোক্লকই। ওলেনিন করি পাউখুম পীশিগে হায়বা খঙদে।

"অদুগা ঐনা নঙবু উন্নবা লাক্লম্লবদি," মহাক্লা হায়দোরকই।

"মদুনা অতোপ্পা ব্রা অমা ওইরমগনি," মহাক্লা মকোক নোম্লদুনা খুম্লকই।

মীকুপ অদুদা বেলেটস্কিনা থোঙদু ঈন্দুনা হাংদোরকই, মারিয়ানকানা মদুদগী চোংথোকখ্রে— মদুম তৌবদা মহাক্কী মফৈনা ওলেনিনগী মখোঙদা থেংজিল্লস্মী। "ঐনা নহানমখৈ খল্লুরিবা নুংশিবগী, ইশাগী ওইজবা থাদোকপগী অমদি লুকাশকাগী ব্রা পূন্নমক অরেম্বা ব্রানি। নুংঙাইবা হায়বসি অমখক্তা ওইবা পোৎনি। নুংঙাইরিবা মীশক অদু অচুম্বনি," ওলেনিনগী পুক্লীংদা খঙহৌদনা ফাওরকই, অদুদগী মঙোন্দা ইথা থাজদনা লাকপা শক্তি অমগা লোয়ননা মহাক্লা মারিয়ানকাবু ফাদুনা চুবা অমদি খজাইদা চুপ্পী। মারিযানকাদু শাউরক্তে, খঙহৌদনা হৌনা নোক্তমক নোক্লকই অদুগা অতৈ লৈশাবীশিং অদুগী মনাক্তা চেনশিনখ্রে।

পার্টি অদু মদুদা লোইশিনখ্রে। উষ্টেনকাগী মমা থবক শূরুবদগী হল্লক্লে, নূপীমচা-শিংদু লোইনা চৈদুনা তাষ্টোকখ্রে।

# ২৬

"উম," ওলেনিন্না ময়ূমদা চৎনা চৎনা খল্লকই। "ঐ খূর্জিজ খবদং কোমথোকহনবা দরকার ওই; অসিগুম্বী কোসাক লৈশাবী অসিগা শাথিনা নুংশিনখিবা য়াই।" মহাক অসিগুম্বা ৱাখলশিং অসিগা লোয়ননা ফমুংদা চঙলে, অদুবু হান্নগুম্না অদুম পুন্সী লেনগে নীংলদুনা পুন্নমক অদু কাউথোক্কে খল্লি। অদুবু হান্নগী পুন্সী অদুদি অমুক লাক্ত্রে। মহাক্না মাবিযানকাগা লৈনবা মবী অদু হোংখ্রে। মখোয অনীবু খাইদোক্লিবা পন অদু কাযখ্রে। হৌজিক্তি মখোয উন্নবা খূদিংগী ওলেনিন্না মহাকপু তরাম্না ওকই।

য়ূমগী য়ূম্বুনা ভাবা লৌবা হল্লকপদা ওলেনিনগী লন-থুম অমসুং পূকচেল চাউবগী ৱা তারদুনা মহাকপু মাগী খাংপোক্তা লাক্লবা বার্ত্তোন তৌবকই। অহল ওইবী নূপী অদুনা মাবু তরাম্না ওকই অমসুং পার্টি তৌখিবা নুমিৎ অদুদগী হৌরদুনা ওলেনিন্না নুংঙাইবা ওইনা সন্ধ্যাদা তোয়না চৎলে অদুগা মখোযগা লোয়ননা নুংদাং অথেঙবা ফাওবা ফম্মী। মহাক খুল অদুদা হান্না লৈবকপা মওঙদা অদুম লৈবগুম তৌই, অদুবু মহাক্কী নুংদদি পুন্নমক হোংলে। মহাক্না উমংদা মহাক্কী মতম লেল্লি, অদুগা পুং নিপাল তারকপা সন্ধ্যা য়াচঙলকপা মতমদা মাগী য়ূম্বুশিংদুগা উন্নবা হেক হেক চৎলি— মতোমতা নত্ত্রগা অক্কল য়েরোশকাগা। মখোয়না মাবু অদুক্কী মতিক হৈনরক্লে মদুদি মহাক চখোকখিবা থোক্লবদি মখোয় ঙকই। মহাক্না মাগী য়ুগী পৈশা নীংথিজনা পী অমদি মহাক পূকচেল তপ্পা মীশক অমা ওই। ভানয়্শানা মঙোন্দা মাগী চা হেক হেক পুরকই, অদুগা মহাক্না ষ্টোভকী ময়া কাচিন অমদা হেক হেক ফম্মী। অহল ওইবী নূপীদুনা মাবু থোইনা থৌশারুবা তৌদনা মহাক্কী থবক শূদুনা লৈ, অদুগা মখোয়না চা নত্ত্রগা *চিখির* থক্না থক্না কোসাকশিংগী ফীবম, য়ূন্নোন-কৈরোন্নবগী নত্ত্রগা রসিয়াগী মরমদা ৱারী শাই: ওলেনিন্না ৱারী লী অদুগা অতৈ-শিংদুনা হংই। করিগুম্বা কান্দা মহাক্না লাইরিক অমা পুরক্তুনা মথন্তা পাই। মারিয়ানকানা কবিগুম্বদা ষ্টোভ মথক্কী ফম্বাক্তা, করিগুম্বদনা অমম্বা কাচিন অমদা লমগী হামেঙগুম্না মখোঙ শূপচিন্দুনা খুকউ-খুদা কুন্দুনা লৈ। মহাক্তি ৱারী-ৱাতাই শাবদা য়াওদে, অদুবু ওলেনিন্না

মাগী মমীৎ অমদি মায়থোঙবু উই, মহাক্না লেঙ-ওৎপা নত্ত্রগা নুমিৎলৈ মরূ তৃপ্পগী মখোল তায় অমদি মারিয়ানকানা থবায় হকচাং য়াওনা মানা ঙাঙলিবদুদা তারি হায়না মহাক্না মপূক্লীংদা ফাওই; অদুগা মহাক্না তূমিন্না মথন্তা লাইরিক পারিঙেদা মারিয়ানকা লৈবদু মহাক খঙই। করিগুম্বদা মারিয়ানকাগী মমীত্তু মঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈ হায়না মানা খল্লি, হরাউ-মকালাম্বা মাগী মমীত্তু থেংনরুব্বদা মহাক থৌওইনা হোৎনরুবা তৌদনা তূমিন্না মঙোন্দা যেংই। অদুদগী মারিয়ানকানা মাগী মমায়দু হেক্তা লোৎশিনখি, অদুগা ওলেনিন্না অহল ওইবী নূপীদুগা পূক্নীং চঙনা ৱারী শাবা শাজিন্নদুনা লৈ, তাঞ্জাদুদা মহাক্না মারিয়ানকাগী স্বর হোনবগী, লেঙবগী মখোল মতম চুপ্পদা তায়, মঙোন্দা অমুক হন্না য়েংলকপা ঙাইদুনা লৈ। মী অতৈশিংগী মমাঙদদি মারিয়ানকানা মঙোন্দা মহৌশানা হরাউ-হরাউ তৌই, অদুবু মখোয় অনীতা ঙায়রবা মতমদদি মহাক ইকাইথী, তহা তহাই। কবিগুম্বা কান্দা মারিয়ানকানা য়ূমদা হল্লক্ত্রিঙৈদা মহাক চঙলুই। খঙহৌদনা মহাক্না মারিয়ানকাগী অচেৎপা খোঙথাংগী মখোল তারক্কনি অমদি হাংদোক্লিবা থোঙজাউদা মহাক্কী শংবান্নবা অচোনবা ফিজোলগী মঙাল ফাওরকপদু উরক্কনি। অদুদগী মারিয়ানকানা য়ূমগী ময়ায়দা চঙলক্কনি, মহাকপু উরক্কনি, অদুগা পাক খঙবা ঙমদবা থৌজাল হৈবা মীৎয়েংগী মীনোক অমা খজিক্তং নোক্লক্কনি, মদুদা মহাক নুংঙাইবা অমসুং অকিবা হেক হেক পোকই।

মহাক্না মারিয়ানকাদগী করিসু নিরুবা নত্ত্রগা আশা তৌরুব্বা লৈতে, অদুবু নুমিৎ খূদিংগী মাগা নক্লবা হায়বসি মঙোন্দা হেন্না হেন্না মরূ ওইবা অমা ওইরকই।

ওলেনিন্না কোসাক খুলগী পুন্সী মরেলদা অদুক্কী মতিক মপূং ফানা য়াওশিনখ্রে মদুদি মাগী হৌখিবা পুন্সীদু মঙোন্দা তশেংনা চানদবা ওইনা থোক্লে। তুংগী পুন্সীদা মরূ ওইনা মানা হৌজিক লৈরিবা জগৎ অসিগী ৱাংমদা মহাক করিমতা হৈনিংবা পোক্লে। ময়ূমগী মরী-মতা, মরূপ-মপাংশিংদগী চিঠি ফংবদা মখোয়না মাবু মাঙলবা মী অমনি খন্দুনা তশেংনা ৱাবীবা উৎলকপদা মহাকপু খোয়শাউনহল্লি, মহাক্নদি খুঙ্গঙসিদা মানা লেল্লিবা পুন্সী অদুগুম্না লেন্দ্রবা মখোয়দু মাঙলবা মীনি হায়না খল্লি। মহাক্কী হান্নগী কৈরোই-লৈকাই অকোয়বদগী থাপ্তোক্তুনা খুঙ্গঙ অসিদা অচীকপা মৈহৌরোনগী ওইবা পুন্সীদা লৈতানা লৈবদা মহাক করিসু নিন্দা তৌররোই হায়না মপূক্লীংদা চপয়ুংনা থাজে। মহাক্কী খোঙচৎশিংদা, লানবনশিংগী মনুংদা অমখক্তা লৈরুবদসু মহাক নুংঙাইবা পোকখি; অদুবু মফমসিদা অঙ্কল য়েরোশকাগী লমজিং, উমং, খুঙ্গঙগী অরোইবা চিদাইদা লৈরিবা মহাক্কী খাংপোক অসিনা মরম ওইদুনা অমসুং মরূ ওইনা মারিয়ানকা অমদি লুকাশকাগী মরমদা

খল্লুবদা মহাক্কী হৌখিবা পুঙ্গীগী অশোয়বদু উবগুম তৌরকই। অদুগুম্বা অশোয়বা অদুনা মাবু হান্নদগীসু অদুম শাউনীংবা পোকহনখি, অদুবু হৌজিক্তি মদু হায়ফম খঙদনা হঙ্গোই-তৃক্কচবা, নোক্নীংবা অমগুম তৌরকই। মফমসিদা মহাক নোংমা নোংমগী হেন্না নীংতম্বা অমসুং হেন্না মীওইবগী মতৌ ওইবা ফাওরকই। হৌজিক কোকেসস অদু মাগী কপ্পনানা য়েকখিবা অদুদগী পূমখেন খেন্ননা উই। মহাক্কী মঙলানশিং অদুগুম্বা নত্ত্রগা কোকেসসকী মরমদা মহাক্না তাখিবা অমদি পাখিবদা থাবা দৃশ্যশিং অদুগুম্বা অমতসু মহাক থেংনদ্রে। "কোকেসিয়ানশিংগী ক্লোক, অঙম্বা চীংমায়, অমালাট বেকশিং, অথৌবশিং অমসুং ফত্তবা মীওইশিংগা তোঙনবসি করিসু লৈতে," মহাক্না খল্লি, "মীশিংদুনা প্রকৃতিনা হিংবগুম হিংই: মখোয় শি, মখোয় পোকই, মখোয় পূনশিন্নে অমসুং হেন্না পোক্লকই; মখোয় ফূনৈ, চা-থকই, হরাউ-তয়াম্মী অদুগা শিখি, নাপী-শীংনা, শা-ঙা অমদি উপাল পূন্নমকসিগী মথক্তা থল্লিবা অথিংবা অসিগুম্বা নত্তবা কবিগুম্বা অথিংবা অমতা মখোয়দা লৈতে। মখোযগী অতোপ্পা আইন অমা লৈতে।" মবম অদুনা অসিগুম্বা মীওইশিংসি মশামক্কা চাংদম্নদুনা য়েংলুবদা ফজনা, কন্না অমদি নীংতম্না উই, অদুগা মখোয়বু উবদা মহাক মশামক ইকাইবা অমদি নুংঙাইতবা পোকই। মহাক পূন্নমক থাদোক্লগে, কোসাক অমা ওইনা মিং চল্লগে, য়ুম অমদি শা-শন লৈগে, অদুগা কোসাক নূপী অমা লুহোংগে (মহাক্না লুকাশকাদা পীবা য়াখ্রবা মারিযানকাবু নত্ত্রবসু), য়েরোশকাগা লৈমিন্নদুনা শা কাপ্পা, ঙা ফাবা চৎমিন্নগে অমদি কোসাকশিংগা মখোয়গী খোঙচৎশিংদা চৎমিন্নগে হায়না তোয়না মপুক্নীংদা কন্না নীংলকই। "ঐনা হৌজিক ফাওবা মদু তৌদ্রিবা করিগীনো? ঐনা ঙাইবিববু করিনো?" মহাক্না মথন্তা হংজরকই, মথন্তা থৌজিনজদুনা মশাদা ইকাইবা পীজরকই। "ঐনা মরম চাবনি অমদি অচুম্বনি হায়না লৌরিবা থবকসি পাঙথোকপদা ঐ কিব্রা? অচম্বা কোসাক অমা ওইগে, প্রকৃতিগা নক্না লৈগে, কনাগুম্বা অমতদসু অকায়বা তৌরোই, অদুগা মীঙোন্দা অফবা ফাওবা তৌগে হায়রিবা অনীংবা অসিনা ঐগী হান্নগী মঙলানশিং— ষ্টেটকী মিনিষ্টর ওইগে নত্ত্রগা কর্ণেল অমা ওইগে হায়বা অসিগুম্বদগী হেন্না অপঙবা ওইব্রা?" অদুবু খোঞ্জেল অমনা হায়রকপগুম তৌরকই মহাক ঙাইখিগদবনি, করিগুম্বা ৱারেপ অমতা লৌখিরোইদবনি। মমি শামিবা জ্ঞান অমনা মাবু খাল্লকই মদুদি মহাক য়েরোশকা নত্ত্রগা লুকাশকাগুম্না পুরা লৈবা ঙম্লোই, মরমদি মহাক্কী নুংঙাইবগী তোঙানবা ৱাখল অমা লৈ— মশাগী ওইজবা থাদোকপা হায়বসিদা নুংঙাইবা লৈ হায়বা ৱাখল অসিনা মাবু খাল্লকই। মহাক্না লুকাশকাগীদমক তৌখিবা অদুনা মঙোন্দা অদুম নুংঙাইবা পীদুনা লৈ। মহাক্না অতৈগীদমক্তা

মশা কখোকে হায়না তাঞ্জাশিং অসুম য়েংদুনা লৈ, অদুবু মখোয়দু থেংনদে। করিগুম্বদা মহাক অসিগুম্বা নৌনা পুথোক্লবা নুংঙাইবগী পাম্বে অসি কাউথোকই অমসুং মশাগী পুন্সীদু অঙ্কল য়েরোশকাগীগা মান্নবা ওন্মী হায়না খল্লি, অদুবু মদুদগী মহাক থুনমক বাখল খন্থরকই অদুগা থীন্দনমক জ্ঞান তানা মশাগী ওইজবা থাদোকপগী বাখলদু চেৎনা ফাদুনা থন্মী, অদুগা য়ুম্ফম অদুদগী ঈংনা, পোঙনা মী পুন্নমক্তা অমসুং অতৈগী নুংঙাই-য়াইফবদা য়েংলকই।

# ২৭

অঙ্গুর হেকপগী থবক হৌদ্রিঙৈগী হেক মমাঙদা লূকাশকাদু শগোল তোংদুনা ওলেনিন উন্নবা লাকই। মহাক হান্নদগী হেন্না ইফিং ফিংই।

"নুংঙাইরিদনা? নহাক লুহোংগদৌরব্রা?" ওলেনিন্না মাবু হরাউ-তরান্না ওক্লদুনা হংলকই।

লূকাশকানা অপান্ননা পাউখুম পীরক্তে। "নহাক্কী শগোল অদু তুরেলগী বাংমদা ওম্হোক্লরুরে। মসি শগোল অমনি! লোভকী * শগোল য়োকফমদগী কবারদা শগোল! ঐ শগোলশিংবু মশক খঙই।"

মখোয়না অনৌবা শগোল অদু চেকশিন্না য়েংই, অদুগা শূমাঙদা নাক-য়েৎ লৈহল্লি। শগোল অদু তশেংনা থোইদোক হেন্দোক্লা ফজবা শগোল অমনি; মদু মচা পোক্তনবা তৌরবা, মশা নোয়না শাংবা, মউন ইরং লংবা, সিঙ্ককুম জূম জূম লাউবা মমৈ পানবা অমসুং নীংথিনা তম্বীদুনা য়োক্লবা শাগী অমোনবা ফজরবা মশোং অমসুং মরুম য়াওবা শগোলনি। মহাক অদুক্কী মতিক ফজনা পীজরবনি মদুদি লূকাশকানা হায়বা মতুং ইন্না কনাগুম্বনা "মনঙ্গন্দা তুম্বা ফাওবা য়ারগনি।" কনাগুম্বনা মখোঙ শেংনা য়োক্লবা শগোলশিংদা থেংনবগুম মহাক্কী লোম্খুম, মমীৎ, ময়াশিংদু নীংথিজে, তশেংনা মওঙ তাই। ওলেনিন্না শগোলদু থাগত্তবা ঙমদে; মহাক্লা কোকেসসতা অসুক ফজবা অমা খক থেংনখিদ্রি।

"অদুগা মহাক্লা করম তৌনা চৎলি!" লূকাশকানা মদুগী মওক্তা পোপ পোপ ফূরদুনা হায়রকই। "কয়াদা ফজত্রবা খোঙথাংনো! অদুক্কী মতিক শিংই— মহাক্লা ইচম চম্না মপুগী তুং ইল্লি।"

"ওন্নবা অদুদা নহাক্লা য়াম্না হাগুনা ওন্নবা তাখিব্রা?" ওলেনিন্না হংলকই।

"মদু থিনখিদে," লূকাশকানা মোমোন নোক্তুনা খুন্নকই। "মসি ঐনা *কুনাক* অমদগী ফংলকপনি।"

* লোভকী শগোল য়োকফম অসি কোকেসসতা খুইদগী কৈ হায়না থম্নবশিংগী মনুংদা অমনি।

"অঙকপা ফংনো ফজবা শগোলনি! মসি নহাক কয়াদি লৌনীংই?" ওলেনিন্না হংই।

"মসি ঐঙোন্দা রুবল চামা য়াঙখৈ পীগে হায়, অদুবু ঐ নঙোন্দা করিমতা য়াওদনা পীথোক্কে," লুকাশকানা হয়াউনা হায়রকই। "বা অদুতা হায়য়ু, অদুগা মসি নঙগী ওইরবনি। ঐ মসি শাবন লৌথোক্কে, অদুগা নহাক্কা লৌখিবা য়াররনি। ঐগীদি থবক্কীদমক্তা কবিগুম্বা শগোল মখল অমা হেক্তা পীয়ু।"

"নত্তে, করিগুম্বা ফীবম অমতদা লৌরোই।"

"ফরে, অদুদি ঐনা নঙগীদমক্তা খুদোল অমা 'সিদা পুরক্লি," লুকাশকানা পেটি লৌথোক্লুনা মদুদা য়ানবা থাঙপাক অনীগী মনুংদা অমখক লৌথোক্লগা হায়রকই। "মসি ঐনা তুবেল ৱাংমদগী ফংলকপনি।"

"ওহ, নহাকপু থাগৎচরি।"

"অদুগা ইমা মশামক্কা নঙোন্দা অঙ্গুর খরা শোয়দনা পুরক্কনি হায়না ৱাশকই।"

"মদু থোইনা দরকাব লৈতেদা। ঐখোয় নোংমা পৈশা শেংদোক্লসি। য়েংঙউ থাঙপাক অদুগীদমক নঙোন্দা ঐনা পৈশা অমতসু পীদে!"

"করম্না পীগদৌরিবনো, ঐখোয় *কুনাকনি*। মসি তুরেল ৱাংমদা লৈবা গিরৈ খানদা তৌবদুগা চপ মান্নে। মহাক্কা ঐবু ময়ুমদা পুশিল্লম্মী, অদুগা হায়রম্মী, 'নহাক্কা অপাম্বা অমা খল্লু!' অদুনা ঐনা থাঙ অসি লৌরকপনি। মসি ঐখোয়গী চৎনবীনি।"

মখোয়না খাংপোক মনুংদা চঙলে অদুগা থকমিন্নরে।

"নহাক মফম অসিদা মতম খরা লৈখিগদৌরিব্রা?" ওলেনিন্না হংলকই।

"লৈরোই, ঐ বিদায় তৌবা লাক্লিবনি। মখোয়না ঐবু কোর্ডোনদগী টেরেক ৱাংমদা লৈবা কম্পনি অমদা থারি। ঙসি অহিং ঐ মরূপ নাজারকাগা লোয়ননা চৎলগনি।"

"অদুগা লুহোংবদি করম্বা কান্দা তারে?"

"ঐ ৱারোইপোৎকীদমক্তা অমুক হল্লকখিগনি, অদুগা মদুদগী কম্পনিদা অমুক হনগনি," লুকাশকানা খুম্নীংদনা খুম্লকই।

"করি, অদুদি নহাক্কী ৱারোইপোৎ পুরবী অদুগা করিমতা লোয়নররোইদবা?"

"মদু মঙায়— মাবু য়েংলুবগী করি কান্নগনি? নহাক্কা লানগী খোঙচৎকীদমক চখোরক্লবদি ঐখোয়গী কম্পনিদা লুকাশকা অচৌবদু হায়না থিরকউ। মফমদুদা লৈবা ওক লাবা কয়া জগা অদুদা থোরকই। ঐনা অনীখক হাৎলে। ঐ নহাকপু পুগে।"

"ফরে, কায়নরসি! খ্রাইষ্টনা নহাক্কা লোয়নবা ওইসনু।"

লুকাশকানা শগোলদা কাখৎলে, অদুগা মারিয়ানকা উম্নরমদনা নাজারকানা মাবু হান্ননা ঙাইদুনা লৈরবা লম্বী অদোমদা নাক য়েৎ হাইদুনা থৌগ্রে।

"ঐখোয় হাইফেৎ চঙলম্নরোইদ্রা হায়বনি?" নাজারকানা য়ামকাগী ময়ুম মায়কৈরোমদা মমীৎ খৎলদুনা হংলকই।

"ফরে," লুকাশকানা হায়বকই। "সে, ঐগী শগোল অসি মাগী মনাক্তা পুদুনা চৎলু, অদুগা ঐনা থুনা লাক্কবদি শজিক খবা পীজৌ। ঐ থোকপা অমা তৌদুনা হয়েং অয়ুক কম্পনি য়ৌগনি।"

"কেডেট অদুনা নঙোন্দা করিগুম্বা অতৈদি হেন্না পীরক্ত্রা?"

"মঙোন্দা থাঙপাক অমা অমুক পীখিদুনা ঐনা তৌবীমল খঙবা উৎখ্রে— মহাক্না শগোলদু লৌগে তৌরকই," লুকাশকানা কুমথবগা শগোলদু নাজারকাদা পীরগা হায়রকই।

মহাক্না থুনা য়াঙনা শূমাঙলোমদা চঙখিদুনা ওলেনিনগী থোঙনাউ মপা অদুমক লাম্থোক্লগা কোর্ণেটকী ময়ুমগী থোঙনাউ মপা য়ৌনা লাক্রে। হান্ননা পুরা মমশিনখ্রে। মারিয়ানকানা মাগী ফুরিৎ অচোনবী অদুতং লীৎলগা শমজেৎ হাক্তুনা লৈরম্মী, তুমগদবগী থৌরাঙ তৌরম্মী।

"ঐনি," লুকাশকানা শোম্থাংননা হায়রকই।

মারিয়ানকাগী শকফমদু য়াম্না থৌ-বা শাদে; অদুবু মাগী মমিং তারকপদুদা মাগী মায়থোঙদু খঙহৌদনা মকালাম্লকই। মহাক্না কিথী-কিরুম্না অমসুং হরাউনা থোঙনাউদু হাংদোক্লুনা লীৎথোরকই।

"করিনো— করি পাম্বগে?" মহাক্না হংলকই।

"হাংদোকউ!" লুকাশকানা তুমিন্না হায়রকই। "ঐ মিনিট অমতা চঙলকে। ঐ ঙাইবদা শিরে!"

লুকাশকানা থোঙনাউদা মাগী মকোক ফারগা মাবু চুপ্পী।

"অওইবনি, অমুক্তা হাংউসে!"

"নাতে চাদবা বা ঙাঙলিবা করিগীনো? ঐনা নঙোন্দা হাংদোক্লোই হায়খ্রে। নহাক মতম কুইনগী ওইনা লাকপ্রা?"

মহাক্না পাউখুম পীরক্তে, মাবু অসুম চুপ্তুনা লৈ, অদুদগী মারিয়ানকানসু অমুক হংলক্রে।

"অদুদা থোঙনাউসিদা ঐগী পাম্বোম্না নহাকপু নীংথিনা কোনবা ফাওবা য়াদ্রে,"

লুকাশকানা হায়রকই।

"ইবেম্মা মারিয়ানকা!" মমাগী মখোল তারকই, "কনানো নহাক্কা লৈরিবদু?"

লুকাশকানা মশক খঙদনবা মাগী টুপি লৌথোক্লুনা থোঙনাউ মখাদা কুম্থখ্রে।

"চৎলো, থুরো!" মারিয়ানকানা হায়রকই। "লুকাশকা লাক্লি," মহাক্না খুম্লকই, "মহাক্না ডেডিবু হংলি।"

"ফৎে, অদুদি মাবু 'সিদা চঙহল্লকউদনা!"

"মহাক চৎখ্রে; মহাক য়াম্না থুরবনি হায়।"

তশেংনমক লুকাশকা থোঙনাউ মখাদা পাকথদুনা খোঙকাপ লাওনা শূমাঙ ফাওদুনা য়ামকাগী য়ুম্লোমদা চেনখ্রে, ওলেনিন নত্তনা অতে কনাসু উহৌদে। *চিখির* তেঙ্গোৎ অনী থক্লগা নাজারকা মবানি আউটপোষ্টতা শগোল তোংদুনা চৎখ্রে। অহিংদু ওলাঙই, মম্মী অমসুং চীকই। মখোয়না তৃমিন্না শগোল তোংদুনা চৎলি, মখোয়গী শগোলশিংগী খোঙথাংগী মখোল অদুতমক তায়। লুকাশকানা কোসাক মিঙ্গালগী মরমদা ঈশৈ অমা শকপা হৌরকই, অদুবু শৈরেংগী অহানবা তাঙ্কক অদু লোইদ্রিঙৈদা তোক্লে, অদুগা ঙহাক লেপ্লুরগা নাজারকাদা ওনশিন্দুনা হায়রকই:

"ঐনা হায়রিবসিনি, মানা ঐবু চঙহল্লোই।"

"ওহ?" নাজারকানা খুম্লকই। "ঐ খঙলে চঙহল্লরোই। য়ামকানা ঐঙোন্দা করি হায়রকই খঙলব্রা? কেডেট অদু মখোয়গী য়ুমদা চঙবা হৌরে। অঙ্কল য়েরোশকানা পোঙনা হায় মহাক্না মারিয়ানকা পীগনি হায়দুনা কেডেট অদুদগী নোংমৈ অমা ফংলে।"

"মহাক্না মীনম্বা ঙাঙলিবনি, লাইফত্তবা হনুবদু!" লুকাশকানা শাউনা হায়রকই। "মহাক অদুগুম্বী নূপীমচা নত্তে। লাইফত্তবা হনুবা অদু মীৎ-না শিংদ্রবদি মাগী তৌশিন্নবা নাপলদু ময়াই হাপকে।" অদুগা মাগী হৈনবী ঈশৈদু মানা শকপা হৌরকই:

ইজমেলোভো খুঙ্গঙদগী,
মপুগী খোয়দারবা লৈকোন্দগী,
নোংমা পাইথোকখি মমীৎ তথক্লবী খুনুখ্রং অমা মাগী পোনদগী
থুনমক শাদানবা নহা অমনা মাগী তুংদা শগোল তোংদুনা লাকই।
মখূৎ হত্তুনা কৌই মহাক্না মমীৎ তথক্লবী খুনুখ্রংদুবু:
"লাক্লো, খুনুখ্রং, লাক্লো ঐগী য়েৎ থংবা খুত্তা,

মরমদি নহাক্লা লাক্তৃগা খ্রীষ্টান জারনা
ঐবু ফাঁসি তৌরনি, ঐবু বাংনা য়াল্লনি।”
মমীৎ তথক্লবী খুনুত্ত্রংনা অদুদগী পাউখুম্লকই:
“নহাক্লা খঙখিদে সনাগী পোম্নুংদা ঐবু করম্না থমগনি,
নহাক্লা খঙখিদে নহাক্কী য়েৎ থংবা নখুত্তা ঐবু করম্না তোংহনগনি,
হৌজিক্তি শংবান্নবা সমুদ্রদা পাইজখ্রগে থাপ্পা, য়াম্না থাপ্পা,
অদুগা মফমদুদা হাৎচরুরগে ইশামক্লা অঙৌবা কাংঙা
অদুগা হাউরবা কাংঙগী শদোংদু পূক থম্না চাজরুরগে।”

## ২৮

কোর্ণেটকী ময়ূমদা ৱারোইপোৎ পুবগী থৌরম পাঙথোক্লি। লুকাশকা খুল অদুদা হল্লকখ্রে, অদুবু মহাক্লা ওলেনিনগদি উন্নরদ্রে; অদুগা ওলেনিনসু বার্ত্তোনদি তৌরকই হায়ববু ৱারোইপোৎ পুবগী থৌরম অদু য়াওরুদ্রে। মহাক মথৱায় নুংঙাইখ্রে, মহাক্লা কোসাক খুল অসিদা লৈরকপদগী অসুম্না নুংঙাইতবা অমুক্তা য়াওখিদ্রি। লুকাশকাদু খ্বাইদগী ফজবা ফিজোল শেত্তুনা সন্ধ্যা ঙল্লিঙৈদা মমাগা চৎথিন্নখিবদু মহাক্লা উহৌই, লুকাশকানা করিগীদমক্তা মাবু অসুক থৌশাদ্রিবনো খল্লুবদা মহাক নুংঙাইতে। ওলেনিন্না খাংপোক মনুংদা থোঙ লোনশিন্দুনা লৈরে অদুগা মাগী ডাইরিদা ইবা হৌরকই।

"হন্দক ঐহাক থৌদোক কয়াগী মরমদা মুন্না খল্লে, অদুদগী ঐ য়াম্না হোংলে," মহাক্লা ইরকই, "ঐহাক ময়াম্না হায়নবা পাউরৌ অদুদা অমুক হঞ্জিল্লে: নুংঙাইনবগী অমতা ঙায়বা লম্বীদি নুংশিবা, ইশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা নুংশিবা, মী খূদিং, পোৎ খূদিংমকপু নুংশিবা অসিনি: নুংশিবগী মিরাংনা মায়কৈ খূদিংমক শন্দোক্তুনা মদুদা চঙলকপা পূন্নমকপু লৌশিনবা অসিনি। অসুম্না ঐনা ভানযুশা, অঙ্কল য়েরোশকা, লুকাশকা অমসুং মারিয়ানকাবু ফারে।"

ওলেনিন্না ৱাহৈপরেংসি ইবা লোইরকপদা কাদুদা অঙ্কল য়েরোশকা চঙলকই।

যেবোশকাদু খ্বাইদগী হেন্না মোন্দা নুংঙাইবা মওঙ তৌই। মসিগী মমাঙগী নুমিদাং-ৱাইরম খরদা ওলেনিন্না মাগা উন্নবা চৎলুই, মদুদা মহাক্লা শূমাঙদা নুংঙাইবনা নাপল কারবা মায়থোঙগা লোয়ননা অপীকপা ছুরি অমনা হৈশিংনা অশিবা লমওক লাবা অমগী মউন খোক্তুনা লৈরম্বা থেংনখি। হুইশিংনা (মখোয়দুগী মরক্তা মাগী অয়োকপা লিয়ামসু য়াওরি) মানা তৌরিবদু য়েংলদুনা মমৈ ত প্পা তপ্না হাইরদুনা নক্না কুল্লম্মী। অপীকপা অঙাংশিংনো মাবু করেম্নদুনা লক্লুবগী হৈনবী অদু ফাওবা তোক্তুনা ইকাইখুম্নবগা লোয়ননা শম্বল ফাওনা মঙোন্দা য়েংদুনা লৈরম্মী। নহানমখৈ হৌনবী ওইনা মঙোন্দা থোইদোক্লা থৌওইবীদবা য়ুম্নোম্নবা নূপীশিংদুনা মাবু তরাম্না তৌরম্মী, মঙোন্দা *চিখির* জগ অমা পুরক্লম্মী, অতোপ্পা অমনা শঙ্গোম অফম্বা, অদুগা অহমগুবা অমনা য়াম খরা পুরক্লম্মী। মথংগী নুমিত্তা য়েরোশকা

ঈ ইতে তৈনা মাগী পূক্কৈদা ফম্নম্মী অদুগা লমওক লাবগী শদোং পাউগু কয়া য়েন্নম্মী, খরদগীনা পৈশা, অদুগা অতোপ্পা অতৈদগীনা য়ু মানা লৌহৌই। মাগী মায়থোঙনা ময়েক লানা ফোঙদোক্লম্মী: "ঈশ্বরনা ঐগী অফবা নোংদম তশ্বীররে, ঐনা লমওক লাবা অমা হাৎলে, অদুনা হৌজিক ঐবু পাম্নরে।" মদুগী মতুং তাবদি মহৌশানা মহাক্লা য়ু থকপা হৌবা অসিনি, খুলদু শূকথা থাদোক্তনা নুমিৎ মরিনি য়ু থক্তুনা লৈখি। অসিগীসু মথন্তা বারোইপোৎ পুবগী থৌরম অদুদা খরগা অমুকসু থক্লুরে।

মহাক্লা য়ু থীনা ভাওরগা, মমায় ইঙাঙ ভাঙনা, মাগী খদাঙকোইদু ইফা ফানা ওলেনিনগী মনাক্তা লাকই, অদুবু মহাক সনাগী মরীনা লৈতেং ওইনা পানবা অনৌবা অঙাঙবা *বেশমেট* অমা লীথলি; মহাক্লা তুরেল বাংমদগী ফংলকপা বেললাইকা অমা পুরকই। মহাক্লা ওলেনিন্দা অসুন্না তৌগে হায়না বাশকখিবা কুইরবনি, মপূক্লীংদা মদুগী রাগ লাকই, অদুনা ওলেনিন্না ইদুনা লৈরম্বা থেংনবদা মহাক নুংঙাইব্রে।

"ইয়ু, ইয়ু, মরূপ," মহাক্লা শোন্থাংননা হায়রকই, চে অদুগা মাগগী মরক্তা করিগুম্বা ভূত অমা ফম্বগুন্না তৌবদু কিহন্দুনা তান্থোকখিরোইদবনি হায়না খল্লি, অদুদগী মহাক্লা তপ্না তুমিন্না লৈমায়দা ফমথরকই। অঙ্কল য়েরোশকানা য়ু ভাওরবা মতমদা মাগী হৈনবী মফমদি লৈমায়দনি। ওলেনিন্না কোয়না য়েংলকই, য়ু খরা পুরক্লবা য়াথং তৌই অদুগা অমুক ইথবা হৌই। য়েরোশকা মা মথন্তা থকপদু নুংঙাইতে, মহাক বারী শানীংই।

"ঐ কোর্ণেটকীদা বারোইপোৎ পুবগী থৌরম য়াওরুই। অদুবু মদুদা! মখোয়সি ওকনি!— মখোয়বু পামদে!— নঙগী ননাক্তা লাক্লবনি।"

"অদুগা নহাক্কী বেললাইকা অসিদি কদায়দগী ফংলুই?" ওলেনিন্না অদুম ইনা ইনা হংলকই।

"ঐ তুরেল বাংমদা চংলুই, মরূপ, মদুদা মসি ফংলকপনি," মহাক্লা খুন্নকই, য়ান্নসু তপ্না। "ঐ যন্ত্র অসিদদি গুরুনি। টার্টর নম্বুগা কোসাক্কী, লৈবাকমচাগী নম্বুগা লৌউবগী ঈশৈশিং, নহাক্লা পাম্বা মখল অমা হেক্তা।"

ওলেনিন্না অমুক হন্না মঙোন্দা য়েংলকই, মোমোন নোকই, অদুগা অদুম ইথে।

মাগী মেমোন মীনোক্তুনা অহল অদু থৌনা হাপকথলি।

"লাক্লো, থোরক্লো, নুপামচা, থোরক্লো!" মহাক্লা খঙহৌদনা অচেৎপা মওঙদা হায়রকই। "লাক্লো, কনাগুম্বা খরনা নঙোন্দা অরানবা তৌরে, অদুবু মখোয়বু মথন্তা থাদোকউ, মখোয়দা তিন শীৎচিল্লু! লাক্লো, অসুম ইদুনা লৈবগী করি কান্নবা, করি অফবা লৈবগে?"

অদুদগী মহাক্না মমায় অচৌবা অদু শূক্তোক্কুনা তূকচবা উৎলগা মাগী অচৌবা খূৎশাশিং অদুনা লৈমায়দা তাক তাক থাদুনা ওলেনিনবু লক্লদুনা মতৌ তম্নবা হোৎনৈ।

"বাকোই ইরগা করি কান্নবগে। হরাউ-নুংঙাইথোকপনা হেন্না ফৈ, নূপা অমনি হায়বা উখোকউ!"

আইনগী মীনম-শোরিবগী মরমদা ইবা নত্তুনা অতোপ্পা ইবগী বাখল মহাক্কী মকোক্তা লৈতে। ওলেনিন খঙহৌদনা নোকথোরকই, অদুগা য়েরোশকাসু অদুন্না নোক্লকই। অদুদগী লৈমায় মথক্তগী চোংখত্তুনা য়েরোশকানা বেললাইকা খোংবদা মাগী হৈশিংবা অদু উৎলক্কুনা টার্টর ঈশৈশিং শকপা হৌরকই।

"কৈদৌনা ইরিবনো, থৌজাল হৈরবা মরূপ! ঐনা নঙোন্দা শক্কদৌরিবা ঈশৈ অসিদুম তাবনা হেন্না ফৈ। নহাক্না হয়েং শিরবা কান্দা ঈশৈ অমতসু অমুক তাবা ফংলরোই। হৌজিক নুংঙাইথোকহৌরো!"

অহানবদা মহাক্না জগোইগা লোয়ননা মশানা শৈরেংজবা ঈশৈ অমা শক্লকই :

অহ্, ডী, ডী, ডী, ডী, ডী, ডী,
মখোয়না মাবু উবদা, মা কদায়দা লৈরম্বগে?
মেলাগী পোৎয়োনফম অমদা,
লৈরম্মী মদুদা মহাক পিন য়োন্দুনা।

অদুদগী মহাক্না মাগী হান্নগী মরূপ সারজন্ট মেজর অমদগী তমখিবা ঈশৈ অমা শক্লকই:

নিংথৌকাবা নুমিত্তা ঐ নুংশিবদা লূপ্লম্মী,
লৈপাকপোকপা নুমিত্তা স্বরমপী হোনবা নত্তুনা করিসু তৌরমদে,
য়ুমশকৈশ নুমিত্তা লোইনা ফোঙদোকখি ঐগী নুংশিবা,
শগোলশেন নুমিত্তা মহাক্কী পাউখুম ঙাইখি।
ইরাইগী অথেঙবদা মদু লাক্লম্মী কোন্না,
অদুদগী কায়খিরম্মী ঐগী আশা পূম্বা!
থাংজ নুমিত্তা শিজরগে লেপ্পুই

*ইথন্তা নুপা থোক্লা,*
*অদুবু ঐগী মুক্তিগীদমক্তা*
*নোংমাইজিংগী অয়ুক্তা ঐগী থৌরাঙ হোংখি!*

অদুদগী মানা অমুক হন্না শক্লকই:

অহ, ডী, ডী, ডী, ডী, ডী, ডী,
মখোয়না মাবু উবদা, মা কদায়দা লৈরম্বগে?

অদুগা মদুগী তুংদা মহাক্না মমীৎ খত্তুনা, মরেং নীক্তুনা খোঙথাং চানা চত্তুনা শক্লকই:

নহাকপু চূপচ-কোঞ্জগে,
অঙাঙবা রিবোন্না নঙোন্দা কোয়না য়েৎচদুনা;
অদুগা কৌজগে নহাকপু পীক্লবা ফজরবী লাইরেম্বী
ওহ! পীক্লবা ফজরবী লাইরেম্বী হৌজিক্তি
ঐঙোন্দা হায়য়ুনে, তশেংনা ঐবু নুংশিব্রা?

অদুদগী মহাক অসুক্কী মতিক ময়াই কারকই মদুদি খঙহৌদনা মশা খীংনা কা অদুগী অকোয়বদা মথন্তা জগোই শাবা হৌরকই।

"ডী, ডী, ডী"— "লৈবাকমচাশিংগী ঈশৈশিং"— অসিগুম্বা ঈশৈশিং অসি মহাক্না ওলেনিনগীদমক য়েংদুনা শকপনি, অদুবু *চিঞ্চির* গ্লাস অহমগা অমুক থক্লবা মতুংদদি মহাক্না থায়নগী মতম নীংশিংলক্তুনা অশেংবা কোসাক অমসুং টার্টরগী ঈশৈ শকপা হৌবকই। মহাক্না খোয়দারবা ঈশৈশিংগী মনুংদা অমখক শক্লিঙৈদা খঙহৌদনা মাগী খোঞ্জেল নীক্লকই, অদুদগী ঈশৈ শকপা লেপ্তুনা বেললাইকা অদুতমক খোংদুনা লৈ।

"অহ, ঐগী নুংশিরবা মরূপ।" মহাক্না হায়রকই।

মাগী খোঞ্জেলগী অঙকপা মতৌ অদুদা ওলেনিন্না য়েংথোরকই। অহল অদু কপ্লে। মমীত্তা পিগী ঈরা চেপ্লি, পি চদূম অমদি মাগী মখজাইদা চেম্থরকই। "ঐগী নহা ওইরিঙেগী

মতমশিং, নখোয় চৎখ্রেদো, কৈদৌঙেদসু অমুক হল্লক্ররোই!" মহাক্লা শূৎ শূৎ কপ্পুনা নীজিং-মাগুজিংননা চৎলগা হায়রকই। "থক্রো, নহাক থক্তবদি কৈদৌরে!" মহাক্লা মপিদি তৈথোক্তনা খগুহৌদনা খোঞ্জেল লূম্না লাউরকই।

মাবু থোইদোক্লা থম্মোয় শোকহনবা টার্টর ঈশৈ অমখক লৈ। মদু ৱাহে ইয়াম য়ামদে, অদুবু মদুগী ফজবদি হঞ্জিন হঞ্জিন হায়বা শৈরেংগী অৱাবা শরূক মতেক অদুদা লৈ: "আই দাই, দালালাই!" য়েরোশকানা ঈশৈগী ৱাহৈশিংদুগী অর্থ হল্লকই: "নহা অমনা *ওলদগী* চীংদা য়াউ শেনবা চৎখিরম্মী, রসিয়ানশিং লাক্তুনা *ওল* অদু মৈ থারম্মী, মখোয়না নূপা পূন্নমকপু হাত্তোক্রম্মী অদুগা নূপী লোইনমকপুনা বন্দী ওইনা পুখিরম্মী। নহা অদু চীংদগী হল্লক্রম্মী। *ওল* অদুনা লৈরম্বা মফমদু খুন্তাক লানশিরম্লে; মফম অদুদা মহাক্কী মমা, মচীন-মনাউশিং, মাগী ময়ূম লৈরমদ্রে; উপাল অমখক্তং লেপ্পুনা লৈরম্মী। নহা অদুনা উ মখাদা ফমদুনা কপ্লম্মী। 'মথন্তা, নহাকুন্না, ঐহাকুন্না,' অদুগা ঈশৈ শকপা হৌরকই: 'আই দাই, দালালাই!' " অদুদগী অহল অদুনা অসিগুম্বা থম্মোয় শোকপা হঞ্জিন্না হায়বা তেংথা-নাওইবা শৈরেংগী মতেক অসি হম্না হম্না শক্রকই।

হঞ্জিনবা শৈরেংগী মতেক অদু শকপা লোইরগা য়েরোশকানা খগুহৌদনা ফক্লাংদা য়াল্লিবা নোংমৈ পায়দুনা শূমাগুদা চেপ্পোকখ্রে, অদুগা বেরেল অনীমক মালংদা কাপ্পী। অদুদগী মহাক্লা হেন্না থৱায় শোক্লা অমুক হন্না শকপা হৌরকই মাগী "আই দাই, দালালাই— অহ, অহ," অদুদগী লেপখ্রে।

ওলেনিন্না মাবু মাঙ্গোল ফাওবা মতুং ইল্লি অদুগা থৱানমিচাক্লা তরং তরং থোক্লিবা অতিয়াগী মানা নোংমৈ কাপখিবা মায়কৈ অদোমদা য়েংখৎলি। কোর্ণেটকী ময়ূমদা মৈ ঙাল্লি, খোঞ্জেলশিংগী মখোল তায়। লৈশাবীশিংনা মাঙ্গোল অমদি থোগুনাউগী অকোয়বদা য়োমদুনা লৈ অমদি য়ূমগা শঙ্গোয়গা অনীদুগী মরক্তা হঙ্গৎ-হন্দা মনীং-মমাঙ চেন্দুনা লৈ। কোসাক খরা য়ূমদগী চেপ্পোরকই অদুগা অঙ্কল য়েরোশকাগী ঈশৈগী হঞ্জিন্না হায়বা শৈহেক অমদি নোংমৈ কাপ্পগী মখোলদা হন্না খোম্থাঙ য়ৈনা হৌনা লাউবা হৌরকই।

"করিগীনো ৱারোইপোৎ পুফমদা লৈত্রিবদি?" ওলেনিন্না হংলকই।

"মখোয়বু করিসু থৌশারুনু! মখোয়বু করিসু থৌশারুনু!" অহল অদুনা মরোল শেংফাত্তনা হায়রকই, মহাক মফমদুদা করিগুম্বা খরনা তশেংনা নুংঙাইহল্লক্তে। "মখোয়বু পান্নুনু, ঐদি পামদে। অহ, অদুগুম্বা মীওইশিংদু! খাংপোক মনুংদা অমুক চঙলক্রো! মখোয়সু মখোয়মখৈ নুংঙাইজসনু, অদুগা ঐখোয়সু ঐখোয়না থোকপা নুংঙাইসি।"

ওলেনিন চঙলকই।

"অদুগা লুকাশকাদি, মহাক নুংঙাইরিব্রা? মহাক ঐগা উন্নবা লাক্লরোইদ্রা?" মহাক্লা হংলকই।

"করি, লুকাশকা? মহাক্কী নুপীমচা অদু ঐনা নঙগীদমক পীগনি হায়না মখোয়না মঙোন্দা হায়জিল্লে," অহল অদুনা মুরুম মুরুম শোন্দুনা হায়রকই। "অদুবু, নুপীমচা অদুবু করি লৈবা পোৎনো? ঐখোয়নবু পান্নবদি মহাক ঐখোয়গী ওইগদবনি। পৈশা মরাংকায়না পীশিল্লু, অদুদি মহাক ঐখোয়গী ওইরেদনা। ঐ নঙগীদমক শীনগে। ঐবু থাজৌ, ঐ শোয়দনা শীনগে!"

"নঙ্ভে, অঙ্কল, মহাক্লা ঐবু নুংশিদ্রবদি পৈশানা করিসু তৌবা ঙম্বা পোৎ নত্তে। নহাক অদুন্না ঙাঙদবনা ফে!"

"মখোয়না নঙগা ঐগবু নুংশিদে। ঐখোয় লমজা মচাশিংনি," অঙ্কল য়েরোশকানা খঙহৌদনা হায়রকই অদুগা অমুক কপ্পা হৌরকই।

অহল অদুগী ৱা তানা তানা ওলেনিন্না মহৌশাদগী হেন্না থকচিনখ্রে। "অদুদি হৌজিক ঐগী লুকাশকাদু নুংঙাইরে," মহাক্লা খল্লকই; অদুম ওইনমক মহাক অৱাবদি পোকই। সন্ধ্যা অদুমদি অহলদু অদুক্কী মতিক য়াম্না থকচিনখ্রে মদুদি মহাক লৈমায়দা তুথখ্রে, অদুদগী ভানয়ুশানা সিফাইশিং কৌদুনা মখোয়গী মতেং লৌরগা মতিন শীৎল-শীৎলদুনা অহল অদুবু চিংথোকই। লমচৎ ফত্তবগীদমক অহলদুবু অদুক্কী মতিক শাউখিবনা মহাক ফ্রেঞ্চ লোন্দা করিগুম্বা খরা হায়বা ফাওবা কাউখ্রে।

# ২৯

আগষ্ট থানি। নুমিৎ কয়ানিমরুম অতিয়াদু লৈচিল-নোংফাই থাংদে; নুংশানা খাওঙমদনা য়াক্লা শাই অমসুং অয়ুক অঙনবদগী লৃম্মুশাবা নুংশিৎনা লৈঙোইপুং অমদি লম্বীদগী অশাবা লৈঙোইগী নোংলৈ নুংশিৎ তৌহল্লি অদুগা মদুবু মালংদা শীংনাং, উপাল অমদি খুঙ্গঙ-শিংগী মথক্তা পুই।

নাপী অমসুং উথক্কী উনাশিংদু উফুলনা কুপখ্রে; লম্বী অমদি থুমহি চেনবা চোং চোং লাউবা কংলবা কুৎথনা লৈবা মফমশিংগী মথক্তা নুংশিত্তুনা হুমদুনা লৈমায়দা মখোল থোরকই। ঈশিং অদু টেরেক্তা চেনশিনখিবা কুইরে অমসুং খোংবান-লুক্লাংদা থুনা মাঙশিনখ্রে। খুলগী ময়াদা লৈবা লৈখোম থোক্লবা পুম্রী মপানশিংদা শা-শনশিংনা চৎপগী ইকোক কোক্লা লৈ অমসুং নুমিৎ চুপ্পা ঈশিংগী জম জম লাউবা মখোল, ঈরুজরিবা নুপামচা অমদি নুপীমচাশিংনা লাউ-খোংবগী খোঞ্জেল তাবা ফংগনি। উ হৌদবা অহাঙবা তম্পাকশিংদা লৈবা লৈঙোইপুংশিং অমদি নাপী-শীংনাং পুন্নমক অদু হান্ননা কংবা হৌখ্রে, অয়ুক নুংথিলগী মতমদা শা-শনশিংনা খোংল-খোংলদুনা শঞ্জাবুংদগী চেনখি। লমগী শাশিংনা অথাপ্পা শীংনাং হৌবা মফম অমসুং টেরেক্কী বাংমদা লৈবা চীংশিংদা চত্তুনা লৈফম হোংখ্রে। কাঙ অমদি শন-হয়িংশিংনা অনেম্বা লমশিং অমদি খুঙ্গঙশিংদা শঙ্গু ওইনা মন্না পাই। উনগী চীংদোনশিং অদু উৎমচুগী লৈচিল্লক্তা লোৎখ্রে। মালং অদু হেন্না পাথরে অমসুং স্বর হোনবা বায়। অসুন্না হায়নৈ মদুদি *অব্রেকশিংনা* হৌজিক থেল্লবা তুরেল অদু লাম্থোক্তুনা নাকলসোমদা লুট-পাৎকী খুদোংচাবা য়েংদুনা কোয়না চত্তুনা লৈরি। নুমিদাং খুদিংগী নুমিৎনা লংত্রিক লংনা অঙাঙবা মঙালগা লোয়ননা তাখি। চহীগী খ্বাইদগী থবক চিনবা মতমনি। খুঙ্গঙগী মীপুম খুদিংমক্লা তরবুজগী লৌবুক অমদি অঙ্গুরগী হেকোল-শিংদা হুপচিন্নরি। মরীচৎপা অশংবা নাপীশিংনা পীক থন্না হৌজিল্লবা অঙ্গুরগী হেকোলশিং অদু অঈংবা, উরুম য়াম্না লাংবা মফমদা লৈ। মফম খুদিংমক্তা অমুনবা, অরূম্বা অমুবা চরোংশিংনা শেংফাত্তনা মঙাল ফাওনা উবা অপাকপা মনাশিংগী মরক্তা লৈবা উরি।

উফুল হৌরবা সড়কশিংদা অমুবা অঙ্গুরনা ৱাংনা পৈরবা গাড়িশিংনা ক্রেক-ক্রেক লাউবা মখোলগা লোয়ননা অঙ্গুর হৈকোলদগী তপ্পা চৎলি। কাংখোঙনা তকখায়রবা অঙ্গুর চরোং কয়া উফুলক্তা তাদুনা লৈরি। অঙ্গুর মহী চুরবা ফুরিৎ অচোনবী লীৎপা নুপামচা নুপীমচা-শিংনা মখুৎ অমদি মচীন্দা অঙ্গুরগা লোয়ননা মখোয়গী মমাশিংগী মতুংদা চেল্লি। লম্বীদা শেগায়রবা ফিজোল শেৎপা শিনমীশিংনা মখোয়গী কল্লবা মরেংজুমদা অঙ্গুরগী থুমোকশিং পুদুনা চৎপা কনাগুম্বনা লেপ্তুনা থেংনৈ; কোসাক লৈশাবীশিংনা মমীৎ য়ৌবা ফাওবা রুমালনা খুমজিল্লগা উইহেনা ৱাংনা পৈরবা গাড়িশিংদা পাল্লিবা শল্লাবশিংদু হোইরি। মখোয়বু থেংনরুবা সিফাইশিংনা মখোয়দা অঙ্গুর নি, লৈশাবীশিং অদুনা গাড়ি থৌবদি লেপ্তুনা ৱানা মখুৎনা লামখত্তুনা পায়দুনা কারগা অঙ্গুর খুজোক থম্না লৌথোক্লগা সিফাইশিং অদুগী কোটকী ফিগাউশিংদা থাদরকই। ফার্মগী করিগুম্বা য়ুম খরদদি উইহে মহীশুম্বা হান্ননা হৌনখ্রে; অহাঙবা মালংদা উইহে মকুগী মনম্না থল্লি। শূমাঙদা শঙতপশিংগী মনুংদা শা-শনশিংগী শজিক পীজনবা ঈমুক ঙাঙবা উপুশিং অমদি নোগাই শিনমীশিংনা খোঙ্গ্রাউ অশাংবা তাখত্তুনা মখোঙদা হৈমহী ইচু চুবমখৈ লৈবা উই। ওকশিংনা খোংদুনা অহাঙবা মকুশিংদু করান্না চারি, মখোয়গী মরক্তা থরো-মালো ওল্লি। শঙ্গোয়গী অপাকপা য়ুমথকশিংদা অমুবা অমসুং সনা মচু মানবা চরোং কয়া পাক্লা শন্দোক্তুনা নুংশাদা ফৌরি। কাক অমসুং চরোয়শিংনা মরূশিং খুন্দুনা অমদি মফম অমদগী মফম অমদা মশা খপ্তুনা কোয়পাই পাইদুনা য়ুমথক-শিংগী অকোয়বদা ওমশিল্লি।

চহীদুমা নোমজবগী মহৈশিংদু হরাউ-নুংঙাইনা খোমজিল্লি; অদুগা চহী অসিদি মহৈ-মরোংদু মহৌশাগা মান্নদনা ফজে অমদি মরাংকায়।

উরুম লাংবা অশংবা অঙ্গুর হৈকোলশিংদা পাকশন্না হৌরবা অঙ্গুর পাম্বীশিংগী মরক্তা নাকল খুদিংমক্তা নোক-খেবা, ঈশৈ-নোংমাই, হরাউ-তয়াম্বা অমদি নুপীশিংগী খোঞ্জেল তাবা ফংগনি, মখোয়গী অরংবা মচু-মমেন্না থল্লবা ফিজোলশিংগী মঙালদু উবা ফংগনি।

নুমিৎ চপ য়ুংবদা মারিয়ানকাদু ইমুং-মনুংগী অঙ্গুর হৈকোলদা চুম্রে পাম্বী অমগী মরুমদা শাবোৎ য়াওদবা গাড়ি অমগী মখাদগী ইমুংগী চাকলেন লৌথোক্লগা ফল্লি। মহাক্কা মায়য়োক্নদা (স্কুলদগী হৌজিক হল্লক্রবা) কোর্ণেটি অদুনা শগোল কৃপ্পা ফি অমদা ফন্নদুনা জগ মচা অমদগী ঈশিং হৈথদুনা মখুৎ হাম্লি। পুম্ব্রীদগী চুমথ্রীং কারক্লিবা অমসুং মাগী অরাওবা ফুরিৎ পাম্বোম্না মমায় তৈথোক্তুনা স্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা লেপ্লিবা মহাক্কী অপীকপা মৌপ্পা অদুনা মাগী চাকলেন ঙাইরদুনা মচেগা মমাগদা খৌরাংনা য়েংলি। অহল

ওইবী মমা অদুনা নুংশানা কাহংলবা মপাম্বোমগী ফুরিৎ খুদাংদু থেক্কৎলদুনা অপীকপা অনেম্বা অকোয়বা টার্টর টেবল অমগী মথক্তা অঙ্গুর, ঙা অকংবা, শঙ্গোম অফম্বা অমসুং তল শীল্লাঙদুনা লৈ। কোর্ণেট অদুনা মখুৎ তৈথোক্লে, টুপি লৌথোক্লে, মশাদা ক্রোসকী খুদম তৌরে, অদুগা টেবল ময়াদা হেন্না নক্লা চঙশিল্লি। নুপামচা অদুনা জগ অদু পায়দুনা খৌরাংনা থকপা হৌরকই। মমাগা মচানুপীগনা মখোঙ কারন চন্দুনা টেবল ময়াদা ফল্লি। উরুম অদুদা ফাওবা খাঙঙমদনা শাই। অঙ্গুর হৈকোল মথক্তুদা মালংদা অপাবা লৈচিল অমা লৈ, হৈকোল অদুগী জগা জগাদা হৌরিবা নাশপাতি, চুম্রৈ অমদি কব্রংচাক পাম্বী-শিংগী মতোন্দা খোঙ্হোক হোংবা লৈতনা হল্লিবা অকনবা লুম্বু লুম্বু শাবা নুংশিৎ অদুনা অঙৈংবা করিমতা পুরক্তে। কোর্ণেট অদুনা অমুক্কা মশাদা ক্রোসকী খুদম তৌরগা অঙ্গুর পাম্বী মনানা খুমদুনা মতুংদা লৈরিবা *চিখিরগী* অপীকপা জগ অমা লৌরে, অদুগা জগ অদুগী মচীন্দগী থক্লগা অহল ওইবী নুপী অদুদা অমুক লাল্লি। ফুরিৎ নত্তুনা মশাদা করিমতা য়াওদে, মদু ঙকশমদা ফাজিন্দে অমদি মাগী মতু হৌরবা মসল কারবা মথবাক্তু থাদোকই। মাগী চালাক লৈবা কংলবা মায়থোঙ অদু হরাউ-হরাউ উই; মাগী মতৌ অমদি ঙাঙব-শকপদা মাগী মহৌশাগী ওইবা চালাক অদু উবা ফংলোই; মহাক হরাউ-হরাউই অমসুং ইচম চমই।

"খরদু ঙসি নুংদাং শঙগী ব্বাংমদা লোইশিল্লসিরা?" মহাক্লা মাগী অচোৎপা খদাঙকোইদু তৈথোক্লদুনা হংলকই।

"অদুম তৌরসি," মাগী নুপীনা খুন্নকই, "করিগুম্বা অঙৈং-অশানা অকায়বা পীদ্রবদি। ডেমকিনশিংদি তংখায় অমা ফানা লোইদ্রি," মানা শমথরকই। "উষ্টেনকাদি চোকথবমখে মথন্তা থবক শূরি।"

"মখোয়দগী করি আশা তৌবগে?" অহল ওইবা নুপা অদুনা পোঙনা হায়রকই।

" সিদা, সে থকউসে, ইবেম্মা মারিয়ানকা!" অহল ওইবী নুপী অদুনা জগ অদু নুপীমচাদুদা লান্দুনা হায়রকই। "ঈশ্বরনা কৃপা তৌরবদি, লুহোংবগী চাকচাবগী অচঙবা খরচ পুথোকপা ওক্লবা লৈরনি," অহল ওইবী নুপী অদুনা শমথরকই।

"মদু মতম খরদি ওইখিরোই," কোর্ণেট অদুনা পীশুম হাইফেৎ শূক্তুনা হায়রকই।

নুপীমচা অদু মরু লূকথৈ।

"মদু ঐথোয়না করিগী পন্নরোইদৌরিবনো?" অহল ওইবী নুপীদুনা হায়রকই। "ব্বাফম অদু লেপ্প্রে, অদুগা মতমসু অসুম নকশিল্লক্লি।"

"কাহেন্না মাঙজৌননা থৌরাঙ তৌরুন্নু," কোর্ণেট অদুনা হায়রকই। "হৌজিক ঐখোয়গী লৌরোকথা চঙলক্রে।"

"লুকাশকাগী অনৌবা শগোলদু উরব্রা?" অহল ওইবী নূপী অদুনা হংলকই। "দমিত্রি আন্দ্রেচনা পীবা অমদুদি লৈত্রে— মাদু মহাক্না ওম্থোক্করে।"

"নত্তে, ঐ উদ্রি; অদুবু ঙসি ঐ মনাই অদুগা ৱারী শাই," কোর্ণেট অদুনা হায়রকই। "মহাক্না হায় মাগী মবুংঙোনা রুবল লীশীং অমা অমুক ফংলে হায়না।"

"লন-থুমগা য়াওন্নদুনা লৈবা, মদুগী অতে ৱা করিসু হায়নীংঙাই লৈতে," অহল ওইবী নূপী অদুনা হায়রকই।

ইমুং অপুম্বা অদু হরাউবা অমদি অপেনবা পোকই। থবক অদু নীংথিনা চথে। অঙ্গুরশিং অদু মখোয়না নীংলম্বদগী হেন্না মরাংকায় অমসুং নীংথিজে।

চাকলেনগী মতুংদা মারিয়ানকানা শল্লাবশিং অদুদা শজিক খরা থারে, অদুদগী মাগী *বেশমেট* অদুনা থুপচিন্দুনা মোন শেন্নগা, গাডি মখাদা খোঙনা নেৎপদা পাকথরবা উঁহে মহী তারবা নাপী মথক্তা হীপথখ্রে। মাগী মকোক্তা সিল্ককী অঙাঙবা রুমাল অমতমক পুল্লি, অদুগা মচু শিথববা শংবান্নবা মচুগী লৈরোং নম্বা ফূরিৎ অচোনবী অমা লীৎলি; অদুবু মহাক খাঙবা ঙমদবমখৈ শাবা ফাওই। মাগী মমায় অদু মৈ হৌনা শাই, মখোঙ অদু থম্ফম খঙদে; মাগী মমীৎ অদু তূম্নিংবনা অমসুং চোকথবনা মশেন মরান তৌরে; মাগী মচীনবান্দু মথক্তা কাথোকচখি, মাগী থবাক অদু লূম্না অমসুং লৈতানা ৱাংখৎ-নেমথ তৌই।

থা মখায় অমগী মমাঙদগী হৌনা চহীগী থবক চিনবা মতম হৌখ্রে, নূপীমচাশিংগী পুল্সী অসি হৌজিক লেপ্পা লৈত্রবা অরুম্বা থৌদাংনা নম্রে। মহাক নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌবদা ফুক হৌগত্তুনা অঈংবা ঈশিংনা মমায় তাথোক্লগা শাল অমা ইল্লদুনা মখোঙদা খোঙউপ তোংদনা শা-শন য়েংবা চেম্থোকই। মদুদগী মানা থুনমক খোঙউপ উপশিল্লি, *বেশমেট* লীৎশিল্লি অদুগা তল ময়োম মচা অমা লৌরগা শল্লাবশিংদু শাবোৎ হাপ্তুনা নোংমা চূপ্পদুগী ওইনা অঙ্গুর হৈকোলদা হোইখি। মফম অদুদা মহাক্না অঙ্গুরশিংদু ককই অদুগা থুমোকশিংদু পুই, মরক্তা পুং অমতমক পোত্থাই, অদুদগী নুংথিলদা মকালাম্না, মশা চোকথদনা শল্লাবশিং অদু মখোয়গী কোঙ্গোই থৌরীদা চিংলদুনা নত্ত্রগা চৈ অশাংবা অমা পায়দুনা মখোয়বু হোইদুনা খুঙ্গঙদা হল্লকই। শা-শনশিং অদু সেবা তৌরবা তুংদা মহাক্না নুমিৎলৈ মরূ খরা লৌদুনা মাগী ফূরিৎ অচোনবীগী অরাওবা খূদাংদা হাপ্লে, অদুগা সড়ক্কী চুথেক্তা তূপ্পুনবা অমদি মমান্নবশিংগা ফাগী-জুগায় খরা তৌননবা চৎলি। অদুবু সন্ধ্যা য়াচঙবা

হেক ওইরকপগা মহাক য়ুমদা হল্লকই, অমম্বা শঙ্গোয়দা মমা-মপা অমদি মৌপ্বাগা লোয়ননা নুংদাংগী চাক চামিন্নরবা মতুংদা হকচাং নুংঙাইনা, পুক্লীং লাঙবা লৈতনা খাংপোক মনুংদা চঙই, ষ্টোভকী ফম্বাক্তা কাখৎলগা মফমদুদা উইরুম উইরুম তৌনা মখোয়গীদা ভারা লৈবা মীদুনা ৱারী শাবা তায়। ওলেনিম্না হেক চৎখিবগা মহাক ফমুংদা চঙদুনা অয়ুক ফাওবা ইশি শিনা চীক্লা তৃম্মী। অসুম তৌনা নোংমা নোংমা হৌখি। ৱারোইপোৎ পুবা নুমিত্তুদগী মহাক্লা লুকাশকাবু উখিদ্রে, অদুবু তৃমিন্না লুহোংবা অদু ঙাইদুনা লৈ।

মহাক মখোয়গীদা ভারা লৈবা মীদুবু হৈনরে, মাগী খোয়দাবা মীৎয়েংশিংদা মহাক নুংঙাইবা পোকই।

# ৩০

অশাবদগী নাষ্ঠোকপা ঙমদ্রবসু, অঙ্গংবা গাড়িগী মরুমদা কাঙনা ওমদুনা লৈরবসু, মাগী অপীকপা মৌপ্পানা মনাক্তা হাইন-হন্না লেঙদুনা মঙোন্দা অসুম ঈল্লবসু মারিয়ানকানা মাগী রুমালনা মকোক্তা চিংখত্তুনা তূমথখ্রে, অদুদগী খঙহৌদনা মখোয়গী য়ুম্লোন্নবী উষ্টেনকা মাগী মনাক্তা চেন্দুনা লাক্লে অদুগা গাড়ি মখাদা পাকথরগা মাগী মনাক্তা হীপথরক্লে।

"তূম্মু, নূপীমচাশিং, তূম্মু!" উষ্টেনকানা গাড়ি মখাদা নুংঙাইনা ফীবম শেন্নগা হায়বকই। "ঙহাক্তা ঙাইখো," মহাক্না লাউরকই, "মদুনকা য়াবা পোৎ নন্তে!" মহাক্না চোংখত্তুনা অশংবা উশা খরা থেক্লে অদুগা গাড়িগী কাংখোঙ অনীমক্তা থিংজিল্লগা মাগী *বেশমেট* অদু য়ানশিল্লে। "ঐ চঙলক্কে সে," মানা গাড়ি মখাদা অমুক পাকথদুনা চঙলগা অপীকপা নূপামচাদুদা লাউরকই। " 'সিবু কোসাক অমগী লৈফম্না, নূপীমচাশিংগা লোয়ননা? চৎখ্রো চৎলো!" গাড়ি মখাদা মাগ; মাগী মরূপকদা ঙায়রবা মতমদা উষ্টেনকানা খঙহৌদনা মপাম্বোম অনীনা মাবু কোল্লে অদুগা মঙোন্দা চেজেৎনা নপশিন্দুনা মখজাইশিংদা অমসুং মঙক্তা চূপ্পা হৌরকই।

"নুংশিবী, নুংশিবী," মানা হৌনা ফাক ফাক নোক্তুনা হন্না হন্না হায়রকই।

"করিগীনো, মদু নহাক্না গ্রেনডেডতগী তন্নুরিনি," মারিয়ানকানা নাষ্ঠোরুবা হোৎনদুনা হায়রকই। "ঙাইখোসে!"

অদুদগী মখোয় অনীমক অসুককী মতিক হৌনা ইশি শিনা নোকথোরকই মদুদি মারিয়ানকাগী মমানা মখোয়দা তূমিন লৈয়ু হায়না লাউরকই।

"কল্লকপ্রা, নহাক?" উষ্টেনকানা শোষ্টাংননা হায়রকই।

"নাতে চাদবা! সে তূমসি। নহাক করিগী লাক্লিবনো?"

অদুবু উষ্টেনকানা শমথরকই, "করিগীনো হায়বদু হায়গে, ঙাইখোনে!"

মারিয়ানকানা খূনিংনা শৌদুনা হৌগৎলগা মাগী রুমালদু শেমজিল্লি।

"ফরে, অদু করিনো?"

"নখোয়গীদা ভারা লৈরিবা মীদুগী মরমদা ঐ করিগুম্বা খরা খঙলে!"

"খঙনীংঙাই করিসু লৈতে," মারিয়ানকানা হায়রকই।

"ওহ, ফত্রবী নূপী!" উষ্টেনকানা মঙোন্দা খূনীংনা থিন্দুনা নোক্নুনা হায়রকই। "করিমতা হায়ররোইদবা। মহাক ননাক্তা লাকপ্রা?"

"লাকই। অদুবু কৈদৌরবগে?" মারিয়ানকাদু খঙহৌদনা মমায় ঙাঙশিন্না খুম্নকই।

"ঐ হৌজিক ইচম চম্বী নূপীমচা অমনি। ঐনা মীপুম খূদিংমক্তা হায়। ঐনা করিগী তৌশিন্নরুগনি?" উষ্টেনকানা হায়রকই, মাগী মকালান্নবা, গোলাবকুম তঙাংলবী মায়থোঙ অদুদা খঙহৌদনা বাখলগী মমি তারকই। "ঐনা কনাদসু অকায়বা তৌদে, ঐবু তৌব্রনে? ঐনা মাবু নুংশিরুরে, বা হায়ববু মদুতনি।"

"গ্রেনডেডপুরা নহাক্লা হায়রিবদু?"

"উম!"

"অদুবু মদু পাপনি।"

"ইহে, মাবিয়ানকা! নীংতম্নিঙৈগী মতমদা খুদোংচাবা লৌহৌদনা নূপীমচা ওইবীগীবু করম্বা কান্দা অফবা তাঞ্জা লাক্কনি? ঐনা কোসাক অমদা লুহোংলো, অঙাং ময়াম পোক্লনি, অদুগা ঐগী অৱাবশিংদু কন্না খঙবা তাবনি। করিগী, নহাক্লা লুকাশকাদা লুহোংলগা নহাক্কী কোক্তা নুংঙাইবা বাখল অমতসু চঙলক্রোই: অঙাং ময়ামগা, থবক্কদা অদুম ওইগনি!"

"কদায়? লুহোংলবা মী খরদি নুংঙাইনা লৈরি। করিসু খেন্নবা লৈতে!" মারিয়ানকানা তপ্না খুম্নকই।

"ঐঙোন্দা ফজনা অমুক্তা হায়য়ু। লুকাশকা নখোয় অনী করম তৌনরি?"

"করিবু তৌগদগে? মহাক্লা লুহোংনবা হৌদোক্রম্মী। পাবুংনা মদু চহী অমা য়েথোকখি; অদুবু হৌজিক্তি লেপ্নবা লোইরে, মখোয়না ঐখোয়বু শরৎ ঋতুদা লুহোংবীগনি।"

"অদুবু মানদি নঙোন্দা করি হায়রম্মী?"

মারিয়ানকানা মোমোন নোক্লকই।

"মানা করি হায়গনি? মহাক্লা ঐবু নুংশি হায়রম্মী। মানা ঐবু অঙ্গুর হৈকোলদা মাগা চৎমিন্নসি হায়না অসুম হায়রম্মী।"

"কয়াদা চনপ্পী ওইখ্রবনো মহাকসি! নহাক্তি চৎখিদবা নত্র্রা, চৎপ্রা? মহাকসি কয়াদা অপঙথৌনা ওইরিবনো! মহাক খুলগী পোঙজনফমনি। মহাক্লা লাম্মী মরমক্তসু নুংঙাইথোকই! ইকুই কুইদনা ঐখোয়গী কিরকাদু য়ূমদা লাক্লম্মী। 'লুকাশকানা ফংবা

শগোলদুদি কয়াদা ফজে!’ মহাক্না হায়রম্মী। অদুবু অদুম ওইনমক মানা নঙগীদমক বাগি হায়না ঐনা খল্লি। অদুগা মানা অতে করি হায়রম্বগে?”

“নহাক্না লোইনা খঙদোকপা তারব্রা?” মারিয়ানকানা নোক্নুনা হায়রকই। “নোংমা নুংদাংদা মহাক য়ু ঙাওরগা ঐগী থোঙনাউ মপাদা শগোল তোংদুনা লাক্লম্মী, অদুগা ঐঙোন্দা চঙলক্নে হায়রম্মী।”

“অদুদগী নহাক্না চঙহন্দ্রে?”

“মাবু তশেংনা চঙহনবা। ঐদি অমুক্তং হায়ব্রবা বা অদুদি চীংগুম্না চেংনা ঙাকই,” মারিয়ানকানা পুক্নীং চঙনা হায়রকই।

“অদুবু মহাক নীংথিজবা মীওই অমনি! মানবু পাম্নবদি নুপীমচা অমতনা য়াদবা তৌরোই।”

“ফরে, মাবু অতৈদো চংহনম্রো,” মারিয়ানকানা পোঙনা খুম্নকই।

“নহাক মাগীদমক নুংঙাইতবা তৌদ্রা?”

“নুংঙাইতে, অদুবু ঐ নাতে চাদবদি তৌরোই। মদু চুমদে।”

উষ্টেনকানা খঙহৌদনা মাগী মরূপকী মথবাক্তা মকোক্না ঙাথরগা মাবু পায়দুনা স্বর হোন্দবমখৈ থক থক নীক্না নোক্লকই। “বাখল য়াওদবী, অপঙবী!” মহাক্না স্বর হনগৎপা ঙমদনা লাউরকই। “নহাক নুংঙাইবা পামদ্রে।” অদুদগী মহাক্না মারিয়ানকাদা তিক্রি হোৎলকই।

“হাইস, তৌনু!” মারিয়ানকানা লাউদুনা অমদি নোক্নুনা হায়রকই।

“তাউ কয়াদা মথোঙ চাখিদ্রবা অঙাংশিংনো! ওম্নোক্না নুংঙাইরেদা! চোকথবা নাইদ্রি!” গাড়িগী অতোপ্পা নাকলদগী অহল ওইবী নুপীদুগী উররোন তৌনা লাউরকপা খোঞ্জেল তারকই।

“নহাক নুংঙাইবা পামদ্রে,” উষ্টেনকানা খজিক্তং হৌগত্নুনা শোম্নাংননা হম্না অমুক হায়রকই। “অদুবু নহাক নরাইকক ফৈ, নহাক্না ওইরিবসে! মখোয়না নঙবু কয়াদা নুংশিব্রবা! নহাকসি অদুক্কী মতিক শাউগম্লি, অদুমওইনমক মখোয়না নহাকপু নুংশি। অহ, ঐনা করিগুম্বা নহাক ওইরম্নবদি থুনমক নখোয়গী ভারা লৈরিবা মীদু ময়াই কাহম্লমগদবনি! নহাক্না ঐখোয়দা লৈবা কান্দা ঐনা মাবু উহৌই। মহাক্না নহাকপু মমীংনা চাগদবগুম য়েংখি। গ্রেনডেডনা ঐঙোন্দা পীবা পোৎশিংদো! অদুগা নঙগীদু, মখোয়না হায়নৈ, রসিয়ানশিংগী মনুংদা খাইদগী ইনাক খুনবনি হায়না। মখোয়গী মশাগী মীনাইশিং লৈ হায়না মাগী আর্দালী অদুনা হায়।”

মারিয়ানকা হৌগৎলকই অদুগা মীকুপ অমতং বাখল খল্লগা মোমোন নোক্লকই।

"মহাক্লা ঐঙোন্দা নোংমা করি হায়রম্মী খঙব্রা, ঐনা হায়বদি ঐখোয়দা ভারা লৈবা মীদো?" মহাক্লা নাপী মনা অমা চীক্লদুনা হায়রকই। "মহাক্লা হায়রম্মী, 'ঐ লুকাশকাগুম্না নত্রগা নহাক্কী নৌপ্পা লেজুটকাগুম্না কোসাক অমা ওইনীংলে।' মানা হায়রিবদুগী অর্থদু নহাক করম হায়না খনবগে?"

"ওহ, মাগী মকোক্তা ইহান হাম্না লাকপদুমা হেক্তা নঙোন্দা হায়বনি," উষ্টেনকানা খুন্নকই। "ঐগীদি অদুম্না হায়দে! অঙাওবদৌনা মহাকপু!"

মারিয়ানকানা মাগী অথূম্না *কেশমেট* মথক্তা মকোক্তু মোন খাঙদুনা হীপথম্রে, উষ্টেনকাগী মরেংবান্দা মপাম্বোম থমদুনা মমীৎ উইশিল্লি। "মহাক ঙসি অঙ্গুর হৈকোলদা লাক্লুনা থবক শূবা পাম্মী। পাবুংনা মঙোন্দা হায়খিবনি," ঙহাক তূমিম্না লৈরুরবা মতুংদা মহাক্লা হায়রকই, অদুদগী মহাক তূমথম্রে।

## ৩১

গাড়ি অদুবু উরুম লাংহল্লম্বা নাশপাতি পাম্বী মরুমদগী নুমিৎনা লৈথোরক্লে, উষ্টৈনকানা থেৎলম্বা উশাশিংদু ফাওবা ফাওদোক্তুনা নুংশানা তৃম্লিবী নূপীমচাশিংদুগী মমায়দা য়াক্লা য়ৈরকই। মারিয়ানকানা হৌগৎলে, অদুগা মকোক্কী রুমাল অদু শেমজিল্লি। মানা মাগী অকোয়বদা য়েংবদা নাশপাতি পাম্বীগী বাংমদা মখোয়গীদা ভারা লৈবা মী অদু মরেংবান্দা নোংমৈ অমগা লোয়ননা মাগী মপাগা বারী শাদুনা লৈবা উবে। মানা উষ্টৈনকাদা খূনিংনা থিল্লগা মোমোন নোক্তুনা মাবু থিন্দুনা তাকই।

"ঐ ঙরাং চৎলুই, করিমতা থেংনখিদে," ওলেনিন্না উশাশিং অদু ফাওনা মারিয়ানকাবু উদনা মাগী অকোয়বদা য়েংলগা হায়রকই।

"অহ, মায়কৈ অদোমদা চৎকদবনি, কোইবপ্না চৎকদবনি। লমলেমনি হায়নববা শীজিন্নদ্রবা অঙ্গুর হৈকোল অমা মফমদুদা লৈবনি, মদুদা থেবশিং ইতৎ তক্তনা ফংগনি," কোর্ণেট অদুনা খূদক্তা মাগী বাঙাঙগী মতৌদু হোংলদুনা হায়বকই।

"ফজবা বানি অসুক থবক চিল্লবা মতমসিদা থেবা থিবা চৎপা। নহাক লাক্তুনা ঐখোয়গী ইতেং পাংবা, অদুগা নূপীমচাশিংগা থবক খরা শূমিন্নবনা হেন্না ফৈ," অহল ওইবী নূপীদুনা হরাউনা হায়রকই। "অদুদি হৌজিক নূপীমচাশিং নখোয় হৌগৎলো!" মহাক্লা লাউরকই।

মারিয়ানকাগা উষ্টৈনকাগদু গাড়ি মখাদা মুরুম মুরুম বারী শাদুনা লৈ, মখোয় নোক্লীংবনা খাঙবা ঙমদে।

ওলেনিন্না লুকাশকাদা রুবল য়াঙখৈ পীবা শগোল অমা পীরে খঙবদগী মহাক্কী যুম্ব-শিংদু মঙোন্দা হেন্না লুন-চান্না তৌবা হৌরকই; মরু ওইনা কোর্ণেট অদুনা মচানূপীগা ওলেনিনগা নক্লা তোঙন-তিন্নরকপা অদূদা নুংঙাইবগুম উই।

"অদুবু ঐদি থবক অদু কমদৌনা তৌগদগে হায়বা খঙদে," ওলেনিন্না গাড়ি মখাগী অশংবা উশারক্তা য়েংদনবা হোৎনরদুনা খুল্লকই, মফম অদুদা মহাক হৌজিক মারিয়ানকাগী শংবান্নবা ফূরিৎ অচোনবী অদুগা অঙাঙবা রুমাল অদুগা উগ্রে।

"লাক্লো, নঙোন্দা চুম্লে খরা পীগে," অহল ওইবী নূপী অদুনা হায়রকই।

"থায়নগী কোসাক্কী অতিথিবু তরান্না তৌবা মতৌনি, চুম্নগী অহল ওইবী নূপীগী অপঙবনি," কোর্ণেট অদুনা মাগী নূপীগী বাহৈশিংদু চুমথোকপা ওইনা শন্দোক্লা তাক্লদুনা হায়রকই। "ঐনা খনবদা রসিয়াদদি নখোয়না হৈনরবা পান্না চানরবা কিহোম হৈঙান অমদি উহৈ হৈঙান চানবগুম চুম্লেদি কয়া চানদে।"

"শীজিন্নদ্রবা অঙ্গুর হৈকোল অদুদা থেবা য়ান্না ফংগনি হায়বা?" ওলেনিন্না হংলকই। "ঐ মফম অদুদা চৎলগে।" অদুদগী মানা অশংবা উশা মরক্তা মীৎলৈ থুনা ফল্লপ য়েংলল্লগা মাগী টুপি থাঙ্গৎলে, অদুগা চাং মান্নরবা অঙ্গুর পাম্বী পরেংশিংগী মরক্তা চঙখিদুনা মশক উখিদ্রে।

ওলেনিন্না য়ুম্বুগী অঙ্গুর হৈকোলদা হল্লকপা মতমদা অঙ্গুর হৈকোলশিংগী শম্বল মরুমদা নুমিত্তু হান্না লৈথরম্লে, চোইনা তারবা নুমিৎকী মশেক্লা মমি শামি ফাওনা উবা উনাশিংগী মরক্তা ফাওদুনা ঙাল্লি। নুংশিৎ লেপখ্রে, অকোয়বদা অঈংবা তেকখৎপা মতৌ অমা শন্দোকপা হৌরকই। করিগুম্বা খূদক্কী জ্ঞান অমনা ওলেনিন্না অথাপ্পদগী মারিয়ানকাগী শংবান্নবা ফুরিৎ অচোনবী অদু অঙ্গুর পাম্বী মরক্তা লৈরিবদু খঙই, লম্বীদা অঙ্গুর হেক্লা হেক্লা মহাক্লা মারিয়ানকাগী মনাক্তা চঙশিল্লে। মাগী চোকথরবা হুই অদুনা নেম্না য়াম্থরিবা অঙ্গুর চরোংশিং অদুসু চোৎলবা মচীন্না লাক্লদুনা মাঙদা চৎখৎলি।

মারিয়ানকানা মমায় ঙাঙশিন্না, ফুরিৎকী খূদাং থেক্কৎলদুনা অমসুং মাগী রুমালদু খদাঙ মখাদা চিংথদুনা অরূম্বা চরোংশিং অদু থুনা কক্লি অদুগা থুমোক মনুংদা হাপচিল্লি। মহাক্লা পায়রম্বা অঙ্গুর পাম্বী অদু থাদোক্তনা মহাক্লা মঙোন্দা হরাউনা মোমোন নোক্লকই, অদুগা মাগী থবক্তু অমুক তৌবা হৌরকই। ওলেনিন্না নক্লা চঙশিল্লি, অদুগা মখূৎশিংদু হাঙনবা নোংমৈদু নঙ্গম্লোমদা য়ানখৎলে। "অতৈদি কদায়দা চৎখ্রে? নহাক নথস্ত ঙায়রব্রা?" মহাক্লা হায়গে তৌরুরে। অদুবু মদু মহাক হায়দি হায়দ্রে, চুম্নতা তূমিন্না মাগী টুপি অদু থাঙ্গৎলি। মারিয়ানকা মখোয় অনীতা ঙায়রবা মতমদা মহাক নুংঙাইতবা পোকই, অদুবু মশামকপু ওৎচগে থৌরাঙবগুম মহাক্লা মাগী মনাক্তা চঙশিল্লে।

"নহাক্লা নহাক্কী নোংমৈনা নূপীশিংবু অদুম তৌনা কাপকদৌরিবনি," মারিয়ানকানা হায়রকই।

"নত্তে, মখোয়বু কাপ্লোই।"

মখোয় অনীমক তূমিন্না লৈনৈ, অদুদগী ঙহাক তূমিন্না লৈরবা মতুংদা মহাক্লা

হায়রকই, "ঐবু মতেং পাংগদবনি।"

ওলেনিন্না মাগী ছুরি লৌথোক্তুনা চরোংশিং অদু তুমিন্না ককপা হৌরকই। উনাশিংগী মখাদা মখুৎনা লামদুনা মহাক্না পাউশু অহন্নোম লুম্বা অচৌবা চরোং অমা ককই, মদুগী অঙ্গুরশিং অদু অদুক্কী মতিক চগুঙননা পাল্লম্মী মদুদি পানফম জগা লৈতদুনা অমগা অমগা নন্নদুনা পাকশিল্লি, মদু মহাক্না মারিয়ানকাদা উৎলকই।

"মখোয়সি লোইনা কক্লগদ্রা? মসিমসি খরা শংমদ্রা?"

"সিদা পীরকউ কদায়নো।"

মখোয়গী মখুৎশিংদু থেংনৈ। ওলেনিন্না মাগী মখুত্তু পায়, অদুদগী মারিয়ানকানা মঙোন্দা মোমোন নোক্লগা য়েংলকই।

"নহাক থুনা লুহোংগদৌরব্রা?" মহাক্না হংলকই।

মহাক্না পাউখুম পীরক্তে, মমীত্তু মোমোন নোক্তনা লৈথোকখি।

"নহাক লুকাশকাবু নুংশিব্রা?"

"মদু নঙোন্দা কৈদৌই?"

"ঐনা মাবু কল্লকই।"

"য়াম্না মাল্লি!"

"নত্তে, তশেংবনি। নহাকসি ওহ্লোক্লা ফজখ্রে!"

অদুদগী মহাক মদু হায়রুবদা অকিবা ফংনা ইকাইবা পোক্লকই, ঝাহৈশিং অদু মঙোন্দা অদুক্কী মতিক ইচম চম্বা ওইনা থোকই। মহাক মমায় ঙাঙশিল্লি, মশামকপু লাকশিনবা ঙমদে, মারিয়ানকাগী মখুৎ অনীমক পায়শিল্লকই।

"ঐ ওইনিংবা ওইরসনু, নঙগীদি নত্ত্রে। নহাক্না ঐবু ফাগী তৌরিবা করিগীনো?" মারিয়ানকানা খুল্লকই, অদুবু মাগী মায়থোঙনা ওলেনিন্না তৌরিবদু ফাগী নত্তে হায়বা তশেংনা খঙবগী মতৌ উৎলি।

"ফাগী তৌবা? নহাক্না অমুক্তং খঙলল্লবদি ঐনা কয়াদা..."

ঝাহৈশিংদু থোইনা হেন্না মমল য়াওদবগুম তৌরকই, মখোয়দু মানা পুক্লীংদা ফাওরিবা অদুগা হেন্না অসুম চানরক্রে; অদুবু মহাক্না মখা তারকই, "নহাক্কীদমক্তা ঐনা করি তৌরল্লোইদগে হায়বা ঐ খঙদ্রে!"

"ঐবু ইথক্তা থাদোক্লন্নো, চনম্নী!"

অদুবু মাগী মায়থোঙ, মাগী মঙাল নাইরবা মমীৎশিং, মাগী মতাফরবা থবাক, মওঙ

তারবা মখোঙশিং অদুনা পুরা খেন্নবা করিগুম্বা অমা হায়। মানা হায়খিবা পূন্নমক্তু অরেম্বা ঙাক্তনি হায়বদু মারিয়ানকানা খঙবা ওইনা মানা খল্লি, অদুবু মহাক অসিগুম্বা খন্নরিবশিং অসিগী মথক্তা লৈ। মানা নীংলকপা অদুগা মঙোন্দদি হায়দোকপা ঙমদনা লৈরবা পূন্নমক অদু মারিয়ানকানা খঙবা কুইরে, অদুগা মদু মানা মতৌ করম্না হায়রকপগে হায়বদু মারিয়ানকানা তানীংবা ওইনা মানা উই।

"অদুগা মানা করম্না খঙলোইদগে," মানা খল্লকই, " মরমদি মহাক মশামক্না ওইরিবা পূন্নমক অদুতা ঐনা মঙোন্দা হায়বা পাম্মী? অদুবু মহাক্না খঙবা পামদে, পাউখুম পীবা পামদে।"

"হলো!" উষ্টেনকাগী অয়াকপা খোঞ্জেলনা অঙ্গুর পাম্বীশিংগী মরুমদগী খঙহৌদনা কৌরকই, অদুগা হৌনা নোক্লকই। "লাকউ, ঐবু তেংবাংলো, দমিত্রি আন্দ্রেচ। ঐ ইথক্তনি," মহাক্না অঙ্গুর পাম্বী মরক্তগী মাগী কোয়দানবা, অচম্বা, অপীকপা মমায়দু লীৎথোক্লুনা লাউরকই।

ওলেনিন পাউখুমসু পীরক্তে অদুগা মাগী মফম অদুদগী লেঙসু লেঙদে।

মারিয়ানকাদি অদুম কক্লুনা লৈ, অদুবু ওলেনিন্দা হন্না হন্না য়েংখৎলকই। ওলেনিন্না করিগুম্বা খরা হায়গে তৌরুরে; অদুবু তোক্লে, মরেং খজিক্তং শূপকৎলগা, মাগী নোংমৈগী মরীদু খংচিং চিংখত্তুনা খোঙকাপ থুনা থাংলদুনা অঙ্গুর হৈকোলদগী থোকখ্রে।

৩২

মহাক্লা মারিয়ানকাগা উষ্টেনকাগা হৌনা বা-বা নোকপা তাদুনা অমুক অনীরক লেপ্লি, মখোয় পূন্না করিগুম্বা খরা লাউবকই। ওলেনিন নুংথিল চুপ্লদুমা উমংদা শা তান্দুনা লেপ্লি। মহাক সন্ধ্যা য়াচঙবদা খুৎ হাঙনা ময়ুমদা হল্লকই। মহাক্লা শূমাঙ লানশিল্লকপদা শঙ্গোয়গী থোঙজাউ অদু হাংদুনা লৈবা উই অমসুং মদু ফাওনা শংবান্নবা ফুন্নিং অচোনবী অমা উই। মহাক হল্লক্লে হায়বদু মখোয়বু খঙহন্নবা মহাক্লা ভানয়ুশাবু কন্না কৌই, অদুদগী মহাক্লা মাঙ্গোন্দা মাগী মহৌশা কম্মম অদুদা ফমথরে। য়ুম্মুশিং অদু অঙ্গুর হৈকোলদগী হাম্মনা হল্লকখ্রে; মখোয় শঙ্গোয় অদুদগী থোরক্লুনা খাংপোক মনুংদা চঙখ্রে অদুবু ওলেনিনবুদি চঙলক্লবা হায়দে। মারিয়ানকানা থোঙ্গাল বাংমদা অনীরক থোরকই। মল্লি মল্লিবা মতমদুদা মারিয়ানকানা অমুক্তং মঙোন্দা য়েংলকপগুম মানা খল্লি। ওলেনিন্না খৌরাংবা মীৎয়েংগা লোয়ননা মাগী লেঙ-ওৎপা মতৌ খুদিংমক্তু য়েংই, অদুবু মাগী মনাক্তা চঙলুগে হায়না পুক্লীংদা লেপ্লদি ওমদ্রে। মারিয়ানকানা খাংপোক্তা চঙখিদুনা মশক উখিদ্রবা মতমদা মহাক মাঙ্গোল অদু থাদোক্লুনা য়ুম্মুগী ইমুংগী খোঞ্জেল খুদিংমক তাদুনা শূমাঙদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎপা হৌরকই। নুংদাং অদুদা মখোয়না বারী শাবা, নুংদাংগী চারা চাবা , বেডিং তিংথোক্লুনা ফমুংদা চঙখিবা মখোল তায়; করিগুম্বা অমদা মারিয়ানকানা নোকপা মহাক্লা তায়, অদুগা মদুদগী তপ্না তপ্না পূন্নমক ইচীক চীকপা হৌরকপদু তায়।

কোর্ণেটকা মাগী নুপীগা তৃমিন্না মুরুম মুরুম শোন্দুনা ওহাক বারী শাই অমসুং কনাগুম্বা অমনা স্বর হোল্লি। ওলেনিন মাগী খাংপোক্তা অমুক চঙলে। ভানয়ুশাদি মাগী ফিজোল অদুদা অদুম তৃম্নি। ওলেনিন্না মাবু কল্লকই অমদি করিগুম্বা খরা অসুম আশা তৌদুনা শূমাঙদা অমুক ঙাহৌ ঙাহৌ চৎপা থোরকই, অদুবু কনাসু লাক্তে, কনা অমতা লেঙদে, মহাক্লা মী অহমগী চাং নাইনা হোনবা স্বরগী মখোল অদুতমক তায়। মহাক্লা মারিয়ানকাগী স্বর হোনবা অদু খঙই, মদু তায় অমসুং মাগী থম্মোয়দা মিহল তীং তীং চোংবা অদু তায়। খুল অদুদা পূন্নমক ইচীক চীকখ্রে। শিথরকপা থানা থেঙনা থোরকই অমদি শূমাঙদা

লৈবা শা-শনশিংনা স্বর ফূইনা শাংনা হোন্দুনা তপ্না হৌগৎপা নত্ত্রগা কূত্থবা অদু হেন্না শেংনা উরকই। "ঐনা পান্নিবসি করিনো?" ওলেনিন্না শাউনা মথন্তা হংজরকই অদুবু অহিং অদুগী শুন্নাৎপা মতৌদগী মহাক নাম্বোকপা গুমদে। খঙহৌদনা মহাক্না লৈমায়দা ক্রেক-ক্রেক লাউবা মখোল অমসুং য়ুম্বুগী খাংপোকনুংদা খোঙথাংগী মখোল শেংনা তাখিবগুম নীংই। মহাক্না থোঙ অদুদা চেনশিল্লি, অদুবু চাং নাইনা হোনবা স্বরগী মখোল নত্তনা পুন্নমক অমুক পূমচীক চীকখি, শূমাঙদা ইরোই অমোম অদুনা স্বর ফূইনা শাংনা হোল্লগা অমুক লেঙলকই, লেপখৎলকই, মমৈ হাইরকই, লৈকংগী লৈমায় অদুদা করিগুম্বা খরা চাং নাইনা জোরে জোরো লাউবা মখোল থোক্লকই, অদুদগী মহাক মুশিবা থাবলগী মঙাল অদুদা অমুক কূত্থখি। মহাক মতোমতা হংজরকই: "ঐনা তৌগদৌরিবা অসি করিনো?" অদুদগী ফমুংদা তূন্নুরগে হায়না চপয়ুংনা লেপ্লে, অদুবু অমুক হন্না মহাক্না মখোলশিং অদু তারকই, মাগী কল্পনাদা মারিয়ানকাগী মূর্ত্তি অদু লৈচিল থাংবা থাবলগী মঙালদা থোরকপা উরকই, মহাক্না অমুক হন্না মাগী থোঙনাউ মপাদা থুনা চৎলি, থোঙনাউগী থোঙপাক অদুদা নম্মী, অদুগা থোঙজাউরোমদা অমুক চেল্লি, হন্দক্তি মহাক্না তশেংনমক মারিয়ানকাগী শাংনা হোনবা স্বর অমদি খোঙথাংগী মখোল তারকই। মানা থোঙগী পুনা অদু পায়দুনা থীল্লি। থোঙলোমদা লাক্লিবা চেকশিল্লবা, খোঙউপ য়াওদবা খোঙ অদুগী মখোলদু লৈমায়দা ইথোক থোরক্তে। পুনা হাংদোক্লুনা থোঙ গে লাউনা হাংদোরকই, অদুদগী মারিয়ানকাগী মূর্ত্তি অদু থোঙজিন্দা লৈবা উরকপগা লোয়ননা মনা-মশীং অমদি মাইরেলগী মনম হাইফেৎ নম্লকই। ওলেনিন্না মাবু থাবলগী মঙাল অদুদা মীকূপ অমতমক উই। মহাক থোঙ গম লাউনা থিংজিনখ্রে, অদুগা করিগুম্বা খরা মুরুম মুরুম শোন্দুনা তপ্না অমুক চেনশিনখ্রে। ওলেনিন্না তপ্না থীনবা হৌরকই, অদুবু পাউখুম পীরক্তে। মহাক্না থোঙনাউরোমদা চেনশিল্লি অদুগা তায়। খঙহৌদনা নূপাগী অয়াকপা খোঞ্জেল অমনা খংলাউ লাউরকপদা মহাক খংগ্রেক খংই।

"ফজে!" হাইফেৎ পীকপা নহা ওইবা টুপি অঙৌবা উপ্পা কোসাক অমখক্না শূমাঙদা ফাওজিল্লক্লুনা ওলেনিনগী মনাক্তা নক্না চঙশিল্লক্লগা খঙহৌদনা লাউরকই। "ঐ লোইনা উহৌরে... ফজে!"

ওলেনিন্না নাজারকাবু মশক খঙই, করি তৌশিগে নত্ত্রগা করি হায়সিগে মফম খঙদনা তূমিন্না লৈ।

"ফজে! ঐ অফিসতা চত্তুনা মখোয়দা হায়দোক্লুগনি, অদুগা মাগী মপাদা তাক্কনি!

মহাক নীংথিজরবা কোর্ণেট অমগী মচানুপীনি! মাগীদমক অমা হেক মতিক চাবা নত্তে।"

"ঐঙোন্দগী করি পাম্মী, নহাক করি থিরিবনো?" ওলেনিন্না হায়রকই।

"করিসু পামদে; অফিসতা ঐনা মখোয়দা হেক্তা হায়দোক্লুরগনি।"

নাজারকানা হায়গে য়াওনা হায়বা মান্না য়ান্না লাউনা ঙাঙলদুনা মখা শমথরকই, "অশিংবা কেডেট, এহ!"

ওলেনিনদু থক থক নীকই, তাইফেৎ তাইশিল্লি। " 'সিদা লাউ, 'সিদা!"

মহাক্না কোসাক অদুগী মপাম্বোমদা চেৎনা পায়রদুনা মাগী খাংপোক তান্না চিংশিল্লি। "করিসু থোকখিবা নত্তে, মহাক্না ঐবু চঙহন্দে অদুগা ঐনসু অকায়বা তৌগে নীংবা নত্তে। মহাক নোল্লুকপী নুপীমচানি— "

"ঐখোয় মদু থিগৎলোই.. "

"অদুবু অদুম ওইনমক ঐ হৌজিক নঙোন্দা করিগুম্বা খরা পীগে। ঙহাক্তা ঙাইখো।"

নাজারকা করিমতা হাযদে। ওলেনিন্না মাগী খাংপোক মনুংদা চেনশিনব্রে অদুগা রুবল তরাখক লৌথোরকই, মদু মহাক্না কোসাক অদুদা পীরে।

"করিসু থোকখিদে, অদুবু অদুম ওইদুনসু ঐগী দোষনি, অদুনা নঙোন্দা মসি পীরিবনি! ঈশ্বরতবু য়েংদুনা কনাগুম্বা অমতা খঙহনগনু মবমদি করিসু করিসু থোকখিবা নত্তে ."

"নহাক নুংঙাইবা ওইয়ু," নাজারকানা নোক্তুনা হায়রকই অদুগা চৎখ্রে।

নাজারকা লুকাশকাগী য়াথং মতুং ইন্না হুরাল্লকপা শগোল অমা লোৎনবা মফম ফংনবা থিবা খুঙ্গঙ অদুদা অহিং লাকখিবনি, অদুদগী ময়ুম তান্না লাকপা লম্বীদা মহাক্না খোঙ-থাংগী মখোলদু তাখি। মথংগী অয়ুক্তা মহাক্না মাগী কম্পনিদা চৎলগা মাগী মরূপ্তা নাপল তৌরুরে অমসুং রুবল তরা মতৌ কয়ন্না হৈশিংনা ফংলকপগে হায়বদুগী মরমদা মঙোন্দা তম্মী।

মথংগী অয়ুক্তা ওলেনিন্না মাগী য়ুম্মুশিংদু উম্রে, মখোয়না অহিংগী থৌদোকশিং অদুগী মরমদা করিমতা খঙদে। মহাক্না মারিয়ানকাদা বা ঙাঙদে, মারিয়ানকানা মঙোন্দা য়েংলগা খজিক্তং নোক্তমক নোকই। মথংগী অহিংদসু মহাক অরেম্বদা শূমাঙদা ঙাহৌ ঙাহৌ চত্তুনা তুমদনা লেপ্লি। থংনবা নুমিৎ অদুদি মহাক থৌওইনা শা তান্দুনা লেপ্লি, অদুগা নুমিদাং-বাইগী মতমদা মশাগী বাখলদগী নাম্বোক্লবা বেলেটস্কিগা উম্নবা চৎলি। মহাক মশামক্কী মপুক্লীংদা ফাওবা বাখলশিংদু অকিবা পোকই, মাগী য়ুম্মুশিংগী মনাক্তা অমুক হন্না চৎলরোই হায়না বাশকই।

থংনবা নুমিৎকী অহিংদা মহাকপু সারজন্ট মেজর অদুনা হৌদোরকই। মাগী কম্পনি অদু খুদক্তা লান্দাবা চৎনবা য়াথং তৌরক্লে।

মসি থোক্লকপদা ওলেনিন নুংঙাইরে, খুল অদুদা অমুক হন্না হল্লক্লরোই হায়না মহাক্না খল্লকই।

লান্দাবা অদু নুমিৎ মরিনি চখৈ। ওলেনিনগী মরী-মতা ওইরিবা লুচিংবা অদুনা মাগা উন্নবা পাম্মী! অমদি মাবু ষ্টাফকা লোয়ননা লৈনবা হায়, অদুবু ওলেনিন্না মদু য়াদ্রে। মহাক্না খঙলক্লে মহাক খুঙ্গঙ অদুদগী থাপ্না লৈবা ঙমদ্রে অমসুং মফমদুদা হনবা য়াবীনবা হায়জরে। লান্দাবা অদুদা য়াওবগীদমক্তা মহাক্না হান্না য়ান্না পামজরম্বা লাম্মীগী ক্রোস অমা ফংলে। হৌজিক মহাক মদুগী মরমদা করিমতা থৌশারুদ্রে, হৌজিক ফাওবা ওর্ডর লাক্ত্রিবা মাগী থবক কাবগী বাফম অদুদনা থোইনদুম হেন্না থৌশাদ্রে। ভানয়ুশাগা লোয়নদুনা মহাক কম্পনিগী লৈহৌরিবা অতৈশিংদগী পুং কয়ামরুম হান্না খুদোংথীবা য়াওদনা কোর্ডোনদা শগোল তোংদুনা হল্লক্লে। নুমিদাংবাইরম চুপ্পদুমা মহাক মাঙ্গোন্দা মারিয়ানকাবু য়েংদুনা লেল্লি, অদুগা অহিং চুপ্পা শূমাঙদা আশা নত্ত্রগা বাখল য়াওদনা অমুক চৎলি।

# ৩৩

মথংগী নুমিত্তা মহাক্লা য়াহৌবদু থেঙলে। মহাক্কী য়ুম্বুশিংদু ময়ূমদা লৈরমদ্রে। মহাক শা কাপ্পা চত্ত্রে: মহাক্লা লাইরিক অমা অমুক পায়খৎলি, মাঙ্গোল অদুদা অমুক থোকই, অদুদগী খাংপোক মনুংদা অমুক হন্না চঙই অদুগা ফমুংদা হীপথে। ভানয়ুশাদি মহাক নারবোই নীংই। সন্ধ্যা ওইরক্লবদা ওলেনিন হৌগৎলে, পুক্লীং চেৎনা ইবা হৌবকই, নুমিদাংবাইবম অথেঙবা ফাওবা অদুম ইদুনা লৈ। মহাক্লা চিঠি অমা ই, অদুবু মদু মহাক্লা ডাকতা থাদদে, মরমদি মহাক্লা খঙই কনা অমতনা মানা হায়নীংলিবা অদু খঙলোই; অদুগা অমবোমদসু, মহাক নত্তনা কনাগুম্বা অমতনা মদু খঙবা দবকাব ওইদে।

মহাক্লা ইবদু মসিনি:

"ঐনা রসিয়াদগী অরাবা ফোঙদোকপা চিঠিশিং ফংই। মখোয়না বাবীরি মদুদি অসিগুম্বা লম্মাঙ-তুহাঙ অসিদা লোত্তুনা ঐ মাঙলগনি। মখোয়না ঐগী মরমদা হায: 'মহাক লৈবাকমচা তারক্লরোই; খুদিংমক্তা মতমগী খোঙলৈ ইনবা গুম্নরোই; মহাক য়ু থকপা হৈনবক্লগনি, অদুগা কোসাক নূপীমচা অমা লুহোংলকপা য়াই হায়বসু কনানা খঙবা।' মখোয়না হায জেনেরেল য়েরমোলোভনা লাউরম্বা অদু অরেম্বা নত্তে: 'কোকেসসতা চহী তরাবু থবক তৌরবদি কনাগুম্বা অমনা শিবমখৈ য়ু থকই নত্ত্রগা চাওখত্তবী নূপী অমা লুহোংই।' কয়াদা অকিবগী মশক্লো! থাঙ্গৈশেংবমক, কাউন্টেস বি— গী মপুরোইবা নত্ত্রগা কোর্টকী ফম্নাইবা নত্ত্রগা *মেরিশেল দ নোবলেস* ফাওবা ওইরকপগী অচৌবা নুংঙাইবা অদু ফংবা য়াবা ঐনা ইশাবু মাঙহনজবা অসি চুনবদি নত্তে। ওহ, নখোয় খুদিংমকপু ঐনা কয়াদা য়ানীংখিদ্রবা, নুংশিবা পোক্লীংঙাই ওইনা উরিবা! নখোয়না নুংঙাইবা হায়বসি করিনো অমদি পুন্সী হায়বসি করিনো খঙদ্রে! কনাগুম্বা অমনা পুন্সীগী পুরা মহৌশাগী ওইবা ফজবা মশক্তু অমুক্তং মহাউ তংগদবনি! কনাগুম্বা অমনা ঐনা নুমিৎ খুদিংগী ইমাঙদা উরিবা অসি উগদবনি অমসুং খঙগদবনি: মতম চুপ্পগী ওইনা চঙবা ঙমদ্রবা উনগী চীংদোনশিং অমসুং তাইবঙ শেম্বা মপুগী খুৎশেমদগী থোরকপা অহানবা নূপী ওইবী, য়েহেলৌঙেগী ফজবা শক্তন্না

তিন্নবী মতিক মঙাল চাউবী নূপী। অদুদগীদি শেংলে মাঙহনজরিবসি কনানো অমসুং কনানা চুন্না নত্ত্রগা লান্না হিংলিবগে হায়বদু— নখোয়রা নত্ত্রগা ঐরা। নমথাক তৌবা নখোয়সি ঐঙোন্দদি কয়ামুক তৃক্কচবা অমসুং নুংশিবা পোক্নীংঙাই ওইবগে হায়বদু নখোয়না খঙলন্নবদি! ঐগী খাংপোকশঙ, ঐগী উমংশিং অমসুং ঐগী নুংশিবা অসিগী মহূত্তা— মী উন্নফম কাশিং, পোমেদ তৈরবা শন্নাংদা অশাবা অখোইবা শমজি হাপ্লবী নূপীশিং, মওঙ তাদনা শূক্তোক্রবা চীনবানশিং, অরোনবা, অশোনবা, শোইনাইরবা হকচাংগী কায়াথশিং অমসুং চৎনবী হৌনবীগী ওইবা, ৰারী শাবদি কৌবা য়াদ্রবা মী উন্নফম কাদা পঙশা শানবা ৰারী পূন্নমক অসিগী মরমদা ভাবনা শারুবদা ঐহাক খাঙঙমদনা তৃক্কচবা পোকই। অদুদগী ঐনা ইমাঙদা উরকই অপঙবা মায়থোঙশিংদু, খনবদা মতিক চারবী ইনাক খুনবী নূপীমচা-শিংদু, মখোয়গী শকফন্না অসুন্না হায়বগুম তৌই: ‘ য়ারে, ঐ ইনাক খুন্নবসু নহাক্না ইনাক্তা লাকপা য়াই,’ অদুদগী মখোয়না ফম্মঅশিংবু শীনবা অমসুং অমুক হঞ্জিন্না শীনবা, নূপা নূপীগী ইকাইবা খঙদ্রবা লাম্বা শেম্বা অমসুং লোইবা নাইদ্রবা ৰারেম অমদি তৌশিন্নবা; কনাগা খুৎ শোক্লগদগে, করম্বা মীশক্তা কোক নোনগদগে, কনাগা ৰারী শাগদগে (পূন্নমক অসি শোয়ফদবা থাজবা অমগা লোয়ননা তৌগে হায়না তৌবা) হায়বা নিয়মশিং, যুগ অমদগী যুগ অমদা মথং মথং চত্থরকপা ঈদা য়াওরিবা অদুগুম্বা লেপত্রবা হৈনিংদ্রবা মতৌ পূন্নমক ঐনা লোইনা উরকই। অসিগুম্বা পোৎ অমা অসিদং খঙনবা নত্ত্রগা থাজনবা হোৎনৌ : নখোয়না অচুম্বা অমসুং ফজবা করিনো হায়বদু উবা অমসুং খঙবদং দরকার ওই, অদুগা নখোয়না হৌজিক হায়রিবা, খল্লিবা, ঐগীদমক্তা অমদি নখোয় নশাগীদমক্তা নীংলিবা পূন্নমক অরেম্বা ওইগনি! নুংঙাইবা হায়বসি প্রকৃতিগা লোয়নবা, মাবু উবা অমসুং মাগা ৰারী শাবদা লৈ। ‘মহাক্না অচম্বী কোসাক নূপীমচা অমা ফাওবা লুহোংদুনা (ঈশ্বরনদি য়ারোই) সমাজদগী পূম্নাঙ মাঙখিবা য়াই,’ মখোয়না ঐঙোন্দা তশেংনা মীনুংশি পোকপিদুনা হায়বদু ঐনা ভাবনা শাবা ঙম্মী। অদুম ওইনমক নখোয়না লৌবা ৰাহৈগী অর্থ অদোমদি ঐ পূম্নাঙ ‘মাঙখিবা’ পাম্মী। ঐ অচম্বী কোসাক নূপীমচা অমা লুহোংগে নীংই, অদুগা থৌনাদি লৈত্রে, মরমদি অদুক ৰাংবা নুংঙাইবা অদুগীদমক ঐহাক মতিক চাদ্রি।

“ঐনা কোসাক নূপীমচা মারিয়ানকা হায়বী অমা উবা থা অহুম শুরে। ঐনা থাদোক্রন্নবা জগৎ অদুগী মীথয়েং অমসুং লান্না লৌবা ৰাখলশিংদু ঐঙোন্দা অদুম লৈরম্মী। ঐ মতম অদুদা নূপী অসি নুংশি হায়বা থাজরমদে। চীংশিং অমসুং অতিয়াগী ফজবদা ঐনা নুংঙাইবা ফংবগুম মহাক্কী ফজবদা ঐনা নুংঙাবা ফংই, মঙোন্দা নুংঙাইতবা ঙমদে, মরমদি

মহাক মখোয়দৌনা ফজে। মাগী ফজবগী শক্তম অদু ঐগী পুন্সীগী দরকার অমনি হায়না খঙলকখি অমদি ঐনা মাবু নুংশিদ্রা হায়না ইতোমতা হংজবা হৌরকখি। অদুবু ঐনা ভাবনা শারম্বা নুংশিবা অদুগুম্বা অমতা ঐঙোন্দা ফংবা ঙমদে। ঐগীদি অচীকপগী পোখাফম খঙদবা অমসুং লুহোংবা পাম্বা অদু নত্তে, নুংশি ঈরাং তৌবা পামদবসু নত্তে, অদুবু মসি ঐনা থেংনবা ইন্দ্রিগী ওইবা অপাম্বগী চাংদু য়াম্না হুম্না য়াওবা নুংশিবনি। মাবু উবা, তাবা, মহাক্কা নক্না লৈ হায়বা খঙবা অসিতমক ঐঙোন্দা দরকার ওই; অদুগা ঐ নুংঙাইবা নত্ত্রবসু য়ামদ্রবদা শান্তিদি ফংই।

"সন্ধ্যাগী মীয়াম পূনবা অমদা ঐনা মাগা উন্নখিবা অমদি শোক্লখিবগী তুংদা, ঐনা ইখঙ খঙদবদি নত্তবা অদুগা নাম্বোকপসু ঙম্নবোইদবা অচেৎপা লীপুন অমা নূপী অদুগা ঐগগী মরক্তা লৈরে হায়না ঐনা খঙলকখি; অদুম ওইনমক নাম্বোক্লবা হোৎনখি । ঐনা ইশামক্তা হংজখি: 'ঐগী পুন্সীগী খ্বাইদগী লুনা লৈববা থোইদোকপা পুক্নীংগী অপাম্বশিংবু কৈদৌঙৈদসু খঙলরোইদবা নূপী অমবু নুংশিবা হায়বসি ওইথোকপ্রা, অশাবা মূর্তি অমবু নুংশিবা ?' অদুবু ঐগী ৱাখলগী ইহৈলশিং অসিদা ঐনা অদুম থাজদ্রবসু ঐনা মাবু হান্ননা নুংশিরুবে।

"ঐনা মঙোন্দা ইহান হান্না ৱা ঙাঙখিবা সন্ধ্যা অদুগী মতুংদা ঐখোয়গী লৈনবা মবী হোংখ্রে। মদুগী মমাঙদদি মহাকসি ঐঙোন্দা মপালথোংগী ওইবা প্রকৃতিগী অথাপ্পা, অদুমকপু চীংলেম্বা পোৎশক অমা ওইদুনা লৈরকই; অদুবু মতমদুদগী হৌবদুনা মহাক মীওইবা অমা ওইরে। ঐনা মাগা উন্নবা, ৱারী শাবা অদুগা কবিগুম্বদা মাগী মপাগীদমক থবক শূবা চৎপা অমদি নুমিদাংৱাইরম চুপ্পা মখোয়গা লেনমিন্নবা হৌরকখি অমসুং নক্লরবা মরী অসিদসু মহাক অসি ঐগী মীত্তা শেংলবী, চঙজবা যাবরোইদবী, মতিক লৈবী অমা ওইদুনা অদুম লৈ। মহাক্লা মতম পুন্নমক্তা চপ মান্ননা ঈংনা, পোঙনা অমদি হরাউ-হরাউনা থৌশাদবগা লোয়ননা পাউখুম পী। কবিগুম্বা মতমদা মহাক মরূপকুমই, অদুবু মহৌশানা মাগী মীৎয়েং অদুমক্লা, ৱাহে অদুমক্লা অমদি মাগী লেঙ-ওৎপা মতৌ অদুমক্লা অসিগুম্বা থৌশাদবসি ফোঙদোকই— তৃক্কচবদি নত্তবা, খুদুমচন্নীংঙাই অমদি শুম্মাৎনীংঙাইদি ওইবা। নুমিৎ খুদিংগী ঐনা চীনবান্দা মোমোন তৌশিন্নদুনা থৌদাং অমা য়ানবা হোৎনৈ, অদুগা ঐগী থম্মোয়নুংদা অপাম-নুংশি ঈহৌগী মৈচাক্কা লোয়ননা ফাগী ওইনা লক্লদুনা মঙোন্দা ৱা হায। ঐহাক অরোনবা ৱাখল ফুমদুনা ৱা ঙাঙলিবনি হায়বা মহাক্লা খঙই, অদুবু ঐঙোন্দা হরাউ-হরাউনা, ইচম চম্না ইতিং তিংনা য়েংদুনা লৈ। অসিগুম্বা ফীবম অসি ঐঙোন্দা

খাণ্ডগুমদবা ওইরকই। ঐনা পুক্লীংদা ফাওখিবা অমসুং খনখিবা ৱাখল পুন্নমক মঙোন্দা হায়দুনা মাবু নমথাক তৌরোই হায়না ঐনা নীংলম্মী। ঐ খমথেনা খোয়রাঙলম্মী। ঐনা মঙোন্দা নুংশিবগী ৱা হায়বা হৌবদু ঐখোয়না অঙ্গুর হৈকোলদা লৈরিঙেদনি, ৱাহৈশিংদু ঐ হৌজিক নীংশিংবদা ইকাইবা পোকই। ঐ ইকাই মঙোন্দা অসুন্না হায়বগী থৌনাদু যৃদোক্লন্নোইদবনি, মরমদি মহাক অসিগুম্বা ৱাহৈশিং অমদি মখোয়না ফোঙদোকদৌরিবা ৱাখল অদুদগী য়াম্না থাক ৱাংখৎনা লৈ। ঐ করিসু অমুক হায়রুদ্রে, অদুবু নুমিৎ অদুদগী হৌরদুনা ঐগী ফীবমসি খাণ্ডগুমদবা অমা ওইরক্রি। হান্নগী ঐখোয়গী তয়াং-তশোয়বা মরীসি অসুম থমদুনা ঐনা ইশাগী মমল হুম্বহনবা পামদে, অদুগা অমুকসু ঐ খঙই মাগা ইতিং তিংবা, অচম্বা মরী অদু থম্বগী থাক্তু য়ৌদ্রি। ঐনা ইথন্তা আশা কায়না হংজে, 'ঐনা তৌগদবসি করিনো?' অপঙবা মঙলানশিংদা ঐনা কল্পনা তৌরুই মহাকপু করিগুম্বদা ঐগী নুংশিবী ওইনা, অমুকসু ঐগী নুপী ওইনা, অদুবু ৱাখল অনীমক্তু ঐনা হঙ্গোইনা থাদোকই। মহাকপু ওক্তবী ওইহনবা অকিবগী মশকনি। মদুদি হাৎপনি। ঐখোয়গী অফিসারশিংগী মনুংদগী অমদা লুহোংখিবা মফম অসিগী কোসাক নুপী অদুগুন্না মাবু দমিত্রি আন্দ্রেয়েভিচ ওলেনিনগী মশক থোকপী নুপী অমা ওইহনবা হায়বদুনা থোইনদুম হেন্না ফৎখিদ্রে। ঐনা হৌজিক লুকাশকাগুন্না শগোল হরান্দুনা, *চিখির* থক্তুনা, চরাঙনবা ঈশৈ শক্তুনা, মী হাত্তুনা অমসুং য়ু ভাওরগা মীগী থোঙনাউদা কাখৎলগা লীৎশিন্দুনা ইশাবু কনানো করিনো হায়বগী ৱাখল অমতা য়াওদনা অহিং লেন্দুনা কোসাক অমা ওনবা ঙন্নগদ্রা হায়বা অদুনা অতোপ্পা ৱানি; অদুদগীদি ঐখোয় অমগা অমগা খঙনরম্বা য়াই অমদি ঐহাক নুংঙাইরম্বা য়াই।

"অদুগুম্বা মখলগী পুন্সী অদুদা ইশামকসি হুম্বজরগে হায়না হোৎনখি, অদুবু ইশাগী অশোনবা অমদি শেম-শাবা মতৌ অদু থোইনদুম হেন্না খঙজরকখি। ঐনা ইশাবু, ঐগী চয়েৎনবা, মওঙ কায়রবা, অথীবা হৌগ্রবা পুন্সীবু কাউথোকপা ঙন্নমদে; ঐগী তুংগী পুন্সীনা হৌজিক অমুক হেন্না আশা য়াওখিদ্রে। নুমিৎ খুদিংগী ইমাঙদা উনগী চীংজাউশিং, মতিক লৈবী, নুংঙাইরবী নুপী অসি লৈ। অদুবু সংসার অসিদা ওইথোকপা য়াবা অমতা ঙায়বা নুংঙাইবা অদু ঐঙোন্দদি থোক্তে; নুপী অসি ফংবা ঙমদ্রে। খ্বাইদগী হেন্না অকিবগী মশক ওইবা, অদুবু ঐগী ফীবমসিদা খ্বাইদগী পেঞ্জবা অমদি ঐনা মাবু খঙই হায়না পুক্লীংদা ফাওই, অদুবু মানা কৈদৌঙেদসু ঐবু খঙবদি ঙন্নরোই; মহাক হুম্বকনা নত্তে; অমরোমদা মহাক্লা ঐবু খঙফম থোক্তবনি। মহাক নুংঙাই, মহাক প্রকৃতিগুম্বীনি : মওঙ তারবী, ঈং-তপ্পবী, মশানা মপুং ফাজরবীনি; অদুগা অশোনবা, পুক্লীং শোইনাইরবা মীওই ঐনা ঐগী

শোইনাইবা অমসুং অবা মৈচাক অদু মঙোন্দা খঙহনবা পাম্লি। ঐ অহিং তুমদ্রে, পান্দম য়াওদনা মাগী থোঙনাউ মখাদা মতম লেপ্লি, ঐঙোন্দা থোক্লিবা অদুগী মরম ইশাদা পীজদে।

"তাং ১৮ দা ঐখোয়গী কম্পনিদু লান্দাবা চৎলুই, নুমিৎ হন্নি খুল থাদোক্লুনা লেনখি। ঐহাক থবায় থাবম্মী, হৈনিংলমদে, মহৌশাগী ঈশৈশিং, জুবার, য়ু থকপা মতম অমসুং বেজিমন্টতা শানবা মনা-মথুমগী থারীশিং অদু ঐঙোন্দা হান্নদগী হেন্না তুক্কচবা পোক্লম্মী। ওরাং ঐ য়ুমদা হল্লক্রে, অদুদগী মহাক, ঐগী খাংপোক, অক্কল য়েরোশকাবু উরে, ঐনা ঐগী মাঙোলদগী উনগী চীংজাউশিংবু য়েংই, অদুদগী ঐহাক অসিগুম্বা অকনবা, নুংঙাইবগী অনৌবা থাখল অমনা খুদুমচনখি মদুদি পূন্নমক অদু ঐ খঙজে। ঐনা নূপী অসিবু নুংশি, ঐনা পূন্নীদা অহানবা ওইনা অমুক্তং অশেংবা নুংশিবদু মশক খঙলে, ঐঙোন্দা থোক্লিবদু ঐ খঙই। অসিগুম্বা থাখল অসিনা ঐবু থাক হঙ্হনবা ঐ কিদে, ঐনা নুংশিবগী ইকাইবা লৈতে, মদুগীদমক ঐ নাপল তৌজে। ঐনা নুংশিবসি ঐগী ইরান নত্তে। মসি ঐনা নীংবগী মায়য়োক্তা লাক্লবনি। ঐনা ইশাগী ওইজবা থাদোক্লুনা ঐগী নুংশিবদগী নাঙ্হোক্লবা হোৎনরুই অদুগা কোসাক লুকাশকা অমদি মারিয়ানকাগী নুংশিনবদা নুংঙাইবগী থৌরাঙ অমা তৌগে হোৎনরুই, অদুবু মদুনা ঐগী নুংশিবা অমদি কল্লকপা অদুতবু থোইনা ময়াই হাপখি।

"মসি ঐনা মমাঙদা খঙখিবা ফিদম্নফম ওইবা, অবাংবা থাকীনি হায়নবা নুংশিবা অদু নত্তে; নশাগী নুংশিববু থাগৎচবা, নহাকী পূক্লীং ঈথকী ঈহৌরকফম অদু নশাগী নুংদা লৈ খঙবা, খুদিংমক নশামক্লা শেমজবা নকশিন্নবদু নত্তে। ঐ মদুসু খঙলে। মসি নুংঙাইবদু হঙ্হনা পাম্বনি; মসি করিগুম্বা খেন্নবা পোৎ অমনি। মহাক্লা মরী লৈননা ঐনা প্রকৃতিবু নুংশিবা ওইবা য়াই, প্রকৃতিগী ফজবা পূন্নমক্তুগী অহিংবা শক্লোন ওইরিবী, অদুম ওইনমক ঐ ইশানা নীংজদুনা তৌবা নত্তে, ঐঙোন্দা নুংশিহল্লিবা অসি করিগুম্বা প্রকৃতিগী অচৌবা শক্তি অমননি; ঈশ্বরগী জগৎ অপূম্বনা, প্রকৃতি অপূম্বনা ঐগী থবায়দা নুংশিবা অসিবু থৌজিল্লি, অদুগা হায়, 'মহাকপু নুংশিয়ু।' ঐনা মহাকপু ঐগী পূক্লীং নত্থগা কল্পনানা নুংশিবা নত্তে, তৌইগুম্বসুং ঐগী ইশা পূম্বগা লোয়ননা নুংশিবনি। মহাকপু নুংশিবনা ইশামক ঈশ্বরগী নুংঙাইরবা জগৎ অপূম্বগী য়াম্না মরু ওইবা শরুক অমা ওইনা ঐগী পূক্লীংদা ফাওই।

"ঐগী অচীকপা পুন্নীনা ঐঙোন্দা পুরকপা অদুগুম্বা অনৌবা থাজবশিং অদুগী মরমদা ঐনা হান্নদা ইশ্রে; অদুবু করম্বা অকনবা হোৎনবা অমগা লোয়ননা মখোয়না ঐগী নুংদা মথন্তা ওইরকখিবা অমসুং কয়াদা নুংঙাইবগা লোয়ননা ঐনা মখোয়বু খঙখিবা অমদি ইমাঙদা

অনৌবা পুন্সীগী লম্বী অমা হাংদোরকপা উবা— পূন্নমক্তু কনা অমতা খঙদে; অদুগুম্বা থাজবশিং অদুদগী হেন্না পামজবা অতৈ অমা ঐঙোন্দা লৈতে... অদুগা হৌজিক... নুংশিবা লাক্রে, অদুগা মখোয় অমসুং মখোয়গীদমক্তা বাবা অমতা লৈত্রে! অসিগুম্বা নাকল অমতগী ওইবা, থৌশাদবা, অরুবা শকওঙ নাইদবা পুক্নীংগী ফীবম অসি ঐনা থাগৎলুরিবা অসি ইশামক ফাওবা থাজবা বানা থোকই। ফজবদু লাক্রম্মী অমসুং নুংগী ওইবা কন্না হোৎনবদু অরেম্বদা চাইখায়দুনা মাঙহনখি; অদুগা মাঙখ্রিবদুগী অনুতাপতু লৈহৌই! ইশাগী ওইজবা থাদোকপা হায়বসি নাতৈ চাদবা অমসুং অরেম্বা পোৎনি! মসি নাপলনি, ফংবদা মতিক চাবা নুংঙাইতবা অদুদগী চঙজফন্নি অমসুং অতৈগী নুংঙাইববু কন্নকপা কোক্লবা থৌদৌনি। 'অতৈগীদমক্তা হিংবা, অদুগা অফবা তৌবা!'— করিগী? ঐগী আম্মাদদি ইশাগী নুংশিবা, মাবু নুংশিনীংবা অমদি মাগা লোয়ননা মাগী পুন্সী মরেলদু লেনমিন্নবা পাম্বা অসিতমক লৈ। ঐনা হৌজিক অতৈগী, লুকাশকাগী নুংঙাইবা পামদ্রে। ঐ হৌজিক অতোপ্পশিং অদু নুংশিদ্রে। মসি লাল্লি হায়না ইশামক্তা হান্না হায়জরমগদবনি। বাহংশিং অসি হংদুনা ইশাদা অবাবা পীজরমগদবনি: মঙোন্দা, ঐঙোন্দা অমসুং লুকাশকাদা করি ওইরক্কনি? হৌজিক ঐ থৌশাদ্রে। ঐগী অনীংবা মতুং ইন্না ঐ হিংবা নম্ব্রে, ঐঙোন্দগী হেন্না কনবা ঐবু লমজিংবা করিগুম্বা অমা লৈরি। ঐ বায়; অদুবু হান্নদি ঐ শিরুরবনি, অদুগা ঐ হৌজিকমক হিংলি। ঙসি ঐ মখোয়গী য়ুমদা চংকনি অদুগা মঙোন্দা পূন্নমক হায়গনি।"

# ৩৪

সন্ধ্যা অদুগী অথেঙবদা চিঠি অসি ইন্নবা মতুংদা ওলেনিন মাগী য়ুমুগী ময়ুমদা চৎলে। অহল ওইবী নুপী অদুনা মুগা মহম চিংলদুনা ষ্টোভকী মনীংদা ফাল অশাংবা অমদা ফম্লম্মী। মারিয়ানকানা মকোক খুমদনা মোমবাতি মঙালদা ফি যোম্ভুনা লৈরম্মী। ওলেনিনবু উবদা মহাক্না চোংখৎলি, মহাক্কী রুমাল লৌরগা ষ্টোভলোমদা চঙশিনখি।

"ইবেম্মা মারিয়ানকা," মমানা হায়রকই, "নহাক ঐখোয়গা লোয়ননা সিদা ঙহাক্তা ফম্লরোইদ্রা?"

"হুম, ঐ কোক থাদোক্লি," মহাক্না খুম্লকই, অদুগা ষ্টোভ মথক্তা চোংখৎলি।

ওলেনিন্না খুকউ অমতং অমসুং ফম্পাক্তগী য়াম্ব্রকপা মাগী মওঙ তারবা মখোঙ নাম্ম উই। মহাক্না অহল ওইবী নুপী অদুবু চা পীথকই। মহাক্না মাগী অতিথিদা মারিয়ানকা থাদুনা শঙ্গোম অফম্বা লৌহন্লরগা পীজে। অদুবু মারিয়ানকানা টেবল মথক্তা অচাপোৎ থম্না হাপ্লবা প্লেট অমা থনম্লগা অমুক হন্না ষ্টোভ মথক্তা চোংখৎখ্রে, মাগী মমীৎনা মঙোন্দা য়েংবা অদুতং ওলেনিন্না খঙই। মখোয়না ইমুং-মনুংগী ওইবা বারী শাই। ডেম উলিৎকাদু হরাউ-হরাউ তৌই, অতিথিবু লুনা তৌবগী খমথেংনা নুংঙাইবগী মওঙ তৌই। মহাক্না ওলেনিন্দা লীদুনা থম্বা অঙ্গুর, য়াম অথীৎপদা লুপ্তুনা থোংবা অঙ্গুর অমদি খ্বাইদগী ফবা মাগী য়ু খরগা পুথোরকই অদুগা খুঙ্গঙগী মীনা অতিথিবু লুনা তৌনবা মওঙদা তহা তহানা অদুবু নাপল য়াওনা মাবু চাউ-থকউ হায়না তকশিল্লি, অসুম্না তৌবসি মখূৎনা শূদুনা চাথোক পুথোকচবা মীওইশিংতনা তৌই।

মাগী তমথিবা মতৌনা ওলেনিনবু অহানবদা অদুক্কী মতিক ঙকহনখিবা অহল ওইবী নুপী অদুনা মচানুপীবু ইচম চম্না থোৎন-নৌনা তৌবা মতৌ অদুদা হৌজিক মহাকপু হেকহেক তোয়না পুক্নীং নৌথোকহল্লি।

"উম, ঐখোয়না পেন্দনা মুরুম মুরুম শোন্দুনা ঈশ্বরদা নিন্দা তৌবা হৌনদে। খুদিং-মক ঐখোয়গী মরাংকায়না লৈরে, ঈশ্বরবু থাগৎচরি। ঐখোয়না *চিখির* ওক্লবা শুংলে, লীরে

অমসুং অঙুর পিপা অহম-মরি য়োম্বোকখ্রগা ঐখোয়গী থকপা ওক্লবা অদুম লৈহৌরি। হাথু হাথু ঐখোয়বু থাদোক্লমগনু। লুহোংবদা ঐখোয় পুন্না নুংঙাইমিন্নগদবনি।"

"অদুগা লুহোংবদি করম্বা কান্দা অরে?" ওলেনিন্না হংলকই, খঙহৌদনা মমায়দা ঈ হাইগথখিবদু খঙই, মাগী থম্মোয়দু চাং নাইদনা অনাবা ফাওনা মিহুল তীং তীং ছল্লি। মহাক্না ষ্টোভ মথক্তা লেঙবা অমসুং মরূ তৃম্নগী মখোল তায়।

"ফরে, খঙলো, মথংগী চয়োলদা তারে। ঐখোয় মপুং ফানা থৌরাঙ তৌদুনা লৈরবনি," অহল ওইবী নুপী অদুনা ইচম চন্না অমসুং তপ্পা ওলেনিনদু হিংদ্রবদৌনা খুন্নকই। "ঐনা মারিয়ানকাগীদমক্তা খুদিংমক থৌরাঙ তৌরে। ঐখোয়না মাবু নীংথিজনা পীথোকখ্রগনি। অদুবু য়াম্না চুমদবা অমখক্তংদি লৈ। লুকাশকাসি হন্দক মরক চোঙলম চাদ্রে। থোইদোক্না লাকঙম ফাঙমদ্রে! মহাক জুগোৎ চাদ্রে। ইকুই কুইদনা কোসাক অমা মাগী কম্পনিদগী সিদা লাক্লম্মী, মহাক নোগাইদা চৎলুরে হায়না তন্নম্মী।"

"ফাখিদনবা মহাক্না চেকশিনগদবনি," ওলেনিন্না হায়রকই।

"উম, মদুনি ঐনা মঙোন্দা হায়রিবা। 'চেকশিল্লু, লুকাশকা, মথোঙ চাদবা তৌগনু। ফরে, নহা ওইবা মীওইনা ফজবা উখোকচনীংবা মশানা তাবনি। অদুবু খুদিংমক্কী মতম অমমমদি লৈ। খল্লু নহাক্না করিগুম্বা অমা ফাল্লরে নত্ত্রগা হরাল্লুরে অদুগা অরেক অমা হাৎলুরে! ফরে, নহাক নীংথিজবা মীওইনি! অদুবু হৌজিক্তি ঈংথগদবনি নত্ত্রবদি খুদোং-থীবা থোক্কনি।'"

"উম, ঐনা মাবু লাম্মী কাঙলুপ্তা অমুক অনীরক উরম্মী; মহাক্তি মতম চুপ্পদা অফবা তাঞ্জা থেংনৈ। মহাক্না অতোপ্পা শগোল অমা য়োনখ্রে," ওলেনিন্না হায়রকই অদুগা ষ্টোভলোমদা হাইফেৎ য়েংলকই।

অমুবা অরাওবা মীৎ অনীনা মঙোন্দা লংখৎনা নুংশিহেতনা অমসুং য়েংথিবা মওঙ ওইনা ফাওবা য়েংলকই।

মহাক্না হায়খিবা অদুগীদমক মহাক ইকাইবা পোক্লকই। "মদু কৈদৌরবগে? মহাক্না কনাদসু অকায়বা তৌদে," মারিয়ানকানা খঙহৌদনা হায়রকই। "মহাক্না মশাগী পৈশানা নুংঙাইজবনি।" অদুগা মহাক্না মখোঙদু থাংথদুনা ষ্টোভতগী চোংথরগা থোঙ গম লাউনা থিংজিল্লন্নগা থোকখ্রে। মারিয়ানকানা ইমুংদা লৈরিঙৈগী মতমদু ফাওবদা ওলেনিন্না মাবু য়েংদুনা লৈ; ডেম উলিৎকানা মঙোন্দা করি হায়রিবগে করিমতা খঙদনা মহাক্না থোঙদা য়েংলগা ঙাইদুনা লৈ।

মিনিট খরগী মতুংদা মী উন্নবা লাকপা মীশক খরা থুংলরে : ডেম উলিংকাগী অহল ওইরবা মবুং অমগা অক্কল য়েরোশকাগনি, মারিয়ানকাগা উষ্টেনকাগনা মখোয়গী মতুং ইল্লগা লাকই।

"খুরুমজরি," উষ্টেনকানা য়াক্লা হায়রকই। "হৌজিক ফাওবা ছুটি ওইরিব্রা?" মহাক্লা ওলেনিন্দা ওনশিন্দুনা মখা তাবকই।

"উম, হৌজিক ফাওবা ছুটি ওইরি," মহাক্লা খুন্নকই, অদুদগী করিগীনো মরম খঙদনা ইকাইবা অমদি হৈনদবা ফাওরকই।

মহাক চৎখ্রগে নীংলুই, অদুবু ঙমদ্রে। মহাক তৃমিন্না লৈবসু ওইথোক্তবগুম তৌই। অহল ওইবা নূপা অদুনা মাবু যু থরুবা হায়রক্তুনা তেংবাংলকই, অদুদগী মখোয় থক্লে। ওলেনিন্না য়েবোশকাগা, অতোপ্পা কোসাক অদুগা থকমিন্নৈ, অদুগা য়েবোশকাগা অমুকসু হন্না থকমিন্নৈ, মানা থক্লিবা অদুক্কী মতিক থরায ৱাবা অসুম হেল্লকই। অদুবু অহল অনী অদুদি হবাউবা হৌরকই। নূপীমচাশিং অদু ষ্টোভ মথক্তা কাখৎখ্রে, অদুগা মফম অদুদা ফল্লগা মখোযনা মুকম মুরুম শোন্দুনা মতম থেঙবা ফাওবা যু থক্তুনা লৈরিবা মীশিং অদুদা য়েংদুনা লৈ। ওলেনিন ৱা ঙাঙদে, অদুবু অতৈশিং অদুদগী হেন্না থকই। কোসাকশিং অদু লাউ-খোংদুনা লৈ। অহল ওইবী নূপী অদুনা মখোয়দা *চিখির* অমুক হন্না পীদ্রে, মখোয়বু চৎহনখিনবা হোৎনরকই। নূপীমচাশিংদুনা অক্কল য়েরোশকাদা নোকই, মখোয় পূন্নমক্লা মাঙ্গোন্দা থোকখিবা অদু পুং তরা হেল্লে। অহলশিং অদুনা মখোয়গী হরাউ-নুংঙাইবা অদু ওলেনিনগীদা লোইশিল্লসি হায়না হায়নরকই। উষ্টেনকাদি ময়ূমদা চেনখ্রে, অদুগা য়েরোশকানা কোসাক অহল অদুবু চিংদুনা ভানয়ুশাগী মনাক্তা চৎখ্রে। অহল ওইবী নূপী অদুনা পোৎ-চৈ থম্ফম শঙতপতু শেংদোকপা থোকখ্রে। খাংপোক মনুংদা মারিয়ানকা মতোমতা লৈহৌরে। ওলেনিন হৌজিক্তা মীকপ থোক্লকপগুম ইখঙ খঙহৌদনা মশা তেকখৎপা অমদি নুংঙাইবা ফাওরকই। মহাক পূন্নমক উরে, অদুদগী অহল ওইবা মীওইশিং অদু মাঙদা চৎখৎহনখ্রগা মহাক্লা মারিয়ানকানা ফমুং শেমদুনা লৈরিবা খাংপোক অদুদা হল্লক্লে। ওলেনিন্না মঙোন্দা চঙশিল্লি, অদুগা করিগুম্বা খরা হায়গে নীংই, অদুবু মাগী খোঞ্জেল থোক্তে। মারিয়ানকানা মঙোন্দগী চখোকখ্রগা মাগী ফমুংগী চিদাইদা মখোঙ কারন চন্দুনা ফমখ্রে অদুগা মঙোন্দা পাখৎনা অমসুং কিনা তৃমিন্না য়েংদুনা লৈ। মহাক তশেংনা ওলেনিনবু কিরে। ওলেনিন্না মসি খঙলে। মহাক নুংঙাইতবা অমদি মথন্তা ইকাইবা পোক্লকই, অদুম ওইনমক মহাক্লা মারিয়ানকাদা য়ামদ্রবদা অদুগুম্বা ৱাখল-ঈথক অদু হৌহনবগীদমক মহাক

নাপল কাবা অমসুং অপেনবা পোকই।

"মারিয়ানকা!" মহাক্লা হায়রকই, "নহাক ঐবু কৈদৌঙেদসু নুংশিবা পোক্লরোইদ্রা? ঐনা নঙবু কয়াদা নুংশিজবা হায়বদু ঐ নঙোন্দা হায়ফম খঙদে।"

মারিয়ানকানা অমুক হেন্না লাপ্না চখোকখ্রে অদুগা হায়রকই, "য়ুনা ভাঙলিবসি তাও!... নহাক্লা ঐঙোন্দগী করিসু ফংলোই!"

"নত্তে, য়ুনা নত্তে। লুকাশকাবু লুহোংলনু। ঐ নঙবু লুহোংগে।"

"করিনো ঐনা হায়রিবসি," ৱাহৈশিংসি হায়না হায়না মানা খল্লকই। "হয়েংদি ঐনা মসিমক হায়বা ঙমগদ্রা? উম, ঐ ঙমগনি, ঐ শোয়দনা ঙমগনি, অদুগা ঐ হৌজিক মদু অমুক হন্না হায়গনি," নুংগী খোঞ্জেল অমনা খুন্নকই।

"নহাক ঐবু লুহোংগদ্রা?"

মারিয়ানকানা মঙোন্দা খোয়জঙনা য়েংলকই, মাগী অকিবদু কোকখিবগুম তৌখ্রে।

"মারিয়ানকা, ঐ ঙাওরগনি! ঐ ইশামকসি ঐ ওইদ্রে। ঐ নহাক্লা হেক হায়বমখৈ তৌগে," অঙকপা ফংনা থোৎ-নৌরবা ৱাহৈশিংনা মাগী মচীনবান্দগী থোরকখি।

"অদুগা হৌজিক, নহাক্লা নরোন ইফাই ফাইনা ভাঙলিবদু করিনো?" মারিয়ানকানা মরক থত্তুনা খঙহৌদনা মঙোন্দা তিংথোক্লিবা ওলেনিনগী মপাম্বোমদু পায়রদুনা হায়রকই। মহাক্লা মাগী পাম্বোম অদু ঈম্বোরক্তে, তৌইগুম্বসুং মাগী কল্লবা অকনবা খুৎশাশিংদুনা মদু চেপ্না পায়শিল্লি।

"লৈবাকমচানবু কোসাক নুপীগা লুহোংবা হৌনব্রা? চৎখ্রো চৎলো!"

"অদুবু নহাক লুহোংগদ্রা? খুদিংমক..."

"অদুগা লুকাশকাবুদি ঐখোয়না কমদৌবা?" মহাক্লা নোক্লা হায়রকই।

মহাক্লা মারিয়ানকানা পায়রিবা মপাম্বোম অদু শত্তোক্তুনা মাগী নৌরবা হকচাং অদু চেপ্না কোল্লি, অদুবু মহাক শক্তি মচা অমগুন্না চোংথোকখ্রে, অদুগা খোঙউপ য়াওদনা মাঙোন্দা চেল্লোকখি; ওলেনিন জ্ঞান তারকই অমদি মহাক মশামকপু কিরকই। মহাক মশামক মাগা চাংদম্নবদা হায়ফম খঙদনা তোম্বা ওইনা মপুক্লীংদা ফাওরকই, অদুম ওইনমক মহাক মানা হায়খিবা অদুগীদমক মীকুপ অমতা অনুতাপ তৌদনা য়ুমদা চৎলে, অদুগা মাগী কাদা য়ু থক্লিবা অহলশিং অদুদা হাইফেৎ ফাওবা য়েংলমদনা মহাক হীপথরে, মহৌশা কুইনা তৌরকপদগী হেন্না কন্না তুমথখ্রে।

থংনবা নুমিত্তু ছুটিনি। সন্ধ্যাদা খুলগী মী পুন্নমক, নুমিৎ তাবমদাইদুদা লংখৎলবা ছুটিগী ফিজোল শেত্তুনা, লম্বীদা থোক্লরকই। কুম অদুদি হান্নদগী হেন্না য়ু য়ান্না পুথোকশ্রে, মীশিংদু হৌজিক মখোয়গী শূ-নোম্বা লেপ্লে। থা অমগী মনুংদা কোসাকশিং অদু লানচণ্ডবগী থবক হৌগদৌরি, অদুনা ইমুং-মনুং কয়াশিংদা লুহোং-খোংদোংবগী থৌরাঙশিং তৌনবি।

চুথেক নাইবা লম্পাক, কোসাক খুলগী অফিস মমাঙ অমসুং দুকান অনীদুগী মনাক্তা মী অয়াম্বা পুল্লি, দুকান অমদনা অথুম-অহাউ অমদি মাইরেল মরূ য়োল্লি, অতোপ্পা অদুদনা রুমাল অমসুং লংজমগী লৈবোং হৎপা ফিশিং য়োল্লি। অফিস শঙগী লৈপন মথক্তা অহল ওইরবা মীওইশিংনা সনাগী লৈতেং নত্ত্রগা কবিগুম্বা মখলগী লৈতেং অমতা য়াওদনা অচম্বা উৎমচু মানবা নত্ত্রগা অমুবা কোটশিং লীত্তুনা ফল্লি নত্ত্রগা কোয়না লেপ্তুনা লৈ। মখোয়না মখোয় মশেল তপ্পা, লূন্নবা খোনফমদা লৌ লোকপগী, নহারোল কাঙবুগী, খুলগী হীরম-শিংগী অমসুং থায়নগী মতমগী মরমদা হেন্না নৌরিবা যুগকী মীয়ামদা চীংলেম্বা মতৌগা লোয়ননা য়েংদুনা ঈংনা বারী শানৈ। নূপীশিং অমদি নূপীমচাশিংনা মখোয়গী মপা লাম্থোকপদা লেপ্পি অদুগা মকোক নোল্লি। নহা ওইরিবা কোসাকশিংনা ইকাইখুন্নবগা লোয়ননা চৎলিবা খোঙথাংদু তপথদুনা মখোয়গী টুপিশিংদু থাঙথলি, কোকথক্তা ঙহাক পায়দুনা লৈ। অদুদগী অহলশিং অদুনা বা ভাঙবা লেপ্পি। মখোয় খরদি চৎলিবশিং অদুদা খানা য়েংই, অতৈনা নুংশিনা য়েংই, মখোয়সু তপ্পা মখোয়গী টুপিশিংদু থাঙথলি অদুগা অমুক উপশিল্লি।

কোসাক নূপীমচাশিংনা মখোয়গী *খোরোতোদ** জগোই শাবা হৌদ্রি। মখোয়না থক্কৎপা মচুগী *কেশমেটশিং* লীৎলদুনা, মকোক্তা মমীৎ ফাওবা য়ৌনা চিংথরবা রুমাল অতৌব-শিংগা লোয়ননা লৈমায়দা নত্ত্রগা পৈনা য়ৈরকপা নুংশাগী উরুম লাংলবা য়ুমগী অকোয়বদা লৈবা লৈপন্দা পুন্না ফন্নদুনা নোক্নি অমদি বা-বা লাউনা নিনবা খোঞ্জেলদা বারী শারি। চুথেক নাইবা লম্পাক্তুদা শান্নরিবা নুপামচা নূপীমচাশিংনা মখোয়গী বোলদু শেংলবা অতিয়াদা

---

* নূপীমচাশিংনা ঈশে শক্তুনা কোয়না চৎপা পরেংগী মকোয়।

বাংনা হুনগথলি, লাউ-খোংদুনা কোয়চেন চেল্লি। চহী হনবী নুপীমচাশিংনা জগোই শাবা হৌগ্রে, থোইনা ফজবা অয়াকপা মখোঙ্গেলদা কিনা ঈশে শক্তি। কুম্প্রে অদুগীদমক্তা ময়ূমদা লাক্লবা নম্বগা থবক তৌগ্রিবা নহাশিং, কেরানীশিংনা মায়খোঙ মকালাম্না তরু-তনানবা অঙৌবা নম্বগা অঙাঙবা সনাগী লৈতেং য়াওবা সরকেসিয়ান কোট লীতুনা অনী অনী অহুম অহুম লেঙ্গোম্নরগা নূপীশিং নম্বগা লৈশাবীশিংগী কাঙলুপ অমদগী কাঙলুপ অমদা কোয়না চত্তুনা লেপ লেপ্তুনা ফাগী তৌই অমসুং থেমদুনা লল্লে। আরমিনিয়ান দুকান্দার অদু ফজরবা শংবাম্নবা ফিগী সনানা লৈতেং তৌবা কোট অমা লীতুনা হাংদোক্লুনা লৈরিবা মাগী দুকানগী থোঙদা লেপ্লি, থোঙদুদা লংখৎপা মচুগী অথূপ্পা রুমাল মপৈশিং উই, নোংপোকলমগী কারবারবালাগী খঙজবা নাপলগা লোয়ননা পোৎ লৈবা লাকপা মীবু ঙাইদুনা লৈ। টেরেক বাংমদগী কুম্মৈ য়েংবা লাকপা, খদাঙকোই ঙাঙবা খোঙউপ তোংদবা চেচেন অনীখক মরুপ অমগী য়ুমগী মপান্দা নীঙ্গাংনা ফন্নদুনা থৌ-বা শাদনা মখোয়গী অপীকপা কাংচুপশিং অদু থক্রদুনা লৈরি, মখোয়না খুনমীশিংদু য়েংলগা মরক মরক্তা মতিন শীথলি অদুগা ঙৌদগী থোকপা বাঙাঙদা অমগা অমগা মত পীনদুনা থুনা বারী শারি। মরক মরক্তা অচম্বা সিফাই মানবা অমনা অমনবা ওভরকোট লীতুনা তরু-তনানবা ফিজোল শেথলিবা কাঙবুদুগী মরক্তা ফাওদুনা চথলি। হরাউ-তয়াম্লিবা য়ু ঙাওবা কোসাকশিংগী ঈশৈশিং মফম মফমদা হাম্ননা তাবা ফংই। য়ুম পূন্নমক শো লোল্লি; মমাঙগী নুমিত্তা য়ুমগী মাঙ্গোলশিংদু তরু তরুনা তকথোক-চামথোকম্রবনি। মাইরেল অমদি তরবূজ মরূগী মকুনা পূমচাই চাইরবা সড়কুদা অহল ওইরবী নূপীশিং ফাওবা থোরকই। মালংদু ওলাঙই, ইচীক চীকই অমসুং অতিয়াদু তাম্না শন্দোক্লুনা লৈ, তশেং তশেংই। হৌজিক্তি য়াম্না নকশিন্না উবগুম তৌরবা, য়ুমথকশিংগী বাংমদা লৈবা মুশিবা ঙৌরুনবা চীংশাং পরেং অদু তারমদাই নুমিংকী মঙালদা মল্লা মচু ওল্লক্লে। মরক মরক্তা তুরেল বাংমদগী থাম্না ঙংনো কাম্না তোপকী মখোল লাকই, অদুবু খুল অদুদি ছুটিগী হরাউ-তয়াম্বা অপুনবা খোঙ্গেলশিংগী ইংগোমলক্তা তাউরি।

ওলেনিন্না মারিয়ানকাগা উম্নবগী আশাদা অয়ূক চুপ্পা অদু শূমাঙদা চত্তুনা লৈ। অদুবু মারিয়ানকাদি মাগী খাইদগী ফজবা ফিরোল শেৎলদুনা খ্রীষ্টানশিংগী লাইনীংফমদা পূনবা চৎলুরে, অদুগী তুংদা নূপীমচাশিংগা লোয়ননা লৈপন মথক অমদা মরূ তুপ্রদুনা ফম্লি, করিগুম্বদা অমুকসু মমাম্নবীশিংগা লোয়ননা ময়ূমদা চেল্লি অমসুং মতম খূদিংদা মাগীদা ভারা লৈবা মী অদুদা মকালাম্বা অমদি নুংশিবা মীৎয়েংনা য়েংই। ওলেনিন্না অতৈগী মমাঙদা

মাবু হেক ফাগী ওইনা কৌবা কিবা পোকই। মহাক্না মমাঙগী নুংদাংদা হায়বা হৌগৎল্লবা বাদু লোইশিনগে অদুগা মঙোন্দা অরেপ্পা পাউখুম অমা পীহনগে হায়না নীংই। মহাক্না ঙরাং সন্ধ্যাগী অদুগুম্বা অতোপ্পা মীকুপ অমা ঙাই; অদুবু মীকুপ অদু লাক্লে, অসিগুম্বা অরেপ্পা খঙদবা ফীবমসিদা অসুম লৈবদু ঙমদ্রে হায়না মপুক্নীংদা ফাওই। মারিয়ানকা অমুক হন্না সড়কলোমদা থোরক্লে, অদুদগী ঙহাক ঙাইরবা মতুংদা ওলেনিনসু থোরক্লে, মহাক্না চৎলিবদু কদায়দনো হায়বা খঙজদনা মহাক্না মাগী তুং ইন্নরে। মারিয়ানকানা লংখৎলবা শংবান্নবা সিক্কী *কেশমেট* লীত্তুনা ফল্লিবা কাচিন অদুগী মপাদু ওলেনিন্না লান্দুনা চৎলি, মাগী তুংদা নূপীমচাশিংনা নোকপদু থম্মোয়দা অবাবা অমগা লোয়ননা তায়।

বেলেটস্কিগী খাংপোক অদু চুথেক নাইবা লম্পাক অদোমদা ওল্লি। ওলেনিন্না মদু লান্দুনা চৎপদা মঙোন্দা কৌবা বেলেটস্কিগী খোঞ্জেল তারকই, “চঙলকউ,” অদুদগী মহাক চঙশিল্লে।

বা খরা ঙাঙনরবা তুংদা মখোয় অনীমক থোঙনাউ ময়াদা ফল্লে, অদুদগী থুনমক য়েরোশকানা অনৌবা *কেশমেট* অমা লীত্তুনা লাক্লগা মখোয়গী মরক্তা য়াওররে অদুগা মখোয়গী মনাক্তা লৈমায়দা ফমথরকই।

“আদা, অচৌ-অশাং কাঙবু লৈরেতু,” বেলেটস্কিনা মোমোন নোক্লগা কাচিন্দা লৈরিবা মচুনা লংখৎলবা কাঙবু অমদা মাগী চুরুটনা থিন্দুনা তাক্লগা হায়রকই। “ঐগীসু আদা লৈরে। নহাক মাবু উব্রা? অঙাঙবা শেত্তুনা। মহাক্না লীৎলিবসি অনৌবা *কেশমেট* অমনি। নখোয় *খোরোভোদ* হৌদ্রবদি কৈদৌরে?” মহাক্না থোঙনাউদগী লীৎথোক্লুনা লাউরকই। “ঙহাক্তা ঙাইখো, হোরেন মমশিল্লক্লবা কান্দা ঐখোয়সু চৎশি। অদুদগী মখোয়বু ঐখোয়না উষ্টেনকাগীদা বার্ত্তোন তৌগনি। ঐখোয়না মখোয়গীদমক বোল অমা শীনগদবনি!”

“অদুদি ঐ উষ্টেনকাগীদা লাক্কে,” ওলেনিন্না অরেপ্পা খোনফম অমদা হায়রকই। মদুদা মারিয়ানকা য়াওগদ্রা?”

“উম, মহাক মদুদা য়াওগনি। লাকউকো!” বেলেটস্কিনা অঙকপা খজিক্তা য়াওদনা হায়রকই। “অদুবু মসে অয়েকপগুম্না পুক্নীং চিংশিন্নীংঙাই ওইদ্রা?” মখল কয়াগী মীয়ামশিং অদুদা মখুৎনা থিল্লদুনা মহাক্না শমথরকই।

“উম, য়াম্না ওই!” ওলেনিন্না থৌশাদবা মান্নবা হোৎনরদুনা য়ানীংবা ফোঙদোরকই। “অসিগুম্বা মখলগী হরাউ-কুম্মে অসিনা,” মহাক্না মখা তারকই, “ঐবু মতম পুম্বদা ঙকহল্লি

মী পূন্নমক অসিনা করিগী খঙহৌদনা পোম্বোক্নদৌরিবনো অমদি হ্রাউ-তয়ামগদৌরিবনো হায়না। খুদম ওইনা গুসি থাগী তরামণ্ডানি চনবা নুমিৎ থোকই হায়বা মরমগীদমক্তা খুদিংমক হ্রাউ-নুংঙাইনরি। মমীৎ, মমায়, খোঞ্জেল, লেঙ-ওৎপা মতৌ, ফিজোল, নুংশিৎ, নুংশা খুদিংমক হ্রাউ-নুংঙাইবগী ফীবমদা লৈ। অদুগা ঐখোয়দি রসিয়াদা কুম্মে অমতসু লৈত্রে!"

"উম," বেলেটস্কিনা হায়রকই, মহাক অসিগুম্না লুথনা খম্বা অসি পামদে। "অদুগা নহাক্তি করিগী থক্ত্রে, অহল?" মহাক্না য়েরোশকাদা ওনশিন্দুনা হায়রকই।

বেলেটস্কিদা থিন্দুনা য়েরোশকানা ওলেনিন্দা মমীৎ কৃপ্পী। "এ, মহাক পোঙই, নহাক্কী *কুনাকতো*," মহাক্না হায়রকই।

বেলেটস্কিনা মাগী গ্লাস অদু থাঙ্গথলি।

"*অল্লাহ বিরদি!*" মহাক্না মাগী গ্লাস অদু থক্তোক্রদুনা হায়রকই। *(অল্লাহ বিরদি*, "ঈশ্বরনা পীবিরম্মী" হায়বসি কোকেসিয়ানশিংনা পূন্না থক-চামিন্নবদা হায়নবা মহৌশাগী য়াইফ বাহৈনি।)

"*শাউ বুল* (নহাক্কী নাদ-য়েক্তবা)," য়েরোশকানা মোমোন নোক্তুনা খুন্নকই, অদুগা মাগী গ্লাসতু থক্তোকই।

"মসিবু হ্রাউ-কুম্মে কৌবা!" মহাক্না হৌগত্তুনা ওলেনিন্দা ওনশিল্লগা হায় অদুগা থোঙনাউদা য়েংথোকই। "মসিবু করম্বা মখলগী হ্রাউ-কুম্মেনো? থায়না মমাঙঙৈদা নূপীশিংনা হ্রাউ-তয়াম্বদু নখোয়না উহৌরমগদবনি! নূপীশিংনা মখোয়গী সনানা লৈতেংবা *সারাফান* * শেত্তুনা হেক হেক থোক্লরকই। সনাগী শেল পরেং অনী ঙকশমগী অকোয়বদা য়াম্বে অদুগা সনা মচুগী ফিনা মকোক্তা কোকশেৎ ওই, মখোয়না চৎপা কান্দা ফিজোলগী মখোল থোকই। নূপী খুদিংমক নিংথৌ মচানূপীগুম উই। করিগুম্বা মতমদা মখোয় কাঙবু ওইনা পুল্লপ থোরক্কনি অদুগা মালং পূম্বা খোম্বাঙ য়ৈবমখৈ ঈশৈ শক্কনি, অদুগা মখোয় অহিং চুপ্পা লীশাংশিংনা হ্রাউ-তয়ামদুনা লৈ। অদুদগী কোসাকশিংনা পিপা অমা শূমাঙদা ওম্থোরক্কনি, অদুগা ফমদুনা চীংখৈ হুম্লকপা ফাওবা থক্কনি। অদুগা করিগুম্বদনা মখোয়না লেঙ্গোন্নদুনা খুল ফাওদুনা কোয়চৎ চৎকনি। মখোয়না থেংন-থেংনবা মীপূম খুদিংবু মখোয়গা লোয়ননা পুরগা য়ুম য়ুমদা চৎলম্মী। করিগুম্বদা মখোয়না নুমিৎ হুন্নি লেপ্তুনা হেক হেক হ্রাউ-তয়াম তৌরম্মী। ঐ হৌজিক ফাওবা নীংশিংলি বাজিনা মমায় ইঙাঙ ঙাঙনা পোমখত্তুনা মকোক্তা টুপি য়াওদনা লৌইনমক মাঙহল্লগা য়ুমদা হেক হেক

* তোজান তোঙানবা মচাক্কী ব্লাউজ মথক্তা শেৎনবা ত্রিভুজ মানবা মচেৎনা শমদুনা তুবা ফিজোল মখল অমা।

হন্নকখিবদু। মহাক্না হেক চঙলকপগা হীপথখিগনি। মদুদা ইমানা কৈদৌগদগে হায়বদু খঙলম্মী: মহাক্না মাবু ঈংথহন্নবা থুম থাকপা সমুদ্রগী ঙা মরূম খরগা *চিখির* খরগা মঙোন্দা পুরকনি, অদুগা মদুদগী খুজঙ থুংনা মাগী টুপি থিবা চৎকনি। অদুদগী বাজিনা নুমিৎ নীনি তুমগনি। মতমদুগী মীওইশিংদু অদুন্না তৌরম্মী। অদুবু হৌজিক্তি মখোয় কৈদৌহ?"

"ফরে, অদুগা *সারাকান* শেৎপী নুপীমচাশিংদুদি মখোয় ঙাক্তা হরাউ-তয়াম তৌব্রা?" বেলেটস্কিনা হংলকই।

"মখোয় ঙাক্তা তৌগে তৌই! কঁরিগুম্বদা কোসাকশিংনা মখোঙনা নম্বগা শগোল তোংদুনা হেক হেক লাকই অদুগা হায়, 'ঐখোয় *খোরোভোদ* থুগায়সি,' অদুদগী মখোয়না চথলি, অদুগা নুপীমচাশিংনা চৈতুপ পায়থলি। খ্রোভটাইদতা কনাগুম্বা নহানা শগোল খুরুপ থৌদুনা লাকই অদুবু মখোয়না মাগী শগোলদু চৈতুপ্না ফুই অদুগা মাবুসু চৈতুপ্না ফুই। তৌইগুম্বসুং মহাক্না থুগায়দুনা চঙশিন্নক্রগা মাগী নুংশিবীদু ফারগা পুদুনা চৎথি। ওহো!... মহাক্না মাবু কয়াদা নুংশিজব্রবা! উম, মতম অদুগী নুপীমচাশিংদু মগুং ফাবী রাণী ঙাক্তনি!"

৩৬

মতম অদুমক্তদা নুপা অনীথক নাকলগী লম্বী অমদগী চুথেক নাইবা লম্পাক অদুদা শগোল তোংদুনা থোরকই। মখোয়গী মনুংদা অমদি নাজারকানি, অতোপ্পা অদুনা লুকাশকানি। ফজরবা মকোক অমসুং নীংথিরবা অরংবা মশোংদু নোম নোম তৌনা অকনবা সড়ক্কী লৈমায়দা তপ্না চথলিবা মাগী ফজনা পীজরবা কবারদা শগোল অদুগী মথক্তা লুকাশকানা চেপ্লপ্না ফম্মী। মখুমদা নীংথিনা চপ চানা হাপচিন্নবা নোংমৈ, তুংদা য়াওরিবা পিষ্টোল, শাকনগী তুংদা থেকত্তুনা লৈরিবা ক্লোক অদুনা উথলি মদুদি লুকাশকাদু শান্তি ওইবা মফম নত্ত্রগা অনকপা মফম অমদগী লাকপা নত্তে। মাগী শগোল মথক্তা চেপ্লপ্না ফন্নিবা মহাক্কী মশা খীংবা মতৌ, মহাক্কী শাজেনা শগোলগী মবুক মথাদা শোক্তুনা থৌশাদনা লেঙলিবা মতৌ, মরু ওইনা মাগী অকোয়বদা পোঙনা য়েংলিবা ইরং লংবা তংখায় উইশিনবা মাগী অমুবা মমীথশিং পূন্নমক অসিনা নহা ওইবগী খঙজবা পাঙ্গল অমদি মশানা মশাবু থাজবা মতৌদু ফোঙদোকই। “নুপামচা অমগুম্না ফজবা করিগুম্বদা উরব্রা?” মাগী মমীথনা নাক য়েন্তা য়েংলদুনা হায়বগুম তৌই। লুপাগী লৈতেংশিংগা লোয়নরবা নীংথিরবা শগোল, খূজু-খূংলাইশিং অমসুং ফজরবা কোসাক মশামক অদুনা চুথেক নাইবা লম্পাক্তুদা লৈরম্বা মীপূম খুদিংমক্কী পূক্নীং চিংশিল্লি। ময়াঙ কংবা অনেম্বা নাজারকাদি অসুম্না করিমতা ফিজোল নীংথিনা শেন্তে। অহলশিংদুগী মপা নাম্ভোকপদা লুকাশকানা লেপ্লি, অদুগা মহাক্কী মশম তেম্না কক্লবা মকোক্তগী অখোইবা, অঙৌবা য়াউ মতুগী টুপিদু থাঙ্গথলি।

“ফরে, নখোয়না নোগাই শগোল ময়াম লৌরকপ্রা?” ময়াঙ কংবা অহল অমনা মখোয়দা পীগুম শুক্রদুনা হংলকই।

“গ্রেনডেড, নহাক্না হংলিবদু মখোয় মশীং থীহৌব্রা?” লুকাশকানা লৈথোক্তুনা খুম্নকই।

“পূম্নমক্তু য়াম্না ফরে, অদুবু নহাক্না নুপামচা অদুবু নহাক্না লোয়ননা পুবদি দরকার ওইদে,” অহল অদুনা অমুক হেন্না পীগুম শুক্রদুনা তপ্না মুক্লম মুক্লম শোল্লকই।

“লাইফজবা অসিনা হায়রিবসি তাও, মানা পূমথঙ খঙলে,” লুকাশকানা মথন্ত্র শোল্লকই,

অদুগা মাগী মায়থোঙদা অৱাবা মতৌ উৎলকই; অদুবু অদুদগী, কোসাক নূপীমচা ময়াম লেপ্তুনা লৈবা কাচিন অমা উবদা মানা মাগী শগোলদু মখোয়রোমদা লৈশিনখ্রে।

"খুরুমজরি, নূপীমচাশিং!" মহাক্না মাগী শক্তি লৈরবা, খোম্থাঙ য়ৈবা খোনফমদা থুনমক মাগী শগোলদু খাম্লদুনা লাউরকই। "নখোয়দি ঐ লৈত্রিঙৈদা হনুরম্লেদনা, যাদু হৈবী নূপীশিং!" অদুদগী মহাক্না নোক্লকই।

"খুরুমজরি, লুকাশকা! খুকমজরি, নীংথিরবা পাখং!" হরাউবা খোঞ্জেলশিংনা পাউখুম পীরকই। "নখোয় পৈশা য়াম্না পুরক্লব্রা? লৈশাবীশিংগী অথুম-অহাউ খরা লৈয়ু!... নখোয় মতম কুইনগী ওইনা লাকপ্রা? অওইবমক্লি, নখোয়বু উখিদবা কুইরে..."

"নাজারকাগা ঐগা অহিংসিমা কুম্মৈ য়াওসি হায়দুনা থুনা চেল্লকপনি," লুকাশকানা মাগী শাজে থাঙগত্তুনা লৈশাবীশিং অদুদা চুমদ্রীং শগোল থৌজিল্লদুনা হায়রকই।

"করিগী, মারিযানকানদি নঙবু পূমকাউ কাউবীরে," উষ্টেনকানা মারিয়ানকাদা খূনিংনা থিল্লগা হৌনা নোক্তুনা হায়রকই।

মারিয়ানকাদু শগোল মনাক্তগী হন্দোকখ্রে অদুগা মকোক্তু থুনা লৈথোক্তুনা কোসাক অদুদা মাগী তরু তরুবা অরাওবা মমীৎ অদুনা ঈংনা য়েংলকই।

"অওইবমক্লি, নখোয়বু উদবা কুইরে! ঐখোয়বু নখোয়গী শগোলনা নেৎখায়হনগদৌবিবা কবিগীনো?" মহাক্না কংনা হায়বকই, অদুগা লৈথোকখ্রে।

লুকাশকাদু থোইদোক্লা হরাউনা উই। থৌনা অমদি হরাউবগা লোয়ননা মাগী মাযথোঙদু মকালাম্মী। মারিয়ানকাগী মীনুংশি খঙদবা পাউখুম অদুদা মহাক্না খঙহৌদনা তশেংনা নুংঙাইতনা পীগুম শূকই।

"ঐগী শগোল খূনেত্তা কারক্রো, নহাকপু চীংশিংদা পুবীগে, নূরা ওইবী!" মানা মাগী অমম্বা ৱাখলদু চাইখায়নবা ওইনা খঙহৌদনা লাউনা হায়রকই, অদুগা লৈশাবীশিং অদুগী মরক্তা শগোলদু নাক-য়েৎ লৈরদুনা লৈ। মারিয়ানকাদা নোম্বরগা মহাক্না তূমিন্না হায়রকই, "ঐ নঙবু চূপকে, ওহ্‌, ঐনা নঙবু কমদৌনা চূপকনি!..."

মাবিযানকাগী মমীত্তু মাগী মমীৎকা মীৎচানৈ, অদুদগী মারিয়ানকা খঙহৌদনা মায়থোঙ লাংশিনখ্রে অদুগা তুং হন্দোকখ্রে।

"ওহ্‌, নঙসিমা নুংঙাইখিদ্রে! নঙনা ঐগী খোঙ নেৎখায়বনি," মহাক্না হায়রকই, অদুদগী মকোক নোম্বদুনা মগুঙ তারবা মখোঙদা তপ নপ্না উপ্লিবা হাইফেৎ শংবাম্নবা, মপান্দা লৈরোং হৎপা খোঙমোজা অমদি অপীকপা লূপাগী মরীনা লৈতেং হাপ্লবা মাগী

অনৌবা অঙাঙবা খুদোল খোঙউপ অদুদা হন্থনা য়েংই।

লুকাশকানা উষ্টেনকারোমদা ওনশিনখ্রে, অদুগা মারিয়ানকানা মপাম্বোমদা অঙাং পল্লিবী নুপী অমগী মনাক্তা ফমথখ্রে। অঙাং অদুনা নোয় নোয় লাউবা মপাম্বোমদু লৈশাবী অদুদা তিংথোরকই অদুগা মহাক্কী শংবান্নবা *বেশমেট* মথক্তা য়াম্থরক্লিবা শেলগী পরেংদু পায়। মারিয়ানকানা অঙাংলোমদা নোম্থরকই অদুগা লুকাশকাদা মীৎচিনা ফল্লপ য়েংই। লুকাশকানা কোট মনুংদগী মাগী অমুবা *বেশমেটকী* ফুরিংখাউদগী অথুম-অহাউ অমদি মরূশিং য়াওবা ময়োম অমা চিংথোরকই।

"সে, ঐনা মখোয়সি নখোয় পুন্নমক্তা পীথোক্লবনি," মহাক্না উষ্টেনকাদা ময়োম অদু থাঙ্গৎলগা অদুগা মারিয়ানকাদা নোকফেৎ তৌরদুনা হায়রকই।

নুপীমচা অদুগী মায়থোঙদা চমন্নবা মতৌ অমা অমুক উরকই। মাগী নীংথিজরবা মমীৎ অদু অপাবা ঈরা অমনা কুপখিবগুম তৌই। মহাক্না মাগী রুমাল অদু মচীনবান্দগী চিংথরকই অদুগা মাগী শেলগী লীকপরেংদুদা মাবু অদুম ফাদুনা লৈরিবা অঙাংদুগী নাল্লবা মমায়দুদা মকোক নোম্থদুনা খঙহৌদনা মহাক্না পেন্না চুপ্পা হৌরকই। অঙাং অদুনা নুপীমচা অদুগী অবাংবা থবাক্তুদা অপীকপা খুৎশাশিং অদুনা ঈম্থোরকই, অদুগা ময়া য়াওদবা মচীনবান্দু কাথোক্তুনা হৌনা লাউরকই।

"নুপামচাসি নঙনা স্বর লাকহৎলে।" অপীকপা অদুগী মমানা মাবু লৌথোক্লদুনা হায়রকই; অদুগা মঙোন্দা খোম পীথরুবা *বেশমেট* থাদোকই। "নহাক্না চৎলগা পাখং অসিদুম ওক্লবনা হেন্না ফৈ।"

"ঐ চৎলুখিগে, শগোল মচীঙ্গাক পীজদুনা থম্নুখিগে, অদুগা নাজারকাগা ঐগা হল্লক্কে; ঐখোয় অহিং চুপ্পা হরাউ-তয়ামসি," লুকাশকানা শগোল অদু শাজেনা শোক্তুনা অদুগা নুপীমচাদুগী মনাক্তগী শগোল তোংলগা চৎখিদুনা হায়রকই। নাকলগী লম্বী অমদা লৈশিন্দুনা মাগা নাজারকাগা, থংননা লৈরবা য়ুম অনীখক তন্না শগোল তোংদুনা চৎখ্রে।

"য়ৌরেদনা, য়ারে, নুংশিরবা মরূপ! থুরকউ, থুনা লাকউ!" লুকাশকানা য়ুমশিংদুগী মরক্তা অমগী মমাঙদা কুমথরদুনা মাগী মরূপুদা কৌরকই; অদুদগী মহাক্না চেকশিন্না মাগী শগোলদু ময়ুমগী থোঙ্গান্দা চিংশিল্লি।

"হলো, ষ্টেপকা?" মহাক্না মাগী লোম্থোক্তবী মচে অদুদা হায়রকই, অতৈগুন্না অনানবা ফিজোল শেৎলবী অদুনা মাগী শগোলদু লৌশিন্নবা সড়ক্তগী চঙলকই; মহাক্না মচেদুদা শগোলদু শজিক পীজনবা অদুগা শাবনদি লৌথোক্তনবা খুদম তৌই।

লোম্বোক্তবী নূপীমচাদুনা মহৌশাগুম্না ভুং ভুং ভুংই, শগোলদুদা মখৎনা থিন্দুনা মচীনবান্দু তাক তাক তৌই অদুগা মদুগী মনাতোন্দা চুপ্পী। মদুগী অর্থদি মহাক্লা মদুবু নুংশি অমসুং মদু ফজবা শগোলনি হায়রিবনি।

"কমদৌরি, ইমা? নহাক হৌজিক ফাওবা চথোক্লিবদি কৈদৌরে?" লুকাশকানা মাগী নোংমৈদু মফম চানা পায়রগা মাঙ্গোলগী সিঁড়িদু কাখৎ কাখৎনা লাউরকই।

মাগী অহল ওইরবী মমানা থোঙ হাংদোরকই। "হাইমা। ঐদি শুকথা থাজরুদে, নহাক লাকনি হায়বা কৈদৌঙেদসু নীংলুদে," অহল ওইরবী নূপী অদুনা হায়রকই। "করিগীনো, কিবকানদি নঙ 'সিদা লাক্রোই হায়রম্মী।"

"চৎলো, *চিখির* খজিক্তা পুরকউ, ইমা, নাজারকা 'সিদা লাক্লি, ঐখোয় উৎসব নুমিৎকী থৌরম পাঙথোক্কদৌরি।"

"ফরে, লুকাশকা, ফবে।" অহল ওইবী নূপীদুনা খুম্নকই। "ঐখোয়গী নূপীশিং হবাউ-তয়াম তৌরি। ঐখোয়গী লোম্বোক্তবী অদুমসু চৎথ্রমাম্লে নীংই।"

মহাক্লা মাগী শো লৌবে অদুগা থুনা শঙ্গোযদা চৎথ্রে।

নাজারকানা মাগী শগোলদু শজিক পীজদুনা থনম্লগা, নোংমৈদু মরেংবান্দগী লৌথোক্লুনা লুকাশকাগী ময়ুমদা হল্লক্লে অদুগা ইমুংদা চঙলক্লে।

# ৩৭

*চিখির* পীক থম্না য়াওরবা কপতু মমাগী মখূত্তগী লৌরগা নোম্বরিবা মকোক্তু য়ৌনা চেকশিন্না থাঙ্গৎলগা লুকাশকানা হায়রকই, "নহাক্কী নাদ-য়েক্তবা!"

"মসি ফত্তে!"নাজারকানা হায়রকই। "অঙ্কল বুরলাকনা, 'নখোয় শগোল য়ান্না হুরাল্লব্রা?' হায়বদু তারেদনা। মহাক খঙবা মান্নি!"

"মহাক হনুবা যাদুকরবনি!" লুকাশকানা শন্না খুন্নকই। "অদুবু কৈদৌই হায়বগে!" মহাক্না মকোক নোম্নদুনা শমথবকই। "মখোয় হৌজিক তুরেল য়াংমদা লৈ। মখোয়বু ফংনবা চৎলু।"

"অদুবু, মসি তুংগী ফত্তবনি।"

"করি তুংগী ফত্তবা? হয়েং মঙোন্দা *চিখির* খরা পুদুনা চৎলু, অদুদগীদি করিসু তৌররোই। হৌজিক ঐখোয় নুংঙাইহিসি। থকউ!" লুকাশকানা অঙ্কল য়েরোশকানা লাউখিবা খোনফম অদুমক্তদা লাউরকই। "ঐখোয় লম্বীদা থোক্লগা নূপীমচাশিংগা হরাউ-নুংঙাইমিন্নরগনি। নহাক চৎলু খোইহি খরা লৌরু; নত্রগা তোক্লো ঐখোয়গী লোম্বোক্তবী নূপীদু থাগে। ঐখোয় অয়ূক ফাওবা হরাউ-তয়াম তৌগনি।"

নাজারকানা মোমোন নোক্তুনা লৈ। "ঐখোয় 'সিদা কুইনা পনখিগদৌরিব্রা?" মহাক্না হংলকই।

"ফাগী খরা তৌনদ্রিবা ফাওবা। চেল্লু ভোদকা খরা লৌরু। 'সিদা পৈশা লৈরে।"

নাজারকাদু হায়বা ইন্না য়ামকাদগী ভোদকা লৌবা চেনখ্রে।

শাহিং চাবা উচেক্কুন্না অঙ্কল য়েরোশকাগা য়েরগুশোভকা মখোয় অনীমক য়ু ঙাওরগা কদায়দা হরাউ-তয়াম চখরিবগে হায়বদু মপূক্লীংদা খঙনা হাইরং-তুরং তৌনা য়ুম অদুদা মথং মথং চঙলকই।

"বালটিন তংখায় অমগা ঐখোয়দা পুরকখো," লুকাশকানা মখোয়গী তরাম্না কৌবা য়াহৈগী পাউখুম ওইনা মমাদা লাউরকই।

"অদুদি হৌজিক, ঐখোয়দা হায়য়ু মখোয়দু কদায়দগী হুরাল্লকই, মথোঙ হুক্তবা?" য়েরোশকানা লাউরকই। "নহাক নীংথিজবা মীওইনি, ঐ নহাকপু নুংশি!"

"থাঙ্গেশেংনা নুংশিবা..." লুকাশকানা নোক্তুনা পাউখুম পীরকই, "কেডেটশিংদগী অথুম-অহাউ লৌরগা লৈশাবীশিংদা পীবা! এ, হনুবা..."

"মদু অচুম্বা নত্তে, চুমদে!... ওহ মারকা!" অদুদগী অহল অদুনা হৌনা নোকখোরকই। "অদুগা মথোঙ হুক্তবা অদুনা ঐঙোন্দা করম্না হায়জে। 'চৎলো মদু ঐগী খরা শীনবীয়ু' মহাক্না হায়রম্মী। মহাক্না ঐঙোন্দা নোংমৈ অমা পীখি! অদুবু তৌখিদে। ঐ মদু শীল্লম্বা য়াবনি, অদুবু ঐনা নহাক্কীদমক্তা য়েংই। হৌজিক ঐখোয়দা হায়য়ু নহাক কদায়দা লৈরুই?" অদুদগী অহল অদুনা টার্টর লোন্দা ঙাঙবা হৌরকই।

লুকাশকানা মঙোন্দা থীন্দনা পাউখুম পীরকই।

টার্টর মুন্না খঙদবা য়েরগুশোভনা মরক মরক্তা রসিয়ান লোন্দা বা ঙাঙবা য়াওরকই:

"ঐনা হায়বদি অসিনি, মহাক্না শগোলশিংদু হোইদোরকই। মদু অচুম্বনি ঐ খঙই," মহাক্না বাদু থেৎলকই।

"গিরৈগা ঐগা চৎমিন্নে।" (মহাক্না গিরৈ খানবু 'গিরৈ' হায়না হায়বসি কোসাক অদুগী পূক্নীংদা লিংজেল লৈবগী প্রমাণনি।) "তুরেলগী হেক বাংমদা মহাক্না অসুম নাপল তৌনা হায়রম্মী উ হৌদবা অহাঙবা তম্পাক্তু মা লোইনমক খঙই, মানা চুমদ্রীং লম্বী চিংগনি হায়না, অদুবু ঐখোয়না শগোল তোংদুনা অসুম চৎলম্মী, অহিংদু মম্মী, অদুদগী ঐগী গিরৈদু লম্বী লম্মাঙনরে অমসুং জগা অমতদসু থুংদনা কোয়না চত্তুনা লৈরম্মী: *ওল* ফংবা ঙম্নমদে; অদুম তৌরম্মী। ঐখোয়না য়েৎলোমদা য়াম্না চৎলমগদবনি। ঐখোয়না নোংয়ায় য়ৌরমদাই ফাওবা কোয়দুনা লৈরম্মী। অদুদগী, ঈশ্বরগী কৃপানা, ঐখোয়না হূই খোংবা তারক্লম্মী।"

"অপঙশিং!" অক্কল য়োরোশকানা শংদুনা হায়রকই। "ঐখোয়সু উ হৌদবা অহাঙবা তম্পাক অদুদা হেক হেক লম্মাঙনখি। লম্মাঙনদবা কনা য়াওবগে? অদুবু ঐনা চীংদুম অমদা হেক হেক শগোল থৌগৎলি অমসুং নায়তোম তারবা কৈশাল অমগুম্না অসুম্না খোংবা হৌগৎলি!" মহাক্না মচীন্দা মখূৎশিংদু থমদুনা কৈশাল শঙ্গু অমগুম্না খোঙ্হোক অমতদা খোংলকই। "হূইশিংনা খূদক্তা খুন্নরকনি... ফরে, অদুদগী চৎলো, নহাক মখোয়বু ফংলনিদনা?"

"ঐখোয়না থুনমক মখোয়বু চিংলক্লম্মী! নোগাই নূপীশিংনা নাজারকাবু ফারমগদবা

খজিক্তা বাৎলি।"

"তৌখিব্রা?" হন্নকপদা ঙায়রিবা নাজারকানা নুংঙাইতবা খোনফমদা হায়রকই।

"ঐখোয়না অমুক শগোল থৌরক্লম্মী, গিরৈদু অমুক্তসু লম্মাঙনরে অমদি লৈঙোইপুংশিংগী মরক্তা থুংগে তৌরম্মী। ঐখোয়না টেরেক থেংনগদৌরে হায়না খল্লম্মী, অদুবু ঐখোয় মতম চুপ্লদা মদুদগী থাপ্পা শগোল থৌদোরক্লম্মী!"

"থবানমিচাক্লা নখোয়বু লমজিংগদবনি," অঙ্কল য়েরোশকানা হায়রকই।

"অদুনিনে ঐনা হায়রিবা," য়েরগুশোভনা খঙহৌদনা মরক থত্তুনা হায়রকই।

"হোয়, পুম্মম মমত্রবদা মায়কৈ চুম্নবা, ঐ হোৎনরম্মী, পুন্নমক হোৎনরম্মী... অদুদগী মমৈথঙদা ঐনা শগোল অমোমশিং অদুগী মবক্তা অমখক খূর্জি হাপ্লে, অদুগা ঐগী শগোল অদু নীংতম্না থাদোক্লম্মী— মহাক্লা ঐখোয়বু লমজিংগনি নীংদুনা; অদুদগী নহাক করি খল্লি। মহাক্লা লৈমায়দা মনাতোন অদুনা অমুক অনীরক শূৎ-শূৎ তৌরম্নগা মাঙ থানা খূরুপ থৌদুনা চেল্লম্মী, অদুগা চুমদ্রীং ঐখোয়বু ঐখোয়গী খুল তান্না লমজিংলম্মী। মহাক্লা তৌবদু লাইবক ফবনি, মরমদি মতমদু নোং য়াম্না ঙাম্থোরক্লে। ঐখোয়না মখোয়বু উমংদা লোৎপগী মতম ফজনা ফংলমদে। নাগিমনা তুরেল লাম্না লাক্লগা মখোয়বু পুখিরম্মী।"

য়েরগুশোভনা মকোক নোম্লকই। "ঐনা হায়বদুনি, য়াম্না শিংই। নহাক মখোয়শিং-দুগীদমক য়াম্না ফংহৌব্রা?"

"লোইনক 'সিদা য়াওরি," লুকাশকানা মাগী ফূরিৎখাউদা পোপ পোপ ফূরদুনা হায়রকই।

তাঞ্জা অদুমক্তদা মাগী মমা কা অদুদা চঙলক্লে, লুকাশকা মানা হায়রিবদু লোইদনা তোকখ্রে।

"থক্লো!" মানা লাউরকই।

"উম, গিরচিক্কা ঐগা অহিং অমা থেঙনা শগোল তোংদুনা চখোক্লম্মী..." য়েরোশকানা হৌরকই।

"ওহ, ওক্লে, ঐখোয় নহাক্কীদু লোইবা ফাওবা শূক্তা তাররোই!" লুকাশকানা হায়রকই। "ঐ চৎলে।" অদুদগী মহাক মাগী কপতা য়াওরিবদু থক্তোক্লগা পেটি লাকশিল্লগা থোকখ্রে।

লুকাশকানা লম্বীদা থোরকপদা হান্নানা মমল্লে। শবৎ ঋতুগী অহিং অদু ঈংই অমসুং চীকই। চুথেক নাইবা লম্পাক্তুগী চিদাই অমদা হৌবা অবাংবা অমুবা পোপলর উপালশিংগী মরুমদগী মপুং ফারবা সনা মচু মানবা থাজনা কাখৎলকই। শঙ্গোয়শিংগী মৈখু উতোংশিংদগী কারকপা মৈখুনা খুলগী মথক্তা শন্দোকখিদুনা লৈচিল-নোংফাইগা তিন্নখি। মফম মফমদা থোঙনাউ-শিংদা মৈ ঙাল্লি অমসুং মালং অদু শঙ্খী অকংবা থাবগী, অঙ্কুর থীৎপগী অমদি লৈচিল-নোংফাইগী মনম্না হায়। অয়ুক-নুংথিলগী মতমদা তৌবগুম্না নোক-খেবা, খোঞ্জেল, ঈশৈ অমসুং মরূ তৃপ্পগী মখোলশিংদু অমতা ওইনা তিন্নখি, অদুবু হৌজিক্তি মখোয় হেন্না ময়েক শেংলক্লে। য়ুমগী অকোয়বদা অঙৌবা রুমাল অমদি টুপিশিংগী চবুন্না অমম্বা মরক্তা ঙাল্লি।

চুথেক নাইবা লম্পাক্তুদা হাংদোক্তুনা লৈরিবা, মৈ থানবা থোঙগী মমাঙদা কোসাক নুপা-নুপীশিংগী অমুবা অমসুং অঙৌবা মুর্তিশিংদু অমম্বা মরক্তগী উরি, অথাপ্পদগী কনাগুম্বনা মখোয়গী হৌনা শকপা ঈশৈশিং, নোকপা অমসুং বারী শাবগী খোঞ্জেল তায়। উফুল থাংলবা চুথেক নাইবা লম্পাক্তুদা নুপীমচাশিংদুনা মখূৎ শন্নদুনা খোঙথাং তপ্পা থাংলদুনা কোয়না কোয়না চৎলি। ময়াঙ কংবী মখোয় ময়ামদগী খ্বাইদগী ইচম চম্বী নুপীমচা অমনা ঈশৈ শক্লকই :

উমংগী বাংমদগী, অশূকপা জঙ্গলদগী
অশংবা লৈকোল, উরুম লাংবা লম্পাক্তগী
লাক্লম্মী, লাক্লম্মী হরাউনা নহা মরূপ অনীখক।
মখোয় থৌনা ফৈ অমসুং মশা খীংই, পাখং ঙাক্তনি মখোয় অনীমক!
মখোয় অসুম চৎলি, অদুদগী তৃমিন্না লেপখি নুপা অনীমক
অসুন্না মখোয় লেপখি অদুগা থুনমক খৎনবা হৌরক্লম্মী।

অদুদগী থোরক্লম্মী লৈশাবী অমা, মহাক্লা লক্লগা হায়রম্মী,
"নখোয় নিগী মরক্তা অমদা থুনা ঐহাক লৈরগনি!"
মশক ফজবা পাখংদুনি ফজবী লৈশাবীদু ফর্খিবা,
উম, মশম সনা মচু মানবা মশক ফজবা পাখংদো!
নুজাদুগী য়েং থংবা ঙৌরবা মখুত্তু মাগী খুৎনা পায়রম্মী,
পাখংদুনা মাবু কোয়না খুৎশমদুনা চৎলম্মী, মাগী মরূপশিংনা উনবা!
অদুগা মহাক্লা হায়রম্মী, "নখোয়গী মনুংদা কনাগুম্বনা নপুল্লী চুপ্পদা থেংনখ্রবা
ঐগী পীক্রবী তালোয় অসিগুন্না ফজবা নুপীমচা?"

অহল ওইরবী নুপীশিংনা ঈশৈশিংদু তাদুনা কোয়না লেপ্তুনা লৈ। অমম্বা অদুদা অপীকপা নুপামচা নুপীমচাশিংনা অমগা অমগা কোয়তান তান্নদুনা চেল্লি। নুপাশিংদুনা নুপীমচাশিংনা কোয়না চৎলিঙৈদুদা ফানবা হোৎনদুনা মনাক্তা লেপ্লি, মরক মরক্তা কোয়রিবা পরেংদু থত্তুনা মদুদা চঙলকই। চঙফমগী অমম্বা নাকন্দা বেলেটস্কিগা ওলেনিনগা সরকেসিয়ান কোট অমমম লীত্তুনা, য়াউ মউনগী টুপি উপ্তুনা লেপ্লি অমদি মখোয়না পুক্লীং চিংশিল্লি হায়বা খঙদুনা কোসাকশিংদুনা ঙাঙনরিবা ৱাঙাঙ অদুগা মান্নদবা মওঙদা তপ্না অদুবু খোম্থোক্তি শেংনা ৱারী শারি।

মশা পুপ পুপ লাউবী অঙাঙবা *বেশমেট* লীৎলিবী অপীকপা উষ্টেনকাগা চীংলেম্লবী, অহনবা *বেশমেট* অমগা ফুরিৎ অচোনবী অমগা লীৎলিবী মারিয়ানকাগা কোয়রিবা পরেং অদুদা খুৎশম্লনা চৎলি। ওলেনিনগা বেলেটস্কিগনা মতৌ করম্না উষ্টেনকা অমদি মারিয়ানকাবু কোয়রিবা পরেং অদুদগী চিংথোরক্কদগে হায়না খন্নদুনা লৈ। বেলেটস্কিনা খল্লি ওলেনিন অসি মশাদা নুংঙাইনবা খল্লি, মতমদুদা ওলেনিন মাগী লাইবক লেপ্পবগী আশা তৌরি। খুদোংথীবা নংলবসু মহাক্লা নুমিৎ অদুমক্তদা মারিয়ানকাবু মথক্ত উন্নদুনা পুন্নমক হায়দোকপা অমসুং মাবু মাগী নুপী ওইবা ঙমগদ্রা অমসুং ওইগদ্রা হংবা পাম্মী। ৱাহং অদু মতম কুইনগী মমাঙদা য়ানীংদবা মওঙদা পাউখুম পীরকপ্রবসু মহাক্লা পুক্লীংদা ফাওবা পুন্নমক অদু মঙোন্দা হায়বা ঙমগনি অমদি মারিয়ানকানা মাবু খঙলগনি হায়না মহাক্লা আশা তৌই।

"নহাক্লা ঐঙোন্দা মাঙজৌননা হায়দ্রিবা করিগীনো?" বেলেটস্কিনা হায়রকই। "ঐনা উষ্টেনকাবু মদু নহাক্কীদমক্তা শীলহল্লমগদবনি। নহাকসি অঙকপা মীওই হায়বদুনি!..."

"করিনো তৌগদবা!... নোংমা, য়াম্না থুনা নঙোন্দা ঐ মদুগী মরমদা পুন্নমক হায়গে।

ঈশ্বরসাক্ষী, হৌজিক মাবু উষ্টেনকাগীদা লাক্লবদং শীনবীয়ু।"

"য়ারে, মদু ইরায় লায়না তৌগে! ফরে, মারিয়ানকা, নহাক 'মশক ফজবা নূপামচা' অদুগী ওইগদ্রা, লুকাশকাগী ওইরোইদ্রা?" বেলেটস্কিনা হায়রকই, অহানবদা মারিয়ানকাদা হৌনবী ওইনা ফজনা হায়দুনা য়েংবনি, অদুবু পাউখুম ফংদ্রবদা মহাক্লা উষ্টেনকাগী মনাক্তা চওশিনখ্রে অদুগা মারিয়ানকাবু ময়ূমদা মাগা লোয়ননা পুরক্লবা হায়জরকই। মকোকচিংবী অদুনা অতোপ্পা ঈশে অমা হৌরক্লিভৈদা মহাক্লা হায়রিবা অদু লোইশিন্নবা মতম ইফং ফংহৌদ্রে, কোয়রিবা পরেং অদুদা নূপীমচাশিংদু অমগা অমগা কোয়না চিংনবা হৌরকই। মখোয়না শক্লকই :

লৈকোন্দু লান্না, লৈকোন্দু,
নৌবিবা নূপামচা অমনা কোযথোবক্লম্মী,
লম্বীদা সহর ফাওদুনা;
মহাক্লা মপা লাম্থোবকপা অহানবদা
হাইরম্মী মহাক্কী অকনবা য়েৎ থংবা মখুত্তু।
অদুদগী মহাক্লা অনীবক শুবা ওইনা লাম্থোক্লম্মী,
মহাক্লা হাইরম্মী মাগী সিক্ককী মবীনা পুনবা টুপিদু।
অহুম্লক শুনা লাম্থোকপা মতমদদি
মহাক তূমিন্না লেপখি, চত্ত্রে।
হন্দক্তি মহাক চত্ত্রে, অদুবু মহাক মশা খীংনা উহল্লম্মী।
"ঐহাক নহাক্কী নাক্তা লাক্লীংলে
ব্বারী খজিক্তং শানবা।
নুংশিবী নহাক,
করিগীনো লম্পাক্তা খোঙনা কোয়বা চখোরক্লিবা
লাক্লো হৌজিক, পাউখুম পীরো, নুংশিবী,
নহাক ঐবু তূক্কচনা খনব্রা?
খঙউ, নুংশিবী, মতুংদদি
নহাক নীংশিংলক্কনি, অদুগা অনুতাপ তৌরক্কনি।
থুনমক ঐহাক লাক্লগনি নহাকপু থেম্বা

অদুগা ঐখোয়না লুহোংলবা কান্দা
নহাক ঐহাক্কীদমক্তা কপকনি!"
ঐনা করি পাউখুমগদগে খঙলবসু
মাবু য়াদবদি মঙমদে!
নত্তে, মাবু য়াদবদি মঙদে!
*ঐনা খোঙনা কোয়বা চৎলম্মী লম্পাক্তা,*
পাখংদুগা উন্নবা লম্পাক্তা,
ঐনা ওক্লম্মী মফমদুদা ঐগী নুংশিবদুবু তরান্না।
ঐনা কোক নোনবদা, অসুন্না থোকখি,
লৈমায়দা তাখি ঐগী রুমালদু।
খুনগৎলম্মী মদু মহাক্না, লৈরিবা মফমদুদা।
"নহাক্কী ঙৌরবা খৃত্তুদা মদু লৌবীয়ু, চানবীদুনা।
চানবীদুনা ঐঙোন্দগী লৌবীয়ু, নুংশিবী,
ঐবু নুংশি হায়য়ু নহাক্না,
ঐদি কবিমতা খঙদে, ঐ কিজৈ,
নঙোন্দা করি পীগদগে, চান্নবী।
ঐগী নুংশিবীদা শাল অমা
খুদোল তৌগে খল্লি ঐনা—
মদুগীদমক মঙারক ঐনা চুপচগে।"

লুকাশকাগা নাজারকাগনা কোয়রিবা পরেং অদু থত্তুনা য়াওরকই অদুগা নূপীমচাশিং অদুগী মরক্তা কোয়না চৎপা হৌরকই। লুকাশকানা কোয়রিবা পরেং অদুগী ময়ায়দা মপান্থোম হাইরগা চৎনা চৎনা মহাক্কী শেংলবা খোঞ্জেলনা খোম্বাংলদুনা ঈশৈ শক্লকই।

"নখোয়গী মরক্তা অমা লাকউদনা!" মহাক্না হায়রকই। নূপীমচা অতৈশিংদুনা মারিয়ানকাবু ঈনশিল্লি, অদুবু মহাক্না কোয়রিবা পরেং অদুদা চঙলক্তে। হৌনা নোকপা, খূবাক খূবা, চুপ্পবা অমসুং মুরুম মুরুম শোনবগী মখোলদু ঈশৈগা পুনখি। ওলেনিনগী মপা য়ৌরকপদা লুকাশকানা মরূপ ওইবগী মতৌ ওইনা কোক হাইফেৎ নোল্লি।

"দমিত্রি আন্দ্রেচ, নহাক য়েংবা লাক্লি?" মহাক্না হায়রকই।

"উম," ওলেনিন্না কংনা খুম্নকই।

বেলেটস্কিনা নোঙ্গরগা উষ্টেনকাগী মনাকোংদা করিগুম্বা খরা হায়খি। মথংগী অমুক কোয়রকপা য়ৌদ্রিফাওবা মহাক্না পাউখুম পীবগী মতম ফংদে, অমুক কোয়রকপা মতমদুদা মহাক্না হায়রকই, "য়ারে, ঐখোয় লাক্কে।"

"অদুগা মারিয়ানকাসু?"

ওলেনিন্না মারিয়ানকাদা নোঙ্গরকই। "নহাক লাক্কনিকো? চানবীদুনা লাকউকো, মিনিট অমতা ওইরবসু। ঐ নঙোন্দা ব্না হায়নীংই।"

"অতৈ নূপীমচাশিংদুনা লাক্লবদি ঐসু লাক্কে।"

"নহাক ঐগী ব্নাহংগী পাউখুম পীগদ্রা?" মহাক্না মারিয়ানকাদা নোঙ্গদুনা হায়রকই। "হৌজিক নহাক নুংঙাইরি।"

মহাক ওলেনিনগী মনাক্তগী চথোকখ্রে। ওলেনিন্না মাগী মতুং ইন্নে। "খুমগদ্রা?"

"করি ব্নাহংবুনো?"

"ঐনা নোংমা ইকুই কুইদনা নঙোন্দা হংখিবদু," ওলেনিন্না মাগী মনাকোঙদা নোঙ্গরদুনা হায়রকই। "নহাক ঐবু লুহোংগদ্রা?"

মারিয়ানকানা মীকুপ অমতং ব্নাখল খল্লি। "ঐ নঙোন্দা হায়গে," মহাক্না হায়রকই, "ঙসি নুংদাং নঙোন্দা হায়গে।" অমম্বা মবক্তা মাগী মমীৎনা তরু তরুনা অমসুং নুংশিনা নহা ওইরিবা নূপাদুদা য়েংলকই।

ওলেনিন্না মাগী মতুং অসুম ইন্নে। মাগা নকশিন্নবদু মঙোন্দা নুংঙাইজবা অমা ওই।

অদুবু লুকাশকানা ঈশৈ শকপদি লেপ্তনা খঙহৌদনা মাবু মখুৎনা চেৎনা ফাখ্রে অদুগা নূপীমচাশিংগী পরেংগী মাগী মফমদুদগী মাবু ময়ায়দা চিংশিনখ্রে। ওলেনিন্না অসিদং হায়বগী মতম ফংহৌই, "উষ্টেনকাগীদা লাকউ," অদুদগী মাগী মরূপকী মনাক্তা অমুক চঙখ্রে। ঈশৈ শকপা লোইরে। লুকাশকাদু মচীনবান তৈথোকই, মারিয়ানকাসু অদুম্না তোই, অদুগা চুপ্নরকই।

"নত্তে, নত্তে, মঙারক চুপকে!" লুকাশকানা হায়রকই। তাল নাইনা চখরিবা ঈশৈ-জগোইগী থৌদোক অদু ব্নারী শাবা, নোক-খেবা অমসুং কোয়চেন চেন্নবনা মহুৎ শিনখ্রে। য়ু য়াম্না থকখিবগুম তৌরবা লুকাশকানা নূপীমচাশিংদা অথুম-অহাউ য়েনবা হৌরকই। "মখোয়সি মীপূম খূদিংমক্কীনি!" মহাক্না নাপলগা লোয়ননা, ফাগী মাম্না নুংশিনীংঙাই ওইবা মওঙদা মশাবু পেঙ্খোকচবা মতৌদা হায়রকই। "অদুগা সিফাইশিংগী মতুং ইনবা

*মীদি কোয়রিবা পরেং অসিগী থোকখ্রো!" মহাক্না খণ্ডহৌদনা ওলেনিন্দা অশাউবা* মীৎয়েংনা ফল্লপ য়েংলদুনা মখা তারকই।

নুপীমচাশিংদুনা অথুম-অহাউশিংদু মঙোন্দগী লাকই অদুগা মখোয়দু মখোয় মশেল নোক্তুনা মুন্নে। বেলেটস্কিগা ওলেনিনগা নাকন্দা খরা হন্দোকই।

লুকাশকানা মাগী পুকচেল চাউবা মতৌদা ইকাইবগুম তৌনা টুপি লৌথোকই অদুগা ফুরিৎ খুদাংদা মরাইবক্তু তৈথোক্তুনা মারিয়ানকা অমদি উষ্টেনকাগী মনাক্তা চঙলক্লে। "ঐঙোন্দা পাউখুম পীয়ু, নুংশিবী, নহাক ঐবু তূক্কচনা খনব্রা?" মহাক্না মখোয়না হৌজিক্তা শক্লিবা ঈশৈগী মরোন্দুদা হায়রকই, অদুগা মারিয়ানকাদা ওনশিন্দুনা মহাক্না শাউনা ৱাহে-শিংদু অমুক হন্না হায়রকই, "নহাক ঐবু তূক্কচনা খনব্রা? ঐখোয়না লুহোংলবা মতমদা নহাক ঐগীদমক্তা কপকনি!" মহাক্না উষ্টেনকাগা মারিয়ানকাগবু পুল্লপ কোনশিল্লদুনা মখা তারকই। উষ্টেনকাদি লৈথোক্তুনা নাম্থোকখ্রে, অদুগা মপাম্বোম হাইদুনা মখুত্তু নাবমখৈ মাগী মনঙ্গন্দা কন্না থারম্মী।

"ফরে, নখোয় মথং অমা অমুক তৌখিগদৌরিব্রা?" মহাক্না হংলকই।

"নুপীমচা অতৈদুদি মখোয়না পান্নবদি য়াই," উষ্টেনকানা হায়রকই, "অদুবু ঐদি য়ুমদা চৎলনি, মারিয়ানকাসু লাক্লবনি।"

লুকাশকানা মারিয়ানকাবু মপাম্বোম্না অসুম কোল্লদুনা মীয়াম মরক্তগী য়ুমগী হেন্না মম্বা কাচিন অমদা চিংশিনখ্রে।

"চৎখিনু, মারিয়ানকা," মহাক্না হায়রকই, "ঐখোয় অরোইবা ওইনা খরা নুংঙাইহমিন্নখিসি। য়ুমদা চৎলো অদুগা ঐ নঙগী ননাক্তা লাক্কে!"

"ঐনা য়ুমদা কৈদৌরুনি? ছুটি হায়বসিদি হরাউ-তয়ামগীদমক্লি। ঐ উষ্টেনকাখোয়দা চৎলুগে," মারিয়ানকানা খুন্নকই।

"অদু ওইরবসু ঐনা নহাকপু লুহোংগনি, নহাক খঙউ!"

"ফৈ," মারিয়ানকানা হায়রকই, "তাঞ্জাদু লাক্লবা কান্দা য়েংগনি।"

"অদুদি নহাক চৎলে," লুকাশকানা কন্না হায়রকই, অদুগা মহাকপু চেৎনা কোনশিল্লদুনা মখজাইদা চুপ্পী।

"সে, থাদোক্লো! ঐবু ওৎলনু।" অদুদগী মারিয়ানকানা মহাক্কী মপাম্বোমদগী লৈথোক্তুনা নাম্থোক্লগা চৎখ্রে।

"অহ, ইবেম্মা, মদু ফরোইকো," লুকাশকানা চৈদুনা হায়রকই, অদুদগী মঙক নোমদুনা

তৃমিন্না লেপ্নি। "নঙ ঐগী মবমগীদমক কপকনি " অদুগা মহাক্না মঙোন্দগী লৈথোক্লুনা নূপীমচা অতৈশিং অদুদা লাউরকই, "অদুদি হৌজিক! ঐখোয় অতোপ্পা ঈশে অমা শক্লসি!"

মহাক্না হায়খিবা অদুনা মারিয়ানকাবু কিহনবা অমদি নুংঙাইতবা পোকহনবগুম তৌই। মারিয়ানকা লেপ্লে। "করি ফরোইদৌবিবা?"

"অদুবো!"

"কবি তৌগদৌবিবা?"

"নহাক্না নখোয়দা ভাবা লৈবা সিফাই অদুগা লোয়নবে, অদুনা ঐবু থৌশাদ্রে অসিনি।"

"ঐনা পাম্না খঞ্জরিবা মতমদুমখৈ পামজগনি। নহাক ঐগী ইপা ইমাসু নত্তে। নহাক্না ঐবু কৈদৌহন্নীংবগে? ঐনা পামজবা মী অদুবু ঐনা লুনা তৌগনি।"

"ফরে, য়ারে..." লুকাশকানা হায়রকই, "অদুবু নীংশিংউ।" মহাক দুকানলোমদা চঙখ্রে। "নূপীমচাশিং!" মহাক্না লাউরকই, "নখোয কৈদৌরে লেপ্লবদি? জগোইদু চথরো। নাজারকা, *চিথির* খরগা পুরকখো।"

"ফরে, মখোয় লাক্লগদ্রা?" ওলেনিম্না বেলেটস্কিদা কৌদুনা হংলকই।

"মখোয় চুমদ্রীং লাক্লনি," বেলেটস্কিনা খুম্লকই। "লাক্লো, ঐখোয় বোলগী থৌবাঙ তৌগদবনি।"

## ৩৯

ওলেনিন্না মারিয়ানকাগা উষ্টেনকাগগী মতুং ইন্দুনা বেলেৎস্কিগী খাংপোকশঙদগী থোরকপদু অহিং থেঙলম্লে। মহাক্না অমম্বা লম্বীদুদা নূপীমচাশিংদুগী অঙৌবা কোকখুমফিগী মঙালদু উই। উ হৌদবা অহাঙবা তম্পাক অদোমদা সনা মচু মানবা থানা তাম্রে। খুলগী মথক্তা লূপা মচু মানবা লৈচিল-নোংফাই থারি। পূম্নমক ইচীক চীকই; মফম কদায়দসু মঙাল লৈতে, নৌরিবী নূপীমচাশিংদুনা হল্লকপগী খোঙথাং মখোল অদুতমক তায়। ওলেনিনগী থম্মোয়দু কন্না তীং তীং চোংই। ঈরিক পুবা অহিংগী নুংশিৎনা মাগী অশাবা মমায় অদু ঈংথহল্লি। মহাক্না অতিয়াদা য়েংখৎলি; অদুদগী মহাক্না হৌজিক্তা থাদোক্লম্লবা য়ুম অদুদা য়েংনবা লৈশিল্লকই; মোমবাতি অদু মুখৎলম্লে। অদুদগী মহাক্না অমম্বা অদুদা নূপীমচা-শিংদুগী হনখিবগী মমিশিংদুদা মুন্না অমুক য়েংলকই। অঙৌবা কোকখুমফি অদু লৈচিল-নোংফাই মরক্তা উখিদ্রে। মহাক মথক্তা ঙায়বদুদা কিরকই, মহাক অদুক্কী মতিক নুংঙাই। মহাক্না মাঙোলদগী চোংথরে অদুগা নূপীমচাশিং অদুগী মতুং ইন্দুনা চেল্লি।

"চেকশিল্লু কনাগুম্বনা উখিবা য়াই..." উষ্টেনকানা হায়রকই।

"করিসু খল্লুনু!"

ওলেনিন্না মারিয়ানকাগী মনাক্তা চেনশিল্লি অদুগা মহাকপু কোল্লি। মারিয়ানকানা য়াদবা তৌদে।

"নহাক ওক্লবা চুপত্রিব্রা?" উষ্টেনকানা হায়রকই। "লুহোংলো অদুগা চুপ্পু, হৌজিক্তি নহাক ঙাইখিবনা ফৈ।"

"কায়নরসি, মারিয়ানকা, ঐ হয়েং নখোয়দা নহাক্কী পাবুং উম্নবা লাক্কনি, অদুগা মঙোন্দা হায়গে। নহাক্নদি করিমতা হায়দ্রে।"

"ঐদি করিগী!" মারিয়ানকানা খুন্নকই।

নূপীমচা অনীমক্তু চেনবা হৌরকই। ওলেনিন থোকখিবা পূম্নমক অদু খল্লদুনা মথক্তা অসুম চৎলি। সন্ধ্যা চুপ্পা অদুমা মখোয় অনীতা ষ্টোভ ময়াগী কাচিন অমদা লেনখি। উষ্টেনকা

মীকুপ অমা ফাওবা খাংপোক অদু থাদোকখিদে, মতম পুম্বদা নুপীমচা অতৈশিংদুগা অমদি বেলেটস্কিগা লোয়ননা কোয়চেন চেন্দুনা শান্নরম্মী। ওলেনিন্না মারিয়ানকাদা নাশোল পীক্লা বারী শাখি।

"নহাক ঐবু লুহোংগদ্রা?" মহাক্লা হংখি।

"নহাক্লা ঐবু নমথাক তৌগনি, ঐবু লৌরোই," মহাক্লা হরাউ-হরাউনা ঈংনা খুন্নম্মী।

"অদুবু নহাক ঐবু নুংশিব্রা? ঈশ্বরবু য়েংদুনা হায়য়ু!"

"ঐনা নঙবু করিগী নুংশিরোই! নহাক্তি নমীৎ চোইদে," মারিয়ানকানা নোক্কুনা মাগী অকনবা মখুৎনা ওলেনিনগী মখুত্তু নোইরদুনা খুন্নম্মী। "কয়াদা ঙৌব্রবা, ঙৌব্রবা, থোৎব্রবা নহাক্কী নখুৎনো— শঙ্গোম মপালগুম্মী," মহাক্লা হায়রকখি।

"ঐগীসি অওইবনি। হায়য়ু, নহাক ঐবু লুহোংগদ্রা?"

"করিগী হোংলোইদগে, পাবুংনা ঐবু নঙোন্দা পীরবদি?"

"ফরে অদুদি, নীংশিংউ, নহাক্লা ঐবু নমথাক তৌরবদি ঐ ঙাওদুনা চৎলনি। হয়েংদি ঐ নহাক্কী ইমাগা পাবুংগদা হায়রনি। ঐ লাক্কুনা লুহোংনবা বা হৌদোকনি।"

মারিয়ানকানা খঙহৌদনা হৌনা নোকথোরকখি।

"কৈদৌরে?"

"মদু ফাগী য়াম্না মাল্লি!"

"অশেংবনি! ঐনা অঙ্গুরগী হৈকোল অমগা য়ুম অমগা লৈগনি অদুগা ইশামক কোসাক অমা ওইনা মিং চল্লগনি।"

"নুপী অতৈগী মতুং ইল্লুদনবা চেকশিল্লু, অদুদগীদি। মদুগীদি ঐ চেকশিল্লি।"

ওলেনিন্না হরাউনা বাহৈ পুন্নমকশিংসি অমুক হন্না হায়রকই। মখোয়বু নীংশিংবা অদুনা মঙোন্দা অবাবা অমুক পী, অদুগা অমুকসু নুংশাস্বর থিংবমখৈ নুংঙাইবা পী। পুক্লীং বাবা অদুগী মরমদি মহাক্লা মাগা বারী শাবা মতমদা অদুম ঈংথনা লৈরম্মী। অসিগুম্বা অনৌবা ফীবমশিংসিনা মারিয়ানকাবু করিমতা পুক্লীং মরাঙ হৌহন্দবগুম উখি। মারিয়ানকানা মাগী বা থাজদবগুম অমসুং তুংগী খন্দবগুম তৌরম্মী। মারিয়ানকানা মাবু হৌজিক্কী ওইবা মীকুপ অদুতগী ওইনা নুংশিবগুম অমদি মাগী মপুক্লীংদা তুংগী ওইনা মাগা লোয়নবগী আশা তৌদবগুম মানা উই। ওলেনিন্না নুংঙাই মরমদি মারিয়ানকাগী বাহৈশিংদু মানা অচুম্বা ওইনা লৌই অমদি মহাক মাগী ওইবা য়াপ্রে।

"উম," মানা মথন্ত্র খল্লকই, "মহাকসি ঐগী পুরা ওইরবা মতমদতা ঐখোয়না অমগা

অমগা খঙনগনি। অসিগুম্বা নুংশিবা অসিগী বাহৈশিং লৈতে। মসিনা পুন্সীবু দরকার ওই— পুন্সী চুপ্পা। হয়েংদি খুদিংমক ইশেং শেংলগনি। ঐ অসুন্না অমুক হিংবা গুমদ্রে; হয়েং ঐনা মাগী পাবুংদা, বেলেটস্কিদা অমসুং খুল অপুম্বদা লোইনমক হায়রগনি।"

লুকাশকাদি অহিং অনী তুম্নুদ্রবা মতুংদা কুম্মৈ অদুদা অসুক্কী মতিক য়াম্না থকচিনখ্রে মদুদি মহাক্কী মপুন্সীদা অহানবা ওইনা মখোঙনা থোংনা চৎপা গুমদ্রে, মহাক য়ামকাগী ময়ুমদা তুমখ্রে।

# ৪০

মথংগী নুমিত্তি ওলেনিন মহৌশাদগী হেন্না ওন্না হৌগৎলি অমসুং মাগী মমাগুদা তাদুনা লৈরিবা বাফমদু থুনা নীংশিংলকই, মহাক্লা মারিয়ানকাবু চুপখিবা, মাগী মোন্দ্রবা মখূৎনা নোইরকপা অমসুং মাগী বাহৈশিং, "নহাক্কী নখূৎশিং অসিদি কয়াদা ঙৌথ্রবনো!" হায়বা পূন্নমকসি হরাউনা নীংশিংই।

মানা ফুক হৌগৎলে অদুগা খূদক্তা মাগী য়ুম্বুশিংগী খাংপোক্তা চত্তুনা মখোয়দা মারিয়ানকাগা মাগা লুহোংবদু য়াবীনবা হায়জগে হায়না নীংলে। নুমিৎ থোরক্ত্রি, অদুবু লম্বীদদি মহৌশাগা মান্নদনা নিলখোংবা অমা থোকপগুম তৌই: মীশিংনা মখোঙনা অমসুং শগোল তোংদুনা বারী শাদুনা কোয়চৎ চৎলি। মহাক মাগী সরকেসিয়ান কোট অমা লীৎ-শিন্দুনা মাঙ্গোন্দা থুনা থোরকই। মাগী য়ুম্বুশিংদু হৌজিক ফাওবা হৌগদ্রি। কোসাক মঙাখক শগোল তোংদুনা বারী লাউনা শারগা মপা লাম্হোক্তুনা চৎখি। মমাগুদা লুকাশকানা মাগী মনম পাক্লবা কবারদা শগোল অদু তোংদুনা চৎলি। কোসাক পূন্নমক্তু বা ঙাঙই অমসুং পুল্লপ লাউ-খোংই অদুগা মখোয়না করি হায়নরিবনো হায়বদুদি তশেংনা খঙবা ওইথোক্তে।

"মথক্কী পোষ্ট তান্না থৌগৎলু," অমনা লাউরকই।

"শাবন হাপচিল্লু, অদুগা ঐখোয়বু তানখৎলকউ, থুরকউ," অতোপ্পা অমনা হায়রকই।

"অতোপ্পা গেট অমদু ফাওবনা হেন্না নকই!"

"নহাক্লা ঙাঙলিবদু করিনো!" লুকাশকানা লাউরকই। "ঐখোয় ময়ায়গী গেট অসি ফাওদুনা চৎপা মশানা তাবনি।"

"উম, লম্বী অদোমদনা হেন্না নক্লে," কোসাকশিং অদুগী মরক্তগী অমনা হায়রকই, মহাক মশাদু উফুলনা য়োম্নে, হুমাং তারবা শগোল অমদা তোংই।

লুকাশকা মমাঙগী অহিংদা থক্লুবা অদুগী মতুংদা মমায়দু ইঙাঙ ঙাঙই, ইপোম পোমখৎলি অমসুং মাগী টুপিদু লুখমলোমদা ঈম্হোকই। মহাক্লা অফিসার অমদৌনা য়াথং তৌবগী শক্তিগা লোয়ননা বা ঙাঙই।

"করি তৌরে? নখোয় কদায়দা চৎলিবনো?" ওলেনিন্না কোসাকশিংদগী পুক্লীংদু ৱানা চিংশিন্নদুনা হংলকই।

"ঐখোয় *অব্রেকশিং* ফাবা চৎলিবনি। মখোয় লৈঙোইপুং মরক্তা লোত্তুনা লৈরে। ঐখোয় হৌজিক চৎলে, অদুবু ঐখোয় মরাংকায়না য়ামদ্রি।"

*অদুদগী কোসাকশিং অদুনা অসুম লাউই, মখোয়না শগোল তোংদুনা চৎপদা মখোয়* অতৈসু অসুম য়াওশিন্নরকই। ওলেনিন লৈহৌবা অদু ফজদবা ওইনা মপুক্লীংদা ফাওরকই; অমরোমদা মহাক্লা থুনা হল্লকপা ঙমগনি হায়না খল্লি। মহাক্লা মফি শেৎচিল্লগা নোংমৈ মচাক হাপ্লে, ভানয়ুশানা মফম চাবোই চাদবোই শাবন হাপ্লম্বা মাগী শগোল মথক্তা চোংখৎলগা খুলগী গেটশিংদা কোসাকশিং অদুবু তানখৎলি। কোসাকশিং অদু শগোলদগী কুমথগ্রে, অদুগা মখোয়না পুরকপা অপীকপা পাত্র অমদগী উগী তেঙ্গোৎ অমদা *চিখির* হৈদুনা খোঙচৎ অদুগী মঙ্গল ওইনবা মখোয় মশেল লাম্নদুনা থকই। মখোয়গী মরক্তা ফিজেৎ নানবা নহা ওইরিবা কোর্ণেট অমা য়াওই, মহাক খুল অদুদা লৈবা মতাং থোক্লুবনি, মহাক্লা কোসাক মাপলগী কাঙলুপ অদুগী লুচিংই। কোসাক পুন্নমক্তু রেঙ্ক য়াওদবা অচম্বা সিফাই ওাক্তনি, কোর্ণেট অদুনা লুচিংবা অফিসার অমা ওইবগী নাপল তৌজরবসু মখোয়না লুকাশকানা হায়বতবু ইল্লি।

ওলেনিনবুদি মখোয়না করিমতা থৌশাদে, মখোয় পুন্নমক শগোল তোংখত্তুনা চৎখ্রগা ওলেনিন্না কোর্ণেট অদুগী মনাক্তা থৌগত্তুনা থোক্লিবদু করিনো হায়না হংবা হৌরকপা মতমদা মহৌশানা মঙোন্দা য়াম্না মরূপকুন্না তৌবা কোর্ণেট অদুনা মঙোন্দা তশেংনা নোল্লুক্লা তৌই। থোক্লিবদু করিনো হায়বদু মঙোন্দগী ওলেনিন্না য়াম্না ৱানা খঙই। *অব্রেকশিং* থিবা থাখিবা স্কাউটশিং অদুনা খুল অদুদগী মাইল তরূকলোম লাপ্না লৈঙোইপুংশিংদা চীংমী কয়ামরুম থেংনখি। অসিগুম্বা *অব্রেকশিং* অসি কোম অমদা থুপ্তুনা লৈরে অদুগা মখোয়না চঙজবা তৌররোই হায়না লাউথোক্তুনা স্কাউটশিং অদুদা নোংমৈ কাপ্পা হৌরকখি। কোসাক অনীগা লোয়ননা স্কাউটকী থবক তৌমিন্নরল্লিবা কোর্পোরেল অদুনা *অব্রেকশিংবু* শঙদুনা লৈহৌরে অদুগা কোসাক অমা মতেং লৌনবা থারকখি।

নুমিৎ থোবক্রে। খুল অদুগী ৱাংমদা ভর্স্ট অহুম চৎলগা উ হৌদবা অহাঙবা তম্পাক্লা মায়কৈ খুদিংমক্তা শন্দোকই, শা-শনগী খোঙ্গুলনা পীক থল্লবা অকংবা, হৈনিংবা পোক্ত্রবা তম্পাক, মফম মফমদা খুইরবা নাপীগী চবুন, অথেনবা কুৎথবা তম্পাকশিংদা হৌবা অনেম্বা শীংনাংশিং, পঙনা চৎনদবা খোঙলম্বীশিং অমসুং মমি-শামি ওইনা অতিয়াগা মালেমগা

শন্নবা মফমদা উরিবা ময়ুম লৈতবা কোয়না চৎপা নোগাই কাঙলুপগী কেম্পশিং অদু নত্তনা অতৈ করিসু উদে। মফম অদুগী উরুম লৈতবা অমসুং ইচম চম্বা মতৌদু পুক্লীং শুম্বাৎনীংঙাইনি। উ হৌদবা অহাঙবা তম্পাক অদুদা মতম লৈবা খিবিক্তা নুমিৎ ঙাওনা থোক্লগা তাখি। নুংশিৎ কন্না শীৎপা মতমদা অচৌবা লৈঙোইগী চীংদুমশিংদু মফম অমদগী মফম অমদা কোয়পু পুই। অদুগুম্না ঈংলবা অয়ূক্কী মতমদা করিগুম্বা লেঙবা নত্ত্রগা খোঞ্জেল অমতনা থুগায়দ্রবা অচীকপদু তোপতোপ্লা মওঙ অমদা পুক্লীং চিংশিন্নীংঙাইনি। নুমিত্তি হান্ননা থোরক্লবসু উ হৌদবা অহাঙবা তম্পাক অদু অয়ুক অদুদা ইচীক চীকপা অমদি ইতন তন্থবা মতৌ অমা লৈ; মালং অদুদা তোপতোপ্লা ইহাঙ হাঙবা অমসুং অচীকপগী ইহুল অমা ফাওই। করিগুম্বা অমতা লেঙদে; শগোলশিংগী খোঙথাং অমদি স্বর চাউনা হোনবগী মখোল অদুতমক তায়, মখোয় ফাওবা থুনা তপথখি।

মীশিং অদু হাইফেৎ তৃমিন্না শগোল তোংদুনা চৎলি। কোসাক অমনা খূৎলাই পুবসি মতম পূম্বদা ক্রিং-ক্রিং নত্ত্রগা ক্রেক-ক্রেক লাউবা মখোল অমতা থোকহন্দনা পুই। খূৎলাইগী ক্রিং-ক্রিং লাউবা মখোল অসি কোসাক অমদদি অকিবা ফংনা ইকাইবগী মশকনি। খুলদগী অতোপ্লা কোসাক অনীখক্লা কাঙবু অদুবু তানখৎলকই অদুগা বারী খরা শানৈ। লুকাশকাগী শগোলদু খুদি থীব্রা নত্ত্রগা নাপী খরদা মখোঙ লৌব্রা অমা তৌথ্রে, অদুদগী চৎলু য়াদ্রে—মসি কোসাকশিংগী মরক্তদি নোংদম থীবগী খূদম অমনি, অদুগা অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদদি থোইদোক্লা মরু ওইবা অমনি। অতৈশিং অদুনা য়েংথোরকই, অদুদগী থোকখিবা অদু উদনবা হোৎনদুনা লৈথোকখ্রে। লুকাশকানা খূর্জি অদু চিংলগা পীগুম থীনা শূক্লকই, ময়া চীকই অদুগা মাগী শাজৈ অদু মকোক মথক্তা হাইরকই। মাগী অফবা কবারদা শগোল অদুনা মাঙগী মখোঙ নাম্ম নাম্ম থাঙ্গত্তুনা মাঙলোমদা খংচোং চোংলগা মখোঙ করম্বনা হান্না থাঙ্গদগে হায়বা খঙদনা লৈবদু মশা পান্দুনা পাইগদবগী মওঙ ওইনা উই। অদুবু লুকাশকানা শাজৈনা মাগী অমোনবা নাকথংদা অমুক ফূই, অদুদগী অমুকসু ফূই, অহন্নক শুবদা শগোলদু ময়া উত্তুনা, মমৈ তিংথোক্তুনা স্বর ফি ফি কান্নকই অদুগা অতৈদগী খোঙকাপ খরদং চখোক্লগা তুংগী মখোঙনা লেপ্তুনা লৈ।

"অহ, অফবা লাঙ্গোইদো!" কোর্ণেট অদুনা হায়রকই। মহাক্লা "শগোল" হায়বগী মহুত্তা "লাঙ্গোই" হায়রিবদু থোইদোক্লা থাগৎপা উৎপনি।

"নোংশাগুম্বা শগোলনি," অতৈশিংদুগী মরক্তগী অহল ওইবা কোসাক অমনা য়ানীংবা ফোঙদোরকই।

কোসাকশিংদু মাঙলোমদা তূমিন্না শগোল তোংদুনা, অমুক্লা খোঙনা চৎপগী খোঙথাংদা তপ্না, অমুক্লা খূরুপ থৌদুনা চৎলি, অসিগুম্বা অহোংবা থৌদোকশিং অসিতনা মীকূপ অমতং অচীকপা অমদি মখোয়না চৎপগী চীংলেম্বা অদু থুগায়।

উ হৌদবা অহাঙবা তম্পাক অদুদা ফাওদুনা ভর্ষ্ট নিপাল চৎপদা মখোয়না মখোয়দগী ভর্ষ্ট অমরোমদং লাপ্না তপ্না চৎলিবা গাড়ি অমগী মথক্তা খল্লিবা নোগাইগী ডম্বুর অমবু হেনগৎলকপা নত্তনা অতৈ করিমতা হেনগৎলক্তে। নোগাই ইমুং-মনুং অমা উ হৌদবা অহাঙবা তম্পাক অদুগী মফম অমদগী মফম অমদা চৎলি। মতুংদা মখোয়না ফিজোল শেগায়বা শেৎপী চায়রুং চাউবী নোগাই নূপী অনীখক থেংনৈ, মখোয়না মনঙ্গদা থুমোকশিং পোরদুনা উ হৌদবা অহাঙবা তম্পাক অদুদা কোয়না চৎপা শা-শনশিংনা ফায়রম্বা শষ্টী খুল্লি। মখোয়গী মরোল মুন্না খঙদবা কোর্ণেট অদুনা মখোয়দা ৱা হংনবা হোৎনৈ, অদুবু মখোয়না মানা হায়রিবদু খঙদে অমসুং অকিবা মতৌ উৎলদুনা মখোয়না অমগা অমগা লাঙতক্লনা য়েংনরকই।

লুকাশকানা মখোয় অনীগী মনাক্তা থৌজিল্লে, শগোলদু খাম্লে অদুগা থুনা মহৌশা তৌনবা তরাম্বা ৱাহৈনা কৌই। নোগাই নূপীশিংদু তশেংনা কিবা ফরে, অদুদগী মবুং-মৌপ্পা অমদা ঙাঙবগুম্না পুরা নীংতম্না মঙোন্দা ঙাঙবা হৌরকই।

"*আই-আই, কোপ অব্রেক!*" মখোয়না কোসাকশিংনা চৎলিবা মায়কৈ অদোমদা মখূৎনা থিল্লদুনা থবায় ৱানা হায়রকই। ওলেনিন্না খঙই মদুদি মখোয়না হায়রি, "*অব্রেক* ময়াম।"

অসিগুম্বা মখলগী থৌদোক অসি কৈদৌঙৈদসু উখিদবনা অমসুং অক্কল য়েরোশকাগী ৱারীদতগী মখোয়গী মরমদা ভাবনা শাগৎখিবা ওইবনা ওলেনিন কোসাকশিংনা থনমদুনা চৎহনখিবা পামদে, তৌইগুম্বসুং পূন্নমক অদু য়েংথোকপা পাম্মী। মহাক্লা কোসাকশিং অদু থাগৎতুনা ফল্লপ য়েংই, অদুগা মশাগী হায়নীংবা ৱা হায়নবা পূক্লীং চঙনা অমদি মশা খীংনা য়েংই অমদি তায়। মহাক্লা মহাক্কী থাঙ অমদি মচাক হাল্লবা নোংমৈ পুরক্লবসু কোসাকশিং অদুনা মাবু থনম্লে হায়বদু উরবদা মহাক্লা থবক অদুদা শরুক য়াররোই হায়না মপূক্লীংদা লেপ্লে, মরমদি মহাক্কী মততা মহাক্লা লাম্মী ময়ামগা মাগী মথৌদাং য়াবা চৎলুবা অদুদা মাগী থৌনা হাম্নমা চপ চানা উৎখ্রে, অদুগা মহাক য়াম্নবু নুংঙাইখি।

খঙহৌদনা অথাপ্পদা নোংমৈ কাপ্পগী মখোল তারকই। কোর্ণেট অদু ফিংগৎপা হৌরকই, অদুদগী কোসাকশিং অদুদা মতৌ করম্না মখোয়না খায়দোক্লগদগে অমদি করম্বা নাকলদগী মখোয়না চঙশিনগদগে হায়বগী মরমদা য়াথং তৌবা হৌরকই। অদুবু কোসাকশিং অদুনা

অসিগুম্বা য়াথংশিং অসিদা করিমতা পুক্নীং চঙদনা উই, লুকাশকানা হায়বা অদুতা তায়, মঙোন্দতা য়েংদুনা লৈ। লুকাশকাগী মায়থোঙ অমদি ফীবমদু ঈং-তন্নী অমসুং চীংলেম্মী। মহাক্না মাগী শগোল অদু অতৈনা ইনবা ঙমদবমখৈ খূরুপ থৌই, অদুগা মমীৎ শূক্তুনা মাঙলোমদা য়েংদুনা লৈ।

"শগোল তোংবা নুপা অমা লৈরে," মানা শগোল চুপ্পি ফারদুনা অতৈগা পরেং মান্নরগা হায়রকই।

ওলেনিন্না পুক্নীং চঙনা য়েংই, অদুবু করিমতা উবা ফংদে।

কোসাকশিং অদুনা থুনমক শগোল তোংবা মী অনীখক শেংনা উরে, অদুদগী তুমিন্না মখোয় তন্না চুমদ্রীং থৌই।

"মখোয়শিংদু *অব্রেকলা?*" ওলেনিন্না হংই।

কোসাকশিং অদুনা মখোয়দা তশেংনা অর্থ য়াওদবগুম তৌরবা মাগী বাহং অদুগী পাউখুম পীরক্তে। শগোল তোংদুনা তুরেল লানবগী খুদোংথীবদু থেংনবদি *অব্রেকশিংদু* অপঙবা ওইগনি।

"ঐখোয়দা খুৎ হাইরক্লিবসি মরূপ য়োদকা ওইবা তাই," লুকাশকানা শগোল তোংবা নুপা অনী অদুদা থিন্দুনা হায়রকই, মখোয়দু হৌজিক্তি শেংনা উরে। "য়েংউ, মা অসোমদা লাক্রে।"

মিনিট খরগী মতুংদা লাক্লিবা শগোল তোংবা নুপা অনীদু কোসাক স্কাউটশিংনি হায়বা লায়না খঙবা ঙম্লে। কোর্পোরেল অদুনা লুকাশকাগী মনাক্তা থৌজিল্লকই।

# ৪১

"মখোয় থাপ্পা লৈব্রব্রা?" লুকাশকানা অসিতমক হায়রকই।

মতম অদুমক্তদা মখোয়না খোঙকাপ কুন্থামুক থাপ্পা মফমদা নোংমৈ কাপ্পগী মখোল তারকই। কোর্পোরেল অদু খজিক্তং মোমোন নোক্লকই।

"মদু মখোয়দা নিশান তৌরিবা ঐখোয়গী গুরকানি," মহাক্লা নোংমৈ কাপ্পা মায়কৈ অদোমদা মকোক নোন্নদুনা হায়রকই।

খোঙকাপ খরদং হেন্না লাপ্পা চৎলগা মখোয়না লৈঙোইগী চীংদুম অমগী মরুমদা ফন্নদুনা নোংমৈ মচাক হাল্লিবা গুরকাবু উরে। মতম হৌহনখিনবা মহাক্লা অতোপ্পা লৈঙোইপুং অমগী মরুমদা লৈরিবা *অব্রেকশিংগা* নোংমৈ কাপ্নদুনা লৈরম্মী। নোংমৈ মরূ অমখক হুইস লাউনা মায়গৈ অদোমদগী লাকই। কোর্পোট অদু তাইফেৎ তাইখ্রে অমসুং চমন্নবা পোক্লকই। লুকাশকাদু শগোলদগী কুমথরকই, অতৈ কোসাকশিংদুগী মনুংদগী অমদা চুপ্লি অদু হুজিল্লন্নগা গুরকাগী মনাক্তা চৎখ্রে। ওলেনিনসু শগোলদগী কুমথরে, অদুগা পাকথদুনা লুকাশকাগী মতুং ইগ্নে। মখোয়না গুরকাগী মনাক য়ৌরম য়ৌফাব্রিঙৈদা নোংমৈ মরূ অনীখক হুইস লাউনা মখোয়গী মথক্তা চৎখি। লুকাশকানা নোক্তুনা ওলেনিন্দা লৈদুনা য়েংলকই, অদুগা খজিক্তং পাকথে। "মীকুপ-নাহম শিংউ, নত্রবদি মখোয়না নঙবু হাৎখিনি, দমিত্রি আন্দ্রেচ," মহাক্লা হায়রকই। "নঙ চৎখিবনা ফরে— মসি নঙগী মফম নত্তে।"

অদুবু ওলেনিন্না *অব্রেকশিংবু* য়েংগে হায়না পুক্লীংদা লেপ্পি। চীংদুম অদুগী মরুমদগী মহাক্লা খোঙকাপ চনীমুক লাপ্পা টুপি অমসুং নোংমৈশিং উরে। খঙহৌদনা মৈখু ব্রা লাউনা কারকই অদুদগী নোংমৈ মরূ অমগা অমুক হুইস লাউনা লান্দুনা চৎখি। *অব্রেকশিংদু* চীং-খোঙগী অকুৎপা অচোৎপা মফম অমদা লোক্তুনা লৈ। মখোয়না ফীবম শেমদুনা লৈরম্বা মফম অদুদা ওলেনিনগী পুক্লীংদু পুরা চিংশিনখ্রে। অশেংবদি উ হৌদবা অহাঙবা তম্পাক অদুগী লেমহৌরিবা মফম অতৈগা মদুগা য়ান্না মান্নে, অদুবু *অব্রেকশিংনা* মফমদুদা লৈবা মরমদুনা মদু লেমহৌরিবা মফম অতৈদগী তোখাইনা তাবগুম, মশাগী ওইবা তোপতোপ্পা

মতৌ অমা লৈবগুম তৌই। ওলেনিনদদি মদু *অব্রেকশিংনা* হেক লৈগদবা মফম অদুমক ওইনা উই। লুকাশকানা মাগী শগোল মনাক্তা অমুক হন্না চৎথ্রে, ওলেনিন্না মাগী মতুং ইন্নে।

"ঐখোয় শজিক গাড়ি অমা লৌবা তাই," লুকাশকানা হায়রকই, "নত্রবদি মখোয়না ঐখোয় লোইনা হাৎখ্রগনি। মফমদুদা, চীংদুম অদুগী মরুমদা শজিক হাপ্পা নোগাই গাড়ি অমা লৈরে।"

কোর্নেটি অদুনা মানা হায়রিবদু তায় অমসুং কোর্পোরেল অদুনা য়ারে। শজিক গাড়ি অদু লৌরুরে, অদুগা কোসাকশিং অদুনা মদুগী মরুমদা থূপ্পগা মদু মাঙলোমদা ঈল্লি। ওলেনিন্না চীংদুম মচা অমগী মথক্তা শগোল থৌগৎখ্রে, মফমদুদগী মহাক্না খুদিংমক্তু লোইনা উই। শজিক গাড়িদু মাঙলোমদা চৎলি, অদুগা কোসাকশিংনা মদুগী মরুমদা পুনশিন্নে। কোসাকশিংদু চঙশিল্লি, অদুবু চেচেনশিং অদুদি— মখোয় মাপলনি— পরেং ওইনা খুকউ শমজিন্নদুনা ফম্মী, নোংমৈ কাপখিদ্রে।

পুন্নমক ইচীক চীকই। খঙহৌদনা চেচেনশিংদগী অক্কল য়েরোশকাগী অদুগুম্বা তেংথা-নাওইবা ঈশৈগী খোঞ্জেল থোরকই, "আই-দাই-দালালাই।" চেচেনশিং অদুনা মখোয নাম্বোকপা ঙম্নরোই হায়বা খঙই, নীংহন্নদুনা চেন্নীংবগী বাখল কোক্লবা মখোয়না খুকউগা খুকউগা শন্ননা পুনশিল্লগা লৈ, অদুগা মখোয়গী নোংমৈশিংদু থৌরাঙ তৌদুনা অশিবগী ঈশৈ শক্লি।

কোসাকশিং অদু মখোয়গী শজিক গাড়ি মরুমদা লৈরগা হেন্না নক্না অসুম চঙশিল্লি, ওলেনিন্না নীংই মীকুপ অমগী মনুংদা হেক্তা কাপ্পবা হৌরগনি, অদুবু *অব্রেকশিংগী* তেংথা-নাওইবা ঈশৈ অদুতনা অচীকপা অদু থুগায়। খঙহৌদনা ঈশৈ অদু লেপখ্রে, নোংমৈ হৌনা কাপ্পগী মখোল অমা তারকই, নোংমৈ মরূ অমনা গাড়ি অদুগী মমাঙদা পাল্লি, অদুদগী চেচেনশিংগী শাপ অমদি লাউ-খোংবশিংনা অচীকপদু থুগায়রকই, নোংমৈ মথং মথং কাপ্পকই, নোংমৈ মরূ অমগী মথংদা অমা অসুম গাড়ি অদুদা পাল্লি। কোসাকশিং অদুদি কাপ্তে, অদুদগী হৌজিক অরাপ্পদু খোঙকাপ মঙাদা ঙায়রক্লে।

অতোপ্পা মীকুপ অমা হৌখ্রে, অদুদগী কোসাকশিং অদুনা গাড়িগী নাকল অনীমক্তগী লাউদুনা হোত্তোরকই— লুকাশকানা মমাঙ থাই। ওলেনিন্না নোংমৈ মখোল খরতমক তাখি, অদুদগী লাউ-খোংবা তেংথাবগী মখোল তারকই। মহাক্না মৈখুগা ঈগা উখি হায়না খল্লি। মহাক্না শগোলদু থাদোক্লন্নগা মহাক্না মানা তৌরিবদু করিনো হায়বা ফাওবা খঙদনা কোসাকশিং অদু তন্না চেনশিল্লি। শাথিনা অকিবা বাখলনা মাবু মমীৎ তাঙহনবগুম তৌই। মহাক করিমতা খঙবা ঙমদে, অদুবু পুন্নমক লোইরে হায়বদি খঙই। লুকাশকানা লিনেনমুক

তাইফেৎ তাইনা, অশোকপা চেচেন অমবু মপাম্বোম্না কোম্নদুনা লাউরকই, "মাবু হাৎকনু। ঐ মাবু হিংনা পুগে।" লুকাশকানা হাৎলবা মতুংদা ময়াম্বগী মশাদু পুদুনা চৎখিবা মশম ঙাঙবা চেচেন অদুনি নূপা অদু। লুকাশকানা মাগী মপাম্বোমদু পুল্লি। খঙহৌদনা চেচেন অদুনা লৈথোক্তুনা নাম্বোকখ্রে অদুগা মাগী রিভোলভরদু কাপ্লকই। লুকাশকা তুখ্রে অমদি মাগী চাকখাউদগী ঈ চেম্বা হৌরকই। মহাক্না রসিয়ান অমদি টার্টরদা খাশক্লদুনা চোং-খৎলকই, অদুবু অমুক তুখ্রে। মাগী মফি-মরোল অমসুং মাগী মখাদা ঈ হেন্না হেন্না অসুম থোরকপা উরকই। কোসাক খরনা মঙোন্দা চেনশিল্লক্তুনা মাগী পেটিদু কোমহনবা হৌরকই। মখোয়গী মনুংদা নাজারকানা মতেং পাংলমদাইদা থাঙখুমদা থাঙ হাপচিনবা ঙমদদুনা ঙহাক খানা মাদুনা হোৎনৈ: মদু চুম্না চঙউ হায়বা য়াদে। থাঙগী ময়া অদু ঈ তৈ।

মশম ঙাঙবা, নাতোন শূমাঙগী মকোই তেন্না কক্লবা চেচেনশিংদু কাপথুরে, থাঙনা মচেৎ মচেৎ শিংকূপ শানা য়াম্বৎলে। মফম কয়ামরুমদা শোক্লবসু লুকাশকাদা নোংমৈনা কাপখিবা মীশক অদুতংদি হৌজিক ফাওবা হিংলি। ঈ তৈরবা, শোক্লবা উমাইবী অমগুম (মাগী য়েৎ থংবা মীৎকী অশোকপা মফমদগী ঈ চেম্বরক্নি), তাইফেৎ তাইনা, খানা মহাক্না মমীৎ ইথক থক্না খানা ময়া চীক্তুনা কোয়য়েং য়েংলকই; খুকউ-খুদা কুন্দুনা, মখুত্তা থাঙপাক পায়রগা হৌজিক ফাওবা মশা ঙাকথোক্লবা হোৎনরি। কোর্নেট অদুনা মপা লাম্বোক্তুনা চৎকে খনবগুম তৌনা মহাক্কী মনাক্তা চঙশিনখি অদুগা খুৎলৈ থুনা মাগী মনাকোঙদা নোংমৈ কাপশিনখ্রে। চেচেন অদু খংহৌ হৌগৎলকই, অদুবু মদু য়াম্না থীম্বরে, মহাক তুখ্রে।

কোসাকশিং অদুনা স্বরমপী হোল্ল-হোল্লদুনা হকচাংশিং অদু কোয়চিং চিংই, খুৎলাই-শিংদু খোমজিল্লি। অসিগুম্বা মশম ঙাঙবা চেচেন খূদিংমক মীওইবা অমমম ওইরম্মী অমসুং খূদিংমক লনাইগী ওইবা মফোঙদোক লৈরম্মী। লুকাশকাবু গাড়ি তান্না পুখ্রে। মহাক্না রসিয়ান অমদি টার্টরদা অসুম খাশক্তুনা লৈ।

"নত্তে, নখোয় তৌনু, ইখুৎনা মাবু মখৌরি মেৎকে। *অনা সেনি।*" মহাক্না কন্না হোৎনদুনা লাউরকই। অদুবু মহাক থুনা শোম্বমল্লক্তুনা লাউবা ঙমখিদ্রে।

ওলেনিন শগোল তোংদুনা য়ুমদা হল্লক্লে। নুমিদাংবাইরমদা মহাক্না লুকাশকাদু শিগদৌরে হায়না তারে, অদুবু তুরেল খাংমদগী টার্টর অমনা মাবু মনা-মশীংগী হীদাক তৌদুনা ফনবা লায়য়েংলি হায়।

হকচাংশিং অদু খুলগী অফিসতা পুরক্লে। নূপী অঙাংশিংনা ইকোয় কোয়না মখোয়বু য়েংনবা ওমশিল্লি।

ওলেনিন্না হন্নকপা মতমদু মমথরক্রে, মহাক্না উখিবশিং অদুগী মতুংদা মহাক মশাদু ঈংথবা ওমদে। অদুবু নুংদোং ওইরকপদদি মমাগুগী নুমিদাংবাইরমগী নীংশিংবশিংদু মাগী পুক্নীংদা থুনা চঙলকই। মহাক্না থোঙনাউরোমদা য়েংথোকই। মারিয়ানকাদু ময়ুমদগী শঙ্গোল্লোমদা হঙৎ-হন্দা চত্তুনা পোৎ-চৈ লোইশিন্দুনা লৈরি। মহাক্কী মমানা অঙ্গুর হৈকোলদা চৎখি অদুগা মপানা অফিসতা চৎখি। ওলেনিন্না মহাক্কী থবক লোইবা ঙাইবা ওমদে, মহাক্না উন্নবা থোরকই। মারিয়ানকানা মঙোন্দা মতুং ওহ্মোক্তুনা খাংপোক মনুংদা লেপ্তুনা লৈ। ওলেনিন্না মহাক ইকাইবা ওইবা তাই হায়না খল্লি।

"মারিয়ানকা," মহাক্না হায়রকই। "মারিয়ানকা! ঐ চঙলকপা য়াগদ্রা?"

মহাক্না খঙহৌদনা লৈথোকখ্রে। মহাক্কী মমীত্তা উদি উফাত্তনা পিরাং চেনবগী খুদম লৈ অমসুং অৱাবা মতৌদুদা মাগী মায়থোঙদু ফজে। মহাক্না ওলেনিন্দা চীংলেন্না তৃমিন্না য়েংলকই।

ওলেনিন্না অমুক হন্না হায়রকই, "মারিয়ানকা, ঐ লাক্রে..."

"চখোকও ঐবু ইথত্তা লৈহল্লু!" মহাক্না হায়বকই। মাগী শকফমদু হোংদে, অদুবু মখজাইদদি পি শিঙ্খরকই।

"নহাক করিগী কপ্লিবনো? করিনো?"

"করিনো?" মহাক্না খোনফম কন্না হন্না হায়রকই। "ঐখোয়গী কোসাকশিং হাৎখ্রে, অদুনি করিনো হায়ববু।"

"লুকাশকাবু?" ওলেনিন্না হায়রকই।

"চৎখ্রো চৎলো! নহাক করি পাম্বগে?"

"মারিয়ানকা!" ওলেনিন্না মঙোন্দা চঙশিল্লদুনা হায়রকই।

"নহাক্না কৈদৌঙৈদসু ঐঙোন্দগী করিমতা ফংলোই!"

"মারিয়ানকা, অদুন্না হায়গনু," ওলেনিন্না পুক্নীং চঙনা হায়রকই।

"চৎখ্রো চৎলো, ঐ নহাকপু উবদা নারে!" নূপীমচা অদুনা মখোঙ থীন্দুনা লাউরকই, অদুগা মঙোল্লোমদা কিহন্দুনা চঙশিল্লকই। অদুগা মাগী মায়থোঙনা অসিগুম্বা তৃকচবা, হঙ্গোইবা অমসুং অশাউবা ফোঙদোরকই মদুদি ওলেনিন্না মাগী আশা লৈত্রে হায়বা থুনা খঙলকই অমদি নূপী অসিদা চঙজবা য়ারোই হায়না অহানবা মাগী পুক্নীংদা ফাওখিবা বাখল অদু মপূং ফানা চুন্নকই।

ওলেনিন করিমতা মখা তানা ঙাঙদ্রে, তৌইগুম্বসুং খাংপোক অদুদগী অদুম চেহ্মোরক্রে।

# ৪২

ওলেনিন মাগী লৈফমদা হল্লক্লবা মতুংদা পুং অনী মাগী ফমুংদা লেঙদনা হীপ্পুনা লৈ। অদুদগী মহাক্না কম্পনিগী লুচিংবা অদুগী মনাক্তা চৎলে অদুগা ষ্টাফতা য়াওনবা যাথং লৌরে। ভানয়ুশাবু শেলগী হিসাব শেংদোক্লবা মাগী য়ুম্বুগী মনাক্তা থারগা, কনাদসু বিদায় তৌবমদনা মহাক্না মাগী রেজিমন্ট লৈরিবা লানবন তান্না চৎনবা থৌরাঙ তৌরে। অঙ্কল য়েরোশকা মথন্তুনি মাবু থিন্দোরকপা। মখোয়না অমুক, অনীরক অদুগা অমুক্সু থকমিন্নে। মহাক্না মোস্কো থাদোরকপা অহিং অদুদা তৌবগুন্না অমুক হন্না থোঙ মপাদা শগোল অহম পানবা অবায়বা শগোলগাড়ি অমা থাদুনা ঙাইরি। অদুবু মতম অদুদা তৌখিবগুন্না ওলেনিন্না মহাক মশা মথন্তগা খন্নজবা তৌদে, অদুগা মহাক্না মফম অসিদা খনখিবা অমসুং তৌখিবা পুন্নমক "মসি নত্তে" হায়না মথন্তা হায়জবসু তৌদে। মহাক মশামক অনৌবা পুন্সী অমা লেন্নবগীদমক ঋাশক্তে। মহাক্না মারিয়ানকাবু হান্নদগী হেন্না নুংশি, অদুগা মহাক খঙই মানদি মাবু কৈদৌঙৈদসু নুংশিবা ঙন্নরোই।

"ফরে, নুপামচা, কায়নরসি!" অঙ্কল য়েরোশকানা হায়রকই। "নহাক্না লান চৎপা মতমদা শিংউ, অদুগা ঐগী ঋাহৈশিংসি তাও— অহল ওইরবা মীগী ঋাহৈশিংনি। নহাক্না লান্দাবা নত্রগা অদুগুম্বা চৎপদা (খঙউ ঐ অহল ওইরবা কৈশাল অমনি, থৌদোক কয়া উরবনি), অদুগা মখোয়না কাপ্পা হৌরক্লবা মতমদা, মী য়াম্না লৈবা ময়াম মরক্তা চঙশিনগনু। নখোয়শিং অসিনা কিরবা মতমদা, নখোয় অতৈ ময়ামগা পুন্নপ তাশিন্নদুনা লৈনবা ইতৎ তত্তনা হোৎনৈ। য়াম্লিবমখৈ নুংঙাইবনি হায়না নখোয়না খল্লি, অদুবু খ্বাইদগী ফত্তবদি মদুদা লৈরে! মখোয়না মতম পুম্বদা মীয়ামদা নিশান তৌই। মতমদুদা ঐদি ময়াম অতৈদগী থাপ্পা হেক হেক চখোকই, অদুগা ইথন্তা চৎলি, অদুনা ঐ কৈদৌঙৈদসু শোক্তি। অদুগা ঐগী মতমদা ঐনা উদবা পোৎপু করি লৈবগে?"

"অদুবু নহাক্কী ননঙন্দা গুলি অমা পানব্রে," কাদু শেংদোক্লিবা ভানয়ুশানা হায়রকই।

"মদুদি কোসাকশিংনা অপঙবা থৌদৌ তৌরকখিবনি," য়েরোশকানা খুন্নকই।

"কোসাকশিংনা? মদুদি করম্না?" ওলেনিম্না হংলকই।

"ওহ, মদুমক্কি। ঐখোয় থকমিন্নরম্মী। কোসাকশিং অদুগী মবক্তগী ভানকা সিতকিন কৌবা অমখক্লা মখেলাংবা হৌরকই, অদুদগী নোংমৈ কাপথোরক্লম্মী! মফমসিদনি মহাক্কী পিষ্টোলনা ঐঙোন্দা অমা কাপখিবদু।"

"ফরে, অদুগা শোকখিব্রা?" ওলেনিম্না হংলকই। "ভানয়ুশা, থুনা থৌরাঙ তৌরগেরা?" মহাক্লা মখা তারকই।

"করিগী হাথু হাথুরিবনো! ঐ মদুগী মরমদা হায়গে.. মানা মদু ঐঙোন্দা কাপ্লকপদা গুলি অদুনা শরূদি কায়হনখিদে, মদু মনুংদা চঙদুনা লৈখিরম্মী। ঐনা অসুম্না হায়বম্মী, 'তাদা, নহাক্লা ঐবু হাৎলে। নহাক্লা ঐঙোন্দা তৌরিবসি করিনো, এহ? অদুবু ঐনা নঙবু চৎহল্লরোই! ঐঙোন্দা বালটিন অথনবা অমা কোংলমগদবনি।' "

"ফরে, শোকপু শোকপ্রা?" বাবী অদু ইতা তাদনা ওলেনিম্না অমুক হংলকই।

"ঐ লোইশিনখিগে। মহাক্লা বালটিন অথনবা অমা কোংলম্মী; অদুগা ঐখোয়না মদু থক্লম্মী, অদুবু ঈদি অদুম চেঙ্গদুনা লৈবম্মী। কা অপুম্বদু ঈনা চোৎলম্মী। অদুদগী গ্রেনডেড বুরলাকনা অসুম্না হায়বম্মী, 'নুপামচাদু শিবা তাবে। মঙোন্দা অথুম্বা য়ু লীক্লী অমা কোংউ, নত্তবদি নঙোন্দা ঐখোয়না কেস তৌগনি!' অসুম্না মখোয়না থক্লবা হেন্না পুবক্লম্মী, অদুদগী ঐখোযনা পঙথক্তা অসুম থকচিল্লম্মী— "

"হোয়, অদুবু মদুনা নঙবু থীনা শোকহনখিব্রা?" ওলেনিম্না অমুকসু হংলকই।

"শোকহনখি, থাঙ্গৈশেংনা! মরক থৎলকখিনু। ঐ মদু পামদে। লোইশিনখিগে। ঐখোয়না অয়ুক ফাওবা অসুম পঙথক্তা থক্লম্মী, অদুদগী কাহেন্না থকমল্লদুনা ষ্টোভকী মথক্তা ঐ তুমথখিরম্মী। ঐনা অয়ুক্তা য়াহৌবা মতমদা ঐ ইশামক তিংথোকপা শুমদ্রে..."

"মদু য়াম্না নাখিব্রা?" ওলেনিম্না হৌজিক্তি মমৈথঙদা মাগী বাহংগী পাউখুম ফংলগনি নীংদুনা হঞ্জিন্না হংলকই।

"মদু ঐনা নঙোন্দা নাই হায়খিব্রা? ঐ নাই হায়খিদে, অদুবু ঐ তিংখত্তুনা চৎপা শুল্লমদে।"

"অদুগা মদুদগী অদুম ফরকখি?" ওলেনিম্না য়াম্নমক থবায় বানা নোকপা ফাওবা নোক্তনা হংলকই।

"ফরক্লম্মী, অদুবু নোংমৈ মরূ অদুদি হৌজিক ফাওবা অদুম লৈরি। পায়দুনা য়েংউ!" অদুদগী মহাক্লা মাগী ফুরিৎ তাখত্তুনা মাগী মতিক লৈরবা মনঙ্গল অদু উৎলকই, মফম অদুদা শরূগী হেক ময়াদা নোংমৈ মরূ অমা লৈবা থেংনগনি।

"মসিনা উক্ত উক্ত লৈরিবসি পায়দুনা য়েংউ," মহাক্না গুলি অদু শাম্নপোৎকুম তৌনা নুংঙাইবা মতৌ উত্তুনা হায়রকই। "পায়দুনা য়েংউ হৌজিক মদু নক্নদা লৈরি।"

"অদুগা লুকাশকাদি করম্কদ্রা?" ওলেনিন্না হংলকই।

"ঈশ্বরতনা খঙই! মফমসিদা ডাক্তর লৈতে। মখোয়না অমা কৌবা চৎখ্রি।"

"মখোয়না অমা কদায়দা ফংগদগে? গ্রোজনায়াদগীরা?" ওলেনিন্না হংলকই।

"নত্তে, নূপামচা। ঐনা জার ওইরম্লবদি নখোয়গী রসিয়াগী ডাক্তর পূন্নমক নহান্না ফাঁসি তৌরমগদবনি। মখোয়না খঙবা হায়ববু লেনবা অদুনা লোইরে! ঐখোয়গী কোসাক বাকলাশেভ হায়বা অমা লৈ; মখোয়না মাগী মখোঙ ককথৎথৎপিদুনা হৌজিক্তি মহাক তশেংনা মী অমা ওইদ্রে! মখোয় অপঙবশিংনি হায়বদু মদুনা উৎলে! হৌজিক বাকলাশেভ করি ফংবগে? নত্তে, নূপামচা, চীং-মান্দদি অশেংবা ডাক্তর লৈ। ঐগী মরূপ গিরচিক হায়বা অমা লৈরম্মী, মহাক লান চৎপদা থবাকমত্তদা চপ চানা শোক্রম্মী। অদুদগী, নখোয়গী ডাক্তরশিংনা মহাকসি খূৎ থারম্মী, অদুবু মখোয়গী চীংদগী লাকপা অমখক্না মাবু ফনবা লায়য়েংখি! মখোয়না মনা-মশীংবু খঙই, নূপামচা!"

"লাক্লো, চোইভাঙ ভাঙবা তোক্লো," ওলেনিন্না হায়রকই। "ঐনা হেডক্কারটর্সতগী ডাক্তর অমা থারকপনা ফৈ।"

"চোইভাঙ!" অহল অদুনা করেম্নদুনা হায়রকই। "অপঙবা, অপঙবা! চোইভাঙ! নহাক্না ডাক্তর অমা থারক্কদবা!— নখোয়গীদুনা মীশিংবু ফহনবা ওন্নবদি কোসাকশিং অমদি চেচেনশিংনা নখোয়দা লাযয়েংবা চৎকদবনি, অদুবু মহৌশাগুন্না নখোয়গী অফিসার অমদি কর্ণেলশিংনা চীংদগী ডাক্তর কৌনরি। নখোয়গীদি তাৎ শাক্তনি, পূন্নমক তাৎনি।"

ওলেনিন খুম্নক্তে। মহাক্না য়াম্না মপুং ফানা য়াই মদুদি মহাক্না হৌজিক হনগদৌরিবা মহাক্না লৈরম্বা জগৎ অদু পূন্নমক নমথাক্কী নমথাক শাক্তনি।

"লুকাশকাদু কমদৌরি? নহাক মাবু উন্নবা চৎলুব্রা?" মহাক্না হংলকই।

"মহাক তশেংনা অশিবগুন্না তাদুনা লৈরে। মহাক চাসু চাদে, থকসু থক্তে। ভোদকাদনি মহাক্না থকপা হায়ববু। অদুবু ভোদকা থক্রিবমখৈদি মহাক ফৈ। নূপামচা অদু মাঙজবদা ঐ নুংঙাইরোই। নীংথিগ্রবা নূপামচানি— থৌনা ফবা, ঐগুম্বা। ঐ অদুগুম্না অমুক শিরুদৌরে। অহল ওইবী নূপীশিংদি হান্নবা তেংথানরম্মী। ঐগী কোক অসি মৈথক্তা লৈবগুম তৌরম্মী। মখোয়না ঐবু অশেংবা মূর্ত্তিগী মমাঙদা ফাওবা থাংদোক্লুরে। অদুম্না ঐ মফমদুদা হীপ্নম্মী, অদুগা ঐগী ইথক্তা, ষ্টোভ মথক্তা— মসিদগী হেন্না চাউদবা অপীকপা পুংয়ৈবশিংনা

পুং য়েরম্মী। ঐনা মখোয়দা লাউরম্মী অদুবু মখোয়না হেন্নদুম কন্না য়েরম্মী।" (অহল অদুনা নোক্লকই।) "নূপীশিং অদুনা ঐখোয়গী পুরোহিত পুরক্লম্মী। মখোয়না ঐবু ফুমগদবগী থৌরাঙ তৌরম্মী। মখোয়না হায়রম্মী, 'মহাক সংসারগী অপাম্বনা থুম্লাংখ্রবা থাজদবা মীশিংগী মরক্তা মশাবু মোংহনজরে; মহাক নূপীশিংগা হরাউ-তয়ামখি; মহাক মী হাৎখি; মহাক চারা হেনখিদে, অমসুং মহাক বেললাইকা খোংখি।' 'নহাক্কী নপাপশিংদু য়াজরো,' মখোয়না হায়রম্মী। অসুন্না ঐনা ইরান য়াজবা হৌরম্মী। 'ঐ পাপ তৌখ্রে!' ঐনা হায়রম্মী। পুরোহিতনা হেক হায়বা পূন্নমক্তু ঐনা অসুম খুন্নম্মী, 'ঐ পাপ তৌখ্রে।' মহাক্না ঐঙোন্দা বেললাইকা অদুগী মরমদা হংবা হৌরক্লম্মী। 'শাপকী পোৎশক অদু কদাইদা লৈ?' মহাক্না হায়রম্মী। 'মদু ঐঙোন্দা উৎলু অদুগা থুগায়খ্রো।' 'অদুবু মদু ঐঙোন্দা লৈত্রে', ঐনা হায়রম্মী। ঐ ইশামক্না মদু শঙ্গোয়গী মনুংদা লাং অমগী মনুংদা লোত্তুনা থমখি। মখোয়না মদু কৈদৌঙেদসু ফংলরোই হায়বা ঐনা খঙলম্মী। অসুন্না মখোয়না ঐবু থাদোক্তুনা চৎখিরম্মী। অদুবু অদুম ওইনমক ঐ ফরকখি। অদুদগীদি ঐনা ঐগী বেললাইকাদা হোৎনখি— ফবে, ঐনা হায়খিবদু করিনো?" মহাক্না শমথরকই। "ঐনা হায়রিবসি তাও, মী অতৈশিংদুদগী থাপ্না লৈয়ু, নত্ত্রবদি কবিসু নত্তবদা নশাবু হাৎহনখিনি। ঐ নহাকপু নুংশি, মদু অচুম্বনি। নহাক য়ুথকপা অমনি— ঐ নঙবু নুংশি! নহাক্কুম্বা মীশিং অসি চীংদুমদা শগোল থৌগৎপা পাম্মী। রসিয়াদগী লাকপা অমখক মফম অসিদা লৈরম্মী, মহাক্না চীংদুমশিংদা হেক্তা শগোল থৌগথলি— মহাক্না মখোয়শিংবু 'চীংদুম মচা' নত্ত্রগা করিগুম্বা অঙকপা মমিং অমা হেক হেক কৌই। মহাক্না চীংদুম অমা হেক উবা খূদিংদা কাখথলি। মতৌ অদুগুম্না মহাক্না অমুক মতোন য়ৌনা শগোল খূরুপ থৌদুনা অদুক্কী মতিক হরাউনা কাখৎলম্মী, অদুবু চেচেন অমনা নোংমৈনা কাপ্লক্তুনা মাবু হাৎখি! অহ, মখোয়গী নোংমৈ খিনফমদগী মখোয়না কয়াদা ফজনা কাপ্লকখিবা, চেচেনশিং অদো! মখোয় খরদি ঐঙোন্দগী হেন্না ফজনা কাপ্পা ঙম্মী। কনাগুম্বনা করিসু নত্তবদা অদুন্না মীবু হাৎহন্নবসি ঐ পামদে। করিগুম্বদা ঐনা নখোয়গী লাম্মীশিংদা হেক হেক য়েংই, ঐ মখোয়বু ঙক্লিবনি। নখোয়গী অপঙবা লৈ! পাঙদ্রবা মীওইশিং অদুনা পুল্লপ তাশিন্নদুনা চঙশিল্লি, অদুগা মখোয়গী কোটকী ঙকশম ফাওবা অঙাঙবনা তূরগা পাল্লি। মখোয় করম্না পাল্লোইদৌরি! অমা হাৎখ্রে, মখোয়না মাবু চিংথোকখি, অদুগা অতোপ্পা অমনা মাগী মফম শিলহৌই! কয়াদা পঙত্রবনো!" অহলদুনা মকোক নোম্লদুনা অমুক হন্জিন্না হায়রকই। "করিগী চাইথোক্লিবনো অদুগা অমমমতা ওইনা চত্ত্রিবা করিগীনো? অদুনা নহাক অদুম্না চৎলু, অদুদি মখোয়না নঙবু পাল্লরোই। মদুনি

নহাক্না তৌগদবা!"

"ফরে, থাগৎচরি! কায়নরসি, অঙ্কল। ঈশ্বরনা কৃপা তৌরবদি ঐখোয় অমুক উন্নবা য়াই," ওলেনিন্না হৌগত্তুনা লম্বীরোমদা থোক্লগা হায়রকই। লৈমায়দা ফন্নিবা অহল অদুদি হৌগৎলক্তে।

"অদুম 'বিদায়' তৌবা হৌনব্রা? অপঙবা, অপঙবা!" মহাক্না হৌরকই। "ওহ নুংশিবা, তাইবঙ মীওইবদা কৈদৌই! ঐখোয় লোয়নরুরে, চহী অমা ফানীংচিৎ তোৎন-তিন্নরুরে অদুগা হৌজিক্না 'বিদায়!' মহাক চৎলে! করিগী, ঐ নঙবু নুংশি, ঐনা নঙবু কয়াদা নুংশিব্রবা! নহাকপু অদুক্কী মতিক থৌওইদনা থাদোকপিরে, মতম চুপ্পদা নথস্তা, নথস্তা। কন্নানসু নঙবু নুংশিবা মান্দে। করিগুম্বা মতমদা ঐ নহাক্কীদমক খনবদা তুম্বা য়াদে। ঐ নঙগীদমক ওম্থোক্না বায়। অসিগুম্বা ঈশৈ অমা লৈবদাই:

খাঙবদা অৱাবনি, নুংশিরবা ইয়াম্বা,
মীরৈবাক্তা লৈবসি।

নঙোন্দসু মদু ওইরে।"

"ফরে, কায়নরসি," ওলেনিন্না অমুক্কা হায়রকই।

অহল অদুনা হৌগৎলগা মখুৎ তিংথোরকই। ওলেনিন্না মদু নোইরকই, অদুগা চৎনবা লৈথোরক্রে।

"কদায় নমায়দু!" অদুদগী অহল অদুনা ওলেনিনগী মকোক অদু মখুৎ অনীনা পায়রদুনা নাতোন শুমাঙগী চোৎলবা মকোইদুগা মচীনবান অদুনা অহল্লক চুপ্পী, অদুগা কপ্পা হৌরকই।

"ঐ নঙবু নুংশি, কায়নরসি!"

ওলেনিন শগোলগাড়ি অদুদা কাখৎলে।

"অদুগা, নহাক অদুন্না চৎপা হৌনব্রা? নহাকপু নীংশিংনবা ঐঙোন্দা করিগুম্বা অমা পীরম্বা য়াই। নোংমৈ অমা ঐঙোন্দা পীরমউ! নহাক অনীগী করি দরকার লৈবগে?" অহল অদুনা তশেংনা নুংঙাইতনা হীক হীক কপ্লদুনা হায়রকই।

ওলেনিন্না মাগী নোংমৈ অমা পুথোরক্তুনা মঙোন্দা পীরে।

"হনুবা অদুদা কয়া য়ান্না পীথোক্লবনো," ভানয়ুশানা মুরুম মুরুম শোন্দুনা হায়রকই। "মহাক কৈদৌঙৈদসু পেনবা নাইদে! অশেংবা চাকনিবা অমনি। মখোয়সি অসিগুম্বা জুগোৎ

চাদবা মী ঙাক্তনি," মহাক্লা ওভরকোট অমা লীৎশিন লীৎশিন্না হায়রকই অদুগা বোক্স মথক্তা ফমখ্রে।

"তূমিন লৈয়ু, ওক!" অহল অদুনা নোক্তুনা লাউরকই। "কয়াদা লীকখ্রবা মীনো!"

মারিয়ানকাদু শঙ্গোলদগী থোরকই, শগোলগাডি অদুদা থৌশাদনা হাইফেৎ য়েংলকই, মরু লূকথৈ অদুগা খাংপোক মনুংদা চঙখি।

"*লা ফিল!*"* ভানযুশানা মমীৎ কুপ্লদুনা হায়রকই, অদুগা অপঙবা খূৎনোক অমা নোকথোরকই।

"চৎপা হৌবো!" ওলেনিন্না শাউনা লাউবকই।

"কায়নবসি, নুপামচা। কাযনবসি। ঐ নহাকপু কাউরোই।" য়েবোশকানা লাউবকই।

ওলেনিন্না তুংহন্না হাইফেৎ যেংই। অঙ্কল যেরোশকানা মারিযানকাগা তশেংনা মাগী মবমদা ঝারী শাবি, অদুদগী অহল অদুসু নুপীমচা অদুসু মঙোন্দা যেংলকখিদ্রে।




* লৈশাবীসে।

"...থোইদোক্লা মগুণ লৈববা অতেনবা নোভেল।"

**অরনিস্ত জে. সাইমন্স**

"তোলষ্টোইগী লিবিকল নোভেলশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী অথোইবা, মহাক্কী নহা ওইবিঙৈগী ঈশৈ, কোকেসসকী শৈবেং। ... মসি মহাক্কী প্রতিভাগী অহানবা লৈশাৎ তল্লকপনি।"

**রোমেন রোলান**